মনি, মাইরেম্

# হরাদো-লৈরাংদো

''মনা পূংলবা উজাউ অমগুম্ হৌরিবা চৎনবী'সিগী
অকেন্নগুম্ব মনা অমত্তুন ''হরাদো লৈরাংদো'' হায়রবসিদা শাগৎচারিবা।
ঙাঙ্‌শীনবীবা লৈবা, নোঙ্কুবা লৈবা,
কাঙ্‌লুপ শম্বা লৈনবী কাঙ্‌বুনা—পঙ্‌জম্বা মরাল-
লৈজদ্রবা অমরুম্ অঙাওবা হেক্তা শেম্বা ঙম্মবা
মতমসিদা—ভুংলমচৎকি খজিক্কং য়েংদুনা—হৌজিক
অমসু লাংকদবা মীরোল্দা চম্থোকপিগু খন্না থমজবনি॥''

* পাবীরিবা পুম্নমক্তা—মনি মাইরেম্বুনা *

হৱাদো-লৈরাংদো

মনি মাইবম্‌, ১৯৭৭ (C)




অহানবা কোঙবা [illegible] লৌশীং অমগা চাম্মা

শেম্‌-শাবিবা : জয়কুমার

নম্ফম্‌ : সরস্বতী প্রেস, সেগা রোড, ইম্ফাল

মখুম্‌ : জুখোয়া, শান্তিনিকেটন

ফোঙ্‌জবা : খোগেন্‌, থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল

অকোঙবনা অশুপ্পা

মমল : লুপা তরেৎ

ফংকম : ইম্ফাল্‌ বুক হাউস,
পাওনা বাজার, ইম্ফাল

"ঈমাগীদি ঈবুংঙো-নিংথৌগীদি —খজীকৃনৌর"

মচা-মপান হুংঙাইনা চারক্‌খিনি,
হুংঙাই য়াইবী মরাঙ্ কায়না পাল্লক্‌খিনি।

অশুম্না, মমা ওইবীগী থম্মোয়না অরাবা কোজাই খঙ্‌দনা শূজরক্‌লি; মচা চাউনবা হোৎনজরক্‌লি। মচাগী মিকানবদা—মীওই-মপোক্‌সিগী মমা-অমমম্—কৈ অমোম্ অমদগী হেন্না থবন্‌-চাউরাং মিহোৎ ; কল্লক্‌ই ; পেঞ্জে; নোক্‌চৈ; হুংঙাইজৈ; পোঙ্‌জৈ। মীহুংশিং -মমা থুদিংদগী লোইনা তম্লকই : মখোয়দগী চৎনবী শেম্লক্‌ই। মমাগী ঈগী মরীক্‌-মরীক্লা—মশাগী নাউয়োম্‌হুংদা ··· মচাদা থাইতনা— ঈমতুম্‌দগী চাউনবা—মচাবু য়োক্লক্‌ই। মচাগী অকবা, কগৎলক্‌পদা মমা ওইবীনা ··· হুংঙাইজবা ; হরাওজবা ; করিগুম্বা থুদোংথীবা অমত্তা মচাবু মায়য়োক্লহল্লীংদে ; মচাগী পাউ কত্তবা অমত্তা তানিঙ্‌দে। মচাবু চাগদোবগুম্ হুংশিরবা মমানা মহাক্‌ চাদনা মচাদদা পীজনীংলবী মমা ওইবীগী হৌনবী—মচানা চাউরক্‌লিবমথে—অনৌবা রাখল কয়া হোৎলক্‌ই ; হোৎনজরক্‌ই—মচাবু মহে-মশিং হৈননবা, মীয়ামনবা লুহোং-কৈহোঙ্‌নবাময়ুম্‌-মকৈ পাঞ্জহোনবা। অচুনম্ব লোইদে ; মশূ ফংলক্লগম্ব—মশূগী অমুক্‌ থনূবদা, মচাগী হুংশিবা মচেৎ অমা থাইক্লরবম্ব ···মচাগী-মমোগীদমক্‌ থনূবীবদা—মশূবু লুনা তৌজহনা শিগদবা মথমত্তা পাম্মূজরক্‌ই।

লংখৈ চৎখিবা মচানা ময়ুমদা হল্লক্‌পা মতম্ ওজিল্লক্‌লবদা,—মমানা হুংঙাইজরি ; খজরি······

"ঈচা লাক্লনি—করি চাগে হায়রনি ?
করম্বা অয়া-হুংঙাইবগী য়াগী লীরনি ?
ঈচা হল্লক্লগা ঈচাগী নুংহোংবা লেপ্পরনি।
ঐ ঈমৌ ফংলগদবকো ? ...... ঐখোয় অহূম ওয়নি।
ঈমীত্তা ঈশূ অমত্তংবু উরবদি—ঐ শিরবন্থ পেল্লনি......"

খোক্‌প্রবা করি অমত্তা থঙ্‌দা,—রাথম্না মখোয়-কাক্লরি। শক্তিবু থা-পানুথংলক্লবা—মচা হল্লক্লদবা মতম্ য়ৌশিল্লক্লে, অহূগা—মচানা নোংমা-নোংমা লানুপ্রগম্ভূ লাক্রুবা; ঙাইবীয়ু হায়বা য়াদবা মতম্না নোংমা-নোংমা নীংঙম্‌লক্তে-মমা।লৈফম চাকম্ থঙ্‌জিল্লক্তে। মমাহূনা মচাগী ময়ম্—ইত্তং-ত্তনা ত্তাখীবনি:—রাক্‌চিং-কাইরেন্‌-লম্‌দা থাশিংগী মহূংদা। লৈকাইগী চংথাক-খোংত্তোক্ল্‌বা মখোয়না ত্তম্বীরম্বদগী—"নচাদো কৈথেন্দুদা উরম্মী, লম্বীহূদা চংহৌই, হুংঙাই-হৌরিদা"। মচা, মীনাইগুম্না ফিয়োন্‌বী মরক্তা পোৎয়োম্‌ থাংদোক্‌—থাংজিন্‌ মথৌগুম্‌ শূরম্বদগী— মথোং— থঙ্‌দা কোযচংচংপা অঙাওবা অমা ওইদ্রে— "লৈরাং অঙাওবা, হয়া অঙাওবা" হায়নম্ভূ থঙ্‌নহৌরে হায়বহূমদি—মমাহূদা ত্তম্বীদরি। মচাগী অঙাওবম্বী পাউ অহূ ত্তম্লুরবদি-মমা অসি মথরায় হুংঙাইথিরোই, মথম্নত্তা কপ্‌চহূনা মচাগী রাথম্না মা-অমম্ভূ অঙাওবী ওনপ্রগনি, মচাগুম্ কোয়চং--চংপ্রগনি—থন্‌বীবা থরসিনা,—মীনম্বীরি। মত্তাংচানা তাক্‌পীরম্‌হূনা—ত্তম্বীরম্‌হূনা মমাসিনা মচাবু ফাজরুহূনা—লায়েংজ-রম্লবম্ভূ করম্‌গদবা—ত্তাঙ্গা অমদি ;-লাইবক্‌ চাংয়েংজরম্বা য়াবনি—হায়বহূমদি থন্‌বীহৌদবনা-শূপ্নগী-মীহূংশি অমথক্তুং নম্‌থাকুম্ উৎলুবনা—লায়েংবগী ত্তাঙ্গা অমহূম্ভূ নাম্হোক্‌হনুবীথরে।

অমত্তা ঙায়জরবা মচাবু হূমীৎ-থাগুম্ য়েংজহূনা—মচা মপান্ চায়কুখিনি থঙজরিবী অহূগুম্বী মমা, লৈতারক্তে; অহূইঙে থেংনরম্মী,

উরম্বী হায়খিবা মকম্ কয়াহুদা কোয়খি-খিক্কই। কায়ন্ চংনখিবা—লম্বীগী লম্‌পাক কয়াদা—উমদহুনা থৈনখিবা—খিবা কংদা হল্লকখি। খঙ্‌না—খঙ্‌নদবা থিদনা … … মচাবু "থিবীক্ল—খিবীরকউ"—কয়া হায়জরকই। 'থিক্লরে, চংলুরে, উমরক্কে, থেংনরক্কে'……হঞ্জিল্—হঞ্জিল চংলুবা, থিক্লবা—শাহুনা মীনম্বীশ্লিবা ;—মমাসি নত্তনা মখোয়দি মচাদো ঙাওরে হায়বা উরক্লুনা, ভয়হুনা লোইনা খঙ্‌নরবনি ;মমাদনি খঙ্‌খিবা—মচা ঙাওরে হায়বসে।

ময়াম্না থন্‌বীরিবা—'মমা-মচা পুম্না শোয়দনা ঙাওমীয়গ্রনি। মমা অসি শিকম-নাকম খঙদনা—মচাগী হাকমবদা—শিগ্রনি।' অহুবু,মমা অসি—মচা ঙাওরে হায়বা খঙ্‌না শিজগ্রবসু—মশাগী পেঙবা অমত্তুংদদি—লৈজগদবা মত্তৌ মাল্লী … … … …। অশেংবহু হায়দোক্লবদা-ঙাওহুনা নত্রগা হুংঙাইতহুনা-চাদবনা-শিজখিবা তারবা, অহুগা হায়দোক্‌পীগ্রবদনা—খঙ্‌দা-খঙ্‌দা, ঙাইনা-ঙাইমা শিবা হায়বহুমসু শোয়জ্রবা! মীওইনা পোক্লবদি—থুংকন্‌বগীসু, অশোন্‌বগীসু শিবা হায়বহুদগী নাম্বোক্‌পা য়াজ্রবা! হায়দোক্তি্‌বনি হায়হুনা মীহুংশি খঙ্‌বীবা শাহুনা—মমা-মচাবু থন্‌বীবা ওইনা, হুংঙাইত্তবা থজিক্ পোকপীহুনা—মত্তেং পাংবিবগী রাখল্দী কাউথোক্‌নরবা! অশেংববু মীনম্বীরিবা মখোয় অহুম্ন শিবা শোয়জ্রবা! য়াইকবনি হায়রিবা মখোয় অমা শিখিবদা—রারী ওইবা য়াবা থোদোক্ মচেৎ অমফাওবদি লৈহৌদবনা—চহি লান্‌খিবদা অহুম্ কাউখিবনা হন্‌খিগ-দোরবা ; অহুগা—ঙাওই হায়রিবা, হম্বনা থন্‌বীরবা, তুকচবা কাওবীরবা মমা-মচা অসিনা শিখিবদা—রারী ওইবা-য়াবা,—হুংশিবীবা য়াবা মচেৎ—মতেক্ অমা য়াওজ্রবসু ;—ঙাওবা উহৌবা, শক্‌পা তাহৌবা, মশক্ খঙ্‌হৌবা থরগী থম্মোয়দদি—হেক্‌-হেক্

পন্থবা—নীংশিংলক্কম্—য়ারীনকম্ অমদি: থম্রমগনি য়ারী মতেক্ অমা ওইবা য়াবগী মমি মচা অমা।

ভেলবা পরেং অমত্তগী— মভং—মভং—ভ"না …… মহুংথা থবেং থবেং হোন্দুনা শকুউ হায়জবগু মথমতা লাউনা লাউনা শতুনা চংশীবা-অহানবদদি, থেম্হুনা শকউকাওবা য়ারমৃদবা ঈশৈনী—

"হৈরাদো … … … লৈরাংদো"

চীংদগী গোয়োগী হৈরাদা হাপ্তুনা পুরক্পা খোঙ্গনমেল্লেনা —মকুম্-পম্বা লাকুনা হৈনোগী কায়োংদা চয়োং-চয়োং শাৎলক্-লবদা—কালেন্থা চঙলক্পদা ; থাজরম্বা মপু উত্রবদা;—মমা ওইবীগী থম্মোয়না মচাগীদমক্—ভেংথা-ভেংথা কপ্চবদা—তাবীনবা য়াওত্রবা ; মমা অসিবুসু থওইবীত্রবা মখোয়গুম্বগু য়াওবা মীওইপোক্কী—ঙাইহাক কাউনরুরবা ! মখোন্ খোক্ঙম্দা হীক্-হীক্ কপ্চবদা তা-বা য়াবরথৈ তা-প্রবা মপিনা তানিঙঙাই লৈশিল্লক্ত্রবা—চাদবনা কংশিল্লক্লবকাওবা থেম্বীনবা য়াওত্রবা ! কংকো কোবগুম্ কংগদৌরবা হক্চাংনুংদগী—পাইথোকদৌরবা—থরায়না—তম্লাই ওন্গে থম্না পাইথোক্লম্দাই, অঙাওবা মচাগী অমুকহন্না পোক্লিংলয়োইদবা মীওইপোক্কী—'শৈহৌ শৈরোই' ঈশৈ শক্পা তারকৃই।

অনীশুবা লাঙ্গাঙগী লোইরম্দাই।

থা — মরীমুক্তা ভায়শিল্লরুবা। চীংলোন্ মাপন্ লান্দূনা পাইরকৃপা মথন্-কয়াগী এরোপ্লেন্শিংনা—মথন্-কয়াগী শিবা-য়াবা খুংলায়না তম্থীবা মতৌ উৎলয়বদা—চীংগী, তম্পাকী মীপুম্ খুদিংবু মিপাইহন্নয়ে। 'করম্নো ! করম্নো !' মখোঙ্-খঙ্দা—শিগদৌরিবয়া ? হিংগদৌরিবয়া ? খঙনক্রিদৈ,… শজিবু থাগী চৈরাওবগী চাক্-চামাঙ্ — লালগী লানবাউ থুংলৈ ; মোইরাংদা। 'হৌজিক্মক্

শেয়কবগী শিংজেন্ লৈনবা কাঙ্‌বুহু য়াওরি; পোংনা অমকাওনা পাম্মুদবা কনায় য়াওদে ; অহুবু—অশিবা হায়বহুনা নয়া উয়দবগুম্ থোয়রাংহল্লী। শিনীংদবনা কনুখিবনা পাম্মু-পাম্মুনা হন্দোক্লহনা মপুং ওইহৌদৌরবা—করি পোৎপু, কয়া য়ায়বু-কণায়কাওবা হোমবা ওয়গদৌরিবা ? পাম্মুবগী—পাম্মুবা ভাক্লী। অহুনীনু মথক্তা—কয়াম থাপ্পা, কহুনায় ভাষা চেন্নগা—ভায়বগুম্ ভামরক্লীবা খুদোংথীবা অশিবগী নাম্বোক্পা ওমগদৌরিবা ? কিবতনি, থনকম্—অচুম্বা থঙ্‌নদরি। কোম তৌদুনা, কোপ্—হাহুনা, কোয়্‌দো-লোৎচহুনা, কনা-কুইনদি থাঙ্‌নরম্বা ওয়রম্বনি ; অহুবু—অশেংবা লানবাউ লাক্লবদা—চেন্নক্লবদা—পাজন্ থোক্না ভাক্থোক্চবগী লানুমী অমম্ব ওইহৌদবনা—থয়ায় কংলমগদবা কয়াম্ব—মীচম্‌গুম্ লাজেম্বা য়াদা লাজেম্বা য়াওগদৌরি।

মায়কৈ কয়ম্বদনো চেনগদৌরিবা মোইরাংগী লৈকাই হুপ্পা ? ময়ুম্ ময়ুমদগী লোইনা মপান্ থোক্লরক্লে। মায়কৈ মরীগী মহুংদা মায়কৈ অহুম্দি মায়কৈ অনীগী লাম্মীশিংনা থনুপ্রবনি ; মায়কৈ অমত্তদনি চেন্থকম্‌গুম্, থজিক অহাওবগুম্ থম্বরিবা, পাংনরিবা। মায়কৈ অহুম্ব লোক্তাক্ ! পাৎয়ায় কাওহনা হি-তোংহনা রাংমা লাম্বোক্লরবম্ব রাংমহনম্ব লানুবুং ! অহুবু-পম্বা য়ারক্তে; থনুকম্ লৈরক্তে। অরাংপাংনা লোক্তাক্ খোঙবান্ তম্না—লোইনমকী—পমরুগদৌরিবা মকম্না লেজ্রা ওম্বা নুরাথেন-হনুবী-মী তানদবা চীংহুম কয়াদা; মী তাবা হায়রগা থাজ ঊথিং-কয়াং চীংশিংদা, লোক্তাক্-তাকম্ কয়কুয়াইদা লৈত্রিবশিংদা। ভাইহাক্ পম্বদগী, খুদোংচাবা য়েংহনা মোইরাং হুপ্পা অনৌবা খুন্দানবগুম্, লাল্ লোইজ্রিকাওবা খুন্দানরুগদৌরিবা। লাল্গী লাল্মীশিংনা ঊরাং হৌনা য়ৌশিল্লরগা মকম্ অমুক্ হোংনগদৌরিবা পুন্নমক্ অমত্তা অয়েপ্পা থঙ্‌নদে। কুইথবা, থম্বগবা কংনা শীহনা

য়াশিল্লকবনা—মাখী-মাখী, ঈযুং-মযুং-মযুংগী—শানবা য়ান্নবা কাওবু—কাওবু, ময়য়াই-ময়য়াই-তানা—মকাং-মকাং কাউনরকুই। মখৈ-মখৈ মিপাইবনবা উকেকশিংনা, পাক্লবা ঈগায়দা পুন্না চাক্তনীয়রবনী—শঙু ময়তা কাপ্ শীন্নকপা—নোংমৈগী মখোল্ তাবদা—পাইনরকপগুম্—শাখপ্ তোয়না পাইনবগুম অমদগী অমদা—লাজেনরক্লীবা মোইরাংগী অঙাং-মুপী-অহন্-নহা-মুপা মায়কৈ খঙ্গা মযুম মযুমদগী চেম্থোক্লনরকুই। মুন্নোমবা কয়া লাপথোকুনরকুই। তোংতাল্ তোংতাল্ তানরকুই। খুংকন্‌বগীনা কয়া, অশোনবগীনা শোয়া; কনাম্ভ লৈজদবশিংনা লৈজদা—কুরুক্-কুরুক্ ঈরুবীগুম্ মতু শোঞ্জবগী শোঞ্জনা। লোক্তাক্—পাংয়াগী শঙ্গাবুং তম্না মখেলাংনা চেনখীবা ... পোংপু থায়বা, থৌয়ী কোজোয় থায়বা ষন্‌লাবা—অমোম—ষন্‌নাওগুম্ লাঞ্জেনগদৌয়িবশিং—মযুমমকৈ থাদোক্লরম্মী চেনথনরকুই পাংয়া তম্না—খোইয়েনমশা পানবনা পাইবগুম্—খোইয়াদগী—মৈহুম উতোংনা মৈরায়রবদা পাইথোক্লরকপগুম্। পাম্মুনা মুংতিগী ফাজবা ষণবী-মণনাও, ইয়োই লাবা-অমোম ষণজাবুংহূদা উনা—উনা হোইনীংদয়ে—কাও থাবগুম, লোইনা থাদোক্লম্লে, কাবা মতম্‌দা কানবা।

ইকান্-কায়দে খোইঙৌজেং চীংদোম্বগী—মচীন্ অয়াং ওম্মুনা কাপ্লকপা টোপ্‌শিংনা—অয়েপ্পা লৈতনা অমমম্ মপা তম্‌হুনা কায়কপা, থাদয়কপা বোম্‌শিং মোইয়াংগী খুনয়ায়দা-খুম্নোম্বা শীন্‌বা থুংনা—তায় তায়মগা পোক্‌থায়রি। পোক্‌থায়বা খুদিংদা-কোম্ শানা-শানা তৌরি। অতেক্ অকায়না কাংথোং চাইহয়রি। চেয়বদা খজিক্ খীদ্দহোবা কাওবুশিংদা মপা চাননা হক্‌থেংনা তাশিন্নহনা পোক্‌থায়বদা—ময়াইবক্ খীয়বা-খীয়বী কয়ান্ন—অশোক্-অপয়া—অশি য়াহিপ্ তান্‌খিবন্ন য়াওয়ে। লাইওইনা—

খঙ্গা কাপ্পরকপা খুৎচুপ্পবা লাম্বীশিংদি—হকাওনা নোকচুনা য়েংলম্‌থ্রি ! মনা-ক্যংলম্‌নগনি ! মকম্‌—চাউহরম্‌লবনি । মাচ,হন্‌ তাক্‌হন্নবগী-দমক্তা মথোর লাক্‌পনি, মহুতনা মখোয়গী অপেন্‌বনি, হৈশিংবনি !' হায়রৈ 'ক্যাপান্‌ শুইরম্‌গনি, মখোয়দি মথুংচুরনি !' মসিগু থাগংপা রাঙাঙ্‌ নত্তে ; চুংকাইত্তবগী শেম্মগী তাইনকম্‌ থঙ্বা তাইনবনি ।

ভাইহাক্‌ থিঙ্ঙক্‌-মায়ঙক্‌ য়েংনরম্মিবা লাঙ্জেনরকলিবশিংচু—লোক্তাক্‌-খোঙ্‌বান্দনী । ময়ুম্‌ থাদোক্লকপগী-থাদোকপা ; পাম্মুই হায়চুনা মৈকন্‌বা ভমগদবা উত্রবদা ইরায়—লায়থোক্লরকুই ; মথরায়না হেম্না পাম্মুনরকপগুম্‌—হন্না য়েংবা-শংদা… …খংনীংদা -মথোঙ্‌ থাংনরকুই ।

খঙহৌদে ! … …

……মখোন্‌ হৌরবা—বোম পুবদৌনা লুম্নবা বোম্বর অমা,—মখোল্‌ হৌনা—লাইমতোন্‌ মপাদগী মোইরাংপাংবা লাঙ্জেনরকপশিং অচুগী মপাদা পাইশিল্লক্‌ই । মতুং ইন্না—তায়-তায়হনা, কাইগটর অনী অমস্তু নক্‌শিল্লক্‌ই । অমনা অমুক বোম্বরচুগী মমাঙ্‌ পাই; অমনা মতুংদা ইল্লি । অমুক্‌ শিল্লোন্‌-শিঙ্গিল্‌ ওন্ন-ওননা ……মাঙ অমুক্‌ থা, তুং অমুক .কান্‌—তুংথ-মাঙ্‌থ ওম্‌শিনবগুম, লৈনা-লৈনা বোম্বরচুদা কাইগ্‌টর অনীচুনা অমুক্‌ নেম্‌থ—অমুক্‌-রাংথং, লাম্নী । মরম্‌ চাথোক্‌লীপ্রবা—চয়োই মথৈ-মনাও অনীনা লৈনা-লৈনা,…অমুক্‌ রাংথং, অমুক্‌ নেমথ, অমুকশু তারবগুম্‌—উমাইদিনা, কাইগটর অনীচুনা বোম্বরচুদা তায়ল্লি, নোংমৈ কাপ্‌শিল্লি । ভাইহাকী মতুংদা বোম্বর অচু মশা-লাম্মদা মৈ হৌরক্‌খি,—লৈবাক্‌ থেংকালবগুম্‌ নেম্‌থরকখি । লাঙ্জেনরকপা কাঙবুশিং অচুগী মথক্তা তাশিন্‌গদবগুম মখোন্‌ হৌনা—ভু্‌রুং-ভু্‌রুং……; থাক্তা-ওবদুনা খোয়দনা হৈশিল্লরহনা পুম্‌কাব-কায়রকপনবা। মালা……অচুপা…মৈ হৌনা চাক্লবগুম্‌, .....

মৈথুত্তনা পুমমোম্ য়োম্শীনুখিংহনা মাহকৈ খঙ্‌মবগুম্······হৈস!
······ অয়াঙ্‌বা খোঙ্‌জেল্‌গা······নেম্থরক্‌পগা......ময়াম্ মপাদগী
লানুথোক্‌খি; ......ভাকুমুগী ঈয়াইদা ভাখি, মৈমুংখি।

'লাল্ হায়বহ অসি ওইরেকো ?'.. খুৎথেংননা উরবদা......
হেয়া সিপাইনরক্‌ই — লাজেম্‌রিবশিং। ভাহা—ভাহা খোঙকাপ্‌
লাওনা কাম্‌রক্‌ই—কুংশিন্‌রকই।

লাজেমরক্লিবশিং অহুগী মরক্ — মৌনহা অমা, চহি অহুম্‌দা
ভায়রিবা মৌনহা অসিগী মচা হুপা অমা—মমাসিনা মনঙ্গন্দা নাউহোং
চেজেং লাক্কুনা পোয়রিবা, চহি হুম্ফু হেল্লবী মখাং কোল্লবী অমা
—মৌনহা অসিগী মবেনবোক্—মৌনহা অসিনা মথুং য়েংনা শম্বোই
চিংবোই শেম্‌রক্লী। 'মৌনহা অসিনা অতোপ্পা মথুং ওয়দা—চৈরাওবা
তুমীংকি চাব'-নংদা—ফোঙ্‌ ফোঙ্‌ শানা খিদোক্লগা পুখম্ অচোবা
অমদা নম্‌হনা ইন্‌শাং-তেংকোং অমা—অনীনা চাক্‌মথক্তা নম্‌থনা
হাপ্লক্‌পা......চাক্‌য়োম্ অমা-পায়রি। মাগী-মাগীতা খম্‌বদা কনাগী
হয়া য়েংনবা ওয়ত্রবা তানুক্ম্ অসিদা—মশূ-মবেন্ অহুম্ অসি মরম্মাই
তরক্—তাবগুম্ তাজরি। হোনবা য়াগদবা, থাংবা ওম্‌গদবা
কয়াবুম্ব—থরা নক্লবা মরি-মতাদা হোনবীয়ু তরুজরম্বা-হায়জরম্বা-
শিন্‌জরম্বা মওায়; হোনবীরক্কদরা — পুবিরক্কদরা — থিনবীরক্কদরা
খঙ্‌ত্রবা — চিংনজবম্ব তাঞ্জাসিদা পোক্কুনা পাম্মুজরি। তংথায়-
চয়া-শায়বা, নিংথম্‌থাগী ইন্নবা ভাবোং লুইথোক্‌পা কিহো অহু-
য়োংখম্‌দা কক্কনা থম্লম্লবা অহুবুম্ব পাম্মুজরি;

খল্লী—"যুম্ অহুনা চাক্রম্‌লবদি লোইনা য়াওরম্মনিদো!
উপু শায়ং মহুংদা য়াওহৌবা কোন্-লীক্,
শিগ্রবা ঈপাগী, ঈপুরোইবগী···নীংশিং খুদম্‌ কয়া,
খঙহনা লৈজখিবা—ময়া কুপ্লবা কিশা হুম্‌জেংশিং—

লংদোম্‌ কাওবা শাবা য়ারবা কয়াদো,
শূনাগী লংচাকৃশিং য়াওনা—
লোইনা......চাক্লম্‌লনিকো !"

নীংশিং—নীশিংলুবদা কুইনা লোইনখিবনা অমমমতং—চৎনা—চৎনা নীংশিংলক্লী ; পাম্মুবা পোকচরি-মোনহা ! মঙুং মতম্‌ চাদনা শিগ্রবা মপুরোইবা—শিখিবদি চহি অমা হেজিল্লক্রবনি ; অহুবু... মহাক্‌ য়াওনা লাঞ্জেল্লবা ওইরবা—পূম্নমক্‌ মাঙলম্‌লোইদবগুম্‌ অহুগা......মথোয় অহম্না মমিগুম্‌ ইরা-রাদা — মতুংইল্লম্‌গদবনি খল্লী। রারবসিদা মমীৎতগী মপীকাওবা তারক্লি—মোনহা অসি।

মশূ-মবেন্‌ অহুম্‌—মযুমদগী অরাংপাংনা—কংগ্রবা কুহুবী মরীন্‌ লান্দূনা, অমুকৃম্থ কুমাম্‌-মোইরাংথেম্‌ কারক্কী মনুলানুকম্‌ মপাদা —থম্বোংতাক্‌ মরীন্দা ঈশিংখিবগী পন্‌ মথক্তা লান্দূনা—হৈরেংখোংগী অকুৎপা অকংবা মরীন্দা লাকুনা—মোইরাং তুরেল্‌থ লাম্বোকৃলে। খোঙ্‌না চৎপা য়াবা অকংবা লোইশিল্লকৃলে। সেন্দ্রা চীংজিন য়োরমদায়, হুপবীদাকনা কংথবা মথৈ কংথগ্রবথ লোক্তাকা শম্নবমবা—কোম্‌গুম্‌ কুম্‌হুনা লানুবা য়াত্রবা; কংবা নাইত্রবনা —হোম্বনম্থ কুম্‌থবা য়ানত্রবা—হিনা লান্দবা য়ারম্‌দরে। খূদক্‌ খূদক্কী ওইবনা, হিগী মশীংম্থ য়াম্লম্‌দে। লানুগদবদি—হি-থরসিদা; মোইরাংপুম্বনি। পূম্নমক্‌ মাগী মাগী মৈচ্রাংনি; হম্না লাম্নীংবা ভাক্তনি। হিলানুকম্‌ অসিদম্থ খূৎকনু-পাঙনুবা, কাঙ্‌বুনা-হৌ-হৌ ; মতু লোনুবা কাঙ্‌বুনা-শুৎশুৎ। অমমম্‌—অনৌ-অনৌ মথং মথং লাম্নবা ভাইনবদা, —মশূ-মবেন্‌ অহুম অসি হুমীৎচপ্‌-য়ুংলকৃলবফাওবা লানুবা কংদরি। মহৈ-মহৈ লাম্নবগী ইম্নবদা, খরা কোম্বগা ভাইবদা, — মোনহা অহু, মনঙন্দা পোন্নিবা মচা হুপা অহু ভাইহাক্‌ থাবম্থ য়াদা ;

চাক্লম্ নাম্‌শীল্লক্ মুংশানম্—য়কুলাউনা—শাজিল্লক্; মশা অহু শদৌ খোংলে।

ইম্‌-ইম্মনা উচিন্ নাচিন্ লাম্বোক্লে, সেম্রা চীংজিন্ হৌরে। থম্রা নে-হেক্ তাবগুম্—মমুংশা শাংনা-শাংনা হোম্লোকচবা কংঙৈ। ওসাইমখৈ; পাখৎপা অমগা য়াওবনে—তিনফাওবা খোক্তবমখৈ খৌরিচরম কংলুরবনি; তিনয়োৎথজহনা শিরয়োই নীংজৈ। সেম্রাদ য়োরবদি খন্দুনম্……য়োরবনি; অহুবু—তাক্‌মুরোম খংবা চীংমায় উ-নবা অনেম্বা চীংমায়দা কাখৎলুবনি, কাখৎলুরগা অমুক নীংবা কায়রে। চীংমায় থম্না মাগী-মাগীনি কন্নরম্লবা—কোক্কবনে, তেম্মবনে, পাকথন থনবনে, কোম তৌনবনে--পুম্নোম্; অনৌবা লাঙেল্লকপশিংগী অহানবা লমজন্‌কম ওইনা হাম্না থুংনরম্লবা কাঙ্‌বুগী খুদোংদা মঙাকরম্রে; মহুম্ থম্না খুকন্ পাজন্‌বা কাঙবুগীতা! মশূ-মবেন্ পাজন্ খোকপা ওমদে, থম্রে "করম্নো! এখোয়দি কনাগী মতেং লৌগনি? ওসি অহিংনা কদায়রায়দা? থাজ য়োনবা হেক্তা মচৎলসি—য়াম্রবম্ য়ানা।" তুম্না-হিপ্নবা—মপোৎ মচেম্ অমত্তা য়াওদে, থুম লোকবা মরি-মতাকী মতেং লৌগদবম্ মতাংসিদা ইকায়রে। হায়মম্‌বা খোক্তনি থনগৎলকই; মনাক নক্কাওবা চঙশিন্দুনা হংলমগদবাকাওবা হম্লোইশিল্লকই। অহুনা, সেম্রাদগী লাপথোক্তুনা-ঈথীংদরা? থাজদরা? তুমীৎ তাত্রিভৈদা থুংহোদবা য়াশিলক্রবা! খোইনা অতম্বা অমা য়াওনা যুমদগী খোরকপদগী—থল্লীবদি—থাজবনি; অহুবু, মীগী ইমুংদা ওংলুগদৌরিবা অহু অমুক্ থন্‌বদা- খোক্লবা অমা তকজরম্লনি—চেক্কপনি। থাজ য়োনা চৎতবা—ফীভম অজিদা য়াশিল্লক্লে।

সেম্রাদগী……ঈথীং পাংলক্লী মশূ-মবেন-অহুম। মখোয় অহুম্‌দা মত্তে, অতৈপুনি-ঈথীং-থাজ তম্না চৎনরিবা—মরি—মরি সেম্রাগী লোংচুপ থংবা চীংখোঙ্‌দা-- অরাং পাংলা। ঈথীংদা নরেনগা থাজবরা,

কারাংদরা·····চঙজকম অমুক খিনক্লগদবা ঙাক্তি; অহুম্·····হায়রবা তায়রবগুম্ হায় য়োহৌনবা খোঙ্থাং কয়া থাংনরিবা। চঙ্জকম্ কাংলবগী, কাংত্রবগী তঙাই কদনা অহিংহুনা লেনবা তামরিবা। অহিংসিমতা নত্তনা নুমীৎ থয়া, থা থয়া·····চহি থয়া—লাল্ হেক্ লোইত্রিকাওবগী মতম্ লেপ্কম্ খঙ্দনা ময়ুম্ থাদোক্তুনা লাক্ল্লবনিনা মওং অমদা ওইরবগী, নুংঙাইরবগী, থাঙ্ঙমত্রবগী·····লেন্‌বা তারিবা ঈথীং, কোম্জিন য়োবা খঙ্হোদে।

ঈথীং কোম্জিন্, সেন্ত্রা-ঈথীংচীং অনীগী ময়ক্—ইরং লংলবা লোক্তাকী ঈশিংনা তাক্মু তয়া নোংপোক্পাংনা চেল্লীবোই নীংহয়া·····হাইকেং পাক্লম্বা ঈশিংগী ঈমায়নি। ঈথীং চীংজিন্ য়োনবা ঙসাই হিনা সেন্ত্রা চীংজিন্ য়োনবা লাল্লক্পগুম্, অমুক্ হি লান্দবা য়ারম্দে। হন্দক্কি লানৃগদৌরিবা অসিদি··· ঈথিংগী অঙাংশিং—হিগ-হিগা কুপ্মৈগুম্ হোন্দোরক্তুনা··· লাম্হোক্লী মথং-মথং। সেন্ত্রা চীংজিন্ লানৃথোয়কপদা রাখিবা—ইমথিবত্নগা—ঈথীং চীংজিন্ য়োনবা হন্দক্কী লানৃবসিদদি কয়াদি খেয়রে; অপেন্‌বা ফাওনত্নুনা অঙাংশিংহুদা পৈশা থরা-থরা পীনরম্বত্নুনা—হিয়ানৃমন্দা চোপ্নবা ঈথীংগী অঙাংশিং মওং হোংহনৃগদৌরি; চৎথোক্ চৎশিন্গী লাম্হোক্-লানসিন, হিয়ান্মন্ হায়া মন্তিক্লগদৌরি। ইঙাই ঙাইনদনা ঈথীং-চীংজিন্ য়োনা মশূ্মবেন্ অহুম্শু হি অমদা পুল্লপ্ লাম্হোরক্লে। ঈথীং চীংদশু য়ুম্দোম্পোক্ অমফাও তানত্রিবা··· ··· অয়াং নোংপোক-মথা থংবা চীংমায় অহুম্দা—সেন্ত্রাদা লাঙ্নহৌবা মত্তৌগুম, অনৌবা থুন্দানবগুম্, লাঙ্নহৌবা অত্নগুম্; মকম্ চানা থয়রয়ে; কয়রয়ে; হায়া থুংনরম্বা কাঙ্বুশিং। নে-ক্তানা অয়া-পোথানবা কাঙবুম য়াওনরম্লে। অমনা-অমদা কৌনবা —হংনবদদি ত্তোক্লদে। লোইনমক্ খঙ্নবা ঙাক্তি অমগা—অমগা।

'ঐখোয়দি 'সিদা।'
'নখোয়দি কদায়দা ?'
'ঐখোয়দি ঙারম্‌দা।'
'তোংব্রম্‌দা, মোইরাংথেম্‌দা।'

থাংনবা খোঙ্‌থাংনা লেপ্পুবদি ঈথীং-চীংথৈ য়োরে। ঈথীং-চীংথৈ অসিদগী অমুক্‌-থাঙ্গ চীংজীন্‌ য়ৌনবা ··· করক্‌ অসিমহু হিনা লানগদৌরি। থোইনা পাকপা ঈপাক্‌ মক্তে, অহুবু ঈথীং কোমজিন্দগীদি থজিক্‌ হন্থবা—তাকমুগী ··· ঈপাক্কী ঈশিংনা··· লোক্লাক পাংনা অরাং পাংনা-চেন্‌বা—মানবা— তুরেল্‌ অচৌবা অমগুম্বনি। থাঙ্গ চীংজীন্দা—ঙারম্‌গা, তোংব্রম্‌গা মোইরাংথেমগা লৈকাই অহুম্‌ অসিগী অঙাং তুপী, অহল অমন্‌ লোইনা থোরক্লুনা······ কুমৈগুম্‌ য়েংনরম্মী, মশক্‌ থঙ্‌বা কাঙ্‌বু য়াওরবদি হরাও-হরাও চঙজফম্‌ পীগদবগুম্‌ ওক্লম্মী। থওইমা হি পুথোক্লরক্লুনা লানখোক্‌পীরম্মী। হিগী মশীংসু যাম্লম্মী; ল'ম্ফোকপা- ইঙাই-ঙাইনদে। মশূ মবেন অহুম্না তোংলিবা হিক্লনা চীংজীন্দা থুংবদা—ঙারমগী মীযাম চল্লবা অহন্‌ অমা, কূমৈ য়েংলিবা ময়াম্‌ মরক্‌ অহুদগী থোরক্লুনা—

হক্লুবী অহুদা—'ঈমা।''
মৌনহা অহুদা—'ঈবেম্মা''

য়োরক্লেদনা-ফরে-ফরে।'' কৌরক্‌পগুম্‌, হায়রক্‌পগুম্‌ ··· ··· । হিক্লংদগী ক'ক্ষান্‌ ক্ষাওবা······হক্লুবী অহুবু মথুং শম্‌হ্নলা পুখৎলী—হুপা অহুনা ; কংকান য়োরগা, চীংজীন্‌ অহুগী থজিক্‌ ঙম্বা মক্তেক্‌ অহুদা······মরি-মরি কাথৎমিন্নরগা,—মোইরাংথেম্‌ লৈকাইদগী—তোংব্রম্‌ তাবা লম্বীনা চীংমায়দা—তোংব্রম লৈকাইগী মমক্তা······ থায়োমদগী-নোংচুপ্‌কি চীংজীন্দুদা কোল্লম্‌লগা······অরাং পাংনা

মায়বু লৈকাই পাংখিনা খোঙ্গ্ নখেল্ মচা অহুদা ভাইহাক লেপ্পী। মৌনহা অহুনা পোম্বিবা অঙাং অহু থাহল্লী! অমুক্ চাকুম্নাঙবগী পোরকপদগী········অমুককাওবা থারক্লিবা অঙাং অহুনা—থাম্বা সুংশাময়ক অহুদা ভাইহাক্ ফাওবা থাবিদা মমাগী মনঙ্গন্দুদা—মমানা লম্বীদা অমুক্ চৈংগুম্দা অমুক্, হিদা অমুক্—চৎপগা-কাবগা-কুম্বগা··· পুন্নমক্ অহু খঙ্বগুম্-খঙ্দবগুম্-ভিঙডক্ মায়ডক্—অমুক্ তুম— অমুক্ মমীৎশিং, হমাংনমু জি-জি—চনগ্গনা নাউহোং অহু কোজোম্ থাহুনা সেগাদা ওন্থহুনা—মথুৎ অনীনা পম্নগা অহন্ অহুদা পী। অহন্ অসি, মৌনহা অসিগী নোঙ্গাপ্পবা মপাগা মত্তাও শাম্নরম্বা······ আ······পীক্লিভৈদগী মৌ অসিনা মশক্ খঙ্লক্লবা "ভারম পাঞ্জী!" হায়না মিঙ্গৌজবা অহন্নী। অহন্ অসিনা অঙাং অহু পম্বদা—মশক্ খঙ্দবগী কিবগুম্—করিগুম্—অহন্দুদা অমুক্য়েং, মমাদা অমুক্য়েং, ···অঙাং অহু পেরক্‌ই—পেহো-পেহো কপ্লক্‌ই।

অহন্ অহুনা-হুপামচা অহুবু ফৈবম্না ওক্লগা পম্নম্বদগী—অঙাংগী শেগ্রাক্ অনীদা মথুৎ নাম্মা-নাম্মা পায়রহুনা······অমুক্ থাঙ্গৎ অমুক্ ওক্-পম, 'ভিং-ভিং চাউরো···" হায়বগুম্—চীংজীন্ অহুদা অরাং পাংনা হুম্লক্পা হুমিদাং রাইরম্গী ইংভক-শীৎলকপা সুংশিৎ— মায়রম্দা হক্চৌক—লাংহল্লি। লীৎলক্লিবা ফুরিংমচা অহু লোৈথোকপী।

"ঈশুদি চাউরম্মেদা!" শোম্না শোম্না লক্লম্বদগী অহন্ অহু মপি তাম্বিনা শঙ্হোদে। মপী তৈথোক্-তৈথোক্লা—

"ঈবেম্মা নচাশে! ·····নৌপ্য অমা হাকুম্ লৈখিদে হায়বহুগা ওম্বোক্লা মাম্নপ্রেদা············।

ঈশুসে চাক্-লাম্বনা মবুকসে পৎ-তৎতোরে, হাপ্লে ঈবেম্মা! অমুক্কী চাক্ চারক্লি······নব্রা!

## হুরাংদো-লৈরাংদো

অসুম্না ঙাঙ্না-ঙাঙ্না অহনশিনা মাঙ্খাহ্নমা মশু-মবেন্ অহন্গা মখুম পাংলকই।

চীংজৌন্দুদগী খঙ্জিক্তং অরাং পাংনা চৎলগা—ঙায়ম্ লৈকাই অহুম্ য়োরে। লৈকাই অহু, চীংমায় অহুদা চৎলিবা খা-রাং পাংবা লম্বী অহুগী মখাদনি,— নোংচুপথংবা ঙম্থত্রিবা চীংমায় অহুনা চীংখোঙদা লোক্তাক্তা শম্ত্রিবা—মরক্ অহুদা মথং-মথং····· কুংনা লৈকাই অহুগী য়ুম্ কুন্ত্রামুক্তনি। থুনয়ায় মপা য়োরবদা, লোক্তাক্ তম্না ঙম্থত্রবা অঙম্বদা—থাক্ থাক্ হক্লবা খোঙলম্বী অহুদা······ পরেং কুম্থমিম্মরি। হহুবী অহুবুদি মোনহা অহুনা শম্মি; মখুং ওয়গী চাকয়োম্ অহুমদি থাদরি—মোনহা অহু। অঙাং অহুমদি—হুপা অহন্ অহুনা পমত্রবনা মো অহু থরদি তয়াং-তয়াংলে, রাই থরদি শংবগুমলে। কুম্থরিবা......থাক্নাইবা লম্বী অহুগী ময়ায় -ওইবদা—ওয়থংবা-খারোম্দা লৈকাই অহুগী ইন্য-কুপ্পা অমত্তা ঙায়রবা মাগুপ্—অহু লাম্লগা বামোন্ ইমুং : থরগা কুমথরগা ওয়থংবা অদোম্দা অপাকপা শূমাঙ্ অমা, শূমাঙ্তুগা শম্মনা য়ুমজাও অনী খত্রাংননা; অরাংথংবা য়ুম্জাও অহুনা অহন্ অহুগী। য়ুম্ অহু অমহুনা—শূমাঙ্ মতোম্দা··· ·ওয়-ওয়নরা থাইদোক্ত্রিবা থাক্ মরী অহুদা হুপা অহন্ অহু কুমথথরে, মশূমবেন্ অহুম্ তুং-ইল্লি। য়ুম্জাও অহুগী মাঙোন্দা কাখৎমিম্মরে। হাম্না অমুক্তা লাক্ত্রিবা য়ুম্নী, মোনহা অহুদি; শিত্রবা মপাগা মতাও শাম্মরম্মী হায়রবমু···খোইনা চৎখোক্কন্দবনা; মবেন্ অহুদি—কয়ারক্ লাক্লম্রবনি; লোইনা অম্মাম্বা ইখঙ্-খঙ্নৈ।

মাঙোন্দুদগী কোয়রৈ-লৈদ্না—মোনহা অহুনা য়েংলি। মথা ইথং-থংবা শূমাঙ্গী মতাইদা · ···মনা-শংনা কুংনা জুম্-জুম্ য়োম্রিবা

হৈনৌজোম্ — পাম্বী, পাম্বীহৃদা পাল্লিবা অশংবা — অমুন্ বা— হৈনৌজোম্‌শীন্দা শীল্লম্ দৌবোই…মুম্না মুম্না য়েংশিন্‌বদা—মত্তিন্ হুম -চুংই ! অরাংশংবা য়েম্নখারোমদা থোরক্নুনা মনীংগী হিংগোন্ মরাদা লেপ্তুনা নোংচুপলোম্‌দা য়েংই— মনীংগী চাউরবা ইংখোল্, লীমোন্- মনানা পুমশং শংনা লেং-লেং চৎলিবা অহুগা অহুম্ শম্নথ্রবা লোক্তাকা, লোক্তাক্তি — কবোকঙ্‌ভনা অয়াংবা ঈপাক উদনা অশংবা ঈথীংচীংখোঙ্গী কাওবা শম্ননা ··লমহাঙ্ মাম্না উম্নবা কবোকঙ্গী —কবোকঙ্-ভাক্তা । চীংমায় অহুম্ পুমশং-শংনা; চীংদোন্ -অহুদনা মনা পুংলবা হৈনৌপাম্বী পয়েং … … লম্না—লম্না ; চীংমায় অহুগী ময়ায়রাইদা খঙ্‌শূক্-শূক্‌চিম্না…শোঙ্না উম্নবা নারক্ অহুদা মুম্না য়েংশিল্লী ; নীংশিংবা অমা য়াওনা—মৌনহা অসি মতাং চাদা- নীংশিংলুরি থুদক্‌শিদা … … … … … … … …
লৈশারিঙৈগী থৌদোক্ অমা—

'নোংমা, মৌনহা অসিনা লৈশাবী মপুং ফারকপা মতম্‌দা, শীখং লৈশাবী হৌনহুনা ঈথীংগী চিনিচম্প্রা। মপান্ হেক্ক্‌সি লাকমিয়খিবা —মৌনহাসিম্ লৈশানা য়াওখিবা ; মাগী মপুরোইবম্‌পাখং অমগুম্ য়াওখিবা……...ঈথীং-চীংগী ভোমখিন্ হৌরম্বা চিনিচম্প্রা পাম্বীগী মনাক্ তাম্না মাগী মপুরোইবনা কুমথহুনা অশাৎপা অশংবা চিনিচম্প্রাগী মপান্ অহমতমক্ হেক্ককপা ; —লাকমিয়বী মমায়বী য়াওনা অমমম্ চিন্দুনা………হুংশিরবা মনম্ অহুবু মাঙ্‌হম্নীংদা কয়া কৃইনা কংত্রিফাওবা লীজখিবা !'

মাপা অহুমক্—মুম্না য়েংলগা নীংশিংবগী মমিদা—অতোপ্পা রাখল্ অমদা উংহুনা ভাইহাক্, লাজেল্লক্‌পনি হায়বা কাউথোক্ক্‌ই । শাংলুয়বা মীৎয়েংনা অমুক্ হম্না তেন্‌শিল্লক্কবদা—চাউরবা ইংখোল্ অহুগী রাভনা …রাশা হিদোক্তনা থায়বা শংবন্ অহুদা মীৎয়েংকম্ থম্নবদা মঙ্‌গুম্ নীংশিংলুয়বা, থোক্‌খিবা কয়াদো—মমি—শামি মাঙ্‌খয়ে ।

তনুহন্-হঞ্জিল্লকুনা মশূমবেন্ অহুম ঙাইহাক্ অরা পোখাবগুম্— মাঙ্গোন্দুদা কম্থৈ; হিংলগদবা মতৌ মায়া নে-ত্তাই। ইংখোম্ং অতুগী অঙাং-অহন্—হন্নরকুনা, থোক্লরকুনা পুমকোয় কোয়রে,— লানগী পাউ হংলৈ, নংহোরোইদবগুম্ পঙহংদা হংজিল্লকই। অথঙ্ বমথৈ—মবেন্ অতুনা অমুক্ তম্, মৌনহা অতুনা অমুক্ তম্, ঙাইহাক্ চাক্ কাওবা চাদ্রি, চাক্য়োম্ য়াওরি-হায়বকাও কাউথোক্লুই। ময়াম্ তুমিন্-তুমিন্ কিনা-কিনা তানৈ;—'এরোপ্লেন্না মৈ হৌনা তাকমুদা তাখিবা বোমগী মখোন্, মোইরাংদা চাক্লহোবা যুম্, লাঞ্জেলকপগী অরাবা…, ।

অয়ুক্কী চাকয়োম্ অতুনা ঙসি নোংমসিগী লেন্নবা, চাকয়োম্ থোক্লুনা চাগে লাঙ্লুই- যুমতুগী হুপা অহন অতুনা কয়াদি শাউথ্রে! 'লামলবম্ন লায়া চাকশা থোংবা ঙাইখো, লৈবিবমথৈ চামীন্নরগা লোইরে!' কযাদি কক্তথোরক্থরে; মতৌত্থুদা কয়াদি ইকায়রে — মশূ মবেন্। কুইহোদে, হুমিদাংগী চাকঙন্ চাবা লোইবদা ঙায়রি; উচিন্-নাচিন্না হিপ্পবা-চানবা খবদি—শিন্নজবম্ন। মরি — মত্তাগী চাউরবা শিংঙম্নরোইদোবা মতে'দগী-লাল্লক্ অতুদা, মৈচ্রাং অতুদা … … খিল্লক্লিররে। কয়াদি রানা—মথং-মথং পোংশিংহু থঙ্-নবদা— মনগাড়িদা অমুক্-কোক্তা নমদা লেংবান্দা অমুক্,- হিদা অমুক্… রারমলমগদোবা? "খবমথৈদি চাক্হোরে, হান্না হোন্দোকপা নংহোব- অতুমথৈদি — পোংনা অমা মাঙ্হন্দা হয়েং হোনবিরক্খিনি।": থাজবা পীবীরম্মী-মশূমবেন্দা; অতুবু—তানফম্ অসিদা …… থাজব খরদি রাংলি! মশূমবেন্ মপুক্লিংদা থনুজে—"ওস্পোক্লা রানা লৈত -লৈত শাজবা য়ুমিদা! চাকথ্রবকো!"

নোংঙানুথোরক্লই ঙরাংগুম্—। অহিং অতুমা হৌখি। ঙসিনা মীগী ময়ুমদা—শাইদাংহুনা—ইহৈ-হৈনীংদনা ইওন—ওয়না! মৌনহা

অহু—অয়ুক্ হৌগংলকপদা—শূমাঙ্ অকোয়বহু কোয়চৎ চত্নু্বা য়েংই ;—হৈনৌজোম্ পাম্বীহুগী মখোঙ্ময়াদা অচৌবা কোপ্- হায়বা কোম্ অমা-মোইরাংদা য়ুমথোং থুঙ্গিংগী থুপননবা শেম্নবা কোম্ অহুগুম্বনি ;—"কন্নিগুম্বা এয়োপ্লেন্না পাইরক্লগা মসিদা চঙ্হুনা লোৎপা হায়বহুনি" খঙজিল্লি। অঙনুবা অয়ুক্ অসিমক্তদা খঙ্হৌদে ! অমুক্তন্সু অহুক্ নেম্না লৈকায় অহু লান্না পাইখিত্রিবনি ! অহুবু ঙসিদি- —সেন্দ্রাদগী—ঈথীং, ঈথীংদগী থাঙ্গ-নেম্না-নেম্না ...... লৈন-লৈনা —চয়াং মশা মান্না পান্বা এরোপ্লেন্ অমা পাইরম্নি। মখোল্ হেক্ ভাবদগী য়োরকত্রিঙৈ, নক্শিল্লকত্রিঙৈ;—কোম্ অহুদা চঙ্হৌবা নংনবা ইমুং অনীহুগী তুম্নবা ফাওবা হৌদোকহুনা হোম্ভোক্নয়কই; চঙ্নথি। মোনহাহুন্সু — পরপ-পরপ্ শূমাঙ্দগী — অরাং-থংবা য়ুমজাওহুদা চেন্শীন্থিহুনা লৈবাক্তা থাবা ফমুংদগী—মচা হুপাহু হৌদোকতথৈ মথাদা কোনশিন্দুনা, মবেল্ অহুবু মথুৎনা চিংহুনা —কোম্ অহু তম্না হোৎচিল্লি। ওম্মোক্পা হায়বহুনি ! মশূমবেন্ অহুম অহু চঙহনবীত্রে। কোম্ মহুং অহুদগী লাউরক্পা তান্ন—

"চঙলকহু ! চঙলকহু !

'নখোয়না চেনবীরক্কুনা ঐখোয়ফাওবা শিঁহনবীদোরে।' শিনীংদবা ঙাক্তনি ; মখোন্ অহুনা নকশিল্লক্লিবা মথৈ—"কয়ম্নো ! কয়ম্নো?" ......মিহুন তিং-তিং চোংনবা ঙাক্লি ; লশিংনা মনাদা কিনবনা মেম্নবা ঙাক্লি। কোম্-বান অহুদা মশূমবেন্ অহুম্ চঙ্বদি চঙনিঙ্, চঙ্হন্বদি—চঙহন্বীদা ; কোম্বান্ অহুদা মপি চহুম-চহুম্ তারহুনা অঙাং অহুবুদি মশূ-মবেন্ অনী চঙ্হুনা চেজেৎ কারক্তা কোনশিন্বিহুনা —কন্বা ঙম্দা ঙম্গদোবগুম্...পাইশিল্লকলিবা এয়োপ্লেন্ অহুদা মমীৎ থম্—"বোম্ থাদয়মদা পাইগ্রবদিকো?" হায়বা লাইনিঙ্ ওইরিবা ......অম্মা, মশূমবেন্ অহুম্ পুল্লপ্, শূপ্চীয়হুনা লৈরিবা

মত্তৌহৃ......মখোয়না থুংলুপ্লিবা ইমুং অহুগী য়ুম্‌বু হুপা অহন্‌ অহু উই। অহান্‌বদদি—"কোম্‌দা চঙজপ্রনিদা।" খল্লম্মী; অমুক্‌মু—"কোম্‌দা চঙ্‌নীংদহনা চঙ্‌ত্রিমাল্লে!" হায়বসু খল্লই; কোন্‌থঙ্‌বদি—চঙ্‌হন্‌বীত্রমাল্লে; হায়বা অশেংবা খঙ্‌লগদি অহুম্‌হুগী মনাক্তা চঙ্‌শিল্লক্লে। থোইনা পঙ্‌কান্‌ কায়বদি নত্তে, অহন্‌ অহু··· হুংঙাইতবা অমগা য়াওনা—"মশূ—মবেন্‌সে মপূক্লিং হুংশিত্রনি!" খন্‌জীল্লুবা অমগন,—

"ঈবেম্মা ইমুংদা চঙ্‌শি!
ঈপাগী য়ুম্‌শিদি বোম্‌ তোপ্‌ চঙ্‌বা ঙম্‌বপোৎনত্তে;
য়েংঙোই ঐসু চঙ্‌ত্রিবসিদি!.........
হৌগৎলো! হৌগৎলো!
কোম্‌দা চঙ্‌দবা য়াদে, কি হায়রগা—
ঈপানা কোম্‌ অমা হৌজিক্‌ তৌবীনি।"

হায়না—হায়না থেয়-থেয়—মশূমবেন্‌ অহুম্‌হু মাংগোন্‌—লোম্‌দা পুশিল্লকই—

"তো-পাইত্রেদোসে
মখোন্‌বু তারিবরনে?"

অম্‌মা খঙ্‌হৌব।— এবোপ্লেন্‌ অহু অহুম্‌ থাপ্‌তোক্‌ত্রে; অমুক্‌ হল্লক্তরে। কয়াদি শিংনা···থৌনা হাপ্পীরে। খুদক্‌ অহুদা কোম্‌ তন্‌তৌ—তৌবা হৌত্রে।

য়াত্তনা তোঙানুরা শঙ্গোয় অমা শাবীহুনা—মতম্‌ থরা লৈজরবনু হুংঙাইনা মনীং তম্মা লৈজসনু, 'থন্‌বীহুনা, অহল্‌ অসিনা মশূমবেন্‌ অহুম্‌গী তোংঙান্‌না লৈকম্‌ শেমবীরে। চাম্না—চিম্‌না য়ুমলোয়বগুম্‌ মরি মতাগুম, লৈত্তা—লায়রা তাথোক্‌—তাশীন্না—লৈমিয়রকই। অঙাং অহুবু মমানা মবেনথোনা "ঈবুংঙো" ··· ··· কৌবগুম্‌ হুপা

অহলেসিনমু হেয়া হুংশিনা কৌই ; মচাদা—মশুগুম, হুংকিগী পোবী, ঙা অচৌবা অমত্তং—কাবদা, অঙাংসিগীনি হায়না শরুক্ হায়া তম বীরৈ ; মশু' চা-ননবনি হায়রুনা অমা ওইরবসু অমা ওইরবসু পীরবা নোংমগী ভোক্তে।

নোংমা-নোংমা লাল্লগা লালুগী পাউ মথং-মথং লাকৃই, ঙারম্ য়োরকৃই। অচুম্বা পাউ কয়া চুম্না য়োরকৃই ; অচুম্বা কয়াসু মথোয় হাপ্পবদা—'সুপা অমনা ঈ ঙাংশং ঙাওনা ওয়' হায়বা পাউনা—'মুশুক্ মুনা ওয়'— 'কাকুমুকমুনা ওয়' মমৈথংদদি "সুপা অমনা কাক্ ওয়' হায়না তম্নবগুম্না অমদগী অমদা মথং-মথং, মথং-মথং শিনবা পাউখোম্না ওন্না তৈনা—অশেংবা পাউখোন্ মাঙ্খি হায়বগুম, —লালুগী পাউনী-মথোয় হেয় তম্নবা ঙাক্তা চৎনবীগুম্। অসুম্না লাল্লকৃকি পাউশিং—

'মোইরাংদা টেঙ্ক থৌজিল্হৌরে।
কোঞ্জেংবমদা জাপানুগী কেম্প শাখরে।
আই-এন এ সিফাইশিংনা কংলাগী শুরুংদা ফিরাল্ য়ুংখরে।
বৃটিসকি সিফাইসিং বীসেনুপুর য়োনা তকৃথায়খরে।
লোকৃপাচীংদা য়েরুবা মশেন্ কাপথায়নবদা কয়া শিনখরে।
বোম্ তাবদা অহুম য়াওখরে, মহু-মহু শিখরে।
মখোয় অহুম্ চৎমিন্নবদা···বোম্ থাদরক্নুনা পোকৃথায়বদা—
লংথংলকৃপা লৈপাকৃনা ননবদা অনীহুমদি শিখরে,মানা হিংহৌরে।
জাপানগী মতেং পাংলুই হায়বা কাঙ্বু থিররে—
কররনি—অহুবুদি। আই-এন এ য়াওরুবনা করে—থিদে;
মখোয় অহুমহু চৎমীন্নখরে। নোংমা পানুবা চৎহৈদে—নংদে।"

'লাল্ নেমলে' হায়বগী পাউদি ঙাইনা—ঙাইনা লাক্রি ; 'কনুশীল্লক্লে' হায়বতনা—অশি অনাগী পাউনা হেয়-হেয়া কিহল্লী। তাঙ্দবা—পোং লৈশিল্লক্তরে—তাঙ্লবসু ভাঙ্না চাদবদি য়াদবনা, হিংদবদি

য়াদবনা···অহূম নৈনৈ—য়োন্নৈ। কুইনদগী তু'শিঙ্গররুবা সেক্ষু কারথোক্লহুন্না—পাম্মূদবমথে,—হিংনেবা...মাসী-মাগী লাক্লরি। হেন্না -কন্নাম্-চাউবা মীওই য়াওনহুনা হুরান চীন্নীদা মপুক্ থন্নবা হোৎনবদা—সিকাইগী থুম্-বোড়া, অতৈ চান-থক্লবা পোৎ হুরাক্লুবদা—কাহুনা পুথ্রে, হাৎথ্রে। 'ক্লরগা থাদোরকই' হায়নবা ভন্নরকপা পাউন্থ মথং-মথং। পোৎকা-পোৎকা ওন্নবকৃই হায়বা—'সঙ্গোম কৌতা, ঙা-শাগী কৌতা···অনৌবা হৈনবা—হৈনদবা চীঙাক্ মথন-মথন্ থাঙ্গ য়োনরকৃই।

'ওসিদি মফবে, হয়েংগীদি, করম্থোক্লগবা? কদায়ন্নাইদা অমুক্ চেনৃবা ভাগদৌরিবা?' অমত্তা থওনদবনা; যুমথোঙ্ খুদিং লাঞ্জেল্লকৃপা পুম্বা মিপাইনবা হেনগৎনরকই! কয়াম্—কুইনা নৈরগা লানৃগায় কানগদৌরিবা? অহূতনি লাইনীং ওইনরিবা।

চাননবা থৌগাং লাঙ্নবা তোক্লদে—চেংপাক শুনৈ—থুমথোং খুদিং। চেংপাক্ৃভনা ওইরবসু মতম্ থরদি য়ানবা। মৌশিং নৈশাবীশিং —ফিশা-লোনশা থোইনা থওইনৃদে। থবক্ অতৈ থোয়জঙ্নদে,—চেংপাক্ওবা অনৌবা মথৌ ওইরক্থি। পুনসিন্ পুনসিন্...লাল্গী পাউগী য়ারেম্ শূবনা মথৌলোইনা ওইনরি।

নোংমদি, অয়ুক্ অমা। নৈশাবী অনী শূক্ লওননা চেংপাক্ শুই;—মৌনহা অহূনা শূম্বন্ মহুংগী চেংপাক্ পাকৃশিন্নহুনা নপ্শিন্নরিবা,— রাচেংকী থাবৈগুম্বা অমনা মমুন্ ফানা মান্ননা -মুন্নবা······ওৎলী, খোমজীল্লী। অচৌবা শূমাঙ্ অহূগী ময়ায়ন্নাইদনি। শুরিবা চেংপাক্ অহুবু চানীংবনা মিতাহুনা ... অঙাংশিং মরি-মঙা শূম্বন্ অকোয়বদা ওম্শীল্লি। লাল্ মহুংগী অঙাংশিং — য়াওবসু থিক্ হেন্না য়াওই। লানৃগায়নত্রিঙৈ—অঙাংশিং মনীংতম্নবনি······ কৈথেনদসু চৎপনে, কোয়চেন্ চেন্দূনা মযুম্ হঞ্জিল্লি-খঙ্দা

অম্ হাঙ্‌লিংদা শামহুনত্তা লৈনরম্বনি। শূমাঙ্‌দগী হেক্তো মমা-মপাগী মরাক্তগী ইলাপ্—লাপ্‌থোক্লহন্দবনা — অকা—অপুন্‌গুম্ কপান্ পোক্লহন্দবনা—হেক্ হৌগৎপদগী তুম্লম্‌দাইরাওবা…… চাম্লোত্তনি …… মমা-মপাদা ওংলিম্লা। অচাপোৎকুম্ চেংপাক্—অঙাংগা ঙামোক্ ওইবনা, চেংপাক্‌শুরিবা শূম্বন্দগী—কৌমান্ মাওই য়াওদে থিদে। লাক-লাক্লুনা চানৈ অমনা অমদগী অমুক্ ·····লাক্ল লাক্লা …শূম্বন্ অকোয়বন্থ পূমচাই—চাইরে।’ শুম্লিবী লৈপাবীশিংহুনা —হেনমন্‌খ্রে হায়না-“য়াওম্ম য়াওখ্রে!“……তাম-তাম্না—কোক্‌লিনা অঙাংশিংহুদা ‘কাক্ কাক্’ খৎতুনা তান্থোক্লে। মমাগী মনাক্তা অঙাং অহুম্ম—অতৈগুম্ চাগদবগী, লাক্লদবগী—মমাগী মনাক্ত শুম্না শুম্না শল্লে-তাবগুম্ ওংহুনা লৈরি। মহাক্‌ম্ম লাক্লে হায়রহুনা মমাগী চেংপাক্ ওৎলীবা য়েংথংবা মথূৎকী কাংতক্‌পা লেপাদা শৎ লীংশিল্লক্‌খি—অতৈ অঙাংশিংগী মতৌ তমহুনা, লক্লরিবা শূক অহুনা তান্দা…থিংজিল্লক্লিবা মখূৎ মচা অহুনা পূম্না শুপায়রগদবগুম, শুথনরক্লিবা শূক্ অনীহু খংলেপ্ লেপ্লে; থেংথাং কানা কানা—তপ্না -তপ্না শূম্বল মথক্তা লৈথোক্লহুনা অঙাং অহুগী মখূৎ লোক্তনবা— অহুবু, চেংপাক্ থূবাম্ মচাহু হম্না পায়হুনা শৎ শৎকথলক্‌পা থূৎনা ……অফিং-অকাই ওইনা—মশারোম্‌দা—থেংথাংকানা থাদরক্‌পা শূক্ অমনা শাফুদি কয়া কন্‌কান্তা ········ শূক্লি কোম্হাঙ্‌মচি অমনা অঙাং অহুগী মখূৎ মতোন্দা ‘তোক্’! থূবাম্ পায়রম্বা চেংপাক্ অহু থংথা থাদোক্‌ই! শাফূ কন্দ্রবম্ম শূম্বল্‌গা—শূকা অনীগী কারক্তা থোৎখ্রবা থূৎশাগী থূদোম্বী অহুমদি অঙাং অহুগী-পূমতোই তোইবগুম্ — শরুক-য়ৌনা—ঈ ফুরু ফুরু। হিদাক্ লৈতে। তেরাপাইবী মনা শুগাইহুনা থোম্বা নত্তনা···। অহুনা তেরা পাইবী কোয়থি-থিহুনা লীমোন্‌মনা মরক্তা হৌরম্বা হেক্লুনা-শুগাইহুনা থোম্বদা···ঈদি থক্‌খ্রে।

অহুবু ; শোন্নদনদি শৈনাইগদৌরি। মমানা শোঙ্গে—"শোন্নক্রেঙনা ঈচাসে! শৈনাইরনিকে'! "সোম্ন-সোম্না, পাখৎচৈ চেংপাক্ ভুবন্মু লেপ্পরে, ,হুমীত্তুগী তারম্‌গী মুপা অহল্ "পাজি," মচা শিখিবদা ভুঙাইখিদবা অহুদগী হেন্ন হুঙাইখিদ্রে ; হুমীৎতুদি, মহাক্‌মু পাৎ-কুম্‌দবা ওইরম্বনা পুম্নমক্ কৃষ্মৈগুম্ হুংঙাইনা য়েংলম্বনী-মশুহুমা মথুৎ শোক্লবা—"ঈমা! "হায়না কপ্লকৃপদা—থুক্ লাউনা, ফুক্ হৌগৎলক্তুনা চেনশীল্লক্‌খি অঙাং অহুনা মমাহুদা কোঙ্গহুনা হুমাং জি জি শৌনা ... .. পেহৌ—,পেহৌ কপ্লীবা,—মমাহুনা অশোক্‌পা অহু মঙোল্দা চৈনা ফংবগুম্ মচানা কপ্লীবা অহুদগী হেন্না কপ্‌নীংবগুম্ খাঙ্‌কম্‌খঙ্‌দ্রবা ; শেন্নজরিবা, তেরাপাইবী থোম্নবা হোৎনবনা মথুৎ থক্ থক্ নীক্‌তুনা খাঙ্‌ঙমদবা......তাল্লক্ অহুদা...অহল্ অহুনা হেন্না হৈগদবগুম্...মনঙ্গদা তনুপো পোখৎতুনা কোয়লাউ-লাউই—কপ্লীবা মশু অহু থেম্নবা 'হুম্'—থেম্মী। চেংপাক্ মচংঙাক্তা তনুথৈ—থৈহন্দুনা—মেন্নাক অমা থন্না হাপ্‌হন্দুনা — মথুৎয়েংনা পায়রহুনা—মনঙ্গদা পোরিবা অঙাং অহুদা উৎতুনা—

"ঈশূগীদি য়েংঙুসে!...... ..
মেন্নাক্ পীক থন্না—যেংঙো!
পেন্না চাখোকৃউ, ঈপু ইনবীগে · সে! সে!
নয়া কাখোকউ হায়বা—সে! সে!"

অচাপোৎ পীহুনা অঙাং থেম্নগুম্—চেংপাক্ উত্তুনা থেম্মী। অনাবা চৈনাখোন্ অহুনা..... অঙাং অহুদি—পেহৌ—পেহৌ কপ্লী। লালগী মরক্তা—লাল্ অমনি। কৃষ্মৈনি।

লাল্‌বু কিহুনা চেম্নরক্লবা,—শিগদবদগী নাম্বোক্লক্‌পগুম্...... নে-তানা হিংগদবা মান্না লাঙেল্লক্লবন্মু—চুম্না নাহুনা শিবা হায়বসি লাল্লক্তম্নু হেক্তা ময়াওরৈ। লাল্লক্লী হায়ত্তনন্মু—হৌনবী চৎনবীদি

থানজ্রি, লৈত্রবসু লৈত, চাউরবসু—চাউত্রবসু—শোরাংসু অহুম্ তোক্লদরি। মশূমবেন্গী নক্লবা মরি থোক্লবা, ...... মোইরাংদদি মখোরগী হিঙ্গোম্নুংদা তাংহুনা ময়ুম্গুম্ য়ুম্লোমরম্বা, লাঞ্জেল্লকপদদি সেম্রাদা লৈহৌরবা—ইমুংঅহুগী অহল্ অমা—লাল্লক্ অহুদা চুম্না লাহুনা শিরে। মতম্ অহু, লাঞ্জেল্লক্পা থা অনী ফাজীল্লক্লবনি। অহন্‌বু শিবদা—মশূ মবেন্দা ঙারম্দন্দ—সেম্রাদগী পাউ থারক্ই। — 'শোরাং লাক্লবা য়াদে'—হায়রক্লবসু·· চত্তবা য়াদবা থোক্লবনি।

শোরাং হুমীংনি। ঙরাংদগী হহুবী-মবেন্ অহুদি সেম্রাদা ······ শোরাং য়াওবা চংগ্রবনি। মৌনহা অহুদি — শোরাং হুমীংকি অয়ুক্সিদা চংনবা শেম্শারি—মচা শিমরম্লবা, করি চাহৌগদবা, করি থক্হৌগদবা, কনানা শেম্নরম্নবা—কোয়লাঙ্ লাঙ্লি। মমাগী মতৌ অহুদা ·····মচা অহুসু মমা চংখিগদৌরে থঙ্বগুম্—ঙাইহাক্ ফাওবা মমাদগী থাপ্তোক্লা শামৌ য়াখিদরে ; শল্লে তাবগুম্ মমাগী মনাক্তা - ফিনা অমুক্ পায়, ফনেক্ ফিনাদা অমুক্ য়ান্, অমুক্ মমাগী মনঙ্গন্দা কোন্—মবেন্‌থোনা ঙরাংদগী উদবনে-ইহাঙ্-হাঙবগুম্ মমাবু শূকথা থাদরে। ঙারম্ চীংজীন্দগী তাক্মু ফাওহুনা হিদা চংকদবা অহুমগনে—মচাহু ফনা পুনিঙ্হুনসু—য়ারবদি থম্লম্বনা কৈ থন্দূনা—অমদা শিমৈ—লৈহৌ য়াদা, অমবু ঙাইহাক্—পোহন্‌গে থোঙ্গংলুই—ফিত্রিং·ফিত্রিং চোংহুনা নপ্পুকাও য়াদা—য়াগজা-য়াগত্রা —ফনা থেম্হুনা হোংনরিবৈঙে, থেঙজীল্লক্খি। থেঙ্না— থেঙ্জীল্লক্পনে, মচাহুনা লৈহৌ হায়বা য়ামন্দবা অহুদনে······ করম্দি থম্লম্গনি? পুবদা তারে। "ঙন্তা হেক্ হল্লক্উ! করি থুদোংথীনিংঙাইনো? হুমিং তারক্রিবৈঙেদা হেক্ হল্লক্উ।' হায়রক্পনে; ···· মচাহু মকি-মরোন-শেংচিন্‌বীরে। অয়ুক্ চাক্চমাঙ্ অহুদা, মমা-মচাদো ঈনজীংহি মপুক্ তপ্পা অমা থন্দূনা

মনীংগী মিথাংক্রম্‌দগী হোন্দোরক্‌ই। ঈথীংথাঙ চীংজক, কাওল্লা —ভাকমু তুবং শম্‌হুনা সেন্দ্রা চীংগোন্‌ য়োনবা হোল্লক্‌ই।

ঈঙা থাগী মবুক্‌ থল্লবা তাকমু ঈশাঙ্গী। হুশিং তাত্রিবা অমুক্‌ ওইবনা ঈমাঙ্গী অরাঙ্‌বা লৈতে। মবুক্‌ তপ্পবা পুখ্রিগুম্না থোইদোক্লা কিবা কাওদে—মৌনহা অহু মচা য়াওবহুদা খজিক্‌ চিংনরুবগী থনুবগী রানি; অচৌবা শিগুম্না ঈপাক্তা হৈনহুনা লাক্লবমা থোইনা নাচুংলুদে —হোনগদবা অহুম্‌ চাং কায়দা হোল্লি, নৌ ওংলী। ঈচাউগী খহি লাক্‌পগা ঈরোয়ননা......হৈকল্লা ময়োন্‌ চোংহুনা......য়েল্লী ওইনা ঈহুংক্কাওহুনা ঈপান্‌ লাংনা য়েনা পানখৎলল্লবা মতম, অরংবা ঈপাক্‌ ওইনা উত্রবা, অশংবা লমহাঙগুম্‌ তাম্না উরিব—মমা-মচাদা তোংহুনা ঈপাক্‌ অহু লাম্না হোন্‌গদবা ওইরবসু থোইনা চিংনরুদে। হুংশানা য়ক্‌লাউনা শাগৎলকুনা.....ঈমায়দগী হুমীৎ মশেল্লা মায়দা হজীল য়ৈরবগী—য়াল্লা কাথেক্কদবগুম্‌ অশাবা অহুবুদি "শাঞ্জেদা!" হায়না অমুক্‌ অনীরক্তি ঈয়ায় য়ৌরক্‌পদা শোন্‌খি। সেন্দ্রা চীংগোনগী হামজীনবা কোজিন্দা হোজিন্দুনা—চীংথোঙ্‌দা থানরম্লিবা হি মরক্‌শিং অহুদা—হি থাংলে। শোরাংকী চপ্‌-চাবী ফিরোল্‌ শেৎলক্‌পনা, ফিজেৎ অহুতনসু কেবগীসু ওইরবা...থোইনা অমা হোংত্রবা হৈনবী ফিজেং — মপুরোইবনা লৈতবা মতুংদগীনি ;...অহুম শোরাং শোন্‌কম্‌ তম্না চঙ্‌শিন্‌খ্রে—মমা-মচা।

শোরাং লোইরদা হুমীৎ তাগদৌরি। মচাহুপা অহুদি-কুইনা থা অমা অনী উনরুত্রবা হৌমীন-কাম্মীন্নরক্‌পা ময়াম, অহুগা মাবু লুনা তৌবিখিবা, পোবীখিবা মৌনহা—অহল্‌ কয়া উনবদা—কয়াদি মথরায় হুংঙাইনা—কোয়লাঙ্‌-লাঙ্‌জহুনা......অমগী মনাক্তা অমুক্‌ চঙ্‌, অমগী মতম্বাক্তা অমুক্‌ কাথৎ—মমাগী মনাক্তা লৈগনি হায়বফাও কাউথোক্‌পমথে হুংঙাইজরি। শোরাং লোইরবদা—হন্নগদবা কয়া

মথং-মথং হৃন্নখরে। মবেনুবোক্ অত্তুদি—'হয়েং অমুক্ ভাক্তবা য়াওরগা থিঙ্গরক্লসহু'—হায়না অহুম্ সেন্দ্রাঙ্গা লৈহৌরে। মমা-মচা অহু, ভনাই লাকপগুম্ হিদা হনুগদৌরি। হুংশিং তাদ্রি। করিমু খুদোং থীরোই থন্না—হিথাংকম্‌কাওবা ময়াম্ থিদোরকৃই—"চংলগে" 'লৈহৌরগে" হায়তুনা হিথক্তা মমা-মচা কাহুনা—ছিক্লবাক্‌ময়াদা মচাহু থূক্তউ অনীনা চপ্তুনা সেন্দ্রা চীংগোন্দগী হোন্দোরকৃই। হোল্লক্লিবা হি অত্নুনা……মাঙগী হোনৃগদবা শক্লক্লা য়ামশিল্লক্রুবা …… তুংগী শক্লক্লা শাংহৌরবা, …… তাকৃমু ঈমায় লানৃশীল্লকুনা ……থাঙ্গ চীংজীনৃ — ঈথীং চীংমৈ—অনীগী কারক্ — য়োগদবা য়ামৃশিল্লক্রুবা—খঙহৌদে! হুমিদাংরাইরম্‌গী অইঙবা হুংশিংনা— অশিং—অরানৃ পম্বাগী মচিং লাকুনা—নোংচুপ্তগী—নোংপোক্ পাংনা শিংলকৃপা হুংশিংনা—পাক্লবা লোক্তাক্তী ঈথক্লা—ফুবালা মমাঙদগী চাউনা… ‥তান্নরকৃপগুম্ মথং মথং চাউনা ভাওনা……ঈপোম্ হৌনা -হৌনা লাকৃপনা—সেন্দ্রা অমম্নুং ঈথীং চীংখোঙদা থেংলহুনা কায়প্রবম্নু…… চীংজীনৃ অনীগী কারক্তা লীংশিল্লকুনা……তাকৃমু ঈপাক্তা কাওজিল্লকৃনা পিক্লা হৌরম্বা ঈথক্‌শিংদা…চাউবা হাপ্লন্নি। সেন্দ্রা চীংনা খনৃদোক্‌প্রবা মপা অত্তুদি—চুম্নগী অনেম্বা ঈথক্লী, ঈথীংগী মথাথংবা চীংখোঙ্ পরেংগী তাক্‌মুগী ঈমায়দি …‥অচৌবা ঈথক্লা ঈরাং হৌনা-হৌনা, রাংনা—অনেম্-অরাং……ঈমায়গী থেন্নবা থম্বগুম্,—কৈবুল লমজাউ খোঙয়া তান্না চাউবা তান্নখরি। হোজিল্লক্লিবা মমা-মচা ভোংলিবা হিনা—মপা চানা অচৌবা ঈথক্‌শিংগী মনাক্ খংনক্ নক্‌শিল্লক্‌পদা…… হিহু হিনাউদগী হিক্ল কাওবা ফর—ফর! অসিগুম্বা ঈথক্তী মপৈশিংনা অহুক্ তম্‌থীরম্‌গনি হায়বা কল্লারক্ তারবম্ন…….. অমুক্ কাওবা থেংনরক্রিবা…… খঙলক্রিবা। অহানুবদা, ঈথক্‌শিং অসি লানুবা ভনগদরা হায়না

মমাঙলোমদা হোজিল্লি। মনিঙ্দা কৎ-লাউনা খুদক্কুদা—হনুবা য়াবস্থ নত্তে। হেক্ মপা য়ৌনা হোজিল্লক্পদা—হিপী হিবানুগা ঈথক্শিংগা থেংনবদা……ঈৱীক্শিংনা হিহুবু লাক্হন্দুনা ঈরোম্বুংদা উম্শিনুগদবগুম্…হিহুংদা ঈরিক্ চোংশিল্লক্থি! ঈথক্পী শাফু খুদিংদা হি অহুনা থাদোং—থাদোং হল্লক্পদা—নৌ-ওৎকম্ খণ্ডে। হিমায় চুম্ফম্—কণ্ডাওনরক্ই। মিপাইজবক্ই মমা। তিঙঙক্—তিঙঙক্ কোয়রেং য়েংই মচাহুনা। হিদা লাক্কুনবা, ঈশিংদা চঙদনবা .. হোৎনরকই — মৌনহা অহু। —য়ৌনীংবা—থুনীংবা মকম্দা তাউথখিহুনা থুংলুরবস্থ…অমস্থদা, কাঙ্মরক্তা কাঙ্না চাহুনা শিরবস্থ —ঈৱাক্লহুনদি শিদনবা—নৌ অহু নাকন্ অমদগী অমদা শিল্লোন্- —শিনজিন্—অক্ষিং-অকাই পংওত্তা ওৎলি। ওৎলিবমথৈ—হি অহু উরু—উরু লৈদুনতা লৈরে। অরুবা ওইরক্ই! কদোমদা ওত্তুনা করম্বা মায়ওন্দা, করম্বা মায়কৈদা হিমায় চুম্নগা—তিহুদা লাক্কুনবা হোৎনসিগে থন্না-থন্না—পল্লেপ্ফম্ থঙজিল্লক্তে। হিহুবু হিমায় চুম্নগদরা? চোংশিল্লক্নীবা ঈথক্পী ঈশিং য়ামথৎলক্নীবা অহুবু শীৎতোক্কদরা? করম্ হায়না ঈশিংদা চঙ্দনবা লাক্লশিগে? .. চঙ্প্রবা অহুস্থ শীৎতোক্কবা য়াশিল্লক্তে। লুংশিংস্থ নেমদ্রি। ঈথক্শিংস্থ চাউবা অস্থুম্-অস্থুম্ হেনগৎলক্পোই নীংলী। পুম্নমক্পী মথক্তা পীক্লিবা মচা অহুগীওনি থল্লীবা। মচাগী দমক্তা হিংজবগুম্ হিংজরবা মমা অমস্থ ওইরিবী, থনগৎলক্ই তাঞ্জা অসিদা—

"হিসে লাক্লবদি—
ঐগীদি হিংবা য়াইকো
ঈচাদি শিরেকো!"

অরাবগী খোম্মোক্ অমত্তদি খোক্তি—মচীন্দগী। মখুক্উ অনীনা চন্নীবা মচা অহু লেঙ্দনবা—তাদনবা হেন্না কম্না চপ্শীন্দুনা . …

ঈশিংগী মরীক্না পুমচোৎ-চ্রোৎলরা ইন্নকি লম্বু চথাংদা কম্না পুনুশিন্দুনা—নীংথেংনা—হিচুংচুগী ঈশিং মরক্তুদা কমথরে। চরম্ কংথরে পাখৎপনা……অহুম্—থুজগী নৌ অহুমদি খাদরি। ওংলী—অমদগী অমদা লামচুনা ওংপনা অন্নাংপাংনা হোল্লকপা হিগী হিমায় নোংচুপ্ ওনখ্রে, চুংশিংকী মায়য়োক্তা হোন্‌গংলগঙা ঈথকী ঈশিং চঙ্লক্তে। অম্মুয়া ঙাইহাক্নী। চুংশিং লেপ্তে ঈথক্ নেম্বা লৈতে। মমশীল্লকপন্তু অম্নুম্—অম্নুম্ মমশীল্লকই—চুমীং ঙাগ্রবনা। থন্না কুইথন্নকদি ঈশিংগী মরীক্—মরীক্না হি-দি শোয়দনা লাক্কদোরি। নোংচুপ্ ওল্লীব হিনাউনা মরায় কাঙ্তক্…মন্নি—মন্নিবা অহুদা……হেন্না থাপ্না উরিবা সেন্দ্রাগী চীংমৈ—চীংলুকোক্ অত্তা য়েৌবা ওন্নবদি থনবনা—নৌওং কন্না ওংলকই, হিংগদবা মানবগী থৌনা ফাওন্নকঈ। ফনা নরুচুনম্নু—ঈথীং চীংগী চীংখোঙ্দা—হিমা-হিমায় ওনশীনবা য়াত্রবদা—নক্না-নক্না ফনা য়োনীংচুনম্নু…… য়োঙ্গয়রোইদবা!—লাপ্ থোক্না থয়মই। সেন্দ্রাদা হনবা শোযত্রেদনা—থনগংলকই। মরায়—কাঙ্লবা হিনাউ অহুদা—মথং—মথং লাকপা ঈথক্শিংনা য়ৈরবদা—হিয়ায়দা ফুগংপগুম্…খাংদোং থাংদোং থাংবিবগুম্ থাংবা-খোঙ চত্তা… নৌগীওংপা নৌওংনা শাকু শীচুনা হোনগংলকপা… তপ্ন-তপ্না চংলবোই নীংহনু… নৌগী ভাম্বা থুজিল্লী। অম্নুম—অম্নুম্ নক্শিল্লকই। —থাজবা ফাওত্নুনা, 'লাক্নরোই হিসে … থন্না থন্না… সেন্দ্রা চীংমৈনা থন্-শিহুনা ঈথক্ হোত্রবা ঈমায়দা লাক্শিল্লকই।

"ঈচা শিরেসনা! ঈচা শিরেমনা!"

হাপ্নবা রাহৈনা মখোন্ থোক্তি-থোক্নদা…থজুংদা ওমচুনা—চরম্ কংরমহৈ থৌনা পাকন হাপ্লকপা—মমানিগী,—ক্রন্তনা ওংলীবা নোংদা—নৌওং কনাহন্‌শিরা—হিনাউ অহুনা সেন্দ্রা চীংমৈগী ভাক্মু খোঙ্বান্দা দং থেংবদা—

## "ঈচা হিংলে ! ঈচা হিংলে !"

খোজেল্না মখোন্ থোক্লা লাউরক্পা !—তাক্মুগী ঈম্নায়দা হৌরিবা ঈথক্পু নম্হৎপগুম্—ঈপাক্থুংনা নিল্হনবগুম্—মহৌশাগী চৎনবী খোঙ্চৎ কায়রুবগী কিরমাল্লে ?—তপ্না-তপ্না ঈশিং নেমখি। ঈমায় ঈরাঙ নৈম্খি। ঈথক্কি ঈপোম্ পীক্থখি। পুমচীক চীকখি। থুক্উ-কারক্কী মচা অত্ত মথাদা চেৎনা চেজেং·· কম্না - কম্না কোন্থজ্না ... ... অমম্বা অত্তুদা কপ্থৈ-কপ্পুরগা— · হনবা য়ারে হায়বা নীংশিংলকই। ছি অত্থ্ অমুক্ হোন্দ্রবদি য়োরোইদবনিনা—হিহোল্লক্ই। য়াচঙ্বা মতম্দা—ঙারম্দা থুংলে। অকিবা,—অরাবা, থুদোংথীবা কয়াত্থ—পাউ ওইনা তম্ন-তম্নগা নীংশিং - নীংশিং কপ্পী। 'কৈ—কিহ্না চেল্লগা শাওম্ ওক্লে' হায়বগুম্ ঙাইহাক্কি হুংঙাইকম্ থঙ্দ্রবা মীওইমপোক্শিদা—করিগী পোক্লরিবনো থন্দুনা —লাল্লক্ অসিদা—হিংদবদি য়াদা,—চৎনবীন্থ য়াওদবদি য়াদা,—মখোঙ্ থোংনা মংথিবা চৎলুরবা খোঙচৎকুম্; হুংঙাইক্লরবা, ন্নায়বা : হুংঙাইগদৌরিবা, রাগদৌরিবা —থল্লূরি; লাম্শিল্লুরি। লাল্লক্ অসিদা চাদবদি য়াশিল্লক্কা, শূফম্ নোম্ফম্দি লৈত, অতৈ লাঞ্জেল্লক্পা কাঙবুশিংদগী মখোয় মশূমবেন্ অহুম্না··· · মরারবোরে, মত্তোল্লবোরে হায়নতা থল্লী।

থরান লাংবন্চঙ্লক্পদা, অমদগী অনী-অনীদগী অহুম্—মথং-মথং লান্গায় কানরক্লবনি। উংতগী-তাঙ্গোই ওলহন্দুনা তুম্হনথ্রবা-লৈকাই কয়াগী য়ুমশিং, নৌনা থুন্দাররবগী মওং লৌত্থনা মথং-মথং শাগৎনরকপা লেপ্লদে। অহান্বদা শঙ্গোয় মচা অমা, চাক্শঙ্ অমা,—য়ুমজাও; রাদগী উসা মহুৎশিন্—য়ুম্নেপ—য়ুমলেম্ ওয়নবা নোম্নরক্ই; মাগী মাগী।

কাশেন্ চঙ্লক্পদদি—পুক্‌চংপা, লাইজাউ অনীমা লাল্পী অমুক্ হেন্না কিহন্না—লাইচং-লাইওং খঙ্নদবমখৈ—লাইচংনা-লাইয়েননা ওংশীরুবি — মোইরাংদা। পোংলোইবা শুম্নদরে; কৈথেল্ তাকথরে, মী তিনখিদরে, লৈত লান্না খিবা থোক্লদরে; শীংজন্-ইফাল্, লৌঙাক-লৈশেম্ চংনদরে; যুমদগী মপান্ থোক্লবা কিনরে—চিংনহল্লে।

"মৈপোক্-লাংহৌ-কন্নী—
লাইচং লাইওং খঙ্দা—লাইয়ৈ য়েররনি"

লাইগী লাইফাওনি—হেন্না কিহল্লি। পঙ্হায়দা-হায়নৈ,পঙ্ঙাঙদা ঙাঙ্নৈ, পঙ্কিদা কিহল্লি। থোক্লরবনসু লোইনা থাজহল্লে—লানসু চুমথরে; লাইচংসু চুন্নরে! মুপী অঙাংশিং মপান্ থোক্লহল্লবমখৈ শেন্নরী। মপাল থোক্ল শান্নরবা,চংনরবা—লান্‌গায় মনুংদগী হেন্না চীকপ্রে। লাল্ মনুংদদি হরাগী মখোন্, টেঙ্ককি মনিন্…কনছুম্ লাঙ্লম্বনি। চহি ওরেংকি থুম্ভাক্‌পা অহুদগীছুম্ হেন্না চীক্লমগদবা মওংনি। শিবমখৈ শিনপ্রে, অহুবু হিংহৌবা কাঙ্বুসু য়াওহৌরি। মতিক্-চাবা হিদাকসু ফ'বা মতম্‌সু নওে লায়েংবীনবসু য়াওবা নত্তে মথন্নত্তা, মরন্নাই ফজরক্‌পা ঙাইবদা শিনখিবনা কোঙ্গায়নি। ইমুং হুপ্পা শিনরম্বসু য়াওরম্লে। অনাবগী চাংনা হন্নরকপা,-শিবা য়াওনরক্লবা—লান্ লেপখিবগুম্… …কুমগী লাইচংসু মাঙ্খরে। হিংহৌবা অহলশিং মথৌ-মথৌ পায়নরকই,—পাং কুম্নরকই—লৌ কুম্নরকই লৌবী-লৌরাং পানা শুনরকই,। অঙাংশিংসু মাগী-মাগী হৈনবী মতম্-মতমগী খুংশান্না করা শান্নহুনা মপান্ থোক্লরকই। কৈথেল্, মী তিন্‌খৎনরকই। চীংদগী চীংমীশিং তম্ কুম্নরকই—পান্, মাইরেল্

.. চেংগা শুমবা হৌত্রকই ;—মন্নাপ-মঙাই মশক্ খঙ্নবা চিমরকই —চীংমী তম্মী।

শিহোৎবা অভৈগুম্মা—মশু-মবেন অহুমশু শিবু-শিৎমদি—থোক্ল-থোক্লবা থেংনহনা হিংনবগী লানুথেংন্নবা য়াওরক্লি ; কুমগী লাইচত্তা য়াওহৌদরে ; লানগী লাল্লকম্ শিরক্কবা অহুগুম্। মীগী মশাই তাংহনা—লাঞ্জেল্লিৈভৈদম্. লাঞ্জেল্লুবদম্, লানগায় কায়ক্লবম্; হায়গী—হায়গীগুম্···শাইদাংত্রবদি লৈকম্ লৈতরি। মবেন্ হনুবী অতুগী মরি-মতাগী ইংথোম্ংদা,—অরাংথংবা মচি অমদা—মরম্মাইদি—মরম্মাইগুম্; শাজবা ভমজবা—রাগী সঙ্গোয় মচা অমদা—চাকৃখুম্-তুম্ফম্ পুন্নপ্-পুনবা—উযুম্মি খঙদি—মরম্মাই তাজহনা, শাজহনা—পনফম্ শেম্লে,···নেঃ—তানা—হিংজরক্লি। মচা মুপাদি অঙাংনি, করিম্ খঙ্বা মতম্ নত্রি ; অঙাংদি—অঙাংনি—চাগেগা থকেগা,—শায়গেগা···অহুত্জনি। চুম্না মমাগা মচাগত্তা কেকু-কোংকা শাম্লজরমহনা নোক্করমদগী নোংমা—নোংমা শাম্লগা—চহি-চহি হৌথ্রম্মা, মমাম্লবশিং ভিন্নথ্রগা......খুশাম্না কয়া হোংলকই—উয়াউবী, অমাংবী, কিচম-খোম্বী, শগোল্ তোংবী; চৈতেক্-কোৎপী, থয়োই রাইনবী; সেবোতি, খুরৈ, মাঙ্জোং······অম্মম অম্মম্......অনৌথা খুশাম্না কয়া গোংলকই—অহাঙ্বা—হাঙ্দবা নোংমৈ মন্না খুল্লুই,—শগোল্ শামৈগুম্বা মৈনা শত্তুনা মৈ চুহনা মৈকাপ্পীগুম্ থা-তুনা—রা-রা নোক্নুনা—লাল্শোক্লবী, টিপুগী ককপা মরিনা নাউন্নি শাহনা—উচেক্ কাপ্পা-টেক অভেকপা-অকায়বদগী য়োংকীগুম্লি ফুত্তুম্মা গ্রী কাম্মী, লৈরায় মপান্ কয়াদা—নাম্বনবী—পেল্লত্রুগা থেক্কোই-থেক্কোইগীলম্মী মচাগী পরিঙ্শেমহনা—লৈভাম্না শাথা হরাগড়ী, মোটোর সাইকল.. ...মচীন্নদা ভাংহনা 'ধুত' 'ধুত' ··· চিংহনা—লোংতানবদগী চুমীংতাবা কাওবা হজিনগনি কাউই। লাইরিকলাগীত্ত অমদী মতম থম্মা পুন্নকাই ! খঙ্হৌদবা, মতম্না হাইরমবা অঙাং

অসি চাউখৎলকই—হোম্-হোম্।……অহল, ওইশিল্লকই—মমা; মপোক্কা পুমকুপ, কুপ্রে—মথাং হেন্না কোনশীল্লকই—মবেনথো।

অমত্ত পোকচবগী হৌনবা, লুনা চান্না মচানি-মশুনি হায়বগী মচাবু-মশুবু য়েংজহনবা চাউবা ভাইজরিবী মমা-মবেনধৌনি অনী… অঙাংশু মপান্থ লৈত্রে—কনান্থ লৈত্রে—থন্দুনন্থ থরগা হেন্না—মিত্থংশি—চেন্দুনা……কদায়দা শোয়খিগদগে কদায়দা শীৎনাম্নোকখিগদগে থনবা অমগা য়াও—মমানা মিকুপ—নাহুম্ শেন্নজরি।—মবেনথৌনা হুমীৎ-থাগুম্ মমা-মচাবু য়েংজরি। মশুগীদমক্তা মশানা চাগদবদগী থাইনা—থাইনা হুংতিগী থাক্লি,—'ঈবুংঙো চরা রাম্নোকউ……..' হুংতিগী হায়বা, থাকচবগী-রাঙাঙনি; মতৌনি। শান্নবমথৈ শান্নরুরবা মশুনা মবেনধৌগীদমক্তা হেক-হল্লকই, চরা রাম্লে; নোংমত্তা শোয়দে; মতমহুত্তা নংনবা……লুরবা হুংঙাইরবা থুৎশান্না কয়া হন্দোক্লমহুনা চেল্লকই। অহুবু অঙাংদি অঙাংনি! চথোকহু য়াদে, লমহেনগহু য়াদে, কুরবন্থ ভাইহাক কপ্পন্বা অহুনা লোইরে,—উন্নিবমথৈ পীয়ু, লৈয়ু, মমান্নবশিংনা শেংলিথৈ শেংকে, চান্নীথৈ চাগে,—চাগেগা থক্কেগা—অঙাং ওইবগী মতম্……অমহাগী অমহানি। শান্নিবমথৈ য়াওই; লাঙলিবমথৈ চীথদে, কুম্মে থুদিং মথোয়গী লাঙক্লি, কুনা চৈনবা—থৎনবা—কপ্পবা হুংতিগীনি, অসোক অপন্না মশীং থীঙমদবনি, পুন্নমক্কি নিংদোন পোমজরিবদি—মমা অমম্থং মবেনথৌভনি। অঙাং নিঙাইন্থ—অঙকপা হায়বহুনি, তোংজৈ মরীন্দা শামু লীৎহল্লু—অহুমক্কি। মমানা চৎথোকহু থম্লন্বা মবেনধৌনা শেন্নজহোবা,—মীরক-নারক থঙপ্রবনি—হুৎ-কেৎ থিবা কংবা নত্তে, কৌবা ভাবা নত্তে; ভারবন্থ ভানা থুমদবন্থ ঙম্মী—ময়ুমদগী মপান থোক্লীংবনা মথোঙ মরেং-মরেং চৎলি। চৈদা চৈরুরগা-মানহুম্ হেন্না মবেনধোদা চৈশিল্লম্মী। চাউর-চাউরগা লাক্লা-কানবা অম্থম্ অম্থম্ রাশীল্লকই। মমানা—

নম্বুহুবা—নম্বুহুনা লাইরিক্ তম্বা থায়, থিল্লি। অছুনম্বু চংনদে অম্নমা য়াম্রী থৈরকুই। লালুগী, লাইচংকী মকাং-মকাংদগী ঈবুংঙোবু হেন্না কুপ্না য়েংনীংলুই; থোক্লকুই—থৌদোক্ কয়া, মচং ওইবা কয়া…।

কাং মখুংনি, থংনবা যুমজাও ইমুংগী লৌলিংবা ফুমীংনি, ওস্তা হৌগংহুনা—অযুক্কী যণপোং য়াহৌ হৌহুনা ইরোই তোংহুনা লৌলিংবা য়াওরুনি হাঁয়হুনা ঈবুংঙো চংখি। মমানস্থু থাম্দে, অঙাংনি চংনিঙ্-হুনা—লাঙ্ জনীংহুনা চংকে হায়রজরিবনি—খাম্বীদে। ঈশিংগী ঈচাউনা লম্বী লমদাং থুম্বখিবনা—ঈরোয়না ভুরেল্দা—ইরোইহুনা লানুবা— —মথক্তা ঈবুংঙোনা নারেংথৌরি পায়হুনা ইরোই মথক্তা তোংহুনা লানুবা—লৌকুমজ্রবস্থু ····· তোয়মল্লবনা মশিনগুম্ হৈবদি হৈরবনি। পাংয়াদা, ভাবা লৈকাইনিনা—মমীংতা পাঙলকুপদা ঈরোয়বা হৈনরবা খুংশায়গুম্—খুংলোয়রবনি। থুংলং কাঙ্বুগী চানবা— থক্লবা শেম্-শারবা—হৈনৌ অমুনুবা, থবী, চুজাক্, কাংঙৌ কবোক্-খোইবাক্-খোইহুম্, হৈরি অমুনুবা—ওরাংগী অহিংদগী যুমজাওগী ইমুংদা শেম্-শাবা উরুবদগী—ঈবুংঙো হেন্নস্থু লৌলিংবা চংনীংবনি। মঙাংস্থু কনা চারবা—লৌহোন্ মপুন্ অনী-অনী মথুং নাম্বা-নাম্বা পায়হুনা……হোনুবা-চাইবা ওয়বা — কাম্নরবা মতম্নী। লৌবুক্ য়ৌরগা,—উকায়বু তোংবনে, লৌবুক্কী লৈখোম্ মরক্তা চেন্দুনা-চোংহুনা শাম্নবনে……থৌদাবা থবক্কী রাখল্ চঙ্দে, লৌহোন্ মপুন্ মঙা-তরা হোংলগা — "রায়, ককুহি চুই, — তল্লি, হায়শিন্নহুনা করি অমত্তা থৌরা-শাদে। লৌখোঙ্দা অমুক্ চোংথা, অমুক্ কাখং ঈরুপ্পনে—মমীংমনা পুমঙাঙ্। লৌরিং থুংলং থুংলবা খঙ্হৌদে, মমাস্থু য়াওরকুই—চৈনি হায়বগী খোইনা নাচুংবীদে, লৈখোম্ মরক্তা ওনবা তোক্কে, লোংখোংদা অমুক্ লুপ্লুবা—কাখংলক্পা…তোক্কে। চায়ীবা থক্লীবমখৈদি চীথদে, লৌবুক্ চাক্চা হাউপ্রেন্দা! হাউরবনে?

লাম্লবত্থদি হুংভিশীদশীদি হেন্না চাশীনৃগ্রে: হুংশা শাই হাম্লহনা লাকমিন্নবা মমাম্নবা য়ুমজাওগী অঙাংশিংগা, থাঙ্পোক্শং মরুম্‌কোন্‌বী অমুক্ ভক্থংনগ্রে। লৌবী—খুংলং কাগ্রে, ম্লাংহৌবা কৈদোম মচা অহমহ লৌম্নাং নেকুনা শমৃথরে। লৌবীদগী-লৌম্নাং পাহনা লৌ পরীহুমা লিংবা হেক্ লোইবদা হুম্নীং ভাগদোরে। ইরোই তোংহনা ঈশৈ ঙংল—ঙংলহনা হল্লক্ই। লৌলিংঙৈদা খুংলং ঈশৈ শৈহন্দুনা লীংথিবা রারী···নীংশিং-নীংশিং···কাবোই-কাদবোই মতেক্—মতেক্ ঙংলি।

হল্লক্‌পগী লম্বীদা—ঈবুংঙোনা তম্লিবা স্কুল মনাক্কী অচৌবা ম্লাগুপ্তা থূবাক্ ঈশৈ শরুম্বা তায়। লম্বীদগী ক্লেংশিন্নখিবদা—অহানবা মৈঙাল্‌না মাগুপ্ ময়ায়গী থূবাক্ ঈশৈ পালাহ—মাগী লেঙাগী হুপীমচা ভাক্তা-ওইনা ঊই; পুং—য়ৈরিবা অঙাং অনীহন্থনি। কয়াদি য়েংনীংগ্রে ঈবুংঙো! নংহৌরোইদবগুম ইরোইদগী চোংথহনা——লাকমিন্নবা য়ুমজাওইমুংগী অঙাংশিংগা চঙ্ মিন্নে। ইরোই অহু অহল্‌শিংনা হোইগ্রে। মমাদি লৌবী লোইবদা কাগ্রবনি।

হুপীমচাগী পলানি—মতৌ মাম্না, কয়া নীংথীনা তম্বীরবনা চপ্-চপ্ মাম্নবা—চাম্নি—থূবাক্ মখোল। থোইদোক্না ঈবুংঙোনা খোয়দাক্রবদি—পুংয়ৈবা অনীহনি। মশা চাবা পুং মচা অমমম্, ঊয়েরোম মচুগী কৈজোম্ মচা, লুগুন মচা তানা অহন্ পুংয়ৈবগুম্, অঙৌবা থুদৈ মচা অমমম্ম ওয়থংবা লেংদা—কয়াদি খোয়দাক্রে, পাম্মুরে; চোলোম্ ম্লাওনা য়ৈরিবা পুংলোন্‌শিং মীংক্কম্ হোংদনা পুংয়ৈবা অহনা পৈরীশৈ মঙক্ পৈরী; অহমঙাইরে—থরায় তানা য়েংবা হায়বহ;—জাঙা অহুদা—হন্ মিন্নগদবা মমাম্নবশিংনা চংলসি, চংলসি' হনা হৌরম্মী; ঈবুংঙো রা ওইনা তাবীদে হন্নগনি হায়বা কাক্টখোক্ই। পুংয়ৈবা অনী অহু ঊবদা তম্নীংবা পোক্না—কয়া

কুইনা য়েংহুনা লৈথোক্লুরবা খঙ্‌হৌত্রে, মতোম্মতা কয়ক্ তাহৌরে ; কয়াম্ থেঙ্‌জীন্‌খ্রবা খঙ্‌হৌদরে। থেঙ্‌খ্রমাল্লে খন্দূনা—য়েংনীং-য়েংনীং মাঙুপ্‌কি মৈঙাল অহুদগী থোরকৃই,—মমানা শোয়দনা চৈরম্লগনি'—খংনিঙ্‌ নীঙ্‌শিংলকৃই। মমানা লুনম্ব অহুম্—ফুং-ফুগনবা 'ঙসিদি ফুবা শোয়ত্রেদনা চিংনরুই। মৈঙালদগী খংথোক্ থোক্লকপনা খংমম্—মম্বগুম্‌—লম্বীদা কুল্লম্বা মন অমগী মথক্তা খুদি শীজিন—তুশিন্নরে—খংপ্রেক্ থংই। হেন্না কিশিল্লকৃই। ময়ুম্‌ য়ৌনবা চেল্লকৃই, মী চংথোক্ চংশিন্ থেংনবগুম, থোইনা কিবদি ফাওদে, মমাদনি কিরিবা—'শোযব্রেদনা ফুবা!' অহুমতনি খল্লীবা। অমুক্ ইরোইদা তোংহুনা লাল্লকপা তুরেল মরীম্দু—মমা কৌহনা লানৃগদবা তারবনি। থোংস্থু থুমগ্রবনি, লৈরকৃম্থু থুমগ্রবনি ; অহুবু—তুরেল কৈফগাক ফৈনা ফুম্‌থা পরেং অমদি—লাম্বোক্-লানসীন্ লম্বীগুম্‌ খরা-খজিক্ পুখ্বরবম্থু পুখ-পুখ লামবা অমদি লৈরি—ফুম্‌থা পরেং অহুদা হেক্তা লাল্লগে হায়তুনা ঈবুংঙো—তবুক্‌-তবুক্‌ কুমথৈ, খরদা মচংলী অহুবু—ফুমথা পরেং অহু তংলম্‌হুনা কবোকঙ্‌ঙাক্তনা খল্লম্লবনা তাগদোবগুম্‌ মথোঙ্‌নাম্মা পুখখরে—পুমচোং-চোংলে। ফুমথা পবেং অসি হুমিদাংরাইরম্‌গী লোক্তাক্তগী মথাপাংনা শীংলক্‌পা হুংশিংনা পুরক্‌পা কবোকঙ্‌ মপৈনা তুরেল্ মরীনসিদা তক্‌শিল্লক্‌পদা খদংগ্রবনি, ঈবুংঙো ঙসিগীদি খঙ্‌দে ; ঙরাং ফাওবদি লানথোক্‌—লানসীন্ য়াহৌবনি খন্দূনা অহুক্ কুমথরুবনি৷ মমা কৌবা কিবদগী। অতংপা অসিদা পুখরুরবম্থু মহাক মমান্দা হি লানবীরাও হাযবা মথোন্ থোক্লা কৌবা ঙম্‌দরি। মকম্‌হুদগী কৌরবদি—'মতৌ অতুদা, কীতম্‌ অহুদা,—মমানা শোয়দনা খবাক্‌ যৈবনি খন্‌বদগী তবুক্‌-তবুক্‌ কংফান্ য়ৌনবা হনগংলক্‌ই..........অমম্বা অহুদা মহাক্‌ তুরেল ময়াম মপা

অহুদা—কিমনা লোইরে......হুংতিগীদি মথঙ্গকাঙ মপাল্ খোকপদা মমানা ঙাইবঙাগ্নী......কুমথরুবদদি কনা ইচঙখৌনা কুমথরুবনি··· লানবা য়াদবনা হনগৎলকপদদি—মখোঙ্ থাংবা ঙমদরে-পুংখরোইদা নীংলে মখোঙ্ থাংনীংদরে ·········মথন্নতা খনুফম খঙ্দা নিংদোন্ ভিং-ভিং চোংজনা লেপ্তুনা ঙাইহাক্ লৈ ········· কয়াম কুইনা মহাক্ লেপ্লুরবগে খঙ্দে............মথুমদগী খোঙ হাংদোক্লক্পগী মৈঙাল্ অমা উই············খোক্লক্লিবহু মমা ওইরম্মনি অহুম্ খঙ্ই ··········· ...মাবু থিবা লাক্পা ওইবম্ননি অহুম্ খঙ্ই············ মাবু থিবা লাক্পা ওইরম্ননি—হায়বসু; হিনাউরোমদা লেপ্তুনা নৌনা কবোকঙ্ কুংগ্রবা অহু ফাক্ল—ফাক্লহুনা মনাক্ মপা নক্শিল্লক্ই····· কিমনুগ্রবা অহুদা, মমা শোয়দনা ওইরম্মনি থাজবা অহুগনা—ঈবুংঙো "ঈমা! ঈমা!" কৌথৈ কৌরুরগা মখোল্ হোনা ফমুথক্ অহুদা কপ্খোক্খরে। মমানা হিহু হোজিল্লকুনা হিহুংঅহুদা কাখৎহল্লে। মচা অহুনা হিথক্তা হেক কাখৎপগা "হৈমা! হৈমা!" খবাক্ য়ৈখরে। তপ্না-তপ্না কবোকঙ্ ফাক্-ফাকুনা···মমা-মচা মমুমদা চঙমীন্নরে।

নোংঙানবদা লৈকাইগী মচেম্—মনেমগা ফম্মীন্নবদা—ঈবুংঙোগী মমানা-ঙরাং অহিংগী মচাগী—খোদোক্ অহুমক্ তম্মী, লাঞ্জেনবগী রারী কয়াসু লী। অতেম্ন মাগী মাগী রারী লীনৈ অমগী মরক্ অমনা থৎনা লীনরকপদা—হুংঙাইবা মতাংদা—পুক্নীং চঙ্না-তুমিন্-তুমিন্ তানৈ। অসুম্না তম্নবা, লীনবা রারীদা ঈবুংঙোগী মমানা মচাগী রারী অমা লীথরক্ই—

"থারনগী অহনশিংশিদি—লোইনা মহৈ হৈনৈ!
খোয়দোরা শান্নে হায়বও······উশিন-শিম্নবক্াক্ তোনমান্নেদা!
ঈচাসে উসিন্ ওইনা শিরম্গদোবদগী কলহোবনিনে ·········
কিবু—কিদা!

লানগায় কারকপদা—ঈপু অহল অমা লৈখিদব্রা অহুদদি !
অঙাংনিনা ঈচাসে—ঐগা তুম্নিংলে তুম্—
মবেন্ধোগা তুম্নিংলে তুম, মনীংনি।
নোংমা—নোংমাগী থোক্পা হায়বচনি।
নোংমদি—অথেঙবা অহিংদা—
মবেনধোনা 'ঈবুংঙো ! ঈবুংঙো·· ···!'
ভপ্পা—ভপ্প, কৌবম্মদগী—
খরা ফিংনা... মুংশা থীবগা য়াওনা—
কন্না—কন্না কৌহুনা হোদোরক্খি··· ··।
ঐশু করি থোক্লবগে খন্দূনা—হেক্ ভাবগা
ফমুংদগী কন্ চোংথৈ ·········
মুৎশি—মুৎশি থাল্লম্বা লময়ায়গী থাউমৈ অহু লৈখৎলগা—
মশু-মবেন তুম্লীবা ফম্জাও অহুগী কাঙখন্-হাইদোক্তুনা .. ...
ঈচাগী মতৌ অহু উবদা মুংশা-থীনা 'ঈবুংঙো ! ঈবুংঙো !'
মশা অহু নীকুনা হোদোক্লফাওবা তাদে ....
পাখৎপা অমগা য়াওনা—মবেন্ধোদা শিন্নরম্নগা—
অরাংদা ঈপু লায়কম্নবগী লেক্লীবশিং হোদোক্তুনা—
'ঈচাদো করিনো অমা !...কৌবকাক্ অমত্তা খুম্হোত্রে !"
লেক্লম্বা মাইবা ফম্শেন্নরম্বা অহুগা অতৈ মরি মরি,
'কৈদোরে ! কৈদোরে ? 'লাক্পিরে····· !
মাইবহুনা—শোনবনে, নাম্বনে ফমুংহুমক্তদা ঙাইহাক্ লাক্লে,
ঙাইহাক লৈরগদি—ঈচাদো মমীৎ পাঙথোরক্লে,
কৌবা থুম্লক্লে—মাইবহুনা—করিসু রাক্লরহু করনি······
মরাম্ হম্লগ্রে, ঐদি অহিংহু মীৎ কল্লা অমা ঊইশিনবা
কিরে··················· ·········

ঈচাহুগী মনাক্তা মবৈনুধো ঐখোয়নী শঙ্ছনা লৈয়ে……
নোংঙাল্লগদি—ঈপু থাত্রাকপা অহুম্ শিখরে।
পোৎলোইবা কারকৃপদদি—মাইবা অহুনা ঈনাক্তা চঙ্শিল্লকৃথি-
ঈথল্লত্তা ভা-নবা লোম্না হায়রম্মী —
'ঈবেম্মা নঙ্ লাইবক্ কৈ-হে!……
নচাদো নপুগী ঊশিন্ ওইহৌদবা!
ঐবু লেক্লমদবা থোক্লবা—মথোঙ্ কয়াদি চারম্লোই……!
নপুদো—খোয়দৌরাদা নত্তে, মায়ওকৃরাদা নত্তে—
হিগায়রানা হেম্লহুম্ হৈরম্লে!'
শিদবু কিরোইদবা মরম্ লৈবরা?
মবেনুধো অহুনা মমীৎকাক শিংগন্দবী ওইরম্লবা—
ঈচানা থক্-থক্ চিংথাইরক্লুনা—হীক্-হীক্ কপ্লকৃপা
মথোল অহুবু ভাহৌদা থঙ্হৌরবা—
লোইরবনি—লোইরবা!"

মমানা হুংশিনা কৌজবদগী হুপামচা, মমাগীদি 'ঈবুংঙো'; অত্তোপ্পা অপাম্লবা মমিং অমা থোন্দনা অহুম্ 'ঈবুংঙো' কৌনখরে। মমানম্বু, মবেনুধোনম্বু, ময়াম্লম্বু—"ঈবুংঙো' ঈবুংঙো।" 'ঈবুংঙো' 'চাউবা' 'ঈবোহল' ঈবোয়াইমা ঈবোটোন্ 'তোম্বী' হায়রিবা মিংশিং অসি য়াম্না কৌগনবা মিংনি, লৈকায় অমদা অনী-অহুম, খুন অমদদি মাম্লবা মঙা-তরা ঈবুংঙোতমক্ নত্রগা মিংদমক্ হায়নরগা—য়ুম্নাক্, শাগৈ, লৈকাই, খুন পন্নদনা—খঙ্নবা য়াবা, শম্জীনবা য়াবা… মিঙ্গৌ—লক্লা রাহৈ ওইনা মশক্ পক্লবা, থৌদোক্ য়াথোক্লা চুনগদবা —থন্দুনা—থোনজিনবীবা নপ্শীনবীবা মিং থোম্নরিবা; মীওইবশিংগী চৎনবীনি। মিঙ্গৌ অহুনা মশা—ভানা কৌরুবদা, অশেংবা মিংলা থঙ্দহুনা মমিংলা হায়হুবা মশক্ থঙ্লুবনা কৌরুরবম্বু,—অশাউবী

ওইরমহুনা—শাউজিল্লকপাঃ থুম্নক্তবা কয়াম্ননি। অম্মুমা—শেম্পা, খরিবী, থক্কং, নীংঙাইপা, কুম্বা, কাঙ, নাঙাং নয়াও, নাফম্, ডেরেন, পেক্কং, অনা, হুমীংযুংবী……মকম্ মকম্গী থাবা লোইবা নত্তে। —রাহৈনা লৈরিবমখৈ—মফম্—মতম্ থৌদোক্ কয়াগা চাম্নবা—কয়ানি। মী অমত্তদা থোন্জিনবা—মিংগৌ অমত্তা নত্তনা অহুম-মরী শুবম্ন য়াওদবা নত্তে। হৌজিক্ফাওবগীদি ঈবুংঙোগী চানবা মিংথোন্দরি। অহুনা ঈবুংঙো-ঈবুংঙোতমক্ কৌনরি। শোয়দনা চানবা মমিং থোনবীরক্থিনি—! মমিং থোন্বগী রারী কয়া লাকখিনি!

হায়নরিঙৈমক্তদা হয়াহে! হায়বহুনি।' মচাগী—চাউথংলকপগী থৌদোক্—রাথোক্ লোইবা নাইদে। চহি—চহি লাল্লগা থৌদোক রাথোক—ঙাক্তা!

লৈকাইগী যুম্লোম্নবা লৈশাবী অমা চেন্থীবদগীঃ—(চেনথ্রবদি লুহোং—কৈহোঙবগী মহুত্তা 'লৌথংনবা' হায়বতমক্ চংনরম্বনা) লৌথংপা হুমীংকি হুমিদাংরাইরম্মি; কবোক্—হৈবোক্লা—লুহোংবদগী লৌথংপনা খজিক্ তারবম্নু, অমহানি। অঙাং ওইরিবা—ঈবুংঙো, লৈকাইগী থৌদোক্ চীংথগন্দে। মমাম্নবা ময়াম্ রা—রা কবোক্ খোইহুম—খোইবাক—কাংশুবী নী-নীহুনা চানরম্বদগী—হুপামযুমদা থুবাক্ ঈশৈ, শক্কনি তারবদা—'তারুশী—তাক্লুশী' হৌনরে। লৈকাই লাম্না অহুম-মরী হৌনহুনা—চংমিন্নরে। মচানা মমাদা চংলুগে হায়রমত্রবম্নু,—লৌথংপগী ময়াম্ হুপী থিনবা চংপদা য়াওরম্মনি—খন্দোক্তুনা; মমাহ্ কয়া থৌশাদে, মমাম্নবশিং ময়ামম্নু য়াওরমগনি—খন্দোক্ই। লৌথংলবা মতুং থিনবগী মীয়ামগী মতুং ইন্দুনা—ঈবুংঙো মমাম্নবশিংগা কোয়লাও-লাঙহুনা—লাকমিন্নে।

অচৌবা শূমাঙ্ অহুদগী ময়ায়দা—ময়োন্দমক্ ফক্লেন্ অনীনা পাক্থন্ থল্লিবা,—মখোঙ্না শনৈবী উনৌ ঙাক্তা—শাংনা অকোয়দা

থারিবা— ককৃশাং পরেং-পরেং, অহানবা ঈবুংঙোখোয়না চঙ্কদি মী ইয়াম্ য়াম্নম্দরি ; ঈশৈ হৌরম্দরি। কক্ অমদা অমুক্ ক্লম্, অমুক্ কোয়চেন্ চেন ; মরৈকায়গুম্—মীকি-লাইকিদা লাঙ্লি। ঈশৈ শকৃপীশিং থোরকৃই—মরি-মরি, মথোয় মরী ; পুংয়ৈবদি অমত্তনি। ঈবুংঙোখোয়গী ময়ামবা কাঙ্বু—পুম্নপ্ অমীদুং। ঈশৈ তাবা হৈবা অমত্তা নত্তে; থৌওইনা লাঙ্বা লাকৃপনি কনানা শক্লিবনো ? —ঈশৈ হল্লিবনো ? অহুকাওবা থৌশাবীদে !

'ভালো ! ভালো !' লাউনৈ ; অপেনবা হৈহেক্ অমদা—শৈশক্ শৈদা চান', ঈশৈগী মপোপ্ কারদা—লাউথংলকৃপগা, নেম্থরকপগা — তাল্গ চানবা— জগোয় খুংথেক্ য়াওনা শক্লকৃপদা ময়াম্ য়া-য়া হেক্তা "ভালো !" লাউনৈ। মাশকৃশকৃপীশিং অয়াই-অথুম্ লক্লহনা —খুমহনা, য়ায়া হুংজাইবা মতাং য়োৗরকৃই। —ঈশৈ হনবী জাতিনি ! ........ নহাওইনা কাওগংলকৃপগী মতমী, 'মোইরাংজাতি' হায়না অয়াম্বনা খঙ্নয়কৃঙৈ অহুগা খুনুকম্ পানা ওইবনা কয়া থৌওইনা তামত্রবস্থ—ঈশৈগী মগুন্ খঙ্বা — 'ঈবোটোন্-শেপ্পা' ঈশৈহনবদি-থোয়জঙ্না মমাঙ্ কম্হনা তায়ী। মপি তাবমথৈ-কপ্পস্থ ওয়ি ; ভোয়নস্থ লাউরি—'ভালো ! ভালো !' ,শেপ্পাগী মথোল ময়াম্দগী ভোপ্- তাগ্নী। মহাক্ থম্মোয়গী থোস্থেক্ য়াওনা পেঙনা লাউরকপা খুদিংদা—লাঙ্থনা মথৌ-ওইরবা—ঈবুংঙোগী কাঙ্বু—মতৌ-তনা 'ভালো— ভালো !' লাউরকপা অমদা ঈবুংঙো—মতৌ তম্হনা 'ভালো !' অম্বুম্বা—মতুং ইন্না - ইন্না, হৌনা হৌনা লাউই। অহানবা অমুক্ অনৌরক্তি—শেপ্পা খঙ্না-খঙ্ন শাউরমৃদে ;-চুম্না লাউজরিবনি থম্মোক্লম্মী। ঈবুংঙোনা 'ভালো' হায়না অহল অহুগী মতৌ-তমহনা হেক্ লাউবা থুদিংগী মতুং ইন্না,-অক্লম্লগী অঙাংশিং অহুনা ঈবুংঙোদা —য়া-য়া। 'মাল্লী— মাল্লী !' নোক্লবম্দা —থঙ্ অক্লমাল্লে; মাগী মতৌ

তম্রে হায়বা অহু; হন্দকমুক্তি শেপ্পা ঈবুংঙোরোমদা ওনূশীন্নূনা শাউনা লাউরকৃই—

"নপা ম্নাম্নবা ! কনানো ?
করি হৌনৈ হায়হুনা লক্লরিবনো ?
খুবাক্লা থাজিল্লকৃউরা ?"

জাতিগী ঈশৈ ঙাইহাক্ চপ্ লেপ্পী। অতৈ ময়াম্ ঈবুংঙোরোম্‌দা লোইনা ওনূশীন্নরকই! ঈবুংঙো লরাই শাংপ্রে। ইকায়বনা মমান্ন ঈচপ্ মুক ঙাঙলে। ঈবুংঙোগা লাক্‌মিন্নবা ময়াম্ ঈবুংঙোদা ওনূশীন্নরকৃই, লক্লশিল্লকৃই; ঙাইহাক্ অহুদা ঈবুংঙোগী মমিংদা মিংথোন হাপ্পীরে—'ঈবুংঙো ভালো!'—ফম্নিবা-ফক্ অহুদা-ঙাইহাক্ কুইনা খঙ্‌শিন্নদবা শাহুনা ফম্নখনি; অম্নুম্-অম্নুম্ মরু লুকথরক্লুনা ময়াম্‌গী মরুম্‌দা হৌপথশিন্নবদগী তুমথোকৃখরে! মমান্নবা, ময়ামনা 'চংলসি-চংলসি' খেঙলে। হল্লসি-হল্লসি।? কৌহুনা হৌদোকই, হৌদোকপা ঙাদে। মমান্নবসিং মরি-মরি থোক্লখি। চান্নবা তুমপ্রবা ঈবুংঙো—হৌদোকপা ঙাম্রে! মশা নীক্লুনফাও হৌদোক্লখনি, অহুবু—খঙ্‌তুম্ তুমথখিবা অহুনা তাদবহুদা ঈবুংঙো—মথনতা হন্দোকপিরমলে। "মরনূনাই মথম্নতা লাকচরনিদা।' অহুমখৈদি খম্নরম্মী; অঙাংঙাক্তা ওইবহুদা করি অমত্তা লুনা লৌনদে। মোইরাংসাই মতেক্ অমা-পোৎহাপ্ ওইনা শরুগা, ঈশৈসু লোইশিনখরে। ময়াম্-পুম্বা হন্নপ্রবা অহুকাওবদা, কক্তা ঈবুংঙো—মথম্নতা ঙায়হৌরি; অরাঙ্‌বা ম্নাওঅবদা-হেন্না লৈতানা তুমথোকৃখরে।

"কনানো নঙ্‌বু ?
ঙাওরবরা ? নযুম লৈত্রবরা ?"

য়ুম্থু অহল অমনা ফক্ কোনসীন্-কোনসীন্, পোং লোইদিন্, ঙাঙ্‌ল—ঙাঙ্‌লহুনা ঈবুংঙোনা ফুম্লীবা ককশাং অহু কাওবা—মনাক কোন্‌শীম্লক্তুনা—মশা পায়হুনা—ভানবা হৌদোক্লকই। ঈবুংঙো—মীৎ খংশিং শিংলকই। ফুক্ হৌগৎলি,—কোয়য়েং য়েংই—মমায়বা অমত্তা উদে! মৈঙাল অহুদগী পরপ্-পরপ্ চেস্থোরকই,—লৈরক্ য়েৌনবা লাকমিয়বা মমায়বসিংগী মমিং লাউনা কৌই, হজিন্-হজিন্, মশিংশুনা কনা অমত্তা থুম্লক্কে—হাম্না চৎনগ্রবনা। ঈবুংঙো অহু কাওবা খল্লী—'লক্লগে হায়হুনা হাম্না থোক্‌খিবা ওইরমগনি···লম্বী লমজাওদা ঙাইজরম্নীদা·· ···' লৈরক অহুদা,—অমম্বা অহিং অহুদা, মখোঙ্ থাংবদি লেপ্লে,—লমজাও ভাহুনা—ময়ুম্ য়োগদৌম্লিবা লৈরক্ অহুদা চঙ্‌লকই। পাখৎপা অমগা য়াওনা—মমায়বশিং ভায়বা ফংখিনি থম্না, চেম্না-চেম্না ভামরকপনি; হাম্না চৎখিবা মমায়বদি লায়রহুনা ঈশৈ-লোইহুনা থোকখিবশিংকাওবা অমত্তা উদরে। পূমচীক্-চীক্‌খরে। ঈবুংঙো মথত্তা অকিবা কয়া থনুগৎলকই—ভশেংনা মিপাইরে।

“শাংনা চঙ্‌গদৌম্লিবা লৈরক্—
নাকল্ য়েৎলোম ওয়রোম্—কবোকঙ্‌ঙাক্তা
ইহাঙ্ হাঙ্‌বা, লৈকাঈগী য়ুমশিংনা থাপ্না ;
ময়ায় ন্নাইদা শত্রাংনা হৌরীবা থোংনাং অনী—
ন্নাংনা—পুংমা মুশিন্‌মুনা লাইমু অনীগুম্ !
হায়েং অঙোবা থোক্লকইম্নু হায়নবা—
ফুংজ্রেংম্নু চাই, কৈজোম্ ফিশাংগুম্ ভাই—
লম্‌থম্নুগুম্ পাই—অশেংবয়া—অশেংবয়া············
লাইপুংশাংবী লাক্লবদি ?”

অহৈ তাখীবা রান্নী অজেনে, নীংশিং-নীংশিং লাক্লগা মপা অহু লানূগলবা হজোইরক্রে। অহুবু—তুং হন্বম্নু কিরে। কিরবনু কিনা শেঙ্লবা অহুদা লান্দবা য়াজি ; নত্রবদি—মমানা শোয়দনা মুৱজি—চৈরনি ! মপা অসি লাম্লোক্লগে হায়ত্তনা মমীং উইশিন্দুনা—লমী মপা অচুম্বহু হান্না খঙ্বনা, কন্না চেল্লকৃই—মপা হেক্ লাম্লোয়কৃপদ—নুংহুম্ অমদা খুদি-থীজীল্লুহনা উপ্থুননা তুশিল্লী ; মখুকৃউহু তংলে। মকোক্কী শমূম্নু কিমনূবা অহুনা চপ্-চপ্ য়ুংলে। মযুম্ য়োনা মথন্তা চংকদবগী থৌনা লোইথরে। অকিবনা ঙম্থরে ! অখংবনা পাখংথরে ! অহানবা থোঙ্গান্দা চঙ্তুনা—কপ্না-কপ্না—থোঙদা খীল্লুরে। মনিঙ লৈকাই ফাওবা মথন্নতা চংকদবা অহুদা। থাজৈশোংনা যুম্লক্ ওইরবনু, অম্নুকপা মপা খরা লানূগদবা অহুনা হেন্না কিক্লবনী, অহল অমা থোক্লতুনা—যুম্হুদগী, মযুম্ ফাওবা থিনথীরে। থিল্লক্লিবা অহুনা ঈবুংঙোদদি ঙাঙ্বীদনা, মমা অহুদা—

"ঈবেম্মা ! মচাশে মথন্তা থাদোক্পরা ?
অকিবা—অখংবা হায়বসিম্নু—মী ঙাওবনি !
পাখংপনা শি—হায়বম্নু লৈবনি !"

ঙাঙ্লমূলগা হনথরে। মমাহু কয়াদি হুংঙাইত্তরে, চেকশীন্দবমু ভাহোরে। লাকত্রে, 'হল্লক্তরে খন্দূনা … তূম্বা চঙ্দনা ঙাইজরম্বনি। —মমাম্বা কয়াগা চংমীন্নখি—হনমিন্নজরক্লনি থল্লম্বনি, অহুগা—ইওন-ওম্নবা থোদোক্ ঙাক্তা !—কয়াদি মথরায় হুংঙাইত্তরে। ঙাইহাক্তি লময়ায়দা লেপ্তুনা—মমানা—ফূরবম্নু ফূজক্লসনু, মশানা ঙাইজরম্বনি। ঈবু'ঙোদি ফিহুনা—চাক্ফাও চাখো-য়াদনা-মবেনূথোগী কমুংদা তূমিন্না চঙ্খরে। মবেনূথোদগী মমায় লৈথোক্তুনা—মথোঙ কোনূশীন্দুনা, মখুং অনীনা অকিবদগী ভারকপা মপি চহুম্—চহুম্ তৈথোক্লম্বনি—কুইহোদে, অঙাংনীনা ঙাইহাক্তনি খল্লম্বা' তূমূথরে।

মচাগী রাখল্দা হিংজরিবা মমা, মকেনখৌ—শূজহনা—মোমজহনা চমাদা হেন্দবা—মচাগী—মশূগীডা রাংতনবা — মোংজ — কাপেন্ থাজনা কাম্র-কামনবা খন্দূনা—লানগায় কাক্রকউেদগী—মবেন্খৌ কৈথেল্ থোক্লে ; হিদাক্মনা য়োনূফম কম্লক্লি। ঈবুংঙোগী মমাগী মথৌদি য়ামগ্রে ; শজাউ পুবগী হৌনবী—পাংপু কূবনে, কৌও লন্নোন্, লৌয়ীং খুৎলং য়াওবনে, ফৌমায় চাবীগী-শিন্ফমে—পূম্নমকী অম্লাবা থঙ্দখে ; ইকায়বা থঙদখে, চহি-চহি লাপ্লক্লী। মচা চাউবা ঙাইহরি। মৌনা লূপ্রা ওইরে হায়বগী থোইনা নাচুংবীদে ; মীনা মীহুচঙ্দনবা—শাজংত্তমক্ চংচৈ। নহা ওইবা মত্তৌদা মিত্তাবীরবা, তাং চঙলক্পা—নমথাক-ফত্তলৌশিং কয়া—মথম্রতা থম্মোয়থূহম্ চন্দূনা মচাগী মতৌদা য়েংজহনা, মচাগী থম্বন্ থৌনাদা—নহা ওইবগী অপাম্ হূংশি পূম্নমক্—কাউথোক্লবা থৌনা লৈজরক্লী। অনীংবা অমনা পূম্নমক্—কাওথোক্লবা থৌনা লৈজরক্লী! অনীংবা অমনা পূম্নমকতগী লাপ্থোক্পা ঙম্লক্লি। চহি অনীকাদনা পামরুরবা মপূরোইবনা—মহূং-মতম্ চাদনা শিম্বিহনা—মথন্তা নাইতোম্ তাহল্লম্লবা,—থিংবা ঙমদবা,—তম্বঙমদবা — অশিবা হায়বা অহনা মহাক্পু লূপ্রাশীংদা চলহন্বীরম্লবা, — মৈচাক থাঙ্না-থাঙ্না কায়নবগী তেংথাদনা— মচাগী নাউশুম ঈশৈ শক্তুনা নাউকোঞ্জরক্লবা ; অনোবা হিংনিঙ্বগী রাথল্ ফাওরক্থি। লাল্গী অরাঙ্বা মরক্তা —খুদোংথীবনা অমদি—লাইচৎ লাইওং কয়ানা—মহাক্কী শক্তম্ ........কনানম্ মিহোবীবা শাদবনা — তক্শিনবীরদবদগী,— ঈবুংঙোগী মমানা থঞ্জরিবা, লেপচরিবা, রাশক্চরিবা—মপূরোইবা কায়নবা মতুং—"অমুক্ হয়া মযুম্ পাল্লরোই!" চুমহম্নবগী মত্তেং ওইররি। শূজরিবা মতৌ, চৎচরিবা অমাংবা য়াওত্রবা শাজৎ অহুদা কনানম্ লমহেন্বা রাথম্না — মতুশোন্বা থিহনা নৈহৎপীবা ;

পামজদবা লৱীদা—লম্যাওনহন্নবদু শীনবীবা অমত্তদু······য়াওরক্সি।
মথানদু— অপাম্ লুংশিশী লাকদবা য়াওন্ পুন্না — ভাক্থোক্ —ভাকথোক্, কনা অমত্তগী ঈথিন চঙ্দা হিংজবদা ওংপীরক্সি; মথাগী পাঙ্গল্ লৈজরক্সি।

ঈবুংঙো—মমানা হেক্—মীরোন্ ভারক্তৈ, অঙাং ওইরিতৈ, মাবু পোক্পা মপানু নোঙ্গাখি; মাবু পোকপী মমানা মাবু থাদোক্লুনা মযুম্ পানখি। ভরক্-ভরক্ ভাবগুম্ মথন্নতা হুন্দোক্পীরম্লবগুম্ —হৈনখিদবা। মপানা শিবা চহি লাল্লোইঙেদা, মমানা মযুম্ পানখিবদা — খংশোন্ শোন্নবগুম্—মপা পোকপা মবোক্না—থন্ফম্ থাঙ্ফম্ থঙ্দা — ফিক্রিং — ফিক্সিং চোংদে হায়বতা থাক্লুনা ভোজখিবা; চাক্চখিবা মথরায়। লৈরম্মী হায়বকাওবা থাজত্রবা মবুবোক্, মপা পোক্লগা শিখি হায়বা মবোক্না তম্বদগী তারবা; লুনা-চান্না কোনবীরম্বা মপানা — মহাক্ পোক্লবা মতুংদা শিগ্রবা—মমাগী মনাক্তা লৈমীরনীংদা—মবোক্নী মনাক্তা চাউবা ভাইজরকপীনি।

"লুকোক্পীদগী লরাইশম্
চুবাদগী—লেংদোনৃথেং
নম্দগী নীংথু থুম্—
থাম্বা নংহোদবগুম—হোম্ হোম্
শম্বুন্ ফানা শাংগৎলক্পগা
মরেপ্পা ইল্লম্বদগী মঙাল্ য়াওনা—
মপোপ্ মভাং; মপুং মরৈ ফারক্লবা;
শাইগী শাইদোন্ কক্পীরে—মবোক্না—
থাগী মচেৎ শাহুনা—লুমাঙ্কোয়না কক্লুনা—
মচা তাবা শাইগী শম্লাং জরাই—জরাই;
মহৈ-মশিংদি— চৎনবী—ফিশা-লোনশা, মতমহুগী;

অকা—অপুন্—অমাং-কৈরোই তায়রবগুম্, লৈকাইদী মচে—মনেম্না—

মম্ তুনা লৈশাবী কাহনূবীরে, কিদোন্ চিংখৎ শেৎহনূবীরে" কুচু য়েংই রাক্তে, মশক্লে-মতৌনে—শেৎতোক্-চৎখোক্লকপদা ইপক্তা পকৃচৈ। লৈকাইতুগী লৈশাবী মরক—মাতনা মহেনবগুম্মী। রাইওং-চানা, মবোক্লা হায়জ-চৎচ—রাইথুংলুবনি।—মচা ঈবুংঙো পোকৃচবদা সোষ্টি চাউনা শোনৃখিবনি। অতুবু, হকচাং ভংখাম্রগুম্ মপুরোইবগী মমিদদা—লোৎতুনা লৈজবগুম্ ...... হুংঙাইজরম্বা— "লুপ্রা মরি চৎপগুম" মথং-মথং মরাইবক্ থীদরক্ই। মবোক্ লুপ্রানি, মমাম্ লুপ্রানি। ঈবুংঙোনা লুপ্রাবী মচা চন্দ্র-কংনানৃনি। থোকপ্রবা—হৌপ্রবা থৌদোক কয়া অমমম্তা নীংশিংলুবদা থনৃবগী অরোইবা লৈত্রবা"......মীহুংশি খঙ্দবগুম্—অপাম্ হুংশিনী লাংদা নাম্বোকপা য়াদবগুম্...মমানা মহাকৃপু থনৃবীদবগুম্ মযুম পাম্বোকৃখিবা ঙম্খিবা ?..... মশক ফাওবা য়েংনৌংদনা—হুংশিদবা পোকৃখিবা মতম্.........থন্নু-থন্নুরগা মহাক মচা ঈবুংঙোবু থাদোকুনা মযুম্ পাম্লরোই............" লেপ্রবা। কংতুনা মাঙপ্রবম্ মাঙজপ্রসন্থ থম্বোকুদা—নহা ওইবনী ঈহৌ-পূম্বা থম্মোয় খুতুম চন্দুনা : থাজবগী রাংমদা থক্ মপান্ থোকৃখিদনবা থাঙ্জরক্লি। পুম্কাউ কাউবগুম্ অকে-অমৌ-পাম্মুদরে—ঈবুংঙোগী মমা মচাগীতা থনৃথরে।

ঈবুংঙোনা পীক্লিডৈ, চহি মঙা ফাত্রিডৈদগী, হুংজিগী অযুক্তা মমানা—অমত্তা ঙায়রবা—পন্চাই-মনাকী এল-পী স্কুলদা—খিনজতুনা, লাইরিক তম্লিবা মমাম্রবশিংগা মীমাম্রনবা হোৎনরকই...। লুনা—চাম্না তোবনা হেনৃমল্লবা,......ঈবুংঙোনা চাউর—চাউরগা মথোঙ্ চাশীল্লক্তা, তম্লিবশিং খঙজীল্লক্তা, ভাকপীনবা থোইনম্ লৈতবনা—হৈনীংঙি হায়রতুনম্—পুক্লীং চঙ্না মায়ওনশিম্লীংলক্কে। 'অ—আ'

অহানবগী লাইরিক্তা ভুংস্তিগী শেম্বায়রগতা হল্লক্‌ই। মুংগী সিলেট নীনী শুদে কম্ফম্‌ ওইনবা বোড়া পুথিবা—তন্তুনা মাওহল্লক্‌ই! ভুল্লগী হল্লক্‌ই—মযুম্‌ চঙনী কাউবগুম্‌—শাম্রবনা মায়পুন্নবনা —থিরক্লিকাওবা, কোৎক্লিকাওবা চাগনি-থকনি — কাউথোক্‌ই। থোংজাংবনা হেক্তুনা—তুপ্পী শাহনা শাম্লৈ। অক্লাংবা হৈবোং হেক্তুনা, চাক্তনা……লৈথোক্‌ই। উদগী তানি হায়বগী নাচুংবীদে। খোংনাং চনপ্পী মথোম্‌ লৌতুনা, শম্পকপী মরক্‌ চঙহনা চায়াং কাহনা য়াম্না তাম্লৈ! থোংথক্তগী তুরেল্‌দা চোংথৈ,—লোংফাউ তাউহনা, ঈরুপ্পুনা……ঈশিংদা অমাং কৈয়োই শাম্লৈ। মমানা চৈবগী নাচুংবীদে ঙুমিৎ থুদিংগী হল্লক্‌পা থুদিং—নাউথী হেক্ত শাই; কেথশিল্লি। মযুমদা হল্লরগম্ব, মুমগী মখাদা ঙাইহাক্তা লৈতে। মমায়বশিংগা পাংপান্দা চত্তুনা থয়োই মহাম থুন্দুনা য়াইনবী, ঙাপ্রুম্‌ জানবী তেলঙা পাইবী; হল্লক্লে,—ঈশিংদতা ঈরুপ্পুনা কাখৎলকুই য়াদে—ঙুমীৎচুপ্পগী। ঈশিংদা নত্রে কংফান্দা—থীরিকাপ্পী,…মরু হনাও চৈতেক্‌ কোংপী। মশক উদে থিরুই—লৌবুক্তা কোক্লেং কাপ্প চৎলুই, থিক্লোইগী তেন্‌ হেক্লুই,…লাকবা ঙম্‌দবা মথৈ। হেক য়াচঙ্‌বগা — কমুংদা চঙথিবনা—হানবা, চাক ইপ্রীমথৈ চাদনা ঙুমথিবনা কোক্তায়। লাইরিক পাউ থাদোকই—খঙ্‌দ্রবনিনা-মানা থোক্‌পা চীমক্‌কা থরা—পংথীদা থী; ফাক্‌তোক্‌পনা অমদা,—পাবা শারিবা হায়জীল্লীবনা অতৈ; মমানদি খঙ্‌দবনিনা—"ঈচাশে কুনদি কাজরেদনা"! হরাওজে। হৈত হৈত চহি তরুক্‌ হেন্না তমৃশিল্লরুবনিনা মঙাঙবা ফাওবদি কারক্লে।

'শাখী ঈবেম্মা ঙুংশিবী
শাখংগী থরায় ওইরিবী
য়াংজেন্‌ পুংখায় অমত্তদি ঙাইরমথো—

হুদশি হৈনা নতুং ইল্লক্লেনে·········
পান্থ থরায় তুংইল্লক্রগেনে—
থম্বালন্থ···············।'
'হুংশি তেম্‌শিং লমনুথুম্‌
পূর্ণিমশিং থরায় লোয়েদো···········
রাংলেন্‌ মীকুপ্‌ অমত্তংদি শাবী নঙ্‌বু ভাইরমখো !
তুরেলগী ঈরৈ তুংইগ্না—
তোৰ্ব্বান খোয়া থিয়কে·········।'

'লিলা লোইরে-লোইরে !' ময়াম্‌ রা রা শঙ্‌গোয়দগী-কুম্‌থনখি। থল্লম্লিবা মোম্পাকৃফিদক্‌ ফৈজুপ, ময়াম্‌, লৌথৈ। খোমজীন্নী। পূর্ণিমশিং শাখিবা ঈবুংঙো—শিবা শানা তুথখিবদগী—মান্নী-মান্নী হায়নখি; থাঙ্‌না থিনবা শাহুনা তুথখিবদগী লিলা লোইবফাওবা হৌগংলক্রে। 'তৌশিন্নরিবশিবস্থ মানখি'—থুবাক্‌ থুনখিবনি—ভশেংনা রাম্বরম্নে। লোংনা ভাবদা—লুখমদা হুঙ্‌চেপ্‌ অমদা লুথম্‌ কায়হুনা ঈ-থোক্লম্‌লে, ময়াম্মা হুগংনহুনা কোনথংলুবদা। ঈশিং চাইহুনা লায়কম্নরে। "অমা য়াওক্লরে হেক শোক্লুনা মরাক্‌ই। মথোঙ হুক্‌খিত্রে — ঈবুংঙো নঙ্‌সে।" অম্মুম্না শোঙ্গহুনা রাজৈ ঈবুংঙোগী মমা। থরা চাউরগা মফজরক্কনি থল্লী অহুবু—চাউর-চাউরগা — থোদোক্‌ রাথোক্‌কি—মীয়াগী মীরা ভাক্তা; মমানা নিংদোল্‌ পোম্‌হুনতা—থাঙ্‌লী।

থাবল্‌ করবা দুর্গা পূজা মহুংগী অহিংনি, নোংমাই মহুংগী অচীক্‌পা লম্বেলদা — থোক্লরক্লিবা চংনরিবা, লাঙ্‌নরিবা অঙাং ভাক্তা—কাঙ্‌বু—কাঙ্‌বু—থৈনৈ, থেংনৈ, হুরানবা ভাক্তা—হুরান্‌বা মশেনগুম্‌। অহল্‌শিংদি—লোইনা তুমথুল তামথবা ভাক্লি। লাই

লাংকম অহল্‌শিংগী মাঙ্গোপকি কুমৈশিংমু লোইগ্রবনি,—অহুনগী হম্মগ্রবা কাঙ্‌বু কাওবা—মীকপ, অমা – অনীরক, খোরুবা য়াওগ্রবনি।

ঙৌনা। শঙ্গোয় — শঙ্গোন্‌ মথক্তা — মরুলোকনি থারুবা তোরবোংশিং, অশংবা মনা পাম্রবা, কংগ্রবনা মরিস্তনা শঙথক্তা পুনবগুম্‌—নাম্বরক্তি্‌বা মঙা-ঙরুক্‌ তুম্পক্‌—তুম্পকশিং—থাবলগী মঙাল্‌না য়ৈশীল্লবদা—মম্বহুনা শুজা কারবা শঙ্গোয়হুগী শঙরায় অনীগী অমুবা মথক্তগী, তোরবোংশিং অহুনা—অয়ুক্তগী অঙাং কাঙবু ঈবুংঙোগীহুগা মশক খঙ্‌নগ্রবগুম্‌—অতম্মনা হেকনি, হুরাল্লুনি —চঙশিল্লকপদা—নোক্লকপগুম্‌—ময়েক—শেংদোক্লকই। ঈবুংঙোগী কাঙ্‌বু অমগী-মথক্তা অমনা মথঙ্‌ মথঙ্‌ চোংথংনহুনা …………… …………ময়েঙ্‌বাল্দা কাথংনহুনা ………… অঙাং অমা শাইজিল্দা লামহুনা ……………………শঙয়াম্লদা কাথংখ্রে। শঙ্‌য়াঙ্‌লেন য়ৌথিহুনা নাকল্‌ অনীমক্তি—তোরবোং, মথঙ্‌-মথঙ্‌ হেক্তুনা মথাদা ওরুবা থাদরকুই। 'ওকউ' হায়না লাউনগ্রবমু ইঙ্গিত্তদা খঙ্‌নবনিনা থাদরকইবা তোরবোংশিং অহু—লাকমিন্নবা, মথাদা লৈহৌরিবা মরী অহুনা অমমম্‌ ওক্‌নৈ; অহুগা লম্বী লমজাও য়োনবা চেম্মখি, ঈবুংঙোমু ইকোন্‌ কোনবদা — মরীশুবহু ওকুই; মনাক্ত থম্মি; 'অমগা থাদরকে ওকউ' হায়না থাদরকপা ……………… থাদবনা হাল্লকলে—ঈবুংঙো ওক্‌পা নংহোক্রে। শৃং নাম্বোক্‌থিহনা মমাঙ্‌মক্তি শম্বী থীবোং মপা অহুদা — তোরবোং অহুনা ফুপ্‌ — শম্বী থীবোং অহু পুমচাই — ঈবুংঙো পুমচোং-চোংহুনা মমায় কাওবা শম্বীনা পুনতৈ। ঈবুংঙো শম্বী তৈরে হায়বহু লাকমিন্নবা হম্না য়েংলমদে; থোকখিবনা, হাল্লি। ঈবুংঙোমু তৈরবা—পোল্লি পোম্লিরবা তোরবোং, অহুমু খুনগত্তুনা—পম্বমু য়াদবনা-মরাম্‌ মতুং

ইমরকই। লাইলাংকম্ মৈঙাল অহুদা চঙলুবদদি—"অচাঃ—অচাঃ নমথী! নমথী!" লক্লখিরে। ময়াম্না ঙাইবীগে ঈকুজখোকুউ' হায়বদগী—হিদেন ময়াদা পুন্নপ্ অমুক কাঙ্বু অহু কুমথরকই। হিদেন্ ময়া অহুদা—অঙুম্ লাঙ্নরম্বদগী – নোংঙাম্রিদৈ, পাংলৌ থিঙেল্দা— ভোমালনা চাবা শোরগী লু-হুম্ কাইরুলি থম্নে। পম্বদে মরি-মরি হি অমদা মখোয় মরী-কাথংনরে; অমনা লাই-শঙঙ্ থমলম্লে। ঈবুংঙোম্ হি অহুদা য়াওরি—। নৌদি অমত্তনি—নোংঙানুগদবদি য়ামত্রে, থুনা-থুংনবা নৌ পায়দবা অহম্ অহুম্ মথুংনা ঙংনরি। হিথাঙ্ফম্ খোঙবান্ অহুদগী হোন্দোরকপমা—অপাকপা—অরংবা ঈপাক্ য়োরকই। লৈনা-লৈনা কোয়রেং—রেংবদা—কুফেং—কাফেং ভন্দম্না—মনাক্-নক্লা—থাম্না-অথাম্নদ—তুম্পক্—তুম্পক্কী মৈবুনগুম্—লাম্মৈ থানবীশিং অমুক পীকথবগুম্—অমুক ফুঙ্লাউনা চাউথংলকপগুম; অঙাং ঙাক্তনিনা, অমুক্তা উরক্তিবা মঙংমিনা—কিনবা—পোক্লরকই। লাম্মৈ থানবীশিং ভাথীনি মতাগুম্ তৃমিন—তৃমিন্ চিবোন্-চিবোন্ ঙাঙ্নৈ; রা-তাম্মৈ। হিগী হিদুঙ্ অহুদনা অহোবা মথুন-মথুনুদগী য়ুশিল্লকপা ঈশিংনা অম্ম-অম্ম য়ামশিল্লক্ থুজেং থুম্না—চোংশীল্লকই। লাকলত্রা হায়নম্ চিংনবনা—থুজোক্লা কল্ল-কল্লহুনা শীত্তোক্লরি। হোনুবদি লেপ্তরি। মেক্রুক্না মেল্লম্বদগী কংহুনা চেংখায়রবা অহোবা ওইরবা অয়ুবশিং—মথুং মচাশিং অহুনা নম্শীন্দুনা—য়ুরক্তনবা ঙাইহাক্—ঙাইহাকম্—উবোই উদবোই—মেম্নরি। লৈপাক্ পেক্তুনা মেনগদবম্—তুরেল মরীল ওইবনা—নৌগী নৌরেপ্সু কংদে। রানরবা অহুদদি—'লাম্মৈ—থানবীশিংশি লক্লশিন্না?' হায়নবা য়াওরকই থামবা নংহৌদে—অমনা হেক্তা লাউই—'লাম্মৈ থানবী ভোয়-ভোয়'...... মনাক্ মকৃশিন্দা নকশিল-লক্লবোই থল্লী। য়েংল-য়েংলগা অমুকম্ কিবা

শোক্লরকৃই। হিক্লুং অত্থদা পাকৃথ—পাকৃথ মথোয় মরীমক্ ঈশিং শীংপা, মেনৃবা······কাউবা মথৈ; অথেনৃবা পাংলোগী তাউথবী কোরক্ কাওবদগি য়োনবা মখুং মচাশিং অহুনা কয়—কয়া ওংখৈ। নৌ পায়রবা অত্থ কাওবা-নৌ থাদোক্তুনা হোয়সা য়াঙ্গদবগুম্ থম্না ওংলি। উচিন—নাচিন্না তাউথবী কোরক্ য়োরকৃই। অরাংবা—অশোঙবা কোরক্ অত্থদা—ঙাইহাক্ পোথা লাইয়ে-থানবীদগী লোংলবনি—উরম্মরোই—থন্দূনা······· কিবাঙ্ কিশিন্নক্লে,' তপ্না-তপ্না—অথেনৃবা ঈশিংগী কোরক্ অহুদা হোন্নক্তুনা—থিঙেল্ মনাক্ য়োরে! অথেনৃবা-থিঙেল্ মনাক্কি মচি অমদা হি থাংলবনূ—কুমথবা কিনরে; নোং-ঙাম্বোরকৃপা ঙাইরসি—হায়নরে। নোংঙাল্লমদাই য়োশিল্লক্লহুনা—থাবল্গী মঙাল্গা—চুমিংকী ঙাঙ্নবা মঙাল্গা শিন্নরকপদা—হিন্নুঙ্দগী কুমথনৈ। থিঙেল্ অত্থগী শোয়দা থুমলমলিবা লূজাও অনী অত্থগী-লুনিঙ্ শংখৈ—অনী-অনী চঙ্হুনা। লুনিঙ্ অমদি—শহুম্ চাউবনা—'ঙা অচৌবা চঙ্লে—চঙ্লে!' হায়না হরাওনৈ। হি মনাক্তা লুনিঙ্ অনী অত্থ পুল্লপ্ পুনরক্তুনা-হিন্নুঙ অত্থদ। থক্ থক্ উপশীন্দূনা লীকৃথৈ, হৈদোক্লে। শহুম্ য়াওবা লুনিঙ্ অত্থদি—ঙা মচা, লোয়রকী ঙাক্রা মচা অমা কাওবা য়াওরমদরে—শাংত্রোং শাংনা—লীলনা—ঙাপ্রেমলা থঙ্দবা অমা তারকৃই,—নক্শিন্না মশক্ থঙ্নবা অমনা য়েংই—মরাং—মরাং—লেঙ্ন লেঙনা চত্তুনা-মকোক্ থাংগৎলকৃপদা কিনহুনা হন্দোকৃনৈ; মথোয় মরীমক্ হিনুঙ্দগী লোয়নমক্ কন্-কন্ চোংথনৈ; পুমচোৎ-চোৎনরে। কংফান্ য়োনবা হোকৎলক্তুনা থিঙেল্ মথক্তা নিংদোন্ তীঙ্-তীঙ্ চোংনত্তনা লেপ্তুনা········ লুনিঙ্ অত্থদগী হৈদোরকপদা য়াওখিবা ঙাক্রাশিং উকাবী মচাশিং—পাম্মূরক্লে। নোং পুমঙাল্ ঙানুথোরক্লবদি—শোয়হুগী শোয়বু

তোমাল লাক্তুনা—থেংনরবদি অমুক্ম ফূবীরনি—কিরে! হিতুম্‌, নৌতুম্ম হন্‌দোকলম্মা তারে,—হিবু অত্তনা অমুক্‌ম্ম ফূরিরলি কনুনা তৌকম্‌ থঙ্‌নত্রে। হিহ্‌দা—হজিনতুনা – চৎনবা ঙম্বগী থৌনাম্ম লৈনত্রে, শোয়নিঙ্‌ অত্তুদা — হিম্মু,—লুম্মু,ঙাম্মু—মপূ পান্দবগুম্‌—হন্দোকলম্‌তুনা লোখোং মরীন্‌ অতুদা—মরি-মরি লাক্তুনা—কেনা রাখোঙ্‌ মপা ফাওবা লাক্তুনা—লম্বী লমজাও তারগা পূমচোৎ চোক্না —লাই লাংকম্‌ য়োনরকই। হেক থুংলবদা, লাং কাইরুগদবা, থোরক্‌পা হিবু অত্তগা থেংনতুনা মথোয় 'মবীমক্‌-খুবাক্লা থাতুনা মনা লৈবীরে। অত্তুকাওবা হম্নদে; হেক্‌ মম্‌থরক্‌পগা থোক্লবা অমা—হোৌদোংগুম্না হেক্‌ ফূবগা কাউবগা — অম্মানি, — অঙাংশিংশিগী। হূরানবগী অতম্নবা অখম্নবা পোৎশক্‌ অমত্তা লৈতে। কৈথেল্‌ মনুঙ্‌ চঙতুনা যোম্নবা পৈতুনা থমজবিবা চাইরেনগী চফু উয়ানশিং মপূ থঙদা অঙম-অঙম্ব তাহন্দা থাংনবক্তুনা—লাইখুরেম্বী থোংথক্তা পোপ্‌,—পোপ্‌ থুগায়তুনা মুগায়-মথায় শাবা মানবা তাম্নে; অহিং-নোংশোয়বা। নোংঙাম্লক্‌ংদা—পূমচাই চাইববা—চেগায়—মচেৎশিং থূন্দূনা শান্‌বা তাম্নে, চৈথেংপী মশীং য়াম্বা তাম্নে ;পূনবু—পুল্লিবা মথৈ—মথোঙ্‌ চাদবা ঙাক্তা; হুংতিগী অহোংবা রাথোক্‌ ঙাক্তা,—চৈরমদা থোংশাবা ঈবুংঙোগী কাঙ্‌বু।

ঈবুংঙোনা মঙাগুবা থাবগী কুম্‌ অতুনি, মতুগী মমাংদদি মণিপুর পূম্বগী ওইনা ইম্ফালদা পবিক্কা থাবা চৎনবম্মী; কুম্‌ অসিদগীদি চৎনদরে; মোইবাংদা অনৌবা সেণ্টব অম্না হাংলে। মোইবাংগী অকোয়বা ঈথাই ফাওবগী, থাঙ্গী, নিংথৌখোং ফাওবগী, কাক্তা ফাওবগী পুল্লপ্‌—অচৌবা মাগুপ্‌ অমদা হুমীং নীনীগী পরিক্কানি। মমানদি মচাগীনি হায়তুনা—লূকমায়চোম্না—হৈরুক্‌কাবগুম্‌-ঈবুংঙোবু

তম্বীরিবা ওঝাদা—পরিক্ষা নোংমা য়াংলিঙৈদা থিনজরুই। অমুক—চাকুঙন্—ঙাথোংবা পীজহনা মচাবু পরিক্ষা থাকম্ মাগুপ, কাওবা থিনজরুই।

ঈবুংঙোদি ইরাঙ্নি, পরিক্ষাদা করি ইগনি মখোঙ্ খঙদে। অকাবা অমত্তা য়াওদে। অচৌবা মূকী ড্রমদগী মূকুপু অহু থম্না কল্লি, অমুকী লোইহনা থোক্লকপদা—অমুক্ হৈদোক্লগা—চপ্মান্নবা মুক্ত হয়া কল্লি—অতৈ অঙাংগুম্। মহাকীদি অহুগুম্বা কুম্মৈহু য়াওরগা লোইরে। হংলক্লিবা য়াহংগী পাউথুমদি লায়রহনা য়াহং কাওবা নীংথিনা পাবা থোক্কে। থংনবদগী থরা শিনবা অহুনা লোইরে। মৌখিক্ হংলকই—করিনো হায়বা চঙঙক্রে, ফোলহুদদী থংনবদগী শিল্পী। ঙাইহাক হাপ্ থাবদা—কোম্না লৈহনা চারগা মমান্নবা অহুম মরী লাঙমীম্নবা—অহু মখৈনা মপুংনি।

ছাত্রগী মশিং য়াম্দবনা অনোবা, লম্লাই লিংখৎপা এমঃ ঈঃ দা ক্লাস থ্রীগী মিংচল্লুই। পরিক্ষা হায়দোকপা, ঙম্বা ঙমদবা থিনজ্রিঙৈনি। মণিপুর পুম্বগী পরিক্ষানি; হায়দোকপা মতম চঙই। তমশিল্লুরবনা—হায়দোক্লকপদা ঈবুংঙোগী মমিং য়াওজ্রবম্ম থোইনা নাচুংবীদে। অহানবা ক্লাস থ্রীগী ফার্স্ট টরমিনেল্ য়োশিল্লকই-শৈরেং অমফাওবা য়াওরকনি খঙ্না-খঙ্না কাবা ঙমদে। ভাক্লিবা-তম্বীরিবা কয়া অহুনা খঙ্মল্লক্রুবা—হৈনীংদবা পোক্লকই। ছুটি থারগা হরাওই। কালেন্ ছুটি মহুং লাইরিক ফাক্তোক্লুনা ঔয়াইগনি হায়বকাওবা কাউবমখৈ, মখৌ অমগুম্-পাৎতা ঈশিংপা, ঙা ভাংবা, কাঙ্বু—কাঙবু থৌগাইঙম্ পীবাগী মতুং ইনবনা হেন্না থরায় য়াওশিল্লকই। তমজ্রবম্ম থেংনরগা হৈরক্লবা—ঙাফাবগী শিনকম্না—হেন্না থোয়জঙবা—মশিন ওইরকই।

'কুম্শীগী পাংশেন্ থীরবরা? থীজ্রবদি পাং কুমহনা ঙা-কারুবা য়ায়োই। তোঙাউনা ওকপা পাংনি।' শোয়চান্নীবনা—লাইশোয়

য়পায়দনি। খম্বোংতাক্ মরীন্দা খিংবা পাওল্ খিংজেল্লদনি। শোুক্তাবা তোঙ্গাউ শাখিবা পাংচাবনি, শোয়মাণ্ডদা শোয়নীংদা কাক্নবা কূম্ন্‌বা খীনা-খীনা চৈ; কা-কাহুনা পাংশেন্ খীদে হায়বনী লুঙ্‌ণ্‌, ঈন্ হংগেন—পৌয়া কাওবা মুনবা ঙম্মী। খয়া হেন্‌মল্লী খঙ্‌ন্না-খঙ্‌না কনা অমতুনস্থ তোঙ্গাউগা মায়য়োক্নবা তন্নে, কি ভুক্তচৈ। 'পাংশেন্ কোক্‌কম্ খোক্‌ই, মীয়ামগী প্যাংনি, মহাক্কী শোয়চাজবা অত্বু খিংলুবস্থ নত্তে, চুম্নগী তুরেলদগী পাখোক্তকৃপা ঙা খয়া কাজবরু মখৌ করি নৈ?' পঙ্‌ঙাঙ্‌দা ঙাঙ্‌নৈ, পূন্নমক্ তোঙ্গাউগী মতুংদদনি; তোঙ্গাউগী মনাক্ চঙবকাওবা অমত্তা ঙম্নদে। 'কূম্‌শীদি খীগ্রে, নম্‌হুনা লৌগ্রে, নোংমৈদি করিগী পীজক্লনি?' হায়খিবা, খনখীবা পূম্বা মতম্ য়োরক্লগদি মশা-মশানা চংনহুনা খিন্নরুবা ঙাক্নী। পাংয়াদা তাবা ঈবুংঙোখোয়গী যুম, পাংতাবনা অচৌবা থাকত্রবা শিনকম্মী। কুমগী নোংনা লাক্তি্ৰ্ঙৈগী মমাং,মমানা লৈত্রবস্থ পুহুনা পাংশেন্ খীরুই।

ঈবুংঙোগী কালেন্ ছুটি মতম্ লোইরমদাই, নোংজুপস্থা লাকই। অহানবা নোংহৌগী—তুরেল্ ঈশিং ঈনৌ তুংইন্না অহিং নুংখিল্ খঙ্‌দা কাক্তাগী পাওল্ লোক্তাক্ খোঙ্‌বান্ পাংনরকই। "পাওল্ অমা সংত্রেন্ অমা, থোপ্ অমা, ছাটিন অকোৎপা অমা" হায়নবমক্ হেক্ পকচবমখৈ, তনস্থ তনখিজবা হায়বহুনি—লক্ই লক্কে খিদে, পঙহন্দা হল্লি, পঙ্‌শোন্দা শোল্লী; হঙোই মহানা চাবকাওবা ঙাগুম্ খল্লী। ঙারম্-ঙাকা খঙ্‌বা মোইরাংগী কাঙ্‌বু কয়া খৌশানত্রি খোইনা মিহৌনত্রি। অহানবা নোংহৌনি...ঙাকা তপখিনি, খন্দোক্লুনা তুরেল কূম্নত্রি।

লৈবাক্‌পোক্‌পগী নোংহৌ, তত্তুনা ঙাইহাক্ কাওবা হাংদনা চুখয়কই—'চয়োল্ অমদি হাংদোবা মান্দে' হায়না হায়ননা হাংদবমখৈ

চুপরকই। অহানবগী নোংহৌনা থাংজীং চীংশাংগী চীংমায়, নিংথি চীংশাংগী ঈপোম্ কয়াবু চোৎহনগ্রবা ; হন্দক্কী অতুনা লেপ্তুবমখৈ চুরকপা নোংহৌনা চীংমায়গী নাপোম্ কয়াদা চুপ্‌শিনুব্ব ভমগ্রবনা—চীংগী চীংজুম ওই—লোক কয়াদা চুমশিন্নুনা তম্পাক্কী অনেম্বা মায়কেদা চেম্বরকই...তুরেলশিংদা লোক্‌শিংদা·· লৌখোং-শিংদা...পানা পানা লৌবুক্ লমহাঙশিংদা ঈশিংগী ঈচেল্ নাইনা—লোক্তাক্ য়োবা হান্‌বা তাগ্নবগুম্ চেম্বরকই, ঈশিং-ঈচাও লাকই। নোংজু থানি, মাযকৈ থুদিং নোং তাবি, চীংদোন খুদিংদগী তম্পাক্ যৌনবা—তুরেল অচৌব মচা থুদিং চেল্লী, তুরেল্ ঈথল্লে। তুরেল্ অমত্তুগী মরীন্নী ঈবুংঙো মমা মচানা পাৎ তাদোরিবা ঙাফাদোরিবা ···তুরেল্ অতুদি—থাংজীং চীংমাযগী চীংজুম্না—তৌথোং মরীন্দা চেল্লকুনা থম্বোংতাক্ মরীন্দা তাহুনা লোক্তাকি মযাংকংলবা ঈমায়দা তারুনবা চেম্বরক্লিবা অতুনি।

থম্বোংতাক্ মবীন্ অসিগী—চেগাই পাৎ মপাদা -নিংথি চীংগী চীংয়ম্না ভাংখলরাজু থুল্লক্ ফাওতুনা চেম্বরকপা ঈশিংনা—কুম্নুবী মরীন ওইনা তিল্লবি। পাথোক্না চেল্লকপা লৌখোং-লৌরক্ কয়াগী ঈশিংনা যম্বীপাৎ ফাওতুনা ········· ললিতশোয় পাতুনা············ চীংহুংশোয় শোয়মাঙদা তারহুনা — থম্বোংতাক্তা তারবা থরা, পাথোক্তুনা চাইনা লোক্তাক্ খোঙ্বান্দা তাখিবা থরা ······পল্লেপকম্ ঈচেন্‌গী—ঈচাওগী লৈতবগুম্নী অম্মুম্না থম্বোংতাক্ মরীন্‌গী মপুং ওইবা ঈশিংনা লোক্তাক্তা তাখিবগা—তুরেল্‌গী ঈশিং ঈনৌনা ঙৌরোক্‌ঙৌনা···············কুম্বোন্‌তনা নাঙলবা ঈচেল্ ওইবগী হৌনশাগা,—মপূক্ তপ্পা কংথকুরবগী শংত্রিক্‌শংনা ককৃহি থাংবগুম্ —পুত্রিগী ঈশিংগুম্ লৈরম্লবা লোক্তাক্কী ঈশিংগা ভিন্নরমদা······· মথং মথং অঙৌবা—অনৈবা ঈশিংগা—অশংবা অরাবা ঈশিংগা

নাকৃপাক্ নাকৃপাক্ ইম্না—অমত্তা ওইনবা ওম্বা তাম্লরি, খৎনরি। অনৈবা, অঙ্কবা অনীগী মরক্তা—কুম্মোন্ ময়াম্‌অহু—ঈচেল্ নাইত্রবা লোক্তাক্—খোঙ্‌বান্দা মথং মথং তাকৃখরি — 'কুম্মোন্‌ত্তাক্'ত্তগী 'থম্মোংত্তাক্' পাৎপান্ হায়না লোক্তাকী মচেৎ অমগী মমিং থোম্নরি। তুরেলগী চেম্বরক্লিবা ঈনৌগা লোক্তাকী লৈজরম্বা ঈম্নীগা ··· ঈনৌ-ঈবাঅনী ত্তিম্নররবদা-লোক্তাক্ ওাশিং মখে লাংনরে·· ঈচেল্‌গী তুংইম্না অমুক্ চেম্বা হঙ্গৎনা অমুক্ চেনখৎ-কাখৎ···শান্ন শান্ননা—ঈচেল্‌গী মায়যোক্তা চেন্‌খৎলকৃই, কাখৎলকৃই। ওারম্ ফাৎলবগুম্—ঈহন্ ঈরৈদা লৈহুন, ঈরৈমুংদা শান্নহুনা···তুরেল্ খোঙ্‌মুংহুদা ভূরেলগী হৌবকক্ষম্ থিবগুম্···অনৌবা মহাও হেনগনি খনবগুম্—ওাশিং ওাকারকৃই। চোল্লম্বা তোর্বান্‌গী পাথোকৃপ্রিবা ঈপাক্ কয়াদা পাথোক্লা শান্নবৈ, অমগী মতুং অমনা ইন্‌বগুম্ তাম্না তাম্না চেল্লে, অচৌ অপীকৃকি ঈপোম্ মশানা মশাগী তাকৃচবগুম ঈপান লাংনা তাউনা চেল্লে, চোংলৈ, নাবেংলৈ। শবেং, পেঙবা, থরাক, ওাশেপ, ওাতেন্ ওানোয, ওাহৌ, ওাথা, ঙম্হায, অচৌ মচা পুন্না কামীম্নরকৃই। থম্মোংতাক্তগী চেগাইপাৎ, চেগাইপাৎতগী লাইথুরেম্বী, লাইথুরেম্বীদগী তোথোং, তোথোংদগী—চীংনুংলোকৃকয়াদা য়োনবা। "ওাগী ওাকারম্ য়ামম্রিবৈ, ওাকানি,চানৌ—খঙ্‌নম্রিবৈ, ওাশিং কয়াদি মনীং-তম্নম্নী। য়োনিঙ্‌বা মক্কম্ যোঙম্‌লম্‌গনি। লোক্তাক্ কুম্‌গেম্মু মকৃশি ওইরম্নী, কযা হুংওাইরম্‌গনি। মকোক্তা তৌ হৌই হায়বা তোথোং শরেংম্মু লৈরমগনি। লোক্তাক্তগী তোথোং য়োনবা কারমগনি, অমুক্‌মু লোক্তাক্তা কুম্নম্‌গনি। কয়াদি মনীং তম্জরম্‌গনি। ওাগী নিংথৌ ওই, ওায়াম্না মতুং ইন্—মকোই হাইরা-হাইরা···কল্লম্‌গনি। অহুবু হৌজিক্তি হায়নবত্তা ওায়রে—ওাগী ওাকা য়াম্লবা হুমিত্তদা য়াম্না য়াম্না ফানররবত্তদা—'তোথোং শরেং কাপ্রে', ঈশিংগী ময়েংনা তাথরক্রবা,

ঈশিংদা অঙাংচুপী তাচুনা লিবা য়াওনরবা তাঙাদা 'লাইনা লৌবনি তৌথোং শরেং কুম্থরে'—পুম্নমক্শিনা কদায় কাওবা চুম্নগদবা ?"

অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু—'লোক্তাকী ঈয়োম্‌ংদা ঈচাও পম্মাদা···তুরেলনা তোর্বান্ পানা চেল্লক্লবদা নোংগী ঈনৌনা লৈতোই পুচুনা ঈনাঙ-থাংলবা লোক্তাকী থম্বোংতাক্তা মপুং-ফানা তারচুনা হঞ্জিন-হঞ্জিন ঈ.নাৎলরবদা—তোথোংশরেংনা থম্বোংতাক্ মীরন্দা কাখৎলকুনা চেগায়পাং তারকুনা···লাইথুরেম্বী থোং মপা লাল্লগা তৌথোং য়োনা কারক্ই' হায়নববু থাজনরি। অচৌগুম্বা নুমিৎতি শরেংশিংনা মথি ফোংবগুম ফোংনা কানরকপা, লোং পায়বা হৈবশিংনা শরেংলোং ল'চুনা মশীং থীঙম্‌দা কয়া কানবা, ইঞ্জীংবীন-ফাও পেঙবাতনা হিবোং পীক্-পীক্ থম্না ফানববা,···নুমীৎ অসিমক শোয়দনা তৌথোং শরেং কাবমগদবা নুমীৎ ওইরম্মী, কিনরি।

লেপ্তবা তুবেল্না পুরক্পা ঈশিংনা, ঈনৌগী ঈনোংশিংনা লোক্তাক্তা তারচুনা ঈথল্লবা—তুরেল্ কয়া লোক্তাক্তা তাক্খ্রবগুম্ তাক্খ্রবা···নোংমা নোংমগী খৈহিনা কংফান্ কয়াবু থুম্‌জীল্লকই। ঈচাও লাক্লবদা লোক্তাক মপুক্ থল্লক্লবদা মথং-মথং কংফানবু উম্‌শিন্থিচুনা অমত্তা ওইবা অপুনবা লোক্তাক্ ঈপাক্ ওল্লক্লবা মোইরাংগী লৈকায় কয়া লোক্তাক্ ঈপাক্তা খারা শাচুনা ঈশিং মায়শিং চানা থক্লরক্ই। লোক্তাক্ পাৎনা ময়েং তাবিডৈ, খোঙ্‌বান্ কয়াদা পাৎ মচা মচা খাইবগুম্ মমিং তোংঙাল তোংঙাল্ খোল্লম্‌বগুম্ থম্বোংতাক্, থমংতাক্, থমংখোং, চীংফুংশোয়, চুপবীদাক্, তাক্মু অম্মুয়া অনৌবা খোঙ্‌বান্ কয়াদা অনৌবা পাৎ কয়াগী মমিং মথং মথং থোল্লি—চেগাইপাং, পাংলৌ হায়না। ইনথৎলক্লিবা খৈহিক্ল··· অরেপ্পা অমদা লেপ্পম্‌বদগী—নোংনা হাংখ্রবদা, তুরেল্‌গী ঈচেল্না পীকশিল্লক্লবদা তপ্পা তপ্পা কংথখিবগুম্ হস্বরকই, ময়েং নোংমা-নোংমা

তাখরকই। হায়রগী অরেপ্পা ঈকং পম্বাগী ঈয়াম্ন শক্তম্ হৃম্না লৌখি। অম্মুম্না চহি লেপ্পে, ঈকং পম্বাদগী ঈচাও-পম্বা, অনীসি পুন্নপা কুম্ অমা, কুম্ অমবুমা চহি অমা। লোক্তাকি ঈশিংনা অম্মুম্ অম্মুম্, অম্মুম্ অম্মুম্ তাখখিন্দুনা…ঈচেল্ য়াওব্রবা খোং তুরেল্ কয়াগা শম্নথ্রবদা…অকংবা লমহাওকয়া ওইহৌই অতোঞবশিংনা; পাৎ মচা মচা ওইহৌই অকুৎপা কয়াদনা…মথংগী কুম্গী নোংহৌ লাক্পদা অমুক্ থেংনসি হায়বগুম্ ঙাইরম্খো হায়না তোংঙাল্ তোংঙাল্ খাইনবীবম্মী। অশংবা লমহাঙ্কয়া শঙাবুং ওইনবা—অকংবা তিংগোই মরাদগী, অপৎপা হুপকি মরাদগী, ককৃহিচুরবা রাইমু চরা মখোক্তগী…ময়োন্ শংনা শংনা চোংলক্তুনা…চোংলম্বদগী মখিচং চেক্থায়ন্থুনা কংলবা লৈকংদগী পুমশং শংলবা লম্হাঙ ওইরকই। লোক্তাক্ খোঙবানগী অনৌবা য়াওন নৌহৌন লাকই। কোয়তাউ তাউবকপা শম্পক্পী মরুশিংদগী মতোন্ চোংলক্তুনা লেংলেং চংলকৃই, য়েল্লাং পাম্বীশিংনা ঙৌবি—ঙৌরি পোক্ হৌবগুম্ মরক্ মরক্তা —লৈকোল্শু মাল্হল্লি, উথুম্গী মখোক্তুনা পুন্নিল্ নিল্লকৃই……… কুম্গী নোংবু কৌবগুম্।

কুম্গী নোংহৌ অমুক্ লাকই …………পুমথুম্ অমুক্ থুম্লে। ঈশিংনা থুমথ্রবা তিংথৌ—তিংগোই মরা চৎনা শাংলকৃই; হুপ্কি মতোল্ চোংলকৃই—ফান্দুনা শজিক্ ওইনরৈ, রাইমুচরা মপান্ শারকৃই, মহৈ—য়াল্লকৃই লায়রা নোংথন্নহন্নবগী। অম্মুম্না অমুক্ কংথা অমুক্ ঈচাউরক্ চহি চহিগী লোক্তাক্লা—লোক্তাক্ মপান্দা তারিবা কাঙ্বুদা অহোংবা উৎপী, কায়বা পীবী। খোঙ্বান্দদা নত্তে, ঈয়ায়দম্মু ঙাগী ঙায়োক্ পাৎকুম্ কুম্বি কালেন্ নাইদবা—ঙায়োক্চফুগুম্—লোক্তাক্ খোঙ্বান্দা তারিবশিং পুম্বদা মপু ওইহল্লী। ঙাদা নত্তে হৈকক্ য়েল্লীদগী—য়েনা, য়েনাদা হৈকক্ পাল্লকৃই। লায়রা-চান্না

নোংখম্নাবা, চীংজিন্ পান্থা কোম্নবা, হৈকক্ হিবোং—হিবোং হেক্কুনা —কৌগী কোং থম্নবগুম্ হৈককৃকি কোম্ তোক্তনা পৈশিন্দুনা ফুম্নরী। হেক্পগী লোইবা নাইব্নবা হৈকক্না লোক্তাকি লৈহোম্লক্তা কেন্দুনা —হৈককৃখোনবশিং ঙাইরম্মী, খোনবদা য়াওহৌদবা হৈককৃশিং মন্তোন্ চোংলক্নবা মকুম্ পান্থা ঙাইবি, নিংথমগী উয়েন্ নংনবা হৌগংলক্নী।

ঈশিংগী ঈচাওনা হেন্নকৃপা, তাবকৃপা কুমগী কুম্বী- কালেন্ অঈং-অশা খায়বগুম্··· ··ঙাফ বগী শিনফমৃশু হৈনা—হৈনবা মতম্ মতমগী চান—চানবা খন্ - খন্দনা হোঙনৈ, ঙাগী অহোঙ অচাও লাকৃই। ঙাফারম্, চহিগীম্নন, লেঙ্গাগীম্নুনি····· অঙাং অহনৃগী খেম্নবা লৈনৈ, নুপা-নুপীশি গীম্ন অতু মঙায়। নুপামচাশিং অতুগা নুপাশিংগী ঙাফারমদি যামথ্রে—ঙাতাংবা, থেলো' খোনবা, লুঙুপ্ তানবা, ঈশিংপা, খোইচাপ্পা, খোইশংথাবা, খোইথাবা, খুলুম্বা, হৌরোংখোনবা, লু-থুম্বা, যুমৃচিংবা, ফূম্নবা, লাংথাবা, লাংতানৃবা লাংজাওতানৃবা, লোংতানৃবা, ঙাপ্রুম্ তানৃবা। নুপীশিংগীদি— ঈনৃচিংবা, ঈনৃখোনৃবা, লোংখোনৃবা অসিতনা মক্বনি। মোইবাংগী য়ুমৃথোং থুদিংগী—ঙাফাবা চংনদবা, লে ক্তাক্ কুম্নদবা, ইয়াও-য়াওদে, খোইনম্ন—ঙাফাবগী শিনৃফমৃবু চোপ্পা লৌনদে।

ঈবুংঙোগী মমাদি ঈনচিংবতনা চহি চুপ্পগী নোংমা কাংদবা শিনফম্ অমা ওইরকই। নোংমগী ঈন্—শোন্দবা নুমীৎ য়াওদে। ঈনচিংবগী মতমৃশু নংদে—পুখ্রিদা, খোংবান্দা, তুরেলদা, পাংতা মতম্ মতমগীনি। ঈকারকৃপদগী হৌনা থারবদি—থম্বোংতাক্ মরান্দা লোক্তাক্ খোঙবান্দগী চেগাইপাং মবীনফাওবা ঈনৃফম্ কন্দুনা খোন্দুনা-খৈহিগা তুংইম্নবা ঈনফম্ হোংনা চিংথংলকৃপনা·········· খোঙ্না কুমৃহুনা চংপা য়ারিবমথৈ হংগেন্ পৌরা থাংহুনা, য়েংখোঙ্

অমা তুপ্তুনা—ঈকা ঙানা মথে লাংলরবদা ঈনচিংথিলিং অমনা অমবু মিকানরবদা······ ·········নোংময়রক্ খঙ্দে, অমত্বা খঙ্দে, চোৎপা খঙদে, ভীক্ষা কল্লবা খোং কয়া লানুবা ক্দিে—ঈনশোন্ ভোয়রকই। লৌবী—লৌরাং পাঙুনা শূবগুম মথৌ ওই। খৈহিনা ঈনুকম্ থূম্ থ্রবা, ঈ শংহি তোংঙুনা হিরুবাক্থক্তা লেপ্তুনা- মথুং অনীনা নৌ পায়তুনা হোল্লগা—থূকউ অনীনা পৌরা চপ্তুনা অমুক্ থাদা, অমুক্ শোন্, অমুক্ থোন্, নোংমগী ঙাকুক্ থন্না থন্না ফাকুই। মচা থাক্পা ঙম্ববা মথৌ ওই। নোংনা হাংথ্রবা, অনৈবা ঈশিংনা ঈরু তারক্লবা, রাইরু থীৎতুনা ঈম্নুংদা চাইতুনা অচাবা ঙাকুপ্ ঙাইতুনা তপ্পা—তপ্পা ঈনুশেঠ্লুই, ঈনজিংলুই। ঈশিংনা কংথরক্লবা, হন্না—হন্না শিৎথ্রবা পাংতা,তুরেল্ মরীন্দা···············নিংথম্থাগী অইঙ্বা অযুক্তগী হুমীৎ তাবফাওবা —মমান্নবা অনীগা য়েম্তোগী চোপ্ থৌতুনা ঈনুজিংলুই, অইঙবা খঙদে।

মমাগী মতুং থরা ইন্, ঈনফম্ থোনবা হেক য়াওরু, লুঙ্প্ মচা অমা হেক পু, ঙা অমা অনী ফারক্·········ঈবুংঙো হৈনরক্ই— ঙাতাংবদগী—ঈশিংপা ······ থূদোং ঈষ্টোপ্ পায়তুনা শিৎলম্বদগী মরৈ পান্দুনা ঈশিংপা ······ ঈরম্ শেম্তুনা ঙারম্ শেম্বা, থূৎলুম্বা ······খোংবান্দগী তুরেলদা, খোইচোপ্পা······খোইজৈ পায়তুনা······ লাঙ্গোম্ পান্দুনা······খোইরি তাতুনা······তিম্রোক্ লেংতুনা - ঙাহৌ ঙাশেপ্—ঙারোয় ফাবা, খোইথাবা··················নিংথম্থাদা ঙাক্লা খোই······ঈশিং চাউবদা ঙানা লেংবা খোইশাং থাতুনা······ খোইজৈ চাম্বা চনী থাতুনা ·····ঙাক্লা-ঙামু—হিদান্ মহুং থন্না, থেলোংদগী—হৌরোং······· অইঙবা তুরেল্ খোংহুংদা ইন্দুনা,······ কবোকঙ শেৎতুনা·········হিথক্তা তোংতুনা চৈঙাক্লা ইন্দুনা ঙাচিং খোন্দুনা, লাংথাতুনা······শমজেৎলাং থাতুনা···পুখ্রিদা···পাংয়ায়দা,

অপুন্না মথং মথং চাউবা হেনুগংলক্লিবমথৈ হৈগংলকই। মতুং মতম্ চাঞ্জিনবা, লোক্তাক্ খোঙ্বান্ নত্তনা থম্বোংতাক্ লানুঙমত্রি,......
......লাংতনবা, লাংজাও তানবা, ফুমথক্তা লুথুপা, কৌজেংনা থাবা খোইশাংথাবা অসিমথৈদা ভায়শিল্লক্লে হৈত্রিবা। মমানা হৈনজবা শিনকপ্পীনা থক্ হৈথংপীদে, মহেনুথোনা হবাওজে—"ঈশূদি পাজন্ চাউরক্লে, ঙানা কাগল্লীবা!" হেন্না থরায় য়াওজে, মহুনা লাইরিক তম্বা কায়রক্লনি হায়বতুমদি থন্দে।

ক্লাস থ্রীদগী ফোর—ফাইভ—সিকস......মথং মথং কত্ত-কত্তা... সেভেন্ কারকপদদি—লাইরিক্লগা য়াম্লক, ইংলিস ভাক্তাগা ওইনা শিল্লক্, নোংমা নোংমগী কত্তবনা মযেক্ শেংজিল্লক্.........তম্নীংদবা কন্না ফাওগংলকই। শান্নবদনা হেন্না মথরায় য়াওরকই, হেন্না মযুম্গী থবক্-ইথাংদা মায়পুনরকই, লাইরিক্ তম্বা কাবগী মহুত্তা পাং কুম্বনা হেন্না পামশিল্লকই। ছুটি থারিবমথৈ হরাওই। স্কুল কারগম্ব—শান্নবগী, চেন্ চোংবগী—ফুটবেল্—হোকি—শীংনরিবনি, টোবনামেণ্ট য়াওরিবনি অসিতা থন্দুনা ক্লাস য়াওবগী খোয়জঙ্লক্লে, লাইরিক ফাক্তোক্পফাও তম্লকই।

মহাকৃতবু কববদি থন্না মমানা লৈত-লৈত হোংনজরিবা পুম্বা—শীং নাম্থোক্পগুম্, ক্লাস সেভেন্গী চহি পরিক্ষাদা ঈবুংঙো তম্লরে। হৌজিল্লু হায়রুনা মমানা কন্না তকুচরবম্ব, ফুববম্ব চৈরবম্ব য়াদরে। স্কুল অমদা হোংহুনা তম্হনগদবম্ব নক্লবা তম্ফম্ লৈতে। মমৈথংদা তোক্পদমতারকই। করম্দি তৌনি? তম্গদবা মশানা তম্নীংত্রবদা মমাগী করি হোংনফম্ লৈ? "তম্লুরহু! তম্লুরহু! তম্নীংত্রবদি, রাজবা হায়হুনি! নপাঙ্গল চাউরক্লে মতেং মতেংহুম্ ওইনবা লৌহুম্ উরো!" মমাগী থরায় শোকচবা তাইনফম্ য়াঙাংলী। "ঈরুনীংবগা খোত্রা ভেক্পগা চপ্ মান্নে"—হায়বতুনি.............. ঈবুংঙো লৌ-উবদা তারে। লৌও শান্দৌরি, মশাত্ত শান্দৌরি।

## হয়াদো-শৈরাংথেদো

লাইরিক্ তম্বা তোক্পদগীদি—তিম্নবা মমান্নবা, শিনকম্, খুংঙায়া কয়া—পূম্‌হোং হোংলক্লে। খোইরম্‌দগী—ঈবুংঙোগা থারগা মখোয় মরী, খুঙ্গাদগী অহুম্ অমগা—তরেৎ পূন্দুনা মমান্নবা খূৎপু শেম্‌খরে। মরক্ অমা ডাক্তরগী লম্পাক্তা শাম্নরম্বা পঠাপ্পী·· ·· ···নোংজু হুংশা খাক্তবা, থাবল ক্ষরবা অহিং কয়াদা অহনশিংগী ওইরম্বনি—হৌজিক্তি তোক্খরে.. মওং অমা হোংনখরে। কংলাগী শুরুং মনাক্কী লৈপুং মনাক্তা ফম্‌তুনা মীনা তাবা য়াদবা রারীডাক্তা—হেক্পূনখিবদগী শাম্নহুনা রারা নোক্লে. ঙাইহাক্তম্ভু তুমিন্ তুমিন্ অমনা ডাঙবা—লাবা অমনা তানৈ। মীগী মতৌ—তম্বম্ভু অঙকপনি হৈনরিবা, মীচক্ মীয়াওখোন্ তাক্লবদা,—স্কুল খোংনাংখোঙ্‌ মথাগী চিত্রাগী পোৎফম্‌ মখোয় তরেৎকৌনি·········· ক্বা য়েনবী শাবয়াও, লৈবা শাবয়াও হুংতিগী রারী অনৌবা হেক্ হেক্ হাপ্‌চিল্লকই, নোক্লবদা পূক্রি ঙিংনৈ। পূনবু-পূনগ্রবদি খূৎতা অমনি, অযূক্কি খঙদে, হুংথিল্নি খঙ্‌দে, লাঙবা-হিগৎপা তোক্লে। খোংনাং মরীফাংবগী থোৱানি থম্বাল্‌গী হোটেল্‌দা—সঙ্গোম ক্ষির চারিবনি, কবোক্ চারিবনি হায়হুনা লাঙ্‌খিবসিনা—থম্বাল্‌না শাউবী হায়বহু লোইঙ্গরবনি। মচা পোক্তবী, মবুক্ ফবী থম্বাল্‌—নোক্তুনা তাথোক্পা ঙম্মী, শোৎতুনা চাখিবগীম্ভু শাউবীদে·················“চাওদনি”। পীজ পীথক্ খরা ফবা থম্বাল্‌গী মনাক্তা পূনবা হোনবনিনা অহুম্‌ হুমীৎ খুদিং-পূল্লে। মখোয় তরেৎ চাম্মীম্নরিবা ক্ষিরগী কোম্পাক্ মহুংদা অমনা হেক্তো মতিন্ শিংচিল্লি······· অতৈ চাদনবা হায়হুনা············· ··অমনা শিংচিনগ্রবদি অতৈম্ভু অমহানি হেক্তা কোম্পাক্ তম্মা—তূক্কচগ্রবা কাঙ্‌বুনিদা! হাওহুপী পোৎয়েনবী কারকপী, থবীগী শম্‌পুবী, হৈরিংকি শম্‌ পুবী মমামানবীশিংদগী থবী হৈরিং লৈহুনা চাবগী মহক্তা নিহুনা চায়, পীয়ু য়াত্রগা খঙ্‌হন্দ শম্‌দগী লাক্পম্ভু অহুম্‌ মহৈনৈ। থাংজীং লাই হয়াওবা মহুং, হুংতিগী য়ৌদবা লৈতে

...........লৈশাবী মচাশিংদগী লৈহাউ লাকপী, লকুবী—মখোয়গী মখৌনি। হয়াওকম্‌গী মাইবা মাইবীশিংনা খ্বাইদগী তাথীবা কাওবুনি—মরম্‌দি মাইবা মাইবীশিংনা—লাইগী ফম্‌থোঙ্‌ ময়াদা লোৎচবা থবী, লকোই লোয়না লৌথোক্তুনা চাংথোকপা ঙম্বা অতুগা হঙ্জিনমু "নপোৎলা? লাইগী শোৎপু নখোয় মাইবা—মাইবী, ফম্নাইবা ফম্নাইবীগীদমক ঐখোয়না চাহৈদনা?"- লকুশিল্লয়ী "খুরুমজনা হায়জয়বদি থাংজী লাইনমু পেনবীবা ঙাক্তনি; মাইবা মাইবীনা ময়মদা পুবন্মুপুবা—ঐখোয়না চাবন্ম চাবা অমহা অমহানি" ঙাওনজনা খোনা হন্দে। থম্মোয়দি শেংনৈ—'হুবানবা নত্তে চানীংবগী লৌবনি' হায়নরিবা অতু ঙাক্তনি—লৌবমদায়, লাক্লমদায়। অয়াং লৈমগী কবোক্‌ পোক্‌ফম্‌গী—হুমীৎ নীনীহুম মখোযগী লাংকম্নী।............

ফৌমান্‌ মন্দবা কবোক্‌—চাবা হুংঙাইতে থমজনা ........ .........

কিনরবা লাইহুংদ'—ফৌবা চোন্না কবোক্তনা হৈত্না কৎলীবা অতুগা মাইবা মাইবীনা—ঈশিং হুংশিং, অশি অনাগী লাংকম্—মাইওন্ য়েংনবগী থল্লিবা, রায়থুপান্দুনা চেক্‌শিল্লিবা অতুফাওবা রায়থু ফুক্তুনা ........... মহুংদা চংজনা উত্রাক্লা হিপ্তুন খুরুম্লগা- "ঈমা ঈবেম্মা চানীংমন্দুনা নিজরবনি" হায়জতনা ঙবোং থন্না হৈত্না পুথোক্তুনা চাথোক্‌পা ঙম্মী। অহন্‌শিংগী লাইলাংফম্‌ মাগুপ্তা লোন্না চঙজনা—চফু হুম্বা, ঙাক্রা তেক্‌ফাওবা থাংবা ঙম্‌শিল্লকই। মোংফম্‌দা ভমবা শাহনা মৈতিক্‌পা, থবা শাউগনবা মীওই থন্দুনা শূমাং ময়ায়দা লেপ্তুনা কৌহনা লকুরম্লগা চেল্লকপা হাযবগুম্বা, হুংতিপীনি। ময়াম খঙনয়কই—"কাঙ্‌বু অসি মথোংহক্ত্রে, থাজদবা খৌদোক্‌ কয়া মথোয়ভনা ঙম্বনি" হায়নবিৎ তাল্লক্‌ অতুদা—মরুশিংশিং নান্না কোক্‌থোক্লহনা অযুক্‌ হুংখিনফাওবা ইকায়নদবমখৈ..............

পুন্না পুন্না কোয়চং চংলৈ। ময়াম্না মরিং—মরাংনা লৌবীহুনা কাঙ্‌বু অসিবু—'লুকোক্‌ পার্টি' হায়না মিংথোল্লকই।

'হুপী অহু পাম্মী, মশক ফজে, নঙ্, অহু কোয়রো, ঐ অহু কোয়রগে, মানা অহু কোয়রসহু'-হৈকায়,'পুবগী লৈশাবী মচালেঙ্গামখে মশক ফজবা থন্দুনা মখোয়-মশেল কোয়য়েন্ য়েম্বোরে। চুম্না লাওলয়দগী হুপী কোয়বা হৌনরক্লে। মখোয় মশেন্ ঙাক্তা চয়েৎনরকই —অমনা পাম্মী কোয়জরিবনি হায়বা অমনা খঙ্লবদা চিঠি হেক্তা পীশীল্লম্মী হেক্তো হায়নৈ, তম্না তয়রগা পঙ্নোক্তা নোরে, হুপীনা য়াবীরবরা য়াবীদবরহুদি খন্নদে-পঙ্মুন্দা মুন্নবগুম মখোয় মশেন্ ঙাক্তা। হুমিদাং মতমদা অনী অনী অহুম অহুম খাইনহুনা—লেঙ্গোম্নহুনা নন্নগা মথুৎ—মথুৎ শয়হুনা মাগী মাগী কোয়রিবনি হায়নরিবা পায়রিবা লৈশাবী মচাশিংহুগী ময়ুম মপা লৈরক্ কয়ারক্ হঙ্গৎ হন্দা চৎলুই— "চৎমন্দুনা লৈরক্ কুৎলনিয়ে!" হায়হুনা লক্লফম্ ওইরকই।

লাওলুবগী, ঙাওশিন্নরুবগীসু মফম্ মতম্ লৈ। লাওহুনতা লৈবা য়ারক্তে, ঙা ফাদুনতা মতম্ লেনবা য়ারক্তে। মমানা মচাবু লৌউহল্লগনি শীল্লুরবনা—ঈবুংঙো পুম্নমক্ শেম্ শারে, থাংজীং লাইগী কা-লন্গীলৌদাবা ঙাইরি। কালেন্ থাদা লৌওন্ কারন লাক্লমলগা ইঙা-ইঙেনগী নোং ঙাইরি,। মক্লা-ময়াং তেক্পমখে অঙাং ওইনা-ওইনা পাঙ্গন্ থেক্লা থেক্লা নোমহুনা—ইন্থৎলক্লিবা লৌহোন্গা তাম্না তাম্না—খোইবু খোইবনে, উকায়বু তক্পনে, লৌরীবু য়ানবনে—শাবল, লৌয়াবু য়ানবনেহুনবনে—লৌবুক অহু পুমলং পুম্কোক্ —কয়াদি মচু-তানা অহানবা কুম্ অহুগী লৌ পরি অমহু —কাং মমাংদা লিংথোক্লে। মমানা লৌরং খুৎলং য়াওহুনা, লৌবী-লৌরাং নাইনা লৌরিংবা য়াওহুনা, মচাগী চাক্ঙন থোংহুনা— থিন্দুন মঙেং পাংলি। মবেনথৌ অহুম্, শোল্লবসু শোম্না কৈথেল্ থোক্লি হিদাক মনা য়োল্লি, মঙেং খজিক খজিক্ পাংনা মশূ চাউবা ঙাইরি। লৌলিংবা লোইয়ে হায়বগী পোথাদে, পাংতা হৈনরকপা মথৌ অমুক

হজিল্লি। ঈশিং চাউবনা শঙ্গাবুক্ত্ লৈরক্তবদা, শান্নুরবা ষন্ থাক্লবা শজিক্ কান্নুই। কূম্থা লাক্তুনা শজিক ফানকম্ লৈত্রবম্ব কূমথা মথক্কী কয়োং মনা কান্নুই, ঙাকাবা থাঙ্গগী কূমথাদা থুম্লম্বা কূম্থাগী তাইজেপল্লু লোম্না কাইরক্ই। লৌরোক্ পম্বা লাক্তুনা—লৌঙাক্ লৌথাও লাক্লবদা—লৌবুক্তা অমুক্ চঙশিন্দুনা ··· ··· ··· মমা মচা চঙহুনা লৌ থাওরি, লৌয়েনবা নোংনংদনবা ফৌবৈ পৈরি, অহানবা কূম্গী লৌ উবগী মহৈ চারনি থম্না অনৌবা থৌনা পোক্লি।

ওয়াংমদগী থূদাপ্ খোম্হুনা—ফৌবুন-ফৌবুন্ হোন্দুনা ফৌবৈ পৈরক্পা—ফৌবৈনা—লেপ্ থূম্না য়াংখৎলক্তুনা—কৈরাক্ থাহুনা লোইশিন্গদবা য়াম্ত্রবা; ফৌবৈত্তগী মথক্তা কাহুনা—লৌবুক্ লমহাঙ তাম্না—তাম্না উবা ফংলক্লে। ফৌবুন অমগী মথক্ত ফৌবুন্ অমা ফৌবুন্ অনী—অনী মপোৎ লাক্তুনা—কোক্থোংদা থাংহুনা—কৈরাক্তা কাথৎলী, ফৌবৈত্তগী মথক্তা ফৌবুন্ অমমম্ থোক্ই—মকোয় মচীন্ মাম্লনা শেমই। কৈরাক্তা অমুক্ কূমথবক্ই, অকোয়বদা কোযনা য়েংই-হঞ্জিল্ হঞ্জিল্ উত্থনতা লাক্লবা লৌবুক্ লমহাঙনি, অকোয়বনি, অত্থুবু্ কূমশীগী—শান্দুনা উরবম্ব মপূপাম্না শূজমল্ মহৈ চাগদবা মতৌ উরক্লবদা হেম্না ফজবগুম্ থম্মোয় ঈনৌ-নৌরি, ইনথৎলক্লিবা চহি মতাং অত্থনম্ব ইকদা ফজবগুম্ পূক্লিং ঈনৌ—নৌথোরক্লি।

কৈনীংগী লৌকোন্দনি—। মমাংলোমদা মোইরাং-খুনৌগী কুইনা থুন্দারক্লবগী—অপূংবা উজাউ কয়া লাইওইরবা—য়াংনা-য়াংনা, ইংথোল কয়াগী তাইনফমদা শোংনা কৃংনা হোৌরবা য়াপন্ কয়াগী ঈশং-শংমা মুম্বিবা—অচৌবা থুঞ্জাও অমগুম্ নক্লা উরি। অয়াংলোম্দা মোইরাংগী থুম্দোন্ কয়া—নৌনা লৈকাই শম্দোরকইবা চোম্হরবা থুনগুম্ মথং-মথং কোকিলবোন্-শ্রিবোন—চেঙ্গে। মনীং থংবদা থাপ্না থাংজীং—চীংদোন্ —চীংশাং—চীংমায়—লোইরোইননা অতোঙবা য়েমোন্গী শাবন্ পরেং,

নকৃশিনুবদনা মৈঙৈনা মীতৈ ওন্নকুনা—তোংলাউবী, খুদেকপীগী অনৌবা খুদায়রকপগী — মশা থাবত্তা ঙায়রিবা কবুলীয়া পরেংনা নেম্—নেম্। মথায়েমদনা মণথোংগী লাইওইরবা, মশীংদি য়ামদনা লন্না হোরীবা, উগী লাই খুন্দিয়রক্‌ম্, মাল্লবা উমং—থাংজীংনা অয়াং-লৈমা চেন্নকপদা থৈকম্ অতুগা ক.ভাগী অতোঙ.বা খুন্দোল্। ফৌবৈগী মনাক্ নক্লা নোংচুপ্তা—অরাং পাংনা চেনৃশ্লিবা য়াঙগংলবা মোইরাংতুরেল্, ফৌবৈ মপা অহুমক্তদা নোংচুপতগী নোংপোক পাংনা থেক্লা খোয়না খিক্লোই পাম্বীশিংনা হুপখহুনা অচৌবা লৌথোং অহুনা নিংথ্রন্ন—লৌকোন্ ফাওহুনা কৈনীং লৌকোন্ তম্নক্লীবা।নাকল্ মরীমক্তা অহাঙ.বা সানা মচু মাল্লবা ফৌগী মচুনা, চরাখোক্লা...... ... অশংবা য়াওভ্রবা লমহাঙ. ওইরি ; শূক্ষমনৃশিংগী মহৈ চারনি—রাখল্ চাংজৌ-পাহল্লি। মরক্-মরক্তা—ফৌবৈ কয়া—লৈঙোই মথক্তা শাবা যুমগুম্ তুম্পক্—তুম্পক্। ফৌবৈহুগী অকোয়বদা খুদাপ. তাভ্রবা চক্লখোক্তা ঙায়হৌরবা কৈদোম. মথং-মথং—মথা থংবদা মমানা মথন্নতা খুদাপ. খোম্লীবা ; নক্লা—নোংচুপ. থংবদা কৈদোম অচৌবা অহুম.গী লৌরি মথং—মথং—হেক্ থংননা লৌনম্বান্, লৌনম্বান্ অহুদগী হোথ্রে—শোঙ.থ্রে—তুরেল্ মপাল. পরীং অহুদা মপান্ শারবা খিক্লোই, মরেপ. ক.রবা ই তুম্নৌ......পন্দোং—পন্দোং, কংথরক্লবা চরোং............হাবুং—হাবুং।

তুরেল. য়াংমগী হেক্ থংনবা লৌকোল. অহুগী লৌকম্‌দা খুদাপ্তা খোমহুনা লৌয়েবত্ত উই। হুপী অনী কোকৃশেং শেংলহুনা চন্নফুদিং খোম্লি, পৈল্লি। চৈরোঙ পায়বা অনীনা ফক্লেনৃগী মতাই অনীদা মমায় অরাং ওন্দূনা মখোঙ.না কাওর কাওরহুনা ফুদিং-থোক্লা...ফৌ কেন্নবা ফৌবুন্ খোক্লবা—মায়রদা অমনা মপুন্-মপুন্ হাইরিবহুনা নাকল্ অনীদা য়েনননবা থাদয়রকপা অহু য়েরি। হুপী অনী অমনা খুদাপ.

খোম্‌হুনা কৌবুন্‌ শারি, মুপা অনী অমনা কৌবুন্‌ হোল্লি। মখোয় মাপল্লী খুদাঙ্গা লৌ নৈরিবা। কৌবৈ মথক্তগী ঈবুংঙোনা মুম্না য়েংশিল্লি কাঙ্‌বু অহুদা—" ওয়োক্লা মানগ্রেদা!" হায়না মথম্লতা লোন্দুনা মশক খঙ্‌বা ওয়বা মমীৎ শুক্তোক্তুনা লাপ্না য়েংখৈ। কৌবুন্‌ কোক্তা খোংহুনা কৌবৈ মথক্তা কাখৎপা খুদিংগী,—কৌবুন্‌ থাদবা লোইরগা শেম্‌জিন্‌—শেমজিন্‌ য়েংখৈ. ঙাইহাক্‌-ঙাইহাক অরাবা হন্দোক্লমু ........ লেপ্তুনা য়েংহুনা নৈথোকই ;শোল্লি—।

"ওয়োক্লা মানগ্রেদা! শোয়দনা ওইরম্‌দবা হৌনদে মথোয়গী লৌবু শিদা লৈবরনে; নহাল্‌মখৈ—খঙ্‌ঙুদেদা! শাওং-শাদা—খুৎচৎ-লাকচৎ শোয়দ্রে,!" শোয়দ্রে খল্লবমু, খজিক্‌ তাম্বনিনা... মশক্‌ লাকশিনবা ওমদে। তাঙ্গা অহুদা সনাবুল মচা অমা পায়রহুনা মখুৎ য়েংনা হাইর-হাইরহুনা, ঈশৈ ওংবগুম্‌গী মওংদা —চন্না ফুদিং মনাক্‌লোমদগী তুরেল তম্না থোরক্‌ই। ঈশিং শোক্কদবনি - থিঙেল্‌ মনাক্কী অহাঙ্‌বদগী—শোয়ম্ভেদনা মশক্‌ লাক্‌শিল্লি, চন্নাখোক্‌ মরক্‌ অহুদা কৈদোম্‌ অমদগী অমদা অন্নুম্‌ নক্‌শীল্লকলবদা—শোয়দ্রেদনা খন্না —ঈবুংঙো কৌবৈ মথক্তগী মখাদা খংচোং চোংথরক্‌ই। তুরেল্‌গী মনাক্‌ নক্লা—লৌবুক্কী লৌনম্বান্‌ তাম্না চন্নাখোক্‌ মরক্‌ অহুদা চেন্‌শীল্লি, থিক্লোই—ই-চরোং মরক অহুদা খরা হাঙ্‌বা মপা খন্‌-খন্নুনা থিঙেল্‌ মনাক্‌ য়োনবা পাকৃথ-পাকৃথ চেন্‌শীল্লি। ঈশিং শোক্‌পা থোরক্লিবী মুপী মচা অহুবু লাক্কদবগী হোৎচিল্লক্‌পা কৈগুম নংহোৎরোইদবগুম্‌। তুরেল্‌ রাংমা—রাংমদনি... থিঙেল্‌গী মমাংদা নাকল্‌ অমদা মুপীমচা অহু ঈশিং শোক্কদবগী সনাবুল্‌ অহু মমুং মপান্‌ চামখোক্তুনা ভেংখোক্লি। মতম্‌ অহু অপাকপা তুরেল্‌ মন্তে, অখুবা লৌখোং মচাগুম্বতনি চোংব-কাও ওমগদবা মান্না কংখক্লবনি! নাকল্‌ অমদা-ঈবুংঙো মুংশা থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা চরোং ছাবুঙ্‌ অমনী

মরুমদা লোৎতুনা তুপীমচা অহুগী মশক্ য়েংই—শোয়রমক্রবা অহুনা তুপীমচা অহুত্তনা উগদবা কিহুপ্তা মকোক্খৈদা নারক্ অহুকী লীৎখোক্তুনা তপ্না মমিং কানা কৌরক্ই—

—"ঈবেম্মা !"

"হৈমা !" থংহনা ঈশিংদা সনাবুল থোক্ থাদহনা কুক্ হোৌগংলী; লাউখিবা মথোন্—খঙহনা—খঙহৌদনা ! খরা থাপ্লবখিনা অতৈ অমত্তা তাহৌদে ।

"ঐ—নে !" য়াম্না কোইদনা—হেম্না নক্কনা লৈনরিবা মরিগুম, ঈবুংঙোগা মশক্ উনরব্বা অহুদদি—করিমৃতৌনো ?--মঙ্লা তাইবংলা ? ওস্থোক্ক থাজদনা থোক্করিবা, ঙাইহাক্ চঙঙ্কৈ ।—কৌরিবহুগা—থুম্নক্লিবা অহুগা-মফম্ অহুগা, ঙাইহাক লেপ্তুনা ঈবেম্মনা;—ঈবুংঙোনা পাক্থহনা.. অনী অহু রা মথা তান্না ঙাঙনবা হুয়দে। হুপীমচা অহুগী মতৌদো—মরু লুক্রপ্—ইকায়বা পোকচনা, ওস্থোক্না পক্চবা মতৌনি—থোইনম্ব ইকায় থীগনবগী হৈনজবীনি, পাখৎচবা মতৌ অহুনম্ব হেম্না পক্চহল্লি। লাংবন্—পম্বাগী হুংশানা ফুজিন্দুনা হুমাং মরিক্ মরিক্কা মমায় অহু ঙাংলপ্—হঙ্গৎনা য়েংথোরক্পা ঙম্জদবা শকওং—ফম্থরক্তুনা সনাবুল্ অহু তপ্না পায়হনা ঈশিং থম্না শোক্কবা ঈচেন্—নাইত্রবা থীঙেল মনাক্কী মোৌখৎলবা ঈশিং ঈমায়গী অমোৎপবু সনাবুল্মনীংনা হাইদোক্তুনা শাম্নরি।

"কনাগী লোনো য়ৈরিশিবু ?"

"ঐখোয়গীনি।" থুম্নক্লোইদবা মাল্লখনি; অহুবু থুমদবা য়াদবা মতাং থোক্পনা থরদি থুম্নকই।

"ঐদি নহাল্মখৈ খঙজুদে, ঐখোয়গীন্ন সিদনি; কৌবৈ পৈরি। হয়েংন্ন য়ৈগদৌরিবরা ?"

"হয়েংসু রৈনি হায়।"

"লাকনিদনা ?"

"লাকনি।"

লোয়ৈফম অদোমদগী হুপী অমনা—"ঈবেম্মা - ও ঈবেম্মা ! কৈদোয়ে ? লাইনা লোয়রবরা ?" কন্না তানবা লাউরকঈ। ভাইহাক্কী রারী কায়রে ; মথা তানজে। ঈশিং তনুশোক্ শোক্তুন কাপ্রে। ঈবুংঙো মতোম্মতা ঙায়হৌই। তপ্পা কাখিবা মতৌ অহু লাপ্‌থোক্‌খিহুনা য়ৌখিবকাওবা—চরোং মবক্ অহুদা উপ্পা হিপ্‌থহুনা হুংশা য়াইবগুম্ য়েংলি;--মশাগী কৌবৈ পৈরি-ভাইহাক্ কাউথোক্লুই।

হুংশিজবা, পামুজবা লৈজবা, মশক্ য়েংনীংবা' মতৌ উনিঙ্‌বা রারী শায়নিঙ্‌বা, থুম্নকপা—ভাঙলকপা মরাহৈ তানিঙ্‌বা কয়াদি কনুপ্রে। অশোঙ্‌বা খিক্লোই, ইনা, চবোং—মরকশিং………… কৈদগী হেম্না পাঙ্গল্লী, নংহৌবোইদা মতাগুম্—ইনানা য়াংপা, মচি কয়ানা থিনুবা হাবুংদা খুদি থীজীনবা—পুম্নমক্কী চৈনা থঙ্‌বীদে ; মথমতা ঙায়হৌরবদা—য়াংখিবা - থিনখিবশিংনা--খুবোমদা, খুরায়দা খোঙ্‌দোনদা, পাম্বোম্দা—অনাবা ফাওবকই ; মথা—মথা পোম্লম্বা —ঈথোক্লম্বা উরকই। অহুবু, ফোংনা হৌগত্তুনা অমুক্ হল্লকপদি য়াদবনা—পাকথা—পাকথা হাম্নগুম্ হনগদোরি ;—হল্লকই।

মচা হুপানা থঙহৌদা মাঙখিবগুম্ মশক উদবা—উরক্রবা, লাক্মন্দ্রবা অহুদা—ভাইনা ভাইনা কোয়য়েং য়েংহুনা থুদাপ্‌ খোয়া-খোয়া মমানা হুংশা থীরি। ঈবুংঙো হল্লকই। মচানা হল্লক্লগনু— কৌবৈ মনাক্ অহুদা কমজীন্দুনা হুংশা য়াইহুনা লৈথোকপা উবদা— মমানা লাউরকই — "করিনো ঈবুংঙো ? ঙসি লোইশিনবা ঙমহৌরোইকে—? নোংলাকদবা মতোম্ মাল্লী……নঙ্‌বু করি তৌরবনোনে, ঙমদ্রবরা ?"

"করিস্নু ভৌদেদা !" থুম্না—থুম্না হোগংলক্লুনা কৌবুন্ অনী-অনী পুন্ন-পুন্নতনা হোনুবা হোরকৃই। কৈরাক্ কাহনা কৌবুন্ পুখংলকৃপদস্নু, পুনা পুনা রাংমগী অদোমদদা য়েংই—কৃমথরম্দাইদস্নু য়েংই; কৃম্নকপদস্নু য়েংই। কৈরাক্কী মাথয়োন্ ওম্বোক্লা········য়েংকম চাগদবদা থাই। হেক্ কৃমথবদগীদি-খোঙ্কাপ্ থুজিল্লী, মঙম্ পাঙ্শিনবগুম্ খোকৃউরে, মমানা থুদাপ্ খোম্জীল্লকৃপবুদি মহাক্লা হানজিল্লকৃই। হুমীৎ ভাক্রিডৈ, ফৌবৈ পৈবা লোইশিল্লে—মথক্ কৃপ্শিল্লী—হৈত—হৈতা। মমা কাহনৃথরে।

রাংমগী লৌয়েবস্নু হুমীৎতুগী লোইশিন্দুনা ফৌ—বোড়াদা হাপ্লিম্লগ্রে, লৌয়েকক্ ফকৃলেন্ কোনশীনৃথরে। ঈবুংঙো, ফৌবৈ পৈবা লোইরবক্কাওবদা মথক্তুগী কৃমথদবমথৈ—কামীম্লনবগী খোঙ্বু ওইমিম্নগে থন্দূনা হুপীশিং অহুনা থীঙেল্ লাল্লকদবা ঙাইরি। ফৌবৈ পৈবগী কৈরাক্ অহু পুহুনা মযুম্ কাগদোরি! ঙরাংদগী পৈরকৃপা ফৌবৈনা, ঙসি লোইশিল্লবদা মথস্তা রাই-ঈশং শ বগুম্ মথর ায়স্নু হুংঙাইজরি। কৈদৌঙৈ লৌয়ে-থুংলঙ্ ফংহুনা য়ৈসিগে হায়না হুমীৎ পারি, ফৌবৈদগী কৃমথদরি। অসোম্ তুরেল্ রাংমদগী থঙ্নরক্লিবা ফৌগী বোডাশিং অহুনা মাগী—সোম্-রাংমরোমদা লোইগদবা ঙাইরি, থোক্লরকৃপা উরে · ·· লোইরহুনা মরি মরি, ষণগাড়ি মনাক্ তাম্না।

নিংথমথাগী হুমীৎ হেক্ তাখিবগা—মম্শিল্লকৃপা-ইঙ্শিল্লকৃপগা থংথেঙ থেঙ্জীনগ্রবা মাল্লী। ঈবুংঙোস্নু কৈরাক্ অহু মরেংবান্দা শিল্লোন-শিঞ্জিন পুহুনা থাগুক মতুং ইল্লকই। লোকোনৃশিং অহুদগী লোখাওনরম্বা, য়ৈনরম্বা, ফৌবৈ পৈনরম্বা·····হুপা-হুপী কয়া ফৌ-বোড়া থম্না-থম্না হাপ্লবা—চম্ন মপুন্-মপুন্-রাংনা থোরি লীপুন্ লাক্লুনা গে-গে, ষণগাড়ী কয়া মথং-মথং গাড়ি লীক্লম্ অহুদা পরেং; ঈবুংঙোনা থওইনা—মম্রি—মম্লিবা অহুদা অতম্নবা মীৎয়েংকম থম্লিবনা—ষণ

অনীছুনা ঙেক্-ঙেক্ শংনা, ইম্ন ইম্নছুনা তপ্না চিংলিবা কোবোড়া হাপ্পা মপগাড়ি অছুগী মতুংদা চৎমীন্নরিবী মৌ-তছুমগা লৈশাবী মচা অছুগা —কাঙ্‌বু অতদনি। মতুংদা খোঙকাপ, যাঙনা—লাওনা থাংনরক্লিবা কাঙ্‌বু কাঙ্‌বু—অমমম মরি-মরি—মথং-মথং হেনগৎখি, মখোয়ক্তনা কোম্নহৌরবা মাঙ্গী; অছুবু—থেঙ্‌না কানরকপা কাঙবুশিংনদি অছুম্ মতুং ইম্নরক্লি। তপ্না—তপ্না থাংবা খোঙ্‌থাংনা লেপত্রবদি—লৌমুক্ লীক্লম্ লোইশিল্লকুনা লম্বী লমজাও য়োনবকৃই।

ঈবুংঙোনা থাগুক্ ঃঃবকপগুম্ লাক্লিবা অছু ঈবেম্মস্থ ঙসাইনা উরবনি—য়েংশিল্লদবা শান, চৎলী; অছুবু—মরক্-মরক্ লৈ—লৈছুনা হুয়া য়েংলকপদি, তোয়রক্থ্রবনি। লমজাও য়োবক্লবদা ঈবুংঙোছ তপ্না চৎপছ হৈনরক্কে—হান্নদি লোকৃম-লোকা থুদিংদা অম্মুক্ তপ্না চৎপস্থ হৈনরক্কবনে, অছুগীস্থ মথক্তা—মনাক্ নক্‌শীন্না চৎমীন্নছুনা রান্নীশাবস্থ ঙম্‌দা,........ইকাযবনা—হেনগৎনীংলক্লে! খোঙ্‌থাং লাওনা—লাওনা কাল্লত্রনা হেনগৎলগে থম্না হেনগৎলকৃই। মম্‌শিল্লকৃপনস্থ কয়া শেংনা—শেংনা উনবক্কে, য়াম্না শারেপ্-শাবান থুৎচৎ খঙনরবা ঈবুংঙো, ঈবেম্মা অনীদি—হেনগৎখরে, লৈহৌরে, কোল্‌হৌরে............অছুম্ খঙ্‌নৈ,—অতে তুপা অছুম্ য়াওবছুদা কৌনবা ঙাঙ্‌নবা ঙম্নদরে। থরগা রানরবনে ঈবেম্মগা চৎমীন্নরল্লিবীশিং অছু রারী শাবকাও তম্না ................ তুমিন্-তুমিন্ রা ঙাঙ্‌নদা চৎমীন্নরম্মী। ঈবুংঙোদি শান্নরম্বা রারী অমা হেক্তা তানিঙবনি... ঈবেম্মগী মখোন্দং তারবদি হায়নস্থ—হেনগৎলকপনি; তাক্রে। ইকায়রপ্—ইকায়রপ্ হেনগৎলক্তুনা—থাংলিবা খোঙ্‌থাংনা থাপ্ তোক্লরকৃই—অমম্বা অতদা মমি—শামিফাও উন্নদনা। ঈবেম্মখোন্নগী লৈরক্ মপা লৈহৌই..... ঈবুংঙোনা হুংতিগী চঙনীংবা; —চৎনা —চৎনা ময়ুম্ য়োশিল্লকৃই।

মুংতিনীদি, চাকুচা হেক্ তোকপগা···কমুংদা য়াত্তাবগা তুমখুন্ তানবনা নোংঙাল্লবা খঙ্হৌদবা ওাক্কি, অছুবু ঙসিগী মুংদাং অসিবদি —তুম্বা য়াম্মে। অহিং চুপ্পা অছু—ওয়দা অমুক্ য়াত্তা—য়েত্তা অমুক্ য়াওন্, অমুক্ লোং, অমুক্ উপ্—কমুং অছুদা মুরু-মুরু—য়াখল্ মফাং মফাংলকুই—খল্লী—

"ছয়েংদি, ঐহাক্ লৌদা কুপ্পরোই খল্লম্লবনি, ফৌবৈ পৈবসু লোইরে—চৎকদবগী মরমৃসু লৈত্রে ; নোংমা—নীনী পোথরগা খুৎলং য়াওরগে খল্লম্বনি; মখোয়গী লৌদি হয়েংসু য়ৈনি হায়হৌই, মহাকুসু শোয়দনা লোকুমগনি। মখোয়গী লৌয়েবছ্ হেক্তা চঙছনা পাংলুসির়া —ছয়েংসে···········মপা অছুসু মুম্না খঙ্নদে·················কয়ম্না য়াওররিবনো নেকুসু নেক্তনা খনখীনি ··· ··· ··· ··· ··· ··· ··· । ঙসিদোনা মাযয়োক্লনা রারী শাখিবা মুমীৎ অমত্তসু য়াওখিত্রি ·········ঐসে ফনদি ঙম্লবা হায়বছনি······অছু ওইববসু থাক্ অমদি শাক্লে; চুম্নদা থাপ্পা থাপ্পা উন্নগদবা মফমদা য়েংনবা অতনদি অপেনবা লৈত্তে······· কৈদৌঙৈ কোইনদনা কম্মীম্নছনা রারী শাম্নবা ঙমগদকে খন্বতা ······ । ঙসি হয়েং অসিদা মযুম্ চঙবা ঙম্গদবা মাল্লবসু লোকুম্ পম্বানি ·· ······ ··· অয়াংলৈমা কবোক্ চাইগদবা মতমসু য়াম্না রাৎলি·· ·········হৌখিবা কুম্ অছুদা মহাকুসু —মরৈকাই ওইবনীনা কবোক্ পোকফম্দা থেংনবা···········ফৌমান্ মল্লবা কবোক্ লাইতং-খাংঙৈ অমা ঐগী ঙবোংফীগাওদা হাপ্পক্পা। ঈচম্ চবা রারীদা ময়াম্ পুন্না—পুন্না নোকমীম্নবা-; অসুম্ শকখঙ্নবা কুইরক্লবদা অওনবা রাখম্না তত্তনা ইতোপ্—তোপ্পা রারী কয়া শাম্নিঙলীবা, রাহং কয়া অমা হংনীংলিবা, ঙম্গত্রা-ঙম্মোইত্রা, অরেপ্পা ···। য়াউশঙ্ হায়রগসু মতুংদনি ···· অমুক্তুংদি লমন্ থুমগে খনখীবনি ঐনা—য়াউশঙ্ অমদা পাখং ফারগা·········· কুমসিদি য়ারেদা··· মহাকুসু লৈশাবী ফারবনিনা ঐসু পাখং ফারম্লনি। ·············

ইকায়ররোইদা। ……………য়াউশঙ্গী পীচকারি মুমীৎ অদু………
মহাক্ন্সু ঐহাকন্সু অঙাং, ঐনা পাখংশিং অদুগী মতুং ইল্লকপা— মানা লৈশাবীশিং অদুগী লৈকাইদা শান্নদুনা লৈরম্বদগী—লৈশাবী মনাক্তা চঙ্লকপা, লৈশাবী পাখংশিং অদু পীচকারী মহি চাইনবি, তৈননী শিঙনরক্লবা, ঙাঙ্না—থীৎপদা—ঙায়রিবা অবের মহি, পীথ্রাইগী বালটিন অনীদা রাগী পীচকারি অমনা অমুক হান্—থাঙ্গৎ, অমুক্ কাপশিন……হজিল্-হজিল্ মমুৎ তানা অবের তুম্নবা লৈশাবী অমনা থীৎলম্বনি…… ঐ খঙ্হৌদবনি, মহাক্না পীচকারি অদু লৈশাবী অদুদগী লোরগা মহি অহ থীৎপগুম্—শান্নবগুম্ … . পীকথন্না হাল্লবা রাগী পীচকারি অদুনা য়েনখা মচিদা কুম্মৈ য়েংগনি লেপ্লীবা ঐঙোল্লোমদা মচীন্ ওন্‌শিল্লক্তুনা তিৎ—তিৎ কাপশিল্লক্পনি……… ঈমানা য়াউশঙ্ নংনবা লৈবীবা—শূম্বু-শূদ্রিবা মুমীৎ হুন্নীক্লানা লীৎত্রিবা মোজা ফুরিৎ অদু থবাক্লী—পুক্কি মপাদা অবের মহি অদুনা পূমঙাঙ; ………… পাখং লৈশাবী অঙাংশিং ঈমান্নবা কয়া লৈকাই অদুগী, ঐঙোন্দা য়েংদুনা রা—রা—রা, ঐ মুমীত্তু কয়াদি খোয়দৌ শীকখিবা………কপ্পীং—কপ্পীং শাউনা মশক্ খঙ্নবা য়েংলম্নগা—হাৎনীং হাৎনীং হল্লক্পা……চাউরগা অমুক্তংদি লমন্ থুমগে থন্না—থন্না য়াউশঙ্ কয়া হৌথ্রে………ফুনিঙবগী, লমন্ থুন্নাংবগী—মতিং অদু লোইনা মাঙ্থ্রে, ২৫ দাং পায়দুনা থাবল্ চোংনীংবত্থম ফাওরক্লে। অবের তৈবা তারবন্সু………মমীৎতা চঙদনবা তপ্পা …..য়াউশঙ্ হুবু লাক্হন্নীংথ্রেদা! ”

য়াওন্-য়াওন্না থল্লীবা রাখন্‌গী রারী মথা চথৈ। নাকল্ অমত্তদা কুইনা য়াতাবা ঙম্‌শিল্লক্তে, নোংঙানুগদবন্সু রাৎলী। “শাংথ্রবা নিংথমৃথাগী অহিংনীদকো” হায়না মখোন্ থোক্তনা শোল্লি। খঙ্হৌদে —নোংনা ফুদিৎ ফূবমথৈ চুথরক্ই। ইনা কুপ্লবা য়ুমথক্তা নোংনা

'য়েবা তারকই, 'নোংতারবদি তূম্বা হুংডাইবনিদা' নীংশিংলকই অহুফাওবা তূম্বা চঙ্‌দে, নোংয়াহিনা চুর্রি তাকম্‌দা তাবগী য়া—য়া জি—জি—ই—ই তাবা, মখোল্‌ হোৌনা তারকই—খল্লম্রীবা য়ারী কায়হন্দুনা অমুক্‌ হোং অমমুক্‌ নীংশিং............... ।

"ঙসিবু ফোৌবে পৈবা লোইরমত্রবদি ··পূম্নমাও মাঙ্‌লমগনিদা ! .........থূদাপ্তা নোংনংথ্রবদি কয়া য়ারম্‌গদবা...... । নোংশিনদি —মখোয়গী লৌদো হয়েংদি য়ৈররোই.........উম্নগনি খল্লম্বা অহুম্ন কায়রেদনা............ ··চুরিবা থূৎচু অসিনা ন্যোংমা নীনী হাংগদবস্নু মান্দে......লৌ অতৈদি ফনা য়াম্না মাঙ্‌নবদি তারে......ঐঙোন্দা থোক্লম্লো?--লৌশান্‌ ষনশান পীথোকখিবদা চানবফাওবা লেমদবা তাবা ......মতুদি থোক্কে্‌, ফনা য়াম্নদি লেম্বা য়াই......চাবা চাদবা ইরোই অমা লৈদবা য়াদে......লৌ হেক লোইবগা শীংজন্‌-ইফান য়াওত্নুনা শেন্‌ তান্দবা য়াদে.........লাইরিক্‌ম্ন তমহৌত্রে............ ইকায়বা খঙ্‌বা হৌনদে" খনুবগী অরোইবা লৈতে নোংঙাম্হোয়কই ।

মচা ঈবুংঙোনা পাঙ্গল্‌ চাউবক্রবা, 'কূম্‌সিদি চানবা [illegible] রাংলরোই, খজিক্কুং ওইরবস্ন শাফবনি......"খঞ্জরকপা,...থো[illegible] অমা—খঞ্জরুবনা অমা—হায়বহু তারে । মবেনধৌগী মরুম্‌ থূপ্‌চনা মমা-মচা—করি চিংনদা হিংজরক্লিবা,—মীগী ইংখোল্‌হুংদা শাইদাংহুনা লৈরবস্নু—কনা অমত্তগী কল্লক্‌-য়েংথি য়াওদা, মীগী খদাং মথা থাদা পাঞ্জরকপনি । ঈবুংঙো মমা মচানা অযূক্‌ হুংথিল্‌ ফোয়না [illegible] লৈত-লায়রা তাম্নবা য়াঙ্গোইজরুরবস্নু—মবেন্‌ধৌনা যূম্‌গী শো[illegible]না অমফাওবা মাঙদনবা শেন্নবীরম্বনি। করি অমত্তা য়াংত-পাদবগুম্‌, তাথোক্‌-তাসিম্না - চাদে লৈতে হায়বগীস্ন য়াবীদা, সিমা লেংলী অহুমা শেত্রে হায়বগীস্নু খনবীদা—ইমুং মরাতপ্না লেল্লকপনি । অহুবু, অস্নুম্‌ থোকউ তম্বা মতম্না......মবেন্‌ধৌ নোঙ্গাখরে । মমা-মচাবু

মখীং পেন্না—মশক্ খঙনা য়েংজহুনা কনা কুইমদি অশিবা হাক্সই লাক্লোইদবগুম্, মমা মচাবু শেন্নবীবগুম—মথাং কোম্না-কোম্না—মশূহুপানা চাউরক্লগা লুহোংহুনা মশূগীনি হায়বা হুপী অমত্তং উজনীংবগী ওত্তনা শোঞ্জা-শেঞ্জা ঙাইরম্বনি। নোংমা-নোংমগী—থম্না থম্না শোঞ্জীল্লক্থিবা অচু—অহল্ ওইবগীনি থন্না-থন্না অহুম্ কনুথংলক্পা ঙম্থিদনা, থাম্বা ঙমহোদবগুম্ শিগ্রবদা—মমা মচাদা তরক্ তরক্ তাহোরে। লৈত-লৈত হোৌনবী পাঙ্থোক্তবদি য়াদা, চংনবী থম্লাংতগী 'লৈতে' হায়হুনা নাম্বো ক্পম্ব য়াদা—পূসিন্-লওশিন্ ……শোরাং শোম্লা, অঙম্বা কংচরে। মীনোক্-হৈরবা লৈকায় কয়াগী মমাংদা শোরাং শোল্লি হায়বতা থোরুবা হোংনজরবম্ব অহুম্ মনোক্শিল্লক্ই; ঈবুংঙোদি করি থঙগনি … …… মমাদনি পুম্নমক্কী কোক্থোংনানা থৌবুরিবা। মবেন্ধোনা লৈথিদবগী অরাবা, হুংঙাইত্তবগা, কাউঙম্দবগা—পূম্চিক্ চিকপগুম্ মমা মচাদা তরক্ তাবগুম্ থাঙঙম্দবনে—হুংশুক্হুংজানবনা শূফম্ নোম্ফম্ থঙ্ত্রি। তুফক্ তুফাই চনবগুম্ লৈফম্ থঙ্দরে। হুংঙাইফম্ হরাওনিঙ্ঙাই লৈত্তবগুম্লে। মীগী শেন্থোখোনুনা কয়া ইথিন্ কন্না নাকোং শীংজা য়ৈরবগুম্—শিংদোক্পদি ঙমদা—হেন্না খোয়দৌ শাউহল্লরে। মমা মচা নত্তনা কনা হন্না য়েংবা উত্রবা, মীগী মীরম্গুম্,—ময়ুম্গী মথাদা ঙাইহাক্ফাওবা লৈনীংলক্তে। মশূ মবেন্ অহুম্চঙনা শাইদাংলিবা [illegible]মাইগুম্ নেক্চহুনবু শাক্লরবম্ব, মথোয় অহুম্গী হুমাংমন্ মচেং মচেংতনা শাথিবগুম থম্না—ময়ুম্গুম্ চহি কয়া—মচা চাউবা ঙাইহুনা লৈতানা লৈরক্লবা…………মবেন্ধোনা লৈথিত্রবা—ময়ুম্ মানুশিল্লক্তরে, ঙাইহাক্ পোথাবগী হুংঙাইফম্ কংলক্তে। "ঈবেনুগী খোয়রি নাউফম্ ফুম্ফম্ য়ুম্ফম্মী—কনানা করি তাম্লগদবা মতিকনো?" থমা ময়ুম্গুম্ লৈজরক্পনি। থনুথীবা, থলম্বা পূবা হোজিঙ্

মচেৎ মচেৎ কায়খরে। নোংমা নোংমা লাল্লগা চিংনবা পোক্লকই—কল্লি পোইদোক্‌পা হায়দনা তাল্লবোইদা থল্লকই।

'লৈকম্ অমা থিরো!' ইংখোল্লু‌ং অহুগী যুম্লোম্নবনা শোয়দনা হায়রক্লগনি খনগংলকই। 'মচা মশূ চাউরে, মাবৈ অমা শেংহৌরো, মওম্ ওইরে' হায়না য়ারেম্ য়ারী কয়াদা মচন্ থেংলরগনি, "যুম্দাংবনা কৈনারয়নি থন্দূনা নিংদোন্ পোম্নরম্লগনি" — অসুম্না নত্ত—নত্তবা মীমা থল্লম্‌গনি থল্লম্লোইসু খঙ্‌দবা ঙাক্তা ঈবুংঙোগী মমানা থন্‌বীক্লরি। পীক্লিঙৈ, লৈত লায়রা থল্লমদবা হুপী অমমা—থোক্লরিবা-থেংনরক্লিবা অরাবগী পঙাউ কয়া, নোংম-নোংমগী মবাইবক্ থীদরক্রীবা মথং মথং.........। অরাবত্তগী অচৌবা মশৈ পোবগুম্ থাবা—য়াদনা লূম্‌শিল্লক্লি। লাক্কদবা, হিংগদৌরিবা চহি থরগী হুংঙাইবা মঙ্‌লান্ শাগৎপগী মহুত্তা...... .....করম্বা অরাবা অমুক্ হাপ্‌চিল্লক্‌খিগদগে থনবনা য়াথন্ লম্বী ওইরি। নহাল্‌না শিনিংলবনি মমাসে, অহুবু—মচাগী মপান্ চারক্‌খিনি থন্‌বগী হিংনীংবগী লম্বী অমথক্তুং লৈবগুম্ চম্নফম্ অমগীদমক্ত শিবা ঙাইখিগদৌরি।

থংমবা যুম্লোম্নবগা থজিক্তা খোন কন্নবগীসু — য়ানৌবকই। থংনবনা মচা বারক্‌পগী চৈবসু য়ায়ৌকই.........মঙোন্দ অমদি মচা ঈবু‌ংঙোদা পন্থেনরকপোইদা থল্লী। য়াথল্-থেন্‌বী অমা ওল্লকই। মবেন্‌থো লৌরিঙৈদদি থৎননিঙ্‌লে মনিঙ্‌নি, চীনক্কেন্ ফরম্মী, য়াগী অঙম্ তান্‌বসু হৈরম্মী, মীকি—লাইকিরমদে........। অহুবু পূম্নমক্কী লৈবম্বা লিংজেল্ পূম্বা মবেন্‌থোনা শিগ্রবদা হাপ্তুনা পুগ্রবগুম্, ...... পূক্লীংদা পঙ্‌হুংদা হুংশিরকই, মতোম্মতা নিংদোন্ পোমজে। হৌগ্রবা, থোক্‌গ্রবা মমাংঙৈগী য়াথোক্ য়াহৌ কয়া, খোন্ থজিক্ কম্নথীবা, য়াহৈ মরো-লৈনা ঙাঙ্‌নথিবা কয়া—মহাক্তা যুম্লোম্নবগী মৌশিংগা...............য়াথমুংদা মথি কোংলক্‌পগুম্, অমদম্ ওইমা

চাথোক্লুনা পোপ্‌ থোরক্‌পগুম্‌ — কংশিল্লুরবগুম্‌ কাউথোক্লুরবা, খনবফাওবা খল্লুত্রবা কয়া অহু মচা-থায়না-থায়না ময়েক্‌ শেংলক্‌পগুম্‌ নীংশিংলকই। মীগী ইংথোলদা লৈরুবগী নীংঙম্নক্তবা, রাহৈ অমদগী রাঙাঙ অমদগী মমা মচাবু তান্থোক্লীংবগী রাঙাঙভাক্তনি খনুগৎলক্‌ই। খনথৈ খল্লুরগা—হেক্‌-হেক্‌ হন্থরক্‌পদা—"ঈমামচাগী মরাইবক্‌ অসি ওন্থোক্লা থীনা তম্মম্‌ খ্রবোইদকো' খন্না তাইনফম্‌ খঙদা থম্মোয়নুংদদা তাইনরি। অমা য়েংলুরে হুংঙাইফম্‌ খঙদা, অমা নীংশিলুরে পঙ্‌কপ্তা কপ্লীং………তাইহাক্‌ হি-হি নোক্লবগী তাপ্পা থুংবিরম্রি। অযুক্‌-হুংথিল চুপ্পা চানবা তাল্লুরগা হজিল্লক্‌পম্মু—পোথাফম্‌ খঙ্জিল্লক্তে, নোংমগী মপি তাদবা হুমীৎ য়াওশিল্লক্তে। মচাগী থরায় হুংঙাইখিরোই হায়বগী অথাক্‌পা অমত্তুনা—মথোল্‌ থোক্লা তেংথানিঙ্‌বা খিবিক্‌…খল্লগদা, মপি চহুম্‌—চহুম্‌ তাহুনা মোন্দমক্‌ চোৎলগা থাঙ্‌জ্জে।

ঈবুংঙোন্মু খবা পীক্লিবমথৈ—মপা লৈতে হায়বা খল্লমদবনি। মীয়োল্‌ তাবক্‌পদগী … কবিগুম্বা ইরাং—রাংপা তুশোন্‌ মানুশোম্নবা অমগুম্‌ লক্লবিথৈ শাউই, শাউনিঙই। মীনা লাক্‌চপ্রগম্মু মথরায় হুংঙাইতে, তাইনফম্‌ খঙদা মথন্তগী থম্মোযনুংদা, ওম্‌হুনা থম্লক্‌পনি—অশাউবা হুংঙাইতবা পুম্বনা খোইমহুম্‌ শাহন্দুনা। 'নপা লৈজ্রদবা'—হায়বা মীচৈ কয়ানা অমনম্মু-অমনম্মু, মহাক্লা খৎনরুবা খুদিংনা মহাক্তী শরুক্‌ তম্মীবকপনি। শিথ্রবা, মশক্‌ খঙ্‌হৌদ্রবা মপাহুবু মোংফম্‌দগী কয়ারক্‌ থোক্লক্‌হন্নীংবা মতাং য়াওথি। মমান্নবা কয়ানা —"পাজিনা লৈবীরকপনি, পাজিনা পুবকপনি' হায়হুনা উৎহুনা পোঙশিনবীরখিবা রাঙাঙ কয়া, লেম্নজবগী রাঙাঙ — তানিঙ্‌দনা তাথীবা,…মহাক্লদি নোংমতম্মু রাহৈ অহু পনবা, ফাওবা ঙমজখিদবা-, ফংজখিদবা ;—মহাক্তী মচীন্দগী "পাজি' হায়বা রাহৈ অমত্তম্মু হেক্‌ খঙ্‌লক্‌পদগী থোক্‌খিদরি। মহাক্তীদি "ঈমানা" নত্রগা "ঈবেনথৌনা"ঃ

হায়বা অনীসিনা অহৌবা ওইরক্লবনি, হেনগৎনা কৌগদবা অনৌবা মিঙ্গৌ অমফাওবা লৈত্রি। রাহৈ অনীসিত্তনা পোঙজকমন্নুনি, তাইনফমন্নুনি। মবেনধৌনা অমুক লৈখিত্রবদা—মমাতমক্ ঙায়হৌরবা —মমা মপা শরুা লৈজরক্লবা...নাম্মা শেৎথ্রবা···মীওইবা অমনা রাকম থোক্পদগী হেন্না রাবগুম......অচৌবা নোংলৈ নুংশিৎকি পঙ্গাউ অমা থেংনবগুম্—হেন্না ঈরাৎ রাৎশিল্লকপগুম্ শূফম্-নোম্ফম্ কঙঙাওনরকই। মহাক্ কনানো? মমা কনানো? মবেন্ধৌ কনা ওইরম্মী?.. ময়ুম্-য়ুম্ফম্ শাইদাংলিবা? থিরুদ্রবন্সু মরন্নাইগুম্ মাতবু খঙ্হন্ননবা হঞ্জিল্-হঞ্জিল্ কাইহৌরিবগুম্...... অরাৎপা, লৈত্তবা পুক্লিংনুংশিবা কয়াগা লোয়নরক্পগুম্, ... মকা কন্না ফন্না শাত্তুনা ......চাউর—চাউরগা ময়েক্ মচু—শেংলকই; খঙ্লক্ই। মপুক্তুং থন্নবা হোৎনবদা মমা—মচানা লোইরবা—শূদবা—নোমদবা য়াত্রবা... অত্থূগী মথক্তা পোৎপাং-চৈবাং—থানবা য়াত্রবা, লৈকাইগী অশি অনা লুহোং-কৈহোং···লেপ্পা লৈতবা মৈতৈগী হয়াও-কূম্মৈ······য়াওদবন্সু য়াত্রিবা······ইনথৎলক্লিবা চহি মতাংনন্সু—লৈত-লায়রবা পুন্নমকপু ঙাইহাক্-ঙাইহাক্ কাউথোক্হল্লিবা মতাংনি। "ঈচাগীদি হয়েং চাউরগা ঈমানা অত্থু লৈবীনি, অত্থু থোনবীনি" কয়ারক্ মচাদা মমানা চাউবা ঙাইথুনা থেম্নকপনি······মচা ঈবুংঙোনা শেৎতি শেৎনিঙ, চাদি চানিঙ্—লৈদি লৈতা······রাখল্না শাগৎলুবগী অপাম্বশিং মমঙ্নত্তনা নীংবা থুংলক্তি্রবনি। মমান্নবগা মীমান্ননা শেৎপা—চাবা মতাং ওইরক্লবা······মমাদা তাইনফম্ থোক্না ওইনজবগী চহি মতাংন্সু নৎলক্ত্রবা, মথন্নতা নোম্জথুনা, তাঙ্গথুনা শেৎপচবদা তারক্লি।

মমাদি মমানি। মচাবু অহাউবা পীজনিঙদবা. অফবা ফজবা শেৎহন্নীংদবা মমা য়াওপোৎ নত্তে। মচাদা চারগা লোয়রে, শেৎলগা পেঙ্গরে থন্না--অঙম্বখৈ হোৎনজরকপনি, মচানা চাউরক্ চাউরক্লগা হেন্না

য়াজরিবনি, ঋশাগী কাওবা ফিরেন্ মচু তাবা অয়কাওবা থয়ক্তবা কুইরবনি। মহাক্কী হায়বকু···চংথোক্ খোংতোকপগী ওইনা ফিরেনূনি থজরিবদি—ঈশূ তারবা পুঙ্ঙৌফমেক্ উরৈরোম্ থজিক্ পায়প্ হাইবা ফনেক্ অমগা ইয়ফি অঙৌবা তুনানূবী অমগনা লোইরবনি। লাইদি লায়রহুনা—মচানা পাথং পুক্ক ফারকপনিদা "অপাম্বা থন্দুনা শেংহন্-চাহমীংবনি, মীৎ থীৎনা য়েংনীংবনি।" মচুতদা শিরবমু পেঞ্জগদবা মাল্লবনি। অম্বুম্না "নোংমৈদি থরা শাকরনিদা! লাইনা য়াংপা থয়াংনি চরা হেনবা হৌনদেদা!" হায়বনিতমক্ থাজহুনা ঙাইজবতনি; শূক্ক ফংগৎত্রি।

মীংশিংলক্থি অরাবা কয়া। থল্লূবা রাথন্ অমদগী অমা লাম্শিল্লু —অমদগী অমা শম্থরু—লৈতলায়রা থিজিনবগী···অরা পোথানা মীকপ্ থোক্তবমথৈ তূম্গদবগী মহুত্তা—থন্না থন্না মমীং কক্লা অমা ঙাইহাক্ফাওবা উইশিন্দা— নোংঙানথিবা মশীং য়ামথরে, থীঙম্ লক্তরে। অথেঙ্ অঙনগী মতম লেপ্পা ঙম্ শিল্লক্তবগুম্—থাবল ফরবা অহিং তাংলৌফাওবদা নোংঙান্দোরমাল্লে থন্দূনা ময়ুম্দগী মপান্ -থোক্তুনা হংগোন্-পৌরা-ঈন্ পুথহুনা—হিতোংতনা—ঈন্থোন্নী— শোল্লুনি-চিংলুনি থোক্পা য়াওরক্ই। ঈবুংঙোগী মমা ফিভম্শোক্লে।

নোংমদি ·····থাবলনা নোংঙান্দোরবা মাম্না ঙাল্লবা অহিংদা ঈবুংঙোগী মমা তূম্বা য়াদা হৌগত্তুনা...ঈনজিংহি অহু হিথাংফম্দগী- হোন্দোরক্তুনা···পাক্লবা খোংবান্দা হোম্বরকই। হিতুং অহুদা হান্নবা কুম্থরক্পদা—হংগেন্ পৌরা, নৌ,ঙাক্লুক্ পূম্না পুল্লপ্ পুথরক্তুনা হাপ্লবনি। চেগাইপাং মরীনূগী মপাদা হি ঙাইহাক্ হোন্বা লেপ্তুনা ···হংগেন্দা ঈন্খোঙ্গী কোচিথাংহুনা খোঙ্জি মরীমক্ তিংহুনা ঈন্ অহু হিথক্ অহুদা তিংথংলে। হিরুবাক্তুনা লেপ্তুনা পৌম্না মঙোম্না পৌম্না লৌচাউদা থিংজিন্দুনা······পৌম্না থুকউ খোংহুনা—

ঈবু থাদফুল্লা—ঈশিংদা থাদ্রে। মখুৎ অনীমা নৌ অহু—য়েংবইনবা পাকহনা ঈপোম্-হৌহন্দা-ফবা ফবা হোন্দুনা···নৌখোন্ খোকহনবা হোন্দুনা······পৌরা থূহনবা ঈনখোল্লকুই। ঈনখোন্ মখা তরানা শোল্লে, ঙাম্ব থাজদবমখৈ রাম্না-রাম্না ঙারক্ থাম্না লক্শিল্লকই। ঙামী ঙারক্না অম্মুম্-অম্মুম্ রাম্শিল্লক··· ঈনখোন্ তোয়রিখৈম্ব ঙারক্ তাদবা,···মীনিল্না তাশীল্লকবা······হুংতিনীদি মহাক্না থবা হাল্লমখবম্ব লাক্লবা মতম্ য়োরবনি······লাক্লমনীদা থল্লী। মপাঙ্ লাক্পা ঙাইমা ঙাইনা খোনবা তোক্কে, অম্মুম্ খোল্লীবনীম্ব ঙারক্ তাদে, ··········
চিংনবা মখম্তা পোক্লকই—'নোংসিবু ঙাক্রেদা—মমামবী অমম্তম্ব লাক্কেদ্বা'! মীনীল্খোল্ তাশীল্লকবগা অম্মুম্-অম্মুম্ লাপখোরকপগা—হাওল্বা—চীল্লবা পাক্লবা ঈপাক্না তাম্ম্রিমহুগা অকিবা কাওরকই। মথন্তা হল্লসিন্না হায়বম্ব থনগৎলকই-অত্থাওবা ঈম থাদবা-খোন্বা শোনবা তোক্তি্। নোং ঙাম্মোরকপগী মতৌ-উরকই, হুংতিনী লাকপা মতম্ য়োরক্লে হায়বা খঙ্লকই, অহুগা মতম্ অহুদা মহাক্না খোল্লম্লিবা মকম্ অহুনা থাপ্তোক্লম্লিবা অহুবুম্ব চিংনরকই—চীংমুংখোয়—শোয়মাং-লাইশোয় মপানি হায়বম্ব লাকশিন্বা ঙম্লকই, মহাক্না খোম্হরক্লিবা মপা অহুদি কাম্মদাইদদা য়োবা হুংতিনী মফম্রি—অহুনদি ঙম্মোক্না ঙম্না খোরক্লবোইকো মথন্তা থল্লী, অম্মুম্-অম্মুম্ কিখৎলকই। কিরিঙৈ তাম্লক্ অহুদা—ঈন অহু খোংজি নাম্মদা পন্থিবগুম্ শোন্কৎপা ঙম্দবগুম্ অপনবা অমা খেংনশিল্লকই। কিম্বনা মহাক্ থক্-থক্ মশা নীল্লকই। 'লাইনা থাম্লমাক্লে ঈনুসে' হায়না চিংনবা পোক্লকই। থাংবা ঙম্দা, শোন্কৎপা ঙম্মদা, পৌরা থাদহনা হিক্লবাকগী লোংনা হিমুংদা রাম্মহনা তাপ্রে! কিতম্ অহুদা হিমুংদা তাদনা ঈশিংদা তারম্লবদি শোয়দনা ঈবুংঙোগী মমা ঈরাম্হনা অহুম্ শিরদোম্বনি। করাম্ ফুইনা মহাক্ রাম্মরবগে হায়বা খঙ্দনমখৈ

—অয়ুক্ অঙনবদা শেংনবা কাঙবুনা ময়ুম্‌দা পুখৎলকুনা হুমীৎ নীনী লায়কয়রবকাওবা য়া মচেৎ অমকাওবা ঙাঙ্‌দমথৈ—উতুপ্ তাবগুম্ তাহনা লৈথি। লাই ওকনরক্লে হায়রহনা মাইবা—মাইবী চঙ্‌হনা লায়কয়বদগী—মীকপ্ থোকপগুম্ থোরক্তুনা—অকিবা থৌদোক্ অহৃগী য়ারী লীবকাও ওয়রকৃই। ঈবুংঙোগী মমা শোন্থখিবনা লোইরে, ময়েন্ শিখিবগী অয়াবনে, থৌদোক্ অহৃগী মিপাইবনে, থোক্লবা থৌদোক কয়াবু নীংশিংলুরগা অরাবা কোক্থোংনাবগুম্, পোংলুম্ পুবগুম্—থাঙকম্ থঙ্‌লক্কে, ঈকন্ কন্‌শীল্লক্কে—কৌ হায়বা য়াদবগুম্, অনাবগুম্ শোন্থশিল্লকৃই। অনৌবা হিংনীংবা অমগী য়াখল্ লাক্লি কাওবা শোন্‌গদবগুম্ মচাগী মতেং পাংনীংদবগুম্লি।

"ঈবুংঙো মমা! নশম্‌সিদি অমত্তা য়াওজ্রেদনা! নঙগী লানগায় কায়কৃঙৈগী নশম্ অহৃদি—শাংগ্রবনিদা! পুংগ্রবনিদা! মঙোলগী অহৃঙ্গৈ ককপা শম্বানদোং অহৃ পুংলি ফজরি। 'সিবু'স্রম ওইরকনি থাজরিব্রা?" ঈবুংঙো মমাদা হীক্ কাইবীহনা অহন-মীয়ায় চল্লবী নৈকাইগী মো অমা হীকু-হীকমা শীক্ শীক্লহনা শম্ থায়মা থায়রহনা য়ারী হৌরকৃই। হুংথিল্ পোবোগ্লুমি, নিংথমথা লোইখিহনা লুম্বু-লুম্বু শানা কালেন্ চঙলক্লমদাইদনি। থবক ইশ্বাং পঙকন্ কয়দবা মতম্রি।

"নঙবু নয়াংনা-নয়াং কংশিল্লক্লিবা, থরম্বু পোথাওবা? কুম্বী-কালেন লাইরে, নঙ্‌না নোম্মীবা-শূরিবা,—হুংঙাইবা মশক থঙদববা? কুমৈ কিওং অমফাওবম্ব য়াওদে—নহা ওইরিঙৈদা হুংঙাইথোক্‌হোদনা কয়ম্বা মতমদা হুংঙাইগেগে? নক্লু-নয়াং পূম্বা পূমকেম্ কেয়্রনি। নোংঙানবদগী হুমীৎ তাবা কাওবা নচাগীতা, নচাগীতা...............। থরম্ব কাউথোকউ, মপাঙ্গল চাউরক্লে—শামু ফাওবা ফাবা ঙম্লনি; অহৃকাওবা কয়োক্তুনা-থয়া য়াংলীদা, য়াংলীদা হায়বহনদি ওইরয়োই।

চৌং-থান্দবু মচংবন্নু শীংজন-ইকানবু য়াওহল্লু—লোইনা ফিং-শীংবা ওয়্রবগোংনি। লাইরিক তমস্নে হায়বগী য়ানি ·····················
লৈকাইসিদবু মামুক্ হৈশিংবা লৈত্রা? শুদোরক্পনা থচু তাক্লিবা, ইটৈদা হৈ। মপামক্তি মপা,······নঙ্সে লমাইবক্তি থীবা হাৎখহুনি, মপাদো লৈজরুম্রবদি শুকরাৎ-হেক য়াম্ভনা পান্মৌবনিকো·······"

ঈবুংঙোগী মমা কক্তুদা মথোঙ তিংথোক্তুনা—মকোক্তা হীক কাইবীবহুদা······উইবোই লাকপোই তারমনি। নীংশিং-নীংশিংলুবা থুদিংদা মপি কংত্রবীনি। মচাবু হেক পনবদা কন্নিনো অমা হেক্ নীংশিংলকপগা······থম্মোয় হেক্তা পেথরক্ই—মপি তাখিবা হেক্তা খঙ্হৌদে। মতম্পাক্তী—ফনেক্ মথক্তা মপি পোপ্-পোপ্ থাম্বা নংহৌদা তাথোকখি, ফিদোনগী ফনেক্-ফিনা মথূৎ ওয়না থোক্তুনা ····· মচি অমনা মপি তৈথোক্ই।

"মবেন্‌থৌনা মশূগী মতৌ য়েংনিংঙি হায়হুনা—ঈবুংঙোশিনা চহি মঙা মপুং ফারকপদা গৌরলিলা য়াওহল্লি। মবেন্‌থৌনা পামজনা—লিলা তম্বকাওবা মশূ-মবেন্ চংমীয়্রে, ঐগু মবেনথৌগী মতৌ অহুদা য়ানীংদা-য়ানীংদা অহুম য়াওহল্লে। লিলা হুমীৎ অহুদদি ঈচাগী মতৌ য়েংবদা হুংঙাইবগা-হুংশিবগা—কপ্নীংবগা,—অতৈগীদি মপা, মতোন্ ময়াম্ য়ৌ—য়ৌ, ঈচাগীনা তরক্-তরক্ ঐ থাঙবা ঙমখিদে, কপশিন্নদবদি শাই, ঈচাগী মতৌ য়েংজৈ—তৌরিমথৈ পক্চৈ, শাম্নিমথৈ ফজৈ, ঐ পূম্মূন্ মুনগ্রবনি, শিরবম্ হুমীত্তুনা পেল্লবনি; অস্নুমা থন্দোক্তুনা কপ্তবা ঙমখিবনি, হুংঙাইথোক্পা ঙমখিবনি, পেঙখিবনি—লাইরৈবাক্তগী নত্রগা মঙ্দগী মমীৎ লাওনা পাঙ্ঘনা মচাগী মতৌ য়েংলম্লগনি হায়হুনা··········· ঐনা ঙম্বমথৈ নোম্লগা লোইরে, মতোন্দবু কন্নি শূদবা য়াদে হায়নীংগদৌরিনো, মমাম্বশিংদি লৌ উরুবদি হায়রুবু মথুম্বা হামহুনা চাবা কোক্থোং

[illegible] মাদি শুবু শুবনঞবনি, ঐনবু ওমজবদি পূমনক মঙোন্দা লোইনা তারবনি; অঙাংনিদা মরমাই রাখল থোকচরকনি। ঈপোক্ সুম্নিদি নপুসে থাংজীং হোওবগী লমজেল্ য়াওগনি হায়রি……।

"য়াওহনুহ্! য়াওহনুহ্! লাইমন ওইহুনা তোকচনি মাগী খম্মায়গম্নি হায়নবনি।"

"য়াওনি কম্না হায়রি, থাম্বত্ন য়ারোই, মানা নীংবসে হেক মাঙগা ঐঙোন্দবতা তাইনৈ, মথোং চাদেনে ঈপোল।"

"থেম্মু! থেম্মু! লমজেল্ য়াওরগা করি কাম্নগদোরিবা-মমাংঙৈগী মতম্ হু মত্রে, লমজেল থোইবা ওম্নগা মাবু মুপী অকবা কংনী হায়রা, কা থরা, খুদৈ থরা, অহুগীরা?"

"খঙ্লেদা—চুম্না মমাম্নবা ময়াম্ হৌনরম্নি অহুননি………
মপাদো লমজেল্ জাত্রা ওইরম্মী হায়বত্তদা পাম্মুবনরা………"
"নঙ্নম্ন শোয়দনা ইনশীল্লমগনি, খঙ্ঙে-খঙ্ঙে য়াওহল্লো, থোইবা ওমত্রবদি চাক হাপ্লোয় হায়যু"

"ঈপোলখোয়গী হন্দকী মৌ অহুবু কমদৌবগে?"

"মঙ্সু নম্মোক্রকা খনগৎলক্রবরা? ফৈ! ফৈ! ইনাক কৈরাক্ খুনবা ইমুংদগীনিনা! নোংমা নীনাদি থরা ফগদৌবোই নীংলম্মী … তোক্অসিদা!……"

"কৈদোই হায়বগে ঐঙোম্পা তম্ববু, ঐনা কনাদা তম্মূদৌরিবা?"

"ঈথেন্ থেম্নরে! হৌজিক্ মতম্গী ওইরমাল্লেদা! মনেম্ মকু মতৌশিং হায়বসিদি থরদি হঙোইনা-মকোক্ খুমহুনা ইকাইবা উৎনৈ হায়বা, মহু হৈত্তে হায়বগীম্ব নত্তে, মরৈবু কনগ্রে! ঈশৌনা কল্লীবা —মখোম্না য়াক্ইবা—খজিক্কং খঙ্সহু হৈসহু ঙাঙ্লুম্নবম্নু-খঙ্ঙেগা —খঙ্দেগা বেডেং-বেডেং—ঙাঙ্ঙুবা য়াবা পোৎ নত্তে; মখুৎবুদি য়াংই থৌদাবক্রাক্তি নংহৌবপোৎ নত্তে। অত্তৈ মৌশিং অহুনা তম্নীবা পঙ্জরিবা—তিংথাকুম্বা ঙাক্তনি, মামা লোইমা শুপ্তোরি"

"অঙ্গুনি য়াম্না কৈনা …"

"কত্তে মায়কপী মত্তে তিঙবা য়াদে, মতৌন্ কপী অহুপী য়ানিগে।"

"খরা কৈনগা মরাইনা কন্নরকনি, অদুগা মেৎনগা মতোইহন্নু ঈশোপনা চপ্ হেক মায়বহুননি, খরম্মু হলো, হায়গী নিংঙোন্ নুংশাকপীহু খরা তোক্লোদনা।"

"নঙনা থেংনদহ্নুনা খঙত্রিবননি; ঈচানা পাম্বী য়ায়ত্তনা চেন্শীল্লক্পহ্নুনা কদায়নো হায়বগী য়ানি"……

"ইনাকমু থুন্নি মরমমু মোকই অহুনবু কত্রিবরা?"

"মাগী মরম্না কৈদোঙ্গরনি, মোত তিমকগা লোইরে—চাবা-চাদবা হায়বহুদি লাইবক্তা ওঙনি, হী—হী নোকমীয়হ্নুনা ইমুং মরা তগ্রা পাম্নীংবা অহুগী য়ানি, ঐন্া পামজরুবা হুপী মচাহ্ ওইজরম্মবদি হেক পেন্দোবা!"

"ওইরোইদবা য়াহুদা খল্লুরগু; নমৌত্তনা মহু তারগা হুংঙাইখিত্রা?"

"পেন্নী পেন্দে।"

"মীওইবমবু পেনবা নাইবরা?"

"নঙ্মু কুইররোইদনা খঙ্লকদবা, নচা চাউরক্লে, কয়াবু কুইগবনো?"

"য়াংলৗদা—য়াংলৗদা অঙাং ওইমল্লী, খনবু খল্লূদরি … ।"

"য়াবু য়ামনগ্রে থাঙ্গ ওইরবদি নহাৎনা মচা অনী-অহুমহুম্ তুরনি।"

য়া—য়া নোক্লে। য়াম্নীগী অহোবা অরোইবা লৈত্তবগুম্ মঙাং-মতাংগী থোক্ল-থোক্লবা শান্নরি, য়ারেম শূবদা থেঙ্জীনবা খঙ্নহোদে।

হুমিদাং য়াচংবা মতম্নি, থংনবা য়ুমজাওগী লৈশাখী মাঙ্খয়ে কোয়থি খিমরকই। মহা ওইমল্লী—চেল্লমগনি হায়বমু কনা অমত্তা থাজনদে। কোয়হং হংনৈ—খা-অরাং চেনগ্রবনি হায়বদি ঈবুংঙো মথন্নত্তনি খঙলিবা—মমায়খা ওইনা য়াম্না নুংনা তিঙ্নবা খরা অহল ওইবা মমাঙ্লৈকাইদা লৈবা পাম্বং পুংকক্ মপুং কায়ক্লবা অমগনি। ঈবুংঙো ঙাইহাক খঙ্না খঙ্মা তাকখোত্তনা তুমীম্না ইমুংদা লৈশিন্নে,

থিবা-খোংপা-লাঙবা য়াওদে। ময়াম্ অতৈত্তনা খঙ্‌ননা মথরায় য়ানরিবা মতৌ অহুনা মহাক্নু মুংশা থীজনুরকই, শোয়দনা মঙোন্দা তাইনরকনি মিপাইয়হুনা খাঙলম্মনি। হজিন্ হজিন মঙোন্দা খঙ্‌বরা ত্তকশিন্নকলবরা.........

"মমাঙ্‌গী অচৌবনা কোয়রবনি মানা চেল্লম্মনি!" ইভপ্—তম্না খুঁমদোকখরে।

"অহুদি নহালমখৈ তাকপা য়াত্রা" হায়না অমুক্ ময়াম্‌হুনা ঈবুংঙোদা তাইনবীরে। মতাং চাদে মুনসি, খাইদোয়রসি হায়রবনু খুলকুদা কদায়দা থিরুগনী। হুপা মথক্ খঙ্‌লহুদদি—লোইরে লৈশাবী চেনখ্রিবী অহুগী মমা—খল্লম্বা পুক্নীংগী য়া মখোল্ খোক্না অপনবা লৈত্তনা থীদরকই—

"শক্তা অহুদা—ঈচাহু! মমা মপাম্নু লৈত্রবা থেম্রং অহুদা—করি খোক্চৈ হায়ত্তনা পামজ শাজরুরিবা ·· ···অয়ুক চার' হুমিদাং হেন্—হুমিদাং চার' অয়ুকহেন্—চরা অনী মুনকাও মথীবোং পুক্থল্রবা অহুদা—মাঙজরে মাঙজরে··· ··· ·" মথবাক্ ঈপুম্ চঙদোবা মায়া তেংথা-তেংথা থৃত্তম্না মথয়তা মথরায় শোকচনা; অমদা অমুক্ তাইনা অমদা অমুক্ ওনসীন্ অঙাওবীহু ঙায়রে, মনাক নক্তুনা থেম্লু বা য়াত্রে। ঈবুংঙোগী মমাদি হুংশা থীজবদা লোইরে, মচা ঈবুংঙোগা তিম্ববা মমাম্নবদা চেনখ্রে তারবদা মচাদা তাইনজ্জে"—

"শিগৈজন নঙবু করিনথৌ লৈত্তনা য়াওরুরিবনো হায়বা।"

"ঐনয়া! মখোয় অনী হুংশিনৈ হায়ত্তনা চেঞ্জখ্রগা! ঐনা করি য়াওরুরবনো মবাম্নীমক কোয়খৈ কোয়নরগা! য়ুমজাও ঈমানু খঙ্‌লপোংনি নহামা, মোইদি থিংবা য়াত্রা! অহু খঙ্‌হুনা অমদা খাজনি শিন্নী হায়নে! অহুনা চেল্লীবনি—তাইনরগা তাইনরেন্দনা—মঙোন্দা চেনখ্রে হায়বীরিশিনু মরাইবক্তুম কৈ, খিবনু কংলরোইরবরা"

"অহুম্বু কদায়দা থৈনি হায়বগে হায়বা ?"

"খঙ্দে - খঙ্দে তাক্লোই"

"মনুখাঙসিদি !"

অমত্তা তায়ক্লরবা, হুমীৎ থাঙুম্ হেংজরিবা মচা অহু কয়া খীবা চৈবীরে। তাইনকম্ খঙ্দহুনা মচাহুদা তাইনরুরে। মচা চৈরম্বগা ইযুংদগী মপান খোরকপদা যুমজাওগী চুপী চেনথ্রিবী অহুগী মমা অহুনা ওনশল্লকুনা—"হৈমনখ্রে ! হৈমনখ্রে ! ওক্তবা কাঙ্‌বুঙাক্লা তিময়দনা ! মীগী মচাম্বু মাঙ্‌হনবীরে…। নহাক্না অসি খোকনি—খোকনি থল্লম্বদো-হেক্ খোকইদা ! কল্লক্ পেম্লো,পেম্লো!"। অপায়নদি ঈবুংঙোগী মমাদা থারকপা অয়াকপা খোনজন্ মাঙ্গে। থজিক্তদা অা য়োনা খঙ্‌গনবী ঈবুংঙোগী মমা, মচা হাকয়বদা হজিল্-হজিল্ মমায়দা থুহুনা তোক্লবী, পম্বা হৈনদে—চীনকংনহুনা।

"তাইনবিখ্রে ! তাইনবিখ্রে ! অমা কংঙে এখোয়দা, অমা শোয়রে এখোয়দা—এখোয়বু তাইনকম্লা ? ঈচানা চেন্‌বা য়াওক্লবরা ? মশা মশানা য়ানহুনা চেঞ্জখ্রগা, চেন্দ্রীতৈদদি হেক উশিন্নদরে—নহাক্না কোয়নরে, হুংশিনরে তারবা নত্রা ? থাজনি হায়বহু নচাগী পোইরৈ থরম্বু ময়েংবা য়াদরা ?" কয়া মায়য়োক্লনা থৎনবম্বু ওয়দা, লৈকাই মমাঙ্‌হুদা ; অতৈনা থামজিন থাম্জিন নেমথনখ্রে, ঙাঙ্‌নথিবা থরদি অা য়োনখ্রে। লৈকাইগী মৌশিং—অমদা অমুক্ মীচঙ্ চঙ্, অমদা অমুক্ তোংশিন্, অমনা থজিক্ শাউনা হায়খিবা অমদা অমুক্ তম্ …

অম্মা থাবুক্ থাবুক্ নোংমা নোংমগী কোচি থাংবা রাঙাঙ রাত্তা মথং-মথং, ঈবুংঙোগী মমা থাঙ্‌বা ঙম্‌শিল্লক্তে।

অম্মা নোংমদি—থাম্বীনবা য়াওদবগুম, থম্মোয়গী ফুমরম্বা থুদিং চীনবান্ য়াওনা মকনথী ফুদোক্লহুনা চীম্বা পাউদা নংনদবমথৈ থৎন-রকই। থৎথৈ থৎনক্লরগা ঈবুংঙোগী মমা মপোৎ মৃচৈ য়োম্মে, অমনা

থাম্মী য়াদা, অমনা থাম্মী য়াদা—অরীংজেন্দা মিহুন্, হুন্নুনা মমুন হোংলগে লেপ্লে, লৈত-লৈত শাজবা মমুন শীবা হৌরকই। মচাহুপা ঈবুংঙোনা থাম্মী য়াদে, থামদা থাম্মুরগনু "নথীবোং পান্দবা মীকিথী, অরুম্না, মইংথোম্না ইকায়দবা! মীগী থদাঙ্ মথা থানা হিংববুদি শিথিবনা কত্রা" য়াহৈ-রাত্তা অসিদা ঈবুংঙো থাম্বী মহুত্তা মহাক্ য়াওনা মুমশীবা হৌরকই; লৈকাই য়া-রা অমদগী অমদা 'ঈবুংঙো মথা অচা মুমহোংগদৌরে' শীরিবা মুমশীনা কদায়দা অমুক শারুগদৌরি; মোইরাং শাদোক্তুনা করম্বা খুন্দা অনৌবা মুম্বান্ কৈনান্ মশক্ খঙ্না হোংগদৌরি, করি অমত্তা খঙ্দনা অশাউবা, হুংঙাইত্তবা পোন্দবনা মাঙ্জিন্ থাখিবনা থোক্লবা অমদা হেক্তা থেংঙুগদৌরি। থেম্বা হায়বা য়াগত্রা খগ্রা থেম্নুবনি থাম্নুবনি, য়া মাঙহনা লোইনা তোক্লরে। থাম্বা য়াদ-য়াদ শীথখিবনা মুমথকী শঙ্মায় শীবা লোই-শিন্খয়ে, কক্লাং কম্বহনা শীংঙুৎ মশক উরক্লে। মতৌ অতুদা—কনা লৈহমীংত্রবনু—ইংথোল্ অতুদগী তাম্বোক্লীংলবনু—কয়ারক্ থংমক্লুরমনু—কুইনা অরৈ-লৈত তানহনা হিংমিন্নরকপা—হেক্ থংনবগী ইমুংগী মীশিং—খা রাংগী মীশিং-মোশিং অঙাংশিং অহনশিং—কাম্নবগী তাংদাংবা মতৌ উনরক্লবদা—থরায় য়ানরকই—নিংদোন্ হীক্—হীক্ লাউনা মপি তানা হুংঙাইতবা কোঙদোক্লরকই। ঈবুংঙোগী মমাদা, 'কত্তে মঙং অতু অরানবনি' হঞ্জিন্ হঞ্জিন্ হায়রি। ঙসাইদা থংনখিব, কা য়ৌনা ঙাঙনহনা শাউনরুরবা—যুম্জাওবী মৌ অহুকাওবা থোরক্তুনা 'লানথ্রে' হায়হনা কপ্তু্নফাও হায়জরয়ে! মতৌ অহুনা ঈবুংঙোগী মমা থম্মোয় পেথরকই, ঈ কারবা মমীংতগী মপি শীহ্নরকই 'মানা লানবা ঙাক্তনি ঙাকপীয়' হায়জরকই অহুবু 'চৎপা মুমহোংবা হায়বহুমদি থাম্বীরহু' হায়জরকই। ইংথোন্ অসিদগীদি মশাম্ থোকথ্রগে য়ামৌবীগনু—লৈমিম্নবগী কাম্নখিবা ঙাঙনবদা অমা

য়োৗনখিবা, অয়াং অপাগী শোগংশীখিবা, মচা চাউনবা য়োকচরকপদা মচাগী হাকমবদা অঙাঙবীগুম্ ঙাঙখিবা শকখিবা অরানবা খোনফম্ কয়াবু খোয়খা লিনখা থাবীগনু হায়জ হায়জহুনা থম্মোয়শোকপা কয়ানা মচেং মচেং তেংথাবগুম; মচা ঈবুংঙোনা শীথরকইবশিং অদু লোইশিল্ খোমজীল্লী। ময়াম্ ইকোয় কোয়না কুম্মেগুম থাম্বা ঙমদা লোইনা য়েংহুনা মমা-মচাগী মতৌ য়েংই।

ঈবুংঙোগী মমা পোক্পা মবোক্ লাকুনা থৌম্নে মমাদা "ঈবেম্মা ঐখোয়গীদা লৈশি" হায়রম্ হোয়মু মাইমু হায়দে। ঈবুংঙোগী মমা, অঙাং ওইরিবৈঙেদগী লেপথ্রবা শকথ্রবা রাশক 'মমা-গদদি লৈম্মিমরোই' হায়না থনথ্রবা কয়া অদু কাউদ্রি। ঈবুংঙোগী মমা, মবোল্লা হায়বা য়াদ্রে। অহানবা পোৎযোম্ অমা মকোক্তা থোংহুনা খোক্থ্রে ঈবুংঙোগী মমা- ময়ম্না কনাগীদনো হায়বম্ থুমদে—মথন্তা চৎখিহুনা মৌপ্বাদা মৌপ্বাগুম্ থঙ্গরবা পোকমৈম্নবা, শাগৈ তিম্নত্রবা ঈবুংঙোগী মমাদা "ঈচে" হাযবদগী হেন্দ্রবা লৈকাই অদুগী মমাঙ লৈকাইদা—"ঈবুংঙো ঈমা ঈগা মতম থরা লৈবা তারে" রাহৈ অসিমতনি, ইমুং অদুগী মাঙ্গোন্দা পোৎয়োম অদু থাই। ঙসাই-মথৈ 'ঈচে ঐখোয়গীদা লৈরো' হায়বফাওবা ঙমদনা মতুং ইন্নরক্লবা মৌপ্বাহুদা হায়রকই। রাহৈহু তাবদা কয়াদি ঈচঙ থোৗপ্রে, জনচেন চেল্লক্তুনা "ঈবুংঙো! নমাহু মাম্মগীদা লৈনি হায়রে, ফরে ফরে" হায়না হায়না মমা মচা চঙহুনা শীদোক্লম্লবা য়ুমগী উ—রা হোনবা হৌরকই। ময়াম্সু—য়াদ্রবনিনা করমদি খামগনি থন্নরম্বদগী হোংগদৌরিবা মফম্ থঙ্লবহুদদি মথং-মথং চঙলক্তুনা মমা-মচাগী পোৎ অশীবা য়ুম্ মচা অদুগী মচাকশিং খোমজীন্ তাশীন্ মম্নি মম্নি হোনবা হৌরকই।

মচেদা মচেগুম্ লুনা থঞ্জবনা ঈবুংঙো মমাদা—মনীং সঙ্গোয় অমা জনশা শাহুনা ঈবুংঙো মমা মচা লৈহনবীরে। ঈবুংঙোনা মাম্মা-

য়ম্মা হায়রছুনা চীংদা-মপ্পা মতুং কোয়ইন্ ইম্বহুনা য়ুমগী পল্লাও পুরবা হোৎলরক্লি। নোংমা-নোংমাগী অহোংবা লাক্লি।

অমুয়া লাকয় য়াদে; মতমদি লেপ্তবনা—য়াউশঙ।

য়াউশঙগী হুয়িচনবা য়ুমীৎনি, লৈকাই অহম্ থাবল্ চোংবা কাংনগনি, অমুক্তুগী তারবনি। থাবল চোংবদি য়াওনীংলকপা কাঙই—ঈবুংঙো। অঙাং ওইরিবৈঙদদি ভাওশীনবা শাছনা পুন্না-পুন্না মমায়বা ময়াম্ পঙচোং চোংলগনি, কুমশিদি ইকায়বা পোক্লকলে—মক্কি—মরোনগী রাখল ভৌরকই—করি শেৎপা-করি উপ্পা। থাকিরংগী চীংদা চৎপগী চীংগুং মায়ুংদা নৈখৈ নৈরুরবা অছুনা লোইরে, খোংগ্রাঙ অককৃপদমক্ উপ্পরদগী ইহান্ হানবা অচোনবা উপ্পা তম্বগুম্ তুরুবা খোঙগ্রাঙনি; ফিরোন্ অনী—শুবম্ নংহোদে, তুহোদে, তুরুনবম্ য়াউশঙয়োগদোরে খঙ্না—খঙ্না লৈতবনা পঙখোক্ চাম্বগুম্ ককচীন্দুনা লৈথোক্লুরবনি য়াউশঙক্রাক্ অমত্তা য়াঙরোই হায়না অছুবু—খুবামগা-খুবামগা পায়শীন্নছুনা থাবল্ অমুক্তুং চোংনীংলকপা কুইরবনি; লোবুক্কী-শান্নখিবা করিস্ু কায়োনা ভাঙ্নখিদবা খরদো—অছুগী মখা শাংখনীংলী—থাবল্ চোংনা-চোংনা রারী শান্ননীংলি। ছুমীৎ খোক্লীঙৈ, অথাবা খাগী খোঙগ্রাঙগী লাইয়েন্ তৎপা খরছু অঙৌবা লংনা মথংখা ওম্বোক কোৎচিল্লে, শূরগা চনাং থানা থাজিল্লে—শংশংবা চাক্লীক্কী চক্কানা—ফি শূনা শূনা কংহন্-কংহন্না থাবল্ চোংবগী—ঈয়াংদা তাউরুরি পাথং ওইজবগী অয়া-অনা কাউথোক্লুনা মীকি-লাইকিদবা মঙংদা "মোয়গী লৈকাইগী চোংগদবগী হেক পরেং লেংবা হৌরকপদা—ছুপা পায়কম্ পরেং লেংগদবা থৌরিনা থাজীল্লিবা অকোয়বা অছুগী মখা-থংবা নাকন্দা লেপ্পা, ছুপা পায়বা য়ারে হেক লাউয়রকপদা গছুং চেনশীন্দুনা মহাক্কা থংননা পায়মীন্নবা ........ কংহৌত্রবদি পায়রিবা অছুদা খদংতুনা পায়বম্ চৎনদে...........

অয়ুক্তা পাইজগে হায়রুনা খুৎ ভিংখোজুনা চক্রম্বুরু.............থুগাছ অয়ুক্ অনীরক্তা কোয়খিগে নত্রগা মথংগী কোয়মজুকনা পাইবীয়ু... অমুক হয়া চঙবা অমুক ইকায়দৌরবা.................অহুগা থাবল্ চোংবা অহুম্ লোইশিনখরবা.............মথংগী হৈরুাই অকা চোংবহুদা শাউনীংবগী নীংঙমহৌদবগা পাখিছুনা য়াওরুবা..............মাগী মমাংহুদা কল্লক্ শেঙ্গসনু হায়হুনা অহাঙ্বা অমদা হেক্কে............ মহাক্ হুংঙ ইগদবা মাঙ্গে..........অছুদি মাদি অমগদি পায়মীরছুনা করিগী চোংলি" খন্না খন্না খোঙগ্রাও কংবা খঙহৌদে চাক্ চাবকাওবা কাউখোক্লুই। করিনা কোনয়াই তকনি—অমুক্তসু কোনয়াই তকুনা শেং চাবসু হৈনরক্রি কুম্মৈ-ফিওংদা মমায়বগীদা থরা তকপা মতা চারুছুনা তক্লগা শেংপা মহু মঙাই। মমায়বগীদা চংতুনা কোনয়াই তকৃউশি হায়রবসু খোঙগ্রাও মতা অহুদা ইকায়—হোয়েন অমহদা থাবল্ চোংবদা শেংপদদি করিসু ফত্তে খঙওইদা খন্দুনা শুরুবগী রানি। ফুয়াক্তা মৈতান তানবা উপীশীং থাহুনা হুংথিল্ পোবোপ্ অহুদা মৈহোগংলে—মমানদি করিনো ঙসি মচানা ভোগদোরিবসি হায়হুনা কুম্মৈগুম্ য়েংলি। খুজাই—মবেন্থোগা কৌমীয়রকপা মঙক্তা হোরবা অহুদা অচাকপা মৈতাল্ অহু মৈরৌ চেগপ্ অমনা ফু-কা, ফু-কা—লময়ায় অহুদা ফক্ অমা থারছুনা লীংকদৌরিবা ফুরিং অঙোবা অহুগা খাগী খোঙগ্রাও অহুগা কোনয়াইছুনা তকখোক্লে। শেংচিন্নুনা অমুক্ য়েংই—চোংহুনা অমুক য়েংই—মমাহুনা মচাগী মতৌ অহু চাগদবগুম্ য়েংজে—"ফজরে, ফজরে—ঈচানবু শেংলবদি ইপক্তা হেক্ পকচে—নঙ্বু থাবল্ চোংবা য়াওরুদোরিবরা-ঙসিবু ? থাবল্ চোংফমদা য়ায়া খংনগঙ্গি তারীবসিদবু, থরা য়েংনা চংলু— মীনা নপা পন্দুনা চৈরুবসু খুম্মুনু—তুমিন্না হেক হল্লকউ—শিত্রগা লোইরে ঈচাসিদি !"

থাবল্ চোংফমী, লৈকাই অহুম থাবল ফাংনফম্, যুম্ঙ্গাও মঙা পরেং মথং মথং থম্লাগনা শান্নিবশিং অহুগী—মমাংগী শূমাং মঙা তাইনবা ফাইরেম্বম্গী শূমাংনী—মৈনা পুমঙাল, শূমাং অচৌবা ময়ায়দা পরেং। ঙমজবী থাক্নুনা কেনবা লৈকাই অহুমগী মৌ লৈশাবী—অতম্বনা য়াওকন্নবি লাক্নরবা পাখংশিং। তাম্বা চানা হুংঙাইবা পুংলোন্দা হোংল-হোংলতুনা থীল্লীবা, খোংলিবা বেন্দ—পার্টি—মখোন্দু তাবদা লৈকাইগী খোঙ্তেক্ মীৎতাঙফাওবা শুরে। মরি-মরি চঙ্থিবা মৌ—লৈশাবী ময়াম্—লৈরক্ মচান্দুনা লেপ্তুনা য়েংলি। ঈবুংঙো ঙসাইদগী লমজাওদা হঙৎ-হন্দা চত্তুনা বেন্দগী—মখোল তাবা ঙাইরি। 'অতম্বরিবী লৈশাবী, ঈবেম্মহুবু উংদদা! —কাম্না চঙগ্রবরা ?—লাক্তিত্রবরা ?' মথন্তা ঙাইহাক থংম্মায ইরাং হোই লাঙ্ই। পাখংচবা অমম্ম য়াওজে—মশাহু ইনীল নিনূবগুম্ চুম্না তুমীন্না চৎপা লেপ্পা হৈনদে। মচান্দা বেন্দগী মখোল্ তপ্পা—তপ্পা ঙংজে। কন্-কন্ চোংনীংবগী, মথুৎ হাইনীংবগী ঈথিল পোকচে। থাবল্ ফাংনফম্ শূমাং অদোমদদা থম্মোয চিংশিল্লী, হুংঙাইজবা ফাওজে। অম্মুম্না থক্ হুংঙাইগদবা মম্না খনবা য়াওখিত্রিবগুম্ মমান্নফাও কৌনবা কাউই।—বেন্দগী অহানবা মখোল্ হেক তাবগা নংহৌরোইদবগুম্ লৈনক অতুদা চৎলম্লীবা ময়াম অহুবু হেনগৎ-হেনগৎ—অঙানূবা মৈঙাল য়োরম্বা খঙ্হোদে।

হুংথিন্দগী হেন্না ঙাল্লবা মৈঙাল্ অতুদা—থাবল চোবা য়াওনি হায়তুনা থৌরি রাংমদা লেপ্পবল্লিবা পাখং ময়াম্—অঙৌবা খোঙগ্রাও, অঙৌবা ফুরিৎ হেন্না খোয়দারুই। মহাক্কী থাগী মচুগী খোঙগ্রাও অহু মথম্নতা মরিং-মরাংবগুম মীরক্ চঙনীংলক্নবা পোক্লকৃই।—ঙসাই লেপকনি থনথীবা মমাংথংবগী শূমাং নাকল্ খংথাপ্ থাপ্পগুম্ য়ৌবা ঙমদা চঙশিনগদবা ইকায়রকই। কোম্নয়েং য়েংই—

উইই অচৌবা মুমজাওগী মাক্লোল্ মঙা অমুদা থাবল্ চোংবা য়াওগদোরীবী লৈশাবীশিং পুল্লপ্-পুল্লপ্, মফি শেম্নবা হৌনরকই। অহানবা চোংগদবা লৈকাইগী মমিং মাইকৃতা লাউথোরকই। অহানবগীদু মানা য়াওনীংলীবা লৈকাই অদু নত্তে। থরা শাফে, তাঞ্জা অদুদা কোয়য়েং-য়েংই—থঙ্নবা মমাম্নবা য়াওবরা হায়দুনা—মহাক্না রাখল তৌরকইবদি—মমান্নবা অমগী উপ্লমগদবা খোঙগ্রাও অমগা মাগী খোঙগ্রাও অদুগা ওন্নরগে অদুনি।—থাবল্ কাংনবনিনা মহাক 'চোপ্-চোপ্না মীমাং থোক্লীংলক্তে। থাগী খোঙগ্রাও অদুনা চোংবা য়াওবা ঙম্নরোই ; লেপ্লে। য়াওদবদি য়াদবগুম্ শোয়দনা য়াওবগেদি থল্লী—থনগৎলকই কন্না। থনৃবদা ঙায়রি ওন্নবা—হেক্তা য়ারক্কদবা মহাক অমত্তা উত্রি। অহানবা—লাউথোকখিবা লৈকাই অদুগী লৈশাবীশিং থোক্লরক্লুনা চোংবা হৌনখ্রে, পাখং কয়া পায়নখ্রে খোঙ্থাং কয়া হাপ্না চোংনরকৃপনা হুমাং তানবা হৌরকই মরিক্-মরিক্, —অমত্তা পোথানদে লেপ্নদে। —হান্না পায়খিবা পাখং লৈশাবী অমত্তা থানদে, শিন্নদে থদত্তুনা মপাল থোক্লখিদে, পাখং অনী থংনবা অমত্তা পায়নদে। মকোক্ চিংলিবা লৈপরেং সিবা, অহৈবা নেক্লুরিবা পনসাং বিহারি ফৈজোম শেংলী "ফজৈ-ফজৈ ঙাঙনৈ"। "মথংগী লৈকাইগীদি কনানা মকোক্ চৎকনী?" ঙাঙনরকই। "খৌবাল্না চৎকনি চৎকনি, অমত্তনা থম্বালনা চৎকনি।" ফজৈ-ফজৈ পুন্নীল্ নিল্লকই য়েংনরিবা—য়েংনরিবশিং।- খুবামগা-খুবামগা শন্নদুনা পায়-মীন্নরিবা লৈশাবীশিং পাখংশিং রারী শান্নদে—রাকাওবা ঙাঙ্নদে, ফজবা তান্নবগুম্ ঐতনা মহেন্নে মতাগুম্ হুমাং তাবা—রাবা থঙ্নদে।

খজিক খজিক্ হুংশিনৈ-হুংশিনৈ ঙাঙ্নবশিংসু পায়নদুনা চোংনৈ। পাম্দি পামজবা য়াদি য়াবিদবা পাখং লৈশাবীসু অহান অহানবা তান্নদুনা চোংমিন্নরী, অদুম্ মপান্নৈ শাউনবা অমত্তা মান্দে।

ঈবুংঙোগুম্না চোংদি চোংনীং য়াওবদি ওম্দ থম্মোয় চাকচবা কয়াম্ য়াওরমগনি, অদুগা য়াওবা ওমহৌদবা অমনা মাগী অমদু পায়রগা মথয়ায় চাকৃচবা কয়াম্ য়াওরমগনি।

নৈকাইগী মমায়রগুম্ ভিম্নবা ঈবুংঙোদগীদি থরা হনবা য়াম্নু কোইনদবা—ফিরোন্ অমত্তা শেৎচরবম্ তনান্-তনান্ মচু তানা শেৎচবা, য়াংবা চাউবা ঈবুংঙোগুম্না চুংফিরাল্ চাবা, হায়বদমু শোয়দনা য়ায়কনি থনুবা অমা-কোয়য়েং য়েংবদা উরে, মনাক চঙশিন্দুনা

"তায়াইমা ! থাবল্চোংবা য়াওদৌরিবরা ?"

"য়াওরোই, ঐখোয়গী তাদংথায়মু য়েংলি.........."

"অদুদি ঐ য়াওগেদনা........ ঈবান্নী খোঙগ্রাও ওম্নসি........."

"কৈদৌরবা ?"

"ঐগীসি থাগী ওইবসিদা ইকায়রে, তায়াইমগী অঙোবদু ওইরবদি ঐমু ইকায়ররোই"

"কৈনে ওম্নসিনে, চাবু-চাগদরা ?"

খোঙগ্রাও ওম্নগদৌরে, মফম্ য়েংই "মমাংগী চন্না পৈরিবা সঙ্গোয়গী অমম্বসিদা !"—হায়না হায়না চঙনবগা—লৌথোক্নবনা হায়ে, ওম্নদুনা থক্ থক্ উপশিল্লে।

"তায়াইমা ! য়ারে চারিনি ; য়েংঙুনে ! —য়েংঙো তায়াইমা। ঐগীদুদা লুপা মরেক্ অমা য়াওবনি কা চাবীরম্মূ"

"য়াওদেনা ! তাপ্রবাজাংলা ?"

"হৌজিক্তা য়াওখিবনিদা ! চন্না মরক্ অসিদা শোয়দনা তারম্মনি ; তায়াইমগীসিদা মৈখেৎ য়াওরে"

মৈখেৎ খেৎতুনা চন্না-মকুম্ অদুদা কোয়মা মাতনা য়েংই। মীনা উপ্রনি হায়বমু ইকায়নৈ, মৈ হৌগত্রা হায়বমু চিংনৈ। লুপা মরেক্ অদুদি অনীমক্ পাম্মুনরি, 'থিখিসি' হায়রি তায়াইমনা। ঈবুংঙো

পাম্নু-পাম্নুনা মৈঙাল্ অহুদা থোকুনা থাবল য়েংবনা হেন্না পুক্নিং চঙ্শিল্লি।

"থিরগুম্সি তাম্নাইমা, থিরবসু কোম্না থিন্নসি ? থাবল-চোংবহুন্ য়েংলুন্নসি, থোকঅসি।"

থোক্নকপগা, ঙাইহাক্ য়েংনা-য়েংনা অহানবগী লৈকাই অহু চোংবা লোইদ্রে, মথংগী লৈকাই অহু শেম্-শাবা লোইন্নহুনা লৈশাবী পন্নেং লেংবা হোন্নকই। অহানবগী লেংলক্লিবা পন্নেংহু লৈশাবী পঙন্নাম য়ামদে, অহুবু অহুমগুবদা ঈবেম্মহু পায়ন্নক্লিবহু উন্নে। ঈবুংঙো মম্নায়ন্নাইদা থৌন্নীগী ন্নাংমদা লেপ্লগনি—মথাথংবা নাকন্দা থন্থীবগুম্ শোয়হোবা য়াদে মতাগুম্ পাথং ময়ামগী মরক্ থায়হুনা চঙশিল্লি। মথোঙ্ নাম্মা থৌন্নীগী ন্নাংমদা কানশিন্দুনা—চেন্শীন্দুনা পায়নবা থৌন্নাং তৌই। মাগী মতৌ অয়েংবা অমনা য়েংলম্নবদি গুম্মোক্লম্ন মমায় কনথ্রবা হায়বহুনি হায়ন্নমগনি খল্লী। 'থোঙ্গ্রাও ফাওবা ওন্নহুনা য়াওরগে লেপ্লবনা পায়হৌদ্রবদি—পান্নীংলিবহু, অন্নেম্বা তান্নেদনা' হায়বনা মাঙজিন্ থাখিহুনা লেংলক্লিবা পন্নেং অহুনা মথাথংবগী মাগী মপা য়োন্নমদাইদা বেলনা থোংবা থীনবা হৌজিবসু ইহান হাম্না চঙশিন্দুনা ঈবেম্মগী ওয়থংবা—মমাম্নবা অমগা শম্নন্নিবহু থংতুনা মথুং-য়েংনা ঈবেম্মদা, মথুং ওয়না মমাম্নবী অহুদা, ঈবুংঙোনা চঙ্হুনা পায়থ্রবহুদা পাথং অতৈম্ন মন্নি-মন্নি চঙ্নন্নকুনা পাফনন্নে। ঈবেম্মা, কয়া ইকায়ন্নে হায়বহু মখজাই ঙাংশং ঙাঙশীন্থিবা অহুনা অহুম ঈবুংঙোম্ম থঙ্ই, ফনেক্ মচিদা য়েপ্লীবা রুমাল মচাহু লোথোকে হায়হুনা ঈবুংঙোগা শম্নন্নিবা ওয়গী মথুত্ থাদোক্পীয়ু হায়বগুম্ নাম্মোক্লবা থুপী মতোম্না তাগোম্ তাগোম্ পায়ন্নিবা ঈবুংঙোগী থুবাম অহুবু শীংথহল্লকই। ঈবুংঙোনা—থদত্তুনা থোকথিদোন্নমাল্লে থন্দুনা থংপায় পায়শিল্লী।

"রুমাল্ লৌথোক্কে ভৌবনি !"

তপ্পা শোন্দুনা মথুৎ য়েংথংবদা নুপা অমনা পায়রিবা অহু থাদোকহল্লগা—মথুৎ য়েংতুনা ওয়থংবা ফনেক্ শেংফম্ মখাং মপাদা য়েপ্লকপা রুমাল্ মচাহু লৌথোরকই। থাবল্ চোংত্রিডৈনা মরাইবক্তা ইকায়বনা হুমাং মরিক্-মরিক কারকপহু তপ্ তপ্ নপ্থোক্ই। তপ্পা-তপ্পা খোঙ্থাং থাংলিবা, কোয়রিবা পরেং অহুদি শাংদোরকই—লৈশাবী অমা-অনী অমুক্ চঙ্লক—চঙলক্লিবা মখোয়বু পায়নবা চেন্শীন্দুনা পায়ররিবা পাখংশিং—মরি-মরি শর্মাখবনা ; খুদক অহুদা বেন্দগী মখোল অতপ্পা খোঙ্থাংগা চান্ননা খোংবা-য়ৈবা হৌরকই। মকোক্ চিংলিবা অহুগী খোঙ্থাং মতুং ইন্না চপ্-চপ্ মান্ননা থাংনৈ—মকোক্কুগী মমৈ-ফাওবা, অহানবগী অতপ্পা খোঙ্থাং। মকোক চিংলিবা অহুনা বেন্দ পার্টিগী মপা য়োরকপদ'-তপ্পা-তপ্পা তাম্বা হোংলকই খজিক থুজিল্লকই, মান্না-মান্ননা অচম্বা খোঙ্থাংদা থাবল্ চোংবা হৌরকই।

থাবল্দা ধুলোক য়ৈহুনা ঈশৈ-খুন্ননা চো'বা থাবল্ নত্তে। থাবল্ করম্বা অহিংদা মৈগী মমাংদা থাগী থাবল্ খনবীদা—মৈঙালদা চোংবনি—থাবল্দা চো'বা নত্তে 'থাবল্'। লানগায় কায়ডেন্তুং বেন্দ পার্টি লৈত্রিডেদা চোংনরম্বা থাবল্দো ফজগ্রবনিদা—শৈহন্বগী মুংশি-মুংওনগী রারীদা পাখং—লৈশাবী মতম্হুগীদো — মুংঙাইজরমগনি ! হেন্না মুংশিজরমগনিদা ! ঙসিগীসিনা পুমলাঙগীনি। মঙানীশুবনা—অহিংদা মীকোন-থাগোম্নবনি হায়হুনা মুংশিবগা-মুংশিবীগা—মপি তানা শৈথুম্নখিবা, কুইরে মাঙখিবা !

অনীশুবগী থুংকোয়দা খোঙথাং অমা অমুক হোং মথং-মথং খোঙথাং মঙা-তরুক পুংলোন্ হোংলিথৈ হোংদোক্-হোংজিন্ লাইয়েন্ মথেক্ শানা লৈনা অমুক হঞ্জিল্লক্ কোয়হুনা শুমাং উফূল্ রা-রা হৌমা

য়েংলিবশিং ফাওবা ঈপোম্ হৌনা ঈহৌহল্লকই। হনকীসিনা কৈক-হায়বন্থ য়াওই, অহানবগীদুনা হেল্লৌন্থ হায়নৈ, সিনা নৈশাবী চাংযায়বা হেল্লি, অমহুনা মকোকচিংবহ্ ফজনা চিংখি ; লোইবা নাইদে, মুকম্-মুরুম্ অচৌবা শূমাং অহ্ পূন্নীল্, খংনা চৈনবা অমত্তা য়াওনদে।

"ঘূমদা হন্‌বদা খিন্‌খিয়ুরা ?"

"য়ানিদা !"

"ঈশিং পীথক্উদনা...... ?

নো'য়গী নৈকাইদদি কৈদৌঙৈ চোংনী ?"

"হংচিৎ চোংনি"

"য়াওরগেকো ?"

থুমদে। থুম্নরুবা মথুং কম্না পায়শিল্লি ; শুগৎপদমক্ শুগৎলি। থরসিনা থাবল্ চোংলিঙৈ পুংথায় অমত্থগী রান্নীনি। চোংনা চোংনা লোইখিবা থঙহৌদে। পেল্হৌদে হায়হুনা—অমুক নৈকাই অহম পূম্না চোংলক্পা ঙাইগদবত্তা মঙায়রে। লোইশিনখয়ে।

চন্নামরক্কী লুপা থিগনি কাউরমাল্লে—হুংঙাইমনখিবনা ঈবুংঙোদো। ঈবেম্মথোয়না মযুম হনবদা মনাক নক্না রান্নী শাত্থনা চংমীনবা ঙমদে ; থাপত্তক্ ইন্নহুনা মযুম মপা য়োরগা চঙ্খরে। ঈবুংঙো ইকাই খঙ্দবা শাত্থনা ঈশিং থক্খিগে হায়খিবা অত্তগীদমক্ শূমাং ফাওবা মমান্নবা অমগা চঙলুরে। ঈবেম্মা মমাগা চঙমীনথ্রবস্থ—ঈশিং চাইশেন অমদি পুথোক্রকই ; গীলাস অমগা—থুৎথেংননা পীরে। ঈশিংদমক্ থক্লগা হল্লকই 'চৎলগে' হায়বা নত্তনা রা মখা তানদে। হুংঙাইনা ঈশৈ ঙংল-ঙংলহুনা হল্লকই। নোংঙানবদা খোঙগ্রাও ওন্নরুই।

অসিগুম্বা কূম্মৈ ফিওংদা রাহৈ অমা অনী ঙাওনবা অসিনা ঈবুংঙো ঈবেম্মা অনীগী কূইনা ওমহুনা থন্নরুবা থন্না-কোংনথ্রে হায়হুনা পংহুংদা

চাইদনি কাংচিংশিল্লে—চনকম, মৈতবগুম কায়ুনা কেনরে—কুমোক কুমোক চাইনী-থনা য়েক্চরম্না মনাক্তে মপান্নশিং।

জন্মগী নীকোন্ হুমীত্তা, হৌথিবগী মীয়োনগী পাখং মৈশাবী লোক্তাক্ পাৎয়ায়দা অচৌবা হিশিং থাবোং লাক্লুনা শঙোইহিদাক্ মপান' গ্রামকোন্ খোংছনা—থরো থমচেং চাবা চৎকদবনু—থরো হৌথিরে—থম্বাল তাকখ্রে—থম্বোংতাক থমংতাক—অনৌবা মমিং থোনখ্রে। থম্বালনা তাকখিবগা কোয়মীয়গদবা—চংমীয়মদবা—পূম্না হৌনা চৎকম্ মৈশিল্লক্তে। অনৌবা কূমৈ হেনগৎলক্তে লাইরিক তমহৌদবা পাখং মৈশাবীগী—ঈবুংঙো ঈবেম্মখোয়গী। হায়রঙ—চৎচা-থাজনা-লুহোং-কৈহোংবা ঙাইনহনা থুংনরবগী লাইবক্তা তমগদবদা ঙায়শিল্লকই। 'পাম্মী, থেম্বীরু—নক্রবদি মীনা হানগ্রগনি' হায়না শীংনগদবনু—মতম্ রাংলি থন্দূনা—পো কাওবা ঙমদরি ঈবুংঙো। পূম্মক্কী মথক্তা—'নুপ্রাবী মচানি মঙোম্দবু কনাগী মচা শীনিংবা লৈরমগদগে' অমুকন্নু থল্লূরি।

মথৌদি নোংমা নোংমগী হক্চিল্লকই। লৌ—লৌয়োক্পম্বা লোইনহনা মৈকোক পম্বা লাকই "চন্নুনা মৈজম ওই-সহিনা উপীশীংজাওই—হুংঙাইবনিদা চাকথোংবা" মমানা পেন্দা হুংতিগী শোঙবা রাথৈকনি—চন্না মৈনা মৈ-ইন্দুনা--চন্না থোংবগী কোকৃশেং ক্রং-কনবদা-চন্নাউংনা মোংপদা-চাইবদা পেঞ্জদবা—মচন্নাতনি তাইনরিবা। মপানন্ তাউরে ঙম্রনি শিন্বা পায়রো হায়রবনি হায়বা ঈবুংঙো অহুম্ থঙই।

কৈবুল লমজাউ।

শিঙঙ্ হনা লেপ্ থুমগ্রবা, য়েন্থোনা—লৌ-শানা কূংগ্রবা, থূম্বগা কম্বোংনা জরাই-জরাই-পূমনং-শংনা তাম্গ্রবা। পাবোৎচৌং, চীংহূম মচা অনীনা মরায়দা হুম্বক্-হুম্বাক্..........কাহনা, চেন্দূনা চোংহনা কন্নদি শামবা হুংঙাইদ্রোবা মানগ্রে............। অরংবা লোঙ্বাক্

ঈপাক্কা, অশংবা কৈবুল্ লমজাউগা—মমানা মচা কোনবীবগুম্‌……
ভংনা থানদনা—ঈশিংগা কংকানগা, লৌবুক্কা লমহাঙগা, লোক্তাকা কৈবুলগা।

কৈবুল লমজাউদা শাদানবা,
লোক্তাক ঈপাক্তা ঙা ফাবা,
থাংজীং শারেল চনবদা—
শিম্না-শিনুলম্ শাইদম্না—
শাক্লুংহঙবা, ঙাক্লুংহঙবা অনীনা মাঙজীনূথা
শিনগুনা শিল্লম্ লমজিংলম্নবা—
শারম্ চাম্মা কানবা, ঙারম চাম্মা শুনবা;
অহুনা, কুম্মী-কালেন্ খুংহাঙদবমথৈ—
থোঙবূ চোংলবদি চীন্ চোংনরি ঙসিফাও;
শূকম্-নোম্ফম্ রাক্তে, য়াঙ্গোইরিথৈ য়াই।
নোংমলেম্না লংকৈ চক্রবম্নু-লোক্তাক্তদা, কৈবুলদদা
অহুম্ থৌ থিনরি, শূকম্-নোম্ফম্ রাংনজি॥

লঙ্গোম্ অনৌবগা চুহিগা, শিঙঙু'কম্বোংগা—তুমাই চজিকা ভোংপদা—চজিক্ফাওবা মহাও লৈবোই হাউরবা— চরা রাল্লী ঈবুংঙো, নোংঙাল্লিরিঙৈ মমলি মমলিরিঙৈ, শিঙঙুং য়ানবা চংলুই—মমাল্লবশিংগা কৈবুলগী লমজাউদা শিঙঙুং য়ানবা লোইরগা, মৈকোক্ পাম্না লাকপদা—থাম্মী মৈচাক্ ওইহুনা কৈবুল লমজাউ মৈহৌহুনা—চীংগী পাম্ চাক্পগুম্ চাকথ্রবম্নু—অশংবা ভৌশিংগী ভৌনাত্তমক্ কেমথ্রবম্নু—মমুন্ কানা মুনুবগুম্ কংলবা, মৈথু তাঙ্গোইনা মুহল্লবা, মশকুথীহল্লবা—ভৌয়াম লেমহৌরিবা—ভৌশিং য়ানবা, চিংবনা মথৌ অমুক শিল্লকই ঈবুংঙো। থৌ-শানা হৌরবা ভৌয়াম্ য়ানবদা-ভৌশিং মপুন্-মপুন্

পূন্নুনা পৈবদা—গাড়ি মপোৎ কাখিবা খঙহৌদে। গাড়ি মপোৎ থম্না হাপ্লগা তৌশীং মথক্তা তোংহনা—

"ঈপাম্ লমদম্ য়েংবদি লোইবী চীংনা খনখরে,

হুংশি লমদম্ য়েংনীংবা—কোরৌ মযুম চঙখরে॥"

খুৎলঙ ঈশৈ শৈশক্তা লাউনা-লাউনা শল্লা শল্লা-কৈবুল্ লমজাউদগী মোইরাং খুনৌ কাওহনা মযুম্ মোইরাং পাংলক্পগী লম্বীদা—নীংশিংলক—'কৈবুলগী লমজাউহ্নদা……মপাঙ কাম্নরবা ওক্লাবা তুমশং অহনা মায়কৈ খঙ্দা চেল্লক্পা……তাম্নবগুম্ থোক্লুরমাল্লে শজী অমোম্হ্নদা……শজী অহু মিহুন্ য়াওদা য়াওদা অকিং-অকাই পাখৎপগী শক্তমলো—হোংতোরকপা……মীৎতু কয়াদি হুংশিনা তরং-তরং পাঙহনা চেনকম্ খঙ্দা—ঐঙোন্দা য়েংহনা মীৎচাম্নরিবা ………কিরম্লনি খঙ্না চেল্লক্পগুম্ মতুং ইল্লক্পা শঙাই লাবগী শাহুম্ তাবদা……মরুম থুপ্লা কৎপু লৈশিনখিহনা—পুম্না মথোয় অনী চেনমীম্নখিবা!' মযুম্ হেক থুংবগা কজবশিং-শ।গৎলুবা পুম্বা কায়খয়ে – অরাবা-লৈত্তবনা চোকথবদা মতেং পাংলবগুম্-হেক্তা মঙকাওরনকই ঈবুংঙো।

শিঙঙুৎ য়াল্লুবা, তৌ য়াল্লুবা—হৈত হৈত অহনশিং মমাম্নবশিংগী মতুং ইল্লুবা, লোহেক লোইবদগী অচৌবা থৌ অমনা খুৎহাঙদবগুম্ শুকম্ লৈরবা—কয়াদি হুংঙাইরুরে। শিনকম্ হোংলিবমথৈ হুংঙাইবা পোকই, পায়রু পায়রুবা শিনকমগী অচোপ-অরেম থিদে। লৈকাইগী অহন্-লমন্শিংনা—মরম্ মোকই, মথৌনা লৈ, পাজল্ কল্লী, তনগন্দে হায়হনা ইত্তং-তত্তনা—থবক্-ইথাংগী হোৱী, পুম্না-পুম্না চৎমিম্নে।

'কূমশিদি, মোইরাংগী ঠিকাদার অমনা চেল্লাকাই উকোন্ ঠিকা ওক্লে'—তোমচাবাবুনা পাউ কোয়চেন্ চেল্লে। লৈকাই খুদিংদা লোইনা তানরবনি! কাঙবু-কাঙবু, থুৎপু-শেম্নহনা চঙনবা য়াওনল্লে।

ঈবুংঙোন্দু তারে। লৈকাইগী মমাঅমা, শীংকান-ইকান্দা' লোক্তুনু ওইবিমবা ময়াম অমগা অমগা হৌনৈ। কুমশিগি লাইবক্ চাংহনু য়েংনুরবগি লেপ্পে। চংনৌংবা-চংনৌংবা খন্নোকুনৈ। লেপ্লাকপী অরুম্ লাইহৌবুদি লোইনা কিনৈ ; অদুবু শুগদৌরিবা থবক্-কংশুদৌরিবা লেনক্কমগা চাংদম্নবদা মিহৌনৈ ; চংনরশি হায়না মতম্ থাইনৈ ; লেপ্পে।

'চেক্লাকাইগী উকোন্দা উচান্ কয়া চুরুদোবনি,
হাংখৈজনা মান্দুনা বীম্ শাগদবনি,
ইরোইগী কাংকোংনা খঙগদবনি,
চীংলম্বী কক্তুনা গাড়ি চঙ্বা য়ানবা শেমগদবনি।'

কয়াদি ককরবগদবা মকম্ মানগ্রে। ঈবুংঙোদি হাংমৈ শীংজং পাবরম্ হৈদ্রি, অদুবু তম্রবা হৈজনিদা! ইনাই লাইখোক্লা খন্নোকই ; চংকে হায়না চপ্ য়ুংনা লেপ্লে। মমাদা হায়করবদি য়ারক্লোই— "শায়ক্-কৈরক্ অহুদা কয়স্লো? চারবন্থ-চাতবন্থ……...পঞ্জাউ পুনদবা মতম্ য়াংলী—চংথিহু।" খান্নী। তাক্রম্‌দনা হেক্তা চংগ্রসিন্না হায়বন্থ খন্নী, অহুদন্থ মমান্থ লৈফম্-চাকম্ খঙ্লোই ; কোয়থি-থিরকপদা চেক্লাফাই উকোনফাওবা মমাহু য়োরকদবা মান্নী, চংমিন্নরুবা কাঙ্বুদা শোয়দনা তাইনগদবা মান্নী। হায়গে-হায়গে খন্না—হায়েঙমদা—ময়াম্ চঙ্নগদবা মতমদি য়োশিন্নরক্লে। হয়েং চংনরনি লেপ্লগনা পোং য়োম্বা অতৈদি হোনখরে। অহুবু, ঈবুংঙোদি "চংকনি-চংকনি" নীংবত্তা মঙায়রি ; কয়ি অমত্তা শেম্-শাদরি ; হয়েং চংকদবা শোয়গ্রবা অহুফাওবা মমাদা হায়বা ঙমদরি। হুমিদাং অচৌবা পুগদবা মপোং-মচৈহুতা-খন্নোক-খঙ্জীল্ পঙ্য়োমদা য়োম্মী ; ঙসিদা শাহনা পুরকপা শীংজং অনীতগা শীংজংথোক্-বাগী মরী অহুমত্তা মুনা মুনা শাক্থং-শায়থং য়েংলি। মমাস্থ মচাগী মক্তো অহু—অহুর য়েংলক্কনগী মতা অমনি খন্দুনা—

"কয়িনো ঈবুংঙো !— …পোৎতা পাংখোই নোঙমিনবনে !

শাইদোক্পনে !"

"ঈমা !……ঙোকাইদা চৎকে ?, য়েনহাং মনাক্তদি !"

"কৈদৌবা! য়েনহাং নঙোনবকাওবা অরুম্ নাইদৌ কিনববা

—চৎনজিনবগিদা ! কনাগা ! করিগী !"

"উচান্ য়ানবা……অহনশিং ময়াম্না য়াওখদোরি………

কুইরোইদা ! অসুম্ তুংঙাইগদ্রা হায়রুনা……"

"চৎখিহু ! চৎখিহু !……নপাকনা চাউত্রি ……—

চৎকে হায়রবসু নোংমৈ চৎনু……কুমশিদি য়াংদি।"

"চৎকে হায়দোক্রমলে ! . …কুইরকওই। হন্নকীসিদি

মমরেংবা ওইনা… ..চৎকসু হায়রসু ..……"

য়ারয়োই মতৌ উরবদা—মমানা চৎনুরসু খামদরে। মচানা হেক হায়রিবমখৈ য়াদবা ভমদবনি। চুম্না খঙবগী—শোয়ঙাম্খিগদ্রা চিংনজহুনা খামজবনি।

"ঙৌখিনা য়েং-য়েংহুনা চৎনু,

চীংতুং-মাতুংদা অনী-শুদ্রবদি নথম্লতা খক্ চৎকসু ;

শা-কৈ কন্‌বনি, চেক্শিন্‌গদবনি।"

খঙ্‌সনু চেক্শিন্‌সনু মতাগুম্ য়ারক্-য়াতেম্বা নৎতনা—ফনা খান্নীংহুনসু খামদরে ; য়া মথা অমুক্ ভানদ্রে। মচাগী করি পুনবা, করি চান্নবা, করি শুপ্লু-থারুনবা ফিরোন্—অহিং অতুদা কোয়লাঙ লাঙজহুনা য়োম্বী-শাবীরে। হয়েং অয়ুক্তগী লংফৈ চৎপ্রনি, কয়ানিগীনো হায়বসু খঙ্‌দবা থোঙ্‌কম অতুদা-ঙা অহাউবা অমফাওবা পীজহোজ্রেদো খনবগা, মথম্লতা লৈহৌগদবা অতুগী পুমচিক্ চিকহৌগদোরিবা মতা অতুগা পঙ্‌খন্দা খঙ্জীলুবদা অহিংচুপ্পা অতুমা তুম্বা চঙ্‌দরে। নোংঙাল্লমদায়গী য়েন্‌থোং অহানবা থোংনক্পদা মচা তুপা ঈবুংঙো হৌদোকচে।

নোংঙাক্লিরিঙৈ, অমদগী অমা, অমদগী অনী,-অমমম্ নোক্লকপনা পুন্নসি হায়নখিবা লমথায়দা চৎথীন্নগদবা কাঙ্‌বু অহু পুন্নয়ে। ইরোই লৈমনা ইরোই য়াওনা, লৈতবনা লৈতা ;—থুৎচাবী শীংজং অনী-অনী —অহুম্-অহুম্—নৌনা থাংজমদা শিঙহুনা শানক্লরবা, লপথক্ সগায়দা মৈথু-চাহম্না লীনক্লরবা য়াগী থুৎপায় চায়বা শীংজংথোক্ অহুম্-মরী-মরী লেংথোংকানা ; নম্বো চাউনা তুম্না-হিপ্লবা ; অহানবা হাপ্তা অমগী চান্নবা চেং-হয়াই—ভারী-থুম্……মপোৎ কানা-কানা য়াওনরক্লী ; পুনরক্লী।—ইরোই য়াওদবা কাঙবুমথৈদি গৌরোগী হয়াদা লমথায়দগী তোংহুনা অয়াং পাংনা য়েনহাং ফাওবা থিল্লম্মী। য়েনহাংদগী—চেক্লাফাই উকোন্ ফাওবা খোঙনা চঙগদৌরি।

নম্বো চাউনা—চাউনা পোত্থনা—গাড়ি লীক্লম্, ফাৎত্রিবা চীংগী খোঙলম্বীদা—অমুক্ অঙম্বা কা, অমুক্ চীংচেপ্তা চৎ, চীংঙম্ কুম্, অচৌবা লোক্‌কয়া মথং-মথং লাম্থোক্ লাকপনা—তেরা পাম্বী কয়া হৌবা উরম্বদগী শহি কুহি পাম্বীশিংনা কুংনা চগুংননা হৌরম্বা চীংমায় কয়া লাল্লগা-উচান্ পাম্বীগী উকোন্ উবা হৌরকই। 'ফজৈ ! চাউরে" হায়রম্বা অহানবা উবা — উচানগী পাম্বীশিং, "মফমত্থদরা য়ানগদৌরিবসে ?" থল্লম্মী ; "য়াংলৌ-য়াংলৌ' হায়হুনা লমজীংলিবহুনা অম্থুম্-অম্থুম্ চিংলি। চঙ্‌শিন্-চঙ্‌শিল্লগা—মরেক কাববা, কোনবা থুংগদবা মান্দ্রবা, হেম্না হেম্না য়াংবা তান্নখিবগুম্, ক্রিক্ ক্রিক্ চগুংননা হৌরল্লবা। ঙক্ খেক্ থেক্লা-লোংনা য়ে'ত্রবদি মতোন্ লোম্না উত্রিবোই নীংনা য়াংলবা কয়া, মনাক নক্‌শিল্লগা মেক্রুক্তনা চবাক্ চবাক্লনা— মৈ থাবদা মনম্না উমংহুশীন্না হুংশিনা নমগদবা মাল্লবা কয়া; লোকচপ্‌কি শূকপ্লবা অনেম্বদগী-ইশংগী মনম্‌না ফুগৎলক্‌পগুম্—লোইরোইননা ঙম্‌থৎখিবা চীংদোন ফাওবদা য়ানবদা লোইবা নাইররোইদবগুম্ উচান্ পাম্বীগী পাম্বীঙাক্তা ঙায়রম্লবা অশংবা চীংমায়গী উকোন্।

য়েংনা-য়েংনা লাকপদা উশিল্লুই ময়েক থংথেং থেংদোয়কপগুম লৈগী মচু-মচু উরকই ;—চোৎলি-চোৎলি চোৎপগুম্ শুক্রবা উচানগী মশা কারোংশিংদা—অশংবা লৈগী পাম্বীনা উচান্ মনাগুম্ শংত্রিক্ শংবা খোয়দবগুম্—নপ্পীবা ; লৈগী পান্দোংশিংদগী অশাংপা লৈগী চরোং-চরোংনা থিঙ্গৎতুনা, হাইথরক্তুনা, চোম্বরক্তুনা—মচু কয়ানা তিল্লবা —অপোম্বা, অশাংপা, লৈমল্ চল্লবা লৈরাং কয়া ! "পূরিং থুক্-থুক্ লাউনা—থম্মোয় ফাওবা—ঈগী শিংলিনা মনা-পাম্বী ওইনা শন্দূনা তিং তিং শাংকাইবক্লবোই নীংহল্লুই।"

অকেনবা উচানগী অপীকপা মনাশিংনা অমমম্ কেল্লকপনা—চহি-চহি লানখিতুনা কয়াবক্ পংথ্রবস্নু ;-পংপা ঙমদা থাগৎতুনা ফোগী চবোং তাবগুম্— সমা মচুগুম্—পুমঙাঙ। পাম্বীশিংগী মবক-মবক্তা অনৌবা পোকপা কুইত্রিবা অঙাংগুম, মচাগুম্—হৌগৎলক্লীবা উচান্ পাম্বীগী পাম্বী মচাশিং—অ: তনৌ তনৌ। অথাপ্পদগীদি—পুমচিক-চিক্কদবা উমং মাল্লম্মী অত্তুবু,—মনাক্ নক্না মঙ্গুং চঙশিল্লিবমথৈ হেন্না-হেন্না লাঙবগুম্ থল্লকই ; অরাঙবা ঙাক্তুনা থনবা অশুকপা উমং ওইরম্লে! হারি-নোংনাংগী খোঞ্জেল্তনা উতুবীগী উহুৎ খোঞ্জেল্তনা অরাঙবা ইপোম হৌহল্লী। মীনীল্গী অরাঙবদগী পুমখেন্ খেন্নবা —তাশীল তাশীল্লুরগা অমানবা খোম্হোক কয়া—শৈহেক্-শৈদা কয়াগা মান্নবা, হঞ্জিল্-হঞ্জিল্ অপান্নবা মিঙ্গো অমা কৌরিবোইতা থল্হল্লবা —অমুক্তা তারক্ত্রিবা খুৎথোং কয়াগী অপুনবা অরাঙবগী খোঞ্জেল অমা; —ঈবুংঙোদি চীংঙ্গুংগী লম্বীদা য়াম্না থাপ্না লাকপা অহানবগী খোঙচৎনি ; —মমাঙ থাবদস্নু কি, তুং-ইকোন্ কোল্লবস্নু কি ; ময়ায়দা চৎলবস্নু তানিঙ্লিবা খোঞ্জেল্ কয়া অত্তুগী অশেংবা মখোল্ তাবা ফংদে, শুংশিবা ঙমদে।

চৎমীয়রিবা কাঙবুদো—পরেং শানা চৎনরবস্নু, অর-পোথানবা রারী শানৈ, লমশাঙ চৎপগী হৌনবী অহৈ অহৈবা অথঙবা রারী লীনৈ,

খুৎলঙ্ ঈশৈ শক্লে,—মশাবী মনেম্মচা নীংশিংনহুনা থানবা য়াওরকই। নীঙোল্ মরাপী রারী, লুপ্রাবী মচা চন্দ্রকংনানগী রারী চীৎথদে, শান্নদবা রারী-রারেম য়াওশিল্লক্করে।

তাল্লক্‌সিদা, মীগী মীনম্ তাবদা—তম্পাক্তদা পাইবোই খল্লম্বা কাক্লা—লাক্লা লাক্লা খোংহুনা-মতুং ইন্নরকপগুম্ পাইরক্নুনা খোংলরবদা —ককবা মাঙহল্লে; চিংনবা পোক্লরকই; 'হুংশিদা-হুংশিদা ইন্নরকহু য়াদবমখৈ ইন্নরকই'—তাইনবী। য়োরবোই-য়োরবোই—নীংনা-নীংনা—'য়ৌত্রি-য়ৌত্রি' চঙশিল্লক্লীবমখৈ খল্লে মথন্-মথন্নতা—

"অম্বুক্ থাপ্না চঙলক্লে,
লোক্ কয়া, চীংঙম্ কয়াম্ লাম্বোরকলে—
অসিমক্তদম্ য়ৌত্রিবা?
চীংঙম্ কয়াসি কক্তুনা গাড়ি চঙবা য়ানবা······?
য়ানগদৌরিবা উশিংহুবু চিংথোক্‌পা ঙমগদৌরিরা?
য়ানখৈ য়াল্লূবগা—শাখৈ শাক্লরগা বীমশিং—
পৎতুনা মাঙহৌরগত্রা?
নাম্মৎ মাঙহুনা তোক্লগত্রা?"

চৎপনবু লেপত্রবদি—হান্না লৈরম্বা কাঙবু থেংনরে। নে-তাই; অরাবা হুমাং হম্লোক্লে, পোৎয়োম্ থানৈ। চানবা লেক্লবা শেম শানৈ। লুমীৎ তাখিবোইতা খল্লী, মম্‌খিবনা হাঞ্জিল্লকই। মৈজাও থাহুনা, মনাক্তা পাকথন্ থন্দুনা লাঞ্জেল্লকপা কাঙবুগুম্ লেক্লা চানরি।

হেক নোংঙানবদা, লাক্‌মিন্নরিবা খোঙ্‌বু অহু উচান য়ান্‌বনা য়ান্‌বা—লম্বী শেম্বা য়াওবনা য়াওবা—হৈন হৈনবা থন্দ্‌না থবক্ পায়নৈ। তৎতনা থারিবা শীংজংনা লেপত্রবদি—অচৌ অচৌবা উচান্ পাম্বীশিং খাঙ্‌বা ঙমদে তুপ্পম্‌দাইদা তুথরক্‌পনা হাল্লী, মনিল্ চাউনা শাহুম্‌গা কোম্ন উচান মরক্তা তুথনয়কই। হেক্ তুবদা—লম্ অনী থাগাঈগী চাংদা মকক্-মকক্ কক্‌থৎনৈ, অচৌবা মচা থান্ননা

মমায় ময়ীগী তাইজেপ্‌ শানা-শানা য়ান্দ্‌না হাংমৈত্তনা বীম্‌ শাই। ওয়োক-ওনশীন—চিংবনে-ওনবনে—ময়াম্‌ পূন্না-পূন্না চঙহ্নুনা মক্ম্‌ চানা-চানা পূন্না-পূন্না পৈনৈ। অহানবদা হাংমৈ পায়বা, বীম্‌ শাবা থুংলোয়নত্রবস্‌—নোংমা নীনী লাল্লগা—থবক্‌ মঙম্‌ পাঙশিল্লকই, থবকী হৈনীংবা পোক্লরকই, অমগা অমগা তাম্না-তাম্না শূনরকই।

অচৌ-অচৌবা পাম্বীনা তুথরক্পদা—পাম্লোং কয়াগী লৈশিং অশাংপা, মমি তন্নক্লিবা, পোমশাংনরক্লিবা লৈগী চয়োং-চয়োং—য়েক্রুমলৈ, হৃপ্লৈ, কাকলৈ, খোঙ্‌গনমেল্লে—উচান্‌ পাম্বীগী মশা কায়োংশিংদা নপ্লবা—মেলৈ লৈস্না নোংজুম্‌পানগুম্বীশিং য়াওনা-য়াঙনা তুমিন্নরকই। উচান পাম্বীশিংগা য়েশীন্নবদা, চীংমায়দা য়েশীন্‌বদা—চোইনা শন্না ইচাই চাইতনা তাখিবা, ননবীথিবা ;—কোন্দায়নি। মখোঙ্‌ পান্দ্‌না—নৈখাইবিরিবা উকোন্‌ অসিদগী চেনবস্‌ ওমদরি। য়াল্লীবা তুরিবমখেদা অয়াওবমখৈদি য়াওগ্রে, কংহুনা কয়া অমস্‌ মাঙগ্রগনি। মশক্‌ উবদা, ফজবা উবদা—অপাম্বা পোক্লহ্নুনা মাঙহননীংদবদগী পাম্মুবীরি! হেক্তোক্লুনস্‌ পংতুনা মাঙ্‌হনবস্‌ য়াওরি! পাম্মুই হায়হুনা হেক্‌পীদনা মক্ম্‌ চানা খাবিনীংলবস্‌ তাঙ্গা ফংনদে, থবক্লা হেন্না মরুই।

মীহুংশি পোকপীহ্নুনা তপ্পা থম্বীরম্মী হায়বতা খোক্লা চীংমায়গী অকংবা উচান্‌ মনা মরক্‌শিংদা—ভাইহাক্তী হাইনা হৃন্না শাংচরিবোই নীংনা থম্বীরম্নবা,—পাম্বীকাওবা কংহুনা মাঙপ্রগদবা মখোয়শিং—অশাংপা লৈরাংশিং—ঈবুংঙো য়েংহুনা রা ভাঙলকপোই নীংলী—'মনাক্তা চঙলকউ, কয়োলাউ' হায়না কংগনি খঙদবমখৈ কৌরক্‌পোই থম্মী।

'হেকতংতনা য়েংউ—লৈনমস্‌ চেনবনি
হুংশি খুদোল্‌ লৈরাং লৈনম্—!'

ঙাইহাক্তনি লৈয়রম্বা, ফুখরকপা উচান্ পাম্বীদা য়াওরক্লুনা চীংমায়দা মম্লায় য়ৈশীন্ উচান্ পাম্বীহুনা ননৱীহুন্নু-তেক্লবা চয়োংশিং—'অশাংপা লৈনা খুদিংনা নাহেৱগুম্, কনবীযু হায়না লাউরকপগুম, মদুং হৎনা কৌরকপগুম্, ঙাইহাক উচানগী মরুম্দা কেহু লোংপগুম্' উচান্না ননকাংহৌদৱা লৈনা অমা অনীনা—মশক তাক্লকই হায়বতমক্ খোকই ঈবুংঙোদদি। কনবীবা ঙম্বগী থৌনা লৈয়রবনু—কনবীবগী, থিবীবগী, ফোং-ফা—ফোংবীবগী মতম্ ফংজদে ঈবুংঙোদা। ঈবুংঙোনা য়াল্লীবা, তুপ্লসহু থারিবা শীংজংগী খুক্ককক্কি পাইখোক্থিবা উচানগী হাংমৈ মকুপ্ অমনা -মপা চানা ঙেক্—ঙেক্ শংহুনা ননবীরীবা মনাক্ অহুদা তারুবদা—ঈবুংঙোগী য়াখম্না হাংমৈ ওই—নানবীরুবা, থেম্বীরুবতা মশক্লবা; মনাক নক্লদি চঙহুনা কনবীবা—য়াত্তানবা ফংঅবা—'অসি ওইবেকো লৈরাং? নঙনা শাংলম্লিবসে মসিগীদমক্তবা?' কয়ারক্ হংলগা—কনানা খুম্লকদৌরিবা য়াহংগী—পাউখুম্!

ফজবা মখনগী মমি তয়্লকপদা ঙাযবিবা অচৌবা অপুংবা পান্দোং খন্দুনদি—মশানৌ খুদোল্ তমজনিঙ, খোঙ্গনবা পাখঙ ওইজনীং——খোমজীন্ তাশীন্ খবমথৈদি মনাক্ নক্লা থমজবি; ঈশিং চাইরি তেথংনবা শেন্নজরি খোক্তি ফাওবগীদমক্। অঙম্বা খরদি গোবোগী হুরাদা হাপ্তুনা পুখোকে খল্লী।

চয়োল অনী শুরকপদ', শেম্না শেম্না থোক্থিবা লম্বীগা—শেমজীন্ শেমজীন চঙলকপা লম্বীগা থেংনহুনা—গাড়ি লীক্লম ফাংগ্রে। পাউ থাগ্রে। হয়েংদি গাড়ী থুংলবা হুমীংনী ঙাওনহুনা ময়াম্ লোইনা থবক্ শূদথৈ ঙাইনৈ। পীকপ্রবা ঙমপ্রবা লীক্লম অসিদা লোক্নী অকুংপা কয়াদা ঙমথনা থৌদরগা—চীংমায় কয়াদা ঙম্না থৌগংলক্লগা—লৈনা লৈনা লৈখংলক্লুনা—চীংগোন্ কয়াদগী অঙম্বা চীংদোন্ মথং-মথং লাম্বোক্লুনা

থৌরককদোরিবা হরাদো! হায়নৰিভৈ ভাঙনরিভৈ—গৌরোগী হন্না থুংলয়ে। হৈত্ত-শিংদবা গৌরো নত্তে! কয়াদি হৈননা—অকিবা কাঙদথৈ য়োরক্নবা হোৎনরক্নীবা! ভেক্‌-ভেক্‌ শংনা থোল্লবা কোক্‌থোংগুম্‌ মপোৎ থন্না গৌরোগী হন্না—উচানগী বীম্‌ ভাক্তা হাপচিল্লে। কন্নমা মপোৎশিংগা থৌদোককদোরিবা? হেম্না লুগদবা মাল্লে; অদুবু, গৌরোগী হন্না থৌদোকখরে—ভেঙ্‌-ভেঙ্‌ ঙংহ্না থৌথিবনা চীংগোন্‌সে লানখরে মশক উথিদরে।

"থৌজীল্লকপা গৌরোগী হন্না—মথোল্‌ তাবদা চীংগোন্‌ চীংগোন্‌—চীংমায়—চীংমায়গী উচান্‌ পাম্বীশিং, লৈরাংশিং, পুমঙক্‌ ঙল্লা য়েংনরমগনি! লৈমন্‌ চন্দোরবা লৈরাংনা লৈমায়দা খংহ্না কেল্লম্মনি; অশাৎপশিং—লৈমন চন্দোরম্মনি; অপোম্বশিংম্ব—মীশা চানিঙ্‌ঙি চিন্থু নম্মী মতাগুম মপুং ফাদা—ফাদা শাৎকায়রন্নগনি। থোঙ্‌গনবা গৌরোগী হরানা থৌদোকখিবদা—মপা হেক লানুখিবদা—কিবগুম! তুজুংবগুম! হঙোইবগুম! মথোয় থরা নে তারন্নগনি।" অম্মুন্না ঈবুংঙো থনবমথৈ থল্লুবগা; গৌরোগী হান্নানা চঙলম্নগা থোকথ্রবদা মযুমদা থোক্নীংলকই। মমাগা উন্নদবগী পুক্নিং থঙলুং হুংশিন্নকই। অদুবু, থবকশুবগী, হাংমৈ পায়বগী চোকথরক্রুবা পাম্বোম্‌ ওইরক্লবদা অচোবা য়াম্নীংবগী মন্নায় অমা লাক্লবসিদা, নোংমগী থুংশুমন্না য়ামশিল্লকপগী মিকানবদা—থোক্নীং থোক্নীং—থোক্ত্রি।

রানা শূরগা—চাকচাবা হেক্‌ তোকপগা মৈজাও ভাইহাক তিকপদা মুম্বথিহ্না—তাথিবগা তুমথথিবনা হানবগুম্‌ মিকপ, থোক্নবমথৈ—নোংঙানবা খঙ্‌হোদে। নোংঙাল্লমদাইগী ভাম্বোরকপা হুমীংকি ভাঙ্‌_ানবা মশেক্না উচান্‌ পাম্বীশিংগী মরক-মরক্তা ফাওনা য়ৈন্নকপা উরগা—"অসি ওইরেকো হুমীংকি মশেক! মঙাল্‌তনি তম্পাক্তা উথিবা হুমীংকি; মশেক্না চীংঙুংশিদা হেক্‌ থোক্লকপদগীনা তাথিবা কাওবদা—কজৌদা! ঈবুংঙোনা শুন্নিবা থবক্তা মঙম্‌ খজিক

পাঙহৌদবদা হুমীৎ তাহম্নিঙদে, অদুম্ ঙান্দুনতা লৈহৌরীংই। মশেকী ফজবা-চীংমায় চীংমায়দা চেন্দুনা য়েংনীংই। মচু-মচুগী অশাংপা লৈরাংশিংদা হুমীৎকী মশেক্না য়েবদা—মচুগী ফুদোংলক্পা উরগা—য়ারৌরুই—

"করিগী পাইরক্তি—চীংজাওগী খোইমু
লোইবা লাম্না-লাম্না পাইগল্লি হায়বদায় ?
চীংজাওদা খোইম্ পাইদবোরে ?
অচিকপদা শাংপী লৈবাং খোয়দাদবোইরে ?
অরাঙবা তম্পাক্তদা মপাইবোই............
খম্বালতদা মিহৌবোই ......................।
মীচঙনাইবা তাইবংনী খন্দুনা—
চীংগী চীংলাইনা মথি কোংলকপা
অশাওবনা পন্দোল কাওঁদা—
চীংমায় কয়া তেমহুনা ......
তম্পাক শেম্বমু মচুম্নী !"

ঙসি অমুক খোজীল্লকনি--গৌরোগী হরা, হয়েং অমুক খোক্খিনি। হন্নক্তি ঈবুংঙো—খোক্লীংবা ফাওরকই'খোকপ্রগে অদুগা মথংগী গাড়ী চঙলক্পদা অমুক হক্কুকে' হায়বা য়াফম্ অদু লাকমিন্নবা--খোঙবু অহনৃশিংদগী অয়াবা লোরে। খোকপু খোক্নুরবদি মহাকপু মমানা শোয়দনা খাম্ননি, অমুকচঙগে য়াররোই খন্দুনা, ফনা কুইনদি খোক্লীং-খোক্লীং খোক্তবমখৈ খাঙ্লম্বনি। চীংহুংগী ফজবা, লৈরাংশিংগী নীংথিরবা—মচু কয়া-লৈশাৎ লৈঙং কয়া..... য়েংজহুনতা লৈনীংবনি; অদুবু—মমামা মদোম তরক্-তরক্—মহাক্না চৎখিবা মায়কৈদা য়েংহুনতা, শোঞহুনতা, লাই নীংহুনতা......... লৈরমগদবা, চায়ম্—থক্লম্ খঙ্লম্লোইদবা অদু হেক-হেক নীংশিংবদদি—মহাক্ হেক্না খোক্লীংই, চেম্নীংবা হুমীৎনু য়াওখি। ঙসিদি অমুক ঙম্বাদগী মপোৎ

মচৈ য়োমশীল্লে। পুখোক্কে হায়হনা ফজবদা থল্লবা লৈগী পান্দোংশিং অহূ মপুন্-মপুন্ পুন্শিল্লে। অয়ুক চঙলক্কবা য়াই থন্বনা মখুৎশূ—শীংজংশিংম্ন য়োম্শীনবদা য়াওয়ে, শীংজংখোকশিং লৈশিংগা পূন্না পুনমিন্নয়ে।

গৌরোগী হরাম্ন ঙাইবু ঙাইরবদি পাক্লাকন্দবগুম্ থল্লুই, মতম্দি চপ্ চানা লাক্পনি! মবুক্ ভপ্পবা হন্নাহুদা—বীমতনা মপোৎ থন্না-ফানা—হেন্না মপুক্ ভপহন্না হাপ্লে, মথক্তা ঈবুংঙো মথন্নতা ফন্নী। গৌরোগী হরা—ভপ্পা-ভপ্পা ঙংলহুনা······বোড়খোঙথাংগুম্ ভপ্পম্বদগী—ঙেঙ্-ঙেঙ্ মখোন্না কন্‌থৎলক্লিবমথৈ — য়াঙবা হেনগৎলকই। চীংগোন্ অমদগী অমদা, চীংমায়দদা থোরক্পনা ফাইনা-ফাইনা পাইবা চেক্লাগুম্ চেক্লাফাই উকোন্দা কোইন-কোইনা, অমুক চীংঙম্দা থৌদৈ······লোক্ অমা লাল্লমদাই, অমুক অঙম্বা কাথৎলী·········চীংয়াম্ন অমা লাল্লমদাই। ঈবুংঙোনা হাম্না চঙলক্পদদি-অশম্বা খোঙ্লম্বেলদদা লাকপনি; হন্দক গৌরোগী হরাদা থোক্লক্পদদি—চীংগোন থুংনা কোয়না-কোয়না কোয়বনা—কয়াদি হুংঙাইরে। লম্বী অহূগী নাকয়েৎ ওয়দা—মমাংদা — মতুংদা লৈনা-লৈনা য়েংই অন্ন বা ন্নাক্লবা কয়া কাড়উথোকউহনা—নাক-য়েৎ-ওয়গী ফজবা য়েংহনা হেন্না থম্মোয় পেংথক্লরি। মনাক্তা থম্লিবা লৈগী পান্দোংশিংদা চেল্লীবা গাড়ীগী খোঙজেন্দা·········হুন্নক্পা—শীৎলক্পা হুংশিৎনা য়েন্নবদা—লৈগী লৈনাশিংনা, মনাশিংনা, অপোম্বশিংনা, অশাৎপশিংনা হাইনা—হুন্না······················মখেলাংনা হাইজবদা—ঈবুংঙোনা থনবীরুরি—"মপাঙ কায়নবগুম্-শেৎনবগুম্—হুংশিন্নাহৈ কয়া মতায়োইশিংদা শিন্নজরিমাল্লে" ঈবুংঙোনা য়েংলিবন্নু, উন্নিবন্নু—উচান পাম্বীশিংগী মরক্ মরক্তা·········মুন্না-মুন্না য়েংলক্পোই—লোন্না-লোন্না—চেপ্থ-চেপথন্না মঙোন্দতা য়েংলম্বগুম্······মীৎচান্নক্লবা লৈন্নাংশিং, চরোং-

চরোংশিং অহুতনি; অমগী মথংদা অমা; 'লৈহৌরে' 'চংলগে' পাওমেন্নজনিঙ্বনা—মখোল্ থোক্লা-থোক্লা ঈশৈ ভংল-ভংলহুনা—কোয়রৈ-লৈছুনা য়েংশিল্লম্মী; থাপ্না থাপ্না মীৎয়েংগী কাল্লল্ মথং-মথং লানখী; অমদা অমুক্ মমীৎ থম্মী-অহুম্মু অহুম্ থাপ্হৌই; পাইনা পাইনা চেনবগুম্ নীংলুই—গৌরোগী হরাস্ন। মথন্নত্তা, মপূক্লিংদদা ......ভংলম্নদগী লাউনা লাউনা মখোল্ থোক্লা—চেল্লীবা হরাগী মখোল্ —খোঙজেনগা চাননা শক্লকুই—

'হৱাসে—গৌরোগী হরাসে!
চীংদা পাইবা গৌরোগী হরাসে!
য়াঙনা-য়াঙনা চেল্লী পাইবগুম্!
শাৎলীবী লৈরাং; ঐবু য়েংলীবী লৈরাং!
মীৎচান্নরিবী লৈরাং! ঐবু উহৌরবী লৈরাং!
হৱা মথক্শিদা তোংলিবা ঐসে—
নখোয়বু উরবা থঙ্লবা ঐসে—
য়েংনা-য়েংনা নখোয়দগী থাপ্ত্রগনি,
উনা-উনা কান্ননরনিকো..... নখোয়গা ঐগা!
'ঐহাক্ অমা লাক্লম্মী লমদমসিদা
ঐ অমা অহিং কয়া লেক্লম্মী ননাক্ নক্লা'—
তম্নদদি তম্নীরম্মু শাৎলক্কদা' লৈরাংশিংদা,
মথংগী মমি তন্নকৃলিবীশিংদা—
ঐন্দু তম্নুনি নমান্নবী থরসি পুম্বুনা
তম্পাক্কী লোক্তাক্ খোঙয়াগী কবোকঙশিংদা,
লেম্নরুনি অশাৎপা লৈরাংশিংসি উত্তুনা মীরম্লেন্দা;
খোঙগনবা পাথং নত্তে ঐদি
খোঙগনবদি গৌরোগী হৱানি—
ভংলিবমখৈ চেনবা, পাইবগুম্নু থৌবা;

মথক্লিন্না হাম্লীবা ঈনাক নঙ্গা থল্লিবা—
পান্নজনা খোয়দানা থল্লবা লৈরাংশিং
নখোয়দগী ভোথাই ভানা পুবসিগী শাউগনু
লৈশাং লৈচু থন্দুনা পুবনি—।
থাংজীং লাইবুংদা কৎলুগে,
ঈশানৌ খুদোল ওইরুগে;
পম্বোগী হিজোন্ লৈত্র'নু—
শাইদাং মীরম্ মশাইগোন্—
পান্দোং পান্দোং থারুগে
কংদনবা শেম্নরুগে,
মকুম্ পম্বা কায়দনা শাংহল্লুগে কুম খুদিং;
মুংশি মুংশিবা ঈশৈ শকুনা
হারিনোংনাং খোঞেল্ ভাত্রবনু
ঐনা মুংতিগী নাউশুম্নী, মমা শল্লা নাউকোম্নি ॥"

শম্থবগী অরোইবা নাইদে; শল্লা-শল্লা চেল্লাকাই উকোন্ লানথোক্লুনা য়েলহাং য়োয়ম্বা থঙ্‌হোদে। চীংমুংগী লৈরাংশিং খাইনরক্লবদা, মশক্ লাক্শিনবা ওমত্রবদা—মহাকী লৈয়াং চয়োংশিংদা অমুক মমীং থমহনা……মথুংনা তপ্পা-তপ্পা শোক্লুনা—ইকায়থীবীগুম্ পথখিগত্রা চিংনজহনা—তম্পাকী মুংশা মৈশা লাংহম্লীংদা—খুবাংনা অমুক্ থন্, ওবোংকিজিনা অমুক্ কুপ্……মোইরাং লমথায় য়োত্রিফাওবা শেম্নরক্‌ই। লমথায়দগী অরাংশাংনা থৌথরে গৌরোগী হরামু, ঈবুংঙোমু নম্বো চাউনা, ঙেক্-ঙেক্শংনা — মপোংক্লানা নোংপোক্ পাংলকই, মল্লি-মল্লিবদা মযুম্দা থুংঙি।

মচানা মযুমদা থুংলম্বল্লা—মমাদো কয়া হয়াওজরে। কোয়্লাক্ লাওজহনা মচাগী ঈরুজ ম্যায়থজন্নবা ঈশিংবু লুম্নীবনে চাকু ঈল্লিং

চানবা মচা করি শীজসিগে, করি থোংশিগে, করিনা হাউদগে······ অহাউ হাউত্তা মপূক্সিংদদা থল্লী। মচানা ঈরুজরিবৈঙে, থূদৈচোপ্পা পায়হনা মচাগী মনঙ্গল—মঙকশম নূপ্না ননূবীরে—"মোৎপু মোৎত্রে! থাবুম্ অমহু ঈরুজমায়থজরম্ররোইনেসে! নূরানা মপাক্ মপাক্ ······হয়েংদি উরোক্মূক ঙোরনি।" কয়াদি লুনা তৌবিত্রে—মমাসিনা মচাবু। —মচাবু মমানা চাগদৌবগুম্ হুংশি হায়বহু—ঈবুংঙোগী মমাসিদা চুম্নমগনি! মমা অমনা মচা অমবু লুনা চাম্না তৌবিবগী হায়রুরবদি—অঙাং থুদিং পাথং থুদিং ······ ঈবুংঙোগী মমাবু মমা ওইনীংবা ঙাক্লি।

"ঈবুংঙো লংকৈ অমুক্ চৎপ্রগনু, চঙপ্রগনুকো,
চেক্লাকাই ওইগে ওইসনু—
ঈমা থাঙবা রায় লৈফম্ থঙ্‌দে তরক্ তরক্ই।
শানা শোক্লমগদ্রা মথল্লী,
উনা নল্লমগদ্রা মাচঙনে,
লারমগদ্রা য়েক্লমগদ্রা হায়বগীশু মরায়।
নঙ্ পঙ্গাউ পুথিনু মতাঙরাৎলি-
ঈমানা ঙম্বা তেক্ তেক্ হোৎনথিগেদা··· ·"

লোইবা নাইরোইদবগুম্ মচানা চাক্ চারিবৈঙে, মচাগী মনাক্তা ফমহনা, মচাগী মতৌ য়েংনা য়েংনা ঙাঙলি। ঈবুংঙো থুম্‌দে। মমাগা থোইনা নেত্তানা—তাথোক্ তাশীন্না রা ঙাঙনবা মহাক হৈনদে। হোয়ম্ন হায়দে, মাইস্ন হায়দে, চাক নম্বদি তোক্ত্রি। অন্থুম্ শমথগদবা মানবা মমাগী রাঙাঙ তারগা ······"তনগ্রে! তোক্লোবা!' হায়নদি মরক্ থৎলী।

হেক নোংঙান্দুনা হোৎপৎলকপদদি—ঈবুংঙো, ইহাঙ হাঙবগুম্, মাজোনূগী মথাথংবা লাক্থদা ফমহনা ময়া থিল্লী, থল্লী, মথম্নতা পুমচিক চিকপগুম্। 'চৌঙনুংগী অয়ুকশিংদো— অমনা অমবু হৌদোক্লবা······

শীংজংতা কেঙনবা······কাঙবু-কাঙবু-মরি-মরি হৌনদখৈ উমুংচঙনব ······ অচৌবা উচান খল্লবা······উয়ানবগী শীংজংগী মখোল্লা— চীংমায় চীংমায়দা য়েরুহুনা অহৌবা চীংগোনগী খোম্বাংশিং········ লৈগী লৈনম্···উচানুগী অম্বকপা···ভাইহাক অল্লা হুমাং হন্দোকপগী মকম খঙ্দা অকেনবা উচানু মনাশিংগী মথক্তা কমুঙগুম্······অম্বকপা চীংগোন্দা ভুরেলগী ঈফুৎশিং······অরংবা কৈগী মমীৎনা অহিংদা ······শাহিং চাবগী নমথীবা মনম্······হুমীৎকি মশেক···...হারিগী খোঙেল্······থাবলগী মঙাল্ মশেক্ মকমহুগী······হুমিদাং থুদিংগী অহনশিংগী চাকুঙাই য়ারী····· পুক্লিক্তিংনা নোকখিবা নীঙোল মরাগী অপঙগী য়ারীশিং···...হেন্দোই, লৌয়াওবীগী, থীকুথীকুথীক্ ক্রিগী -অকি তুজুং য়ারীশিং······চীংলাইগী, তম্নলাইগী, লাইরেনুগী লাইওক য়ারীশিং······পাখং অমমম্ ওইরিবৈ হুংশিনরুবা অপাম্ হুংশিগী তম্নবশিং·········মচাগী মশুগী শেম্ননবা ফননবা—খঙবশিং····· মমুম খোক্লীংলকপগী, পাউ চেন্নীংবগী, পাউ তানিঙবগী খোরাংনবশিং······ চীংহুংদা কৈরিবৈদদি হুংতিগী হামু হামুগুম্—খল্লমদবা ভাক্তা থনগৎ-লকই, অমমম্তা নীংশিংলকই, ময়া থিল্লিবা পম্না অহু পোরোঙ্ খোক্লা চীক্লা চীক্লা তেনুশীনখিবা খঙহৌদে।

পান্দোং পান্দোং কুক্রকপা মখল্-মথেনগী চেক্লাফাই উকোনগী লৈপাম্বীশিংহুগী মনাক্তা চঙশিল্লী। কোয়য়েং য়েংহুনা—কদায়দা করম্ থাসিগে, থাইদোকসিগে খল্লী। মমা মচানা মুমদাংলিবা ইংখোলহুগী অকোয়বদা হোয়ীবা হৈনৌ পাম্বীশিং, হৈগ্রেং পাম্বীশিং অনী অহুম্দা মনথীনা নপ্ নপ্তুনা থাবগুম্ থারি। সহি কুহিগী অকংবা উতুপশিং—মকু কেলহন্দা মকক্ মকক্ ককথৎতুনা—পীনীংনা অতম্নবা অমা য়াওনা খন্দোক্লবা পান্দোং থরা অহুনা উককশিংহুদা পুনশিল্লি, মম্বীনা নপ্শিল্লী; হৈনৌগী মশা অনেম্বদা কোনুখৌরি

মকন্না মতোন মতোন্দা পুন্দুনা য়াল্লি। লেমহৌবা থন্না অতৌবা লৈনী কন্নাক্ অমা থুদেং অহোবদা শেমহনা, লেপ্‌ পুম্বা উতুপুগী হাংমৈ পায়হনা নাম্না শাদোক্লবা উয়ু অমা শুমাং মন্নায়দা য়ুংহনা—লৈগী কৌবাক্ অহু থাংগৎলী। অম্মুনা লৈ থাবা, ইংথোল কোইবনচিংবা অমুক্তম্ হাওরকপা হৈনম্নবা ঈবুংঙোগী ঙসিগী থরায় য়াওবা লৈ থাবগী মতৌ অসি উবদা মনানা মচাসি মতৌ অমদি হোংলক্লেম্না থজে।

ঈবুংঙোনা অঙম্না থাইদোক্লুনা শেম্লবা সহি কুহিগী মককৃশিংদা থাবগুম নপ্পীবা অনী অমদি ঈবেম্মগীদমক্তী। লংফৈ চৎলুবগী হল্লকপগী হেক নোংঙানবদগী ঈবেম্মথোরগী মপাদা হন্দং হন্দা চৎলুরবনি, ঙাইবা য়াবমথৈম্ ঙাইহনা মশক্ উগত্রা থম্মু লেপ্পুরবনি। ঙসিদি মহল্লগে—হয়েং তান চাবরা য়েংগে থন্দূনা মহল্লক্পনি, নোংমা অমম্ উদনা হৌখি—হুমৌৎ হুন্নী ফাজীল্লক্লে মশক্ উরক্ত্রিবা। থাবুন অমা কানা মশক্ উনরুদবনে—নীনী হুন্নীসিমম্ উনী থন্না উবা ফংদবনে—মথন্নতা ফয়াদি থম্মোয় চাকথরে। থনবতা মঙার মমুম চঙহনা উনগদবম্—অমুক্তম্ কোয়বা চঙলুদবনা হংগোইজন্নি—থাঙকম থঙ্জিল্লক্কে। মপুক্লিংদা য়ায়ৌনা—ঈবুংঙোনা—

"থোক্লকপা হুমৌৎ হুন্নী ঙুরবনিসে
মাবু উম্নগনি থন্দূনা কয়ারক হন্না হন্না মপাহনা চৎলুরবনি।
মাঙ্গীদমক্তা থন্দূনা শেম্লবা লৈরাংগী পান্দোংশিং
ঙসি পীক্লগে থঙ্গী হেক্তা ঙমদে ইকায়।
মথোয়গী মনীংগী পুখ্রি মপাহুদি য়েংশিনবা ঙোক্ত্রিবনি।
মহাকপু মমুম পানগ্রবরা উদবসিবু!
মহুম্ থাজদে অমুক থুনা.........
চুপ্তিজগী থোরকপা মতমম্ হোংগ্রবরা?
ঈশিং মায়শিং থোকপা, ঈরু-মায়নজবনা কয়থা মঙ্কদা!

ঐ কনদি কুইনা কুইনা ঙাইবনি, শূকউ উক্তি.........
অহদি—মহাক্নায়েক্লবরা ? অহুনহুম্ হেন্না থাজে...... ।
হয়েংদি ময়ূমদা হেক্তা থিল্লুরবা হায়বহুনি.........
'চীংদগী পুরকপনি......পাম্ৰমৃগনি ফুক্লকৃপনি'
হেক্তা হায়রগা লোইরে.........
কৈনো অমা থল্লগা খজরেদনা !"

ঙসিগী অয়ুক চাকচমাংসিদদি ঈবেম্মখোয়গী ময়ূমদা হেক্তা থিল্লূরগে লেপ্লহুনা—অশেম্বা পান্দোংগী মকক্ অনীহু মথুং নাম্ম নাম্মদা ময়ূমদগী পরপ্-পরপ্ থোক্লকই। শরেংগুম কৈথেল্দগী লৈহুনা লমজাওদা য়াল্দুনা পুরকপদা অউবা কাওবুনা 'কয়া পীরকই ? হংনবগুম। ঈবুংঙোদশু খুম্বা হেক তনবমথৈ অয়ুক্ অতুদা থেংনবা অউবা কাওবুশিংনা 'কদায়দগীনো ? কনাদা—পীরুগদোরিবা ?' ঈবুংঙোনা খুম্লম্বনা—'চেক্লাফাইদগীনি ! মীগী থোল্লকৃপনি । অহুগীনি অদাগীনি' মানা থোকপা অমা হেক্তা খুমজিল্লম্মী। চংপনা লেপ্তুবনা ঈবেম্মখোয়গী মথা থংবগী লৈরকৃলোমদা ফাংলিবা কোম্বোং অহু কান্দুনা—শূমাং অপাকৃপা ময়ায় ভাম্না চঙশিন্দুনা—মাঙ্গোলগী অরাংবা ডারিবান্ মনাক অহুদা নকশিন্না—মথুং য়েংকা ওয়গা হাঙদনা য়াল্লক্লিবা লৈগী পান্দোং অনীহু ডারিবান্ মথক্তা থাঙ্গংতুনা পুল্লপ থম্মী। লৈগী লৈনাশিং অহুনা মখোল্ খজিক হৌনা সোং সোং লাউনা ভাবদা ইমুংদগী ঈবেম্মগী মপা অহু পরপ্ পরপ্ থোক্লকই।

"ঈবুংঙোরা ? করিগী লৈনো ?
কদায়দগী......কনানা পুরকপা ?"

ঈবেম্মগী মপানশু ঈবুংঙোবু মশক খঙবনি, অকা—অকৃম্দা কয়ারক তোয়না থেংনবনা তোয়না কৌনা ঙাওনত্রবনি। ঈবুংঙোনদি ঈবেম্মগী মপাদা—'মাম্মী, মাম্মী' কৌজে॥

'মাম্মা........ ঐনা চেক্লাকাই চৎলুবদা পুন্নকপনি।
'ঙম্........ পীনীংহ্না......'

মখা তাবা ঙমদা-ঈকায়বনা ঈক্-আ, ঈক্-আ ঙাঙখোকপা ঙমখ্রিঙৈ,

"হোয় ! হোয় থন্নম্মু, থন্নম্মু !
নচলদুদি মরী-মঙানী ঙন্নু দরে,
ঙসি-ঙরাংদা ঙ য়রি থরা-থরা করকপা
হৌগৎ কাংখৎঙমদরি, চাক থরা থরদি চারে।'

ঈবেম্মগী মপাগী রাহৈ তাবদা, ঈবেম্মনা পুখ্রি কাওবা খোক্লকবগী মরমহুদি থঙলে। ঈবেম্মগী মনাক্ফাওবা চঙনীংবা পোকই, হায়নিঙলি —'করোকো...'......অদুবু, ঈবেম্মগী মপাগী মমাংহুদা করম্নদি ঙম্মী। পুরক্লিবা লৈ পান্দোংগী মকক্ অনী অদু হান্নগী থমকম্ অদুদগী মকম্ ঈরেং লেংদনা থম্নম্লগা করি অমত্তা হায়রম্বা ঙমদা খোক্লকই। খল্লী—

"মশক্তা উম্নরপ্পা........
লৈ অসিনা,—মনা'মুম্-পানবসিনা মমিং অসি কৌই,
অসিনা-অসিনি, মঙং'মুম্ হায়না শাৎপনি,
চরোংনা অদুক শাংবনি—মচুনা অত্তুঙম্না—
লৈনাশিংনা মশিং অদুক্—
তম্নম্গদবা থরক্ফাওবা তম্নমব্বা.........!
হান্না পামজবগী মথক্তা......
চাদবনা ময়াং কংলম্লনিদা............!
মমীৎ অরাওবীদো..............কুৎশিংকুৎলম্মনিদো.........
ফিভম্হুতা য়েংলগা হল্লক্নমলবদি...কয়াদা পেন্দোবা !
ঐ লাক্লমহনা লৈগী পান্দোংশিংহু পীরম্বনি—
মাগী পাজিগা ঙাঙনখিবা রাহৈ অমা অনীহু ঐগীনি,

মাবু খঙলম্মগন্না ? মাবু ভারম্মগন্না ?………
মাগীদমক্তা ভম্নবা অহানবা খুদোলনি,
পীনিঙ্বা অমা য়াওনা পামজবা খন্দুনা ভম্নবনি,
কনদা নত্তে ওথাক্ ফজবা লৈচন্নী।
করি থোক্চৈ হায়দুনা মপাদুনা কাওথরম্নবা ?
ঐনা থোরক্লবসিদা……লাংথোং য়োরম্নবা ?
ঐ মহুমদি পেল্লোই………শাউনীংগনি………"

লৈশিংদু-হুন্দোকই, হুন্দোক্তে……খঙ্নিঙদুনা চঙ্নীংঙি অদুবু, কুকা ঙাই। মুমীৎ অদুমক্তদা অমম্বদা—ঈবেম্মখোয়গী লৈরক্তা চঙ্দুনা শূমাংলোমদা য়েংশিল্লুই—কয়াদি ফজনা শূমাং ময়ায় অদুদা কম্পাক মথক্ অমা শেমদুনা থাখিবা অদুদগী হেন্না চঙখোন্না !

"মখোঙ্ অসিদা ঈবেম্মদু লেপ্লম্মনি……
অনাবা হৌগৎলকপগী খংকন্ কল্লম্মনি……
কুইররোই লৈ অসিসু মকুম্ পন্থা লোইখিদোবা
নোংমৈগী কালেন্ হৱাওবা নংনববু শাৎকদৱা ?
থাংজীং লাইমাংদা মাঙবু কৎহন্নীংবনিদা!"

"ঈবুধৌ থাংজীং মোইৱাং মীয়ামগীনি নিংথৌগী নত্তে"

মনিন্ নাইরম্বদগী—অকনুবা ঈহৌ শাফু অমা … লানুথেংনবগুম্ কম্না খুৎথোক্লরকহ। নিংথৌগী মায়কৈদনা কম্নাইবশিং, মপু অমমম্ ওইনা নিংথৌদগী মুন্নীংলিবা খিবিক্না মোইৱাংগী মীচম্। অনীমুবা লাঙ্গাওগী মতুংদা, নিংতম্ লানগুম মশক্ মত্তৌ তমদুনা লাইচৎকুম্না খুংলরিবা। থাংজীং লাইদি অমহানি, মকমুসু হোংদোকপা য়ারোই, অমনা হৱাওবসু অমনবু হৱাওরবসু কূম্মৈগী কূম্মৈ অমহানি। নীংজবগী খুরুম্জবগী মহৈসু অমহা ওইরন্নী, অদুবু মীয়াম্গী মমাংদা মত্তৌ ভম্বনা

উং হেক্ হেক চাইহুনা—মীখন্ মীরেপ্‌কী লুচিংনীংবগী, পৈভাক্ পৈশেম য়াওনীংবনা মীয়ামগী মহুৎশিনবা শানীংবগী কত্ত লৌশিংদা—"মীয়ামগীনি ·········· মীয়াম্না থাংজীং হরাওগদবনি" হায়জীনুবনা—মীচম্ খুদিংমকপু মপূ ওইনীংবনা········ ···অপাম্বা মিহৌবনা··· ······থাজবা পোক্লে, শিবা কিনরক্লে। অমদা নত্তগা অমদা তোংহুনা ······খংনবগী হৈনবা মীওইবগী লিংজেম্না····· অমবু হ্যাংনবা অমবু ইম্বনবা······অমবুনা থাঙ্গৎনবা, লুচিংবা শেম্নবা ; মীচঙথোম্বগী হৈনবা কাউনদবনা নাকপাক্—নাকপাক্ তানা খংনয়কই······মোইরাংদা। মপা-মচা, মচীনু—মনাও, মরি-মতা,—থিনরক্লে; মরা তপ্রা...লানগ্রায় মদুধিদা হুশি-চান্না······পৈত—লায়রা ত্যাথোক্-তাশীম্বনা হিংমিম্নরবু খুশায়বীনবা লাম্বোং শীনবীবা য়াওররবদা...···ইমুং অমগা অমগা চঙনবক্লে, অমগা অমগা কৌনক্লে, যুম কায়নবা য়াওনরক্লে, মুপ্পী থাইনবা য়াওরক্লে, মরি-মতা শাগে নাতৈ শিবা নাবা চঙ্নরক্লে, চফূ কায়নরক্লে, তোখাই তোখাই—থাইবুক্—থাইবুক ঈশিংগা খাউগা পূনবা য়াদবগুম্ খাইদোম্নরক্‌ই। থাংজীং লাইবূং—খংনা-চৈনবনা ঈমু নাইমু তানকম্ ওল্লকই। ফম্নাইবম্ব চঙহম্দা মীয়ামম্ব চঙহম্দা-থাঙ তাগী কুম্মৈ জগোয়গী খুৎথেক্, মুক্না-লমজেল্গী ঈবুধৌ থাংজীং মশূমাঙ্···· · ·· নোংমৈ পায়বা শিকাইগী য়ারেকশঙ্ ······মীয়াম্ চঙ্বা য়াদে····· মীঙাক পুং ওলহনবীরে। রায়েনকম্ থোক্তবনা রায়েনবী ······ অমদা অমুক্ তোং অমদা অমুক্-কোৎথোক্ ······অমদগীম্ব অমুক্ লৌশীন্······মরু ময়াং তেকপমথৈ নোমজহনা তানজরুবা—শাজরুবা শেমজরুবা—ময়ূম ইংখোল্—কৌদম্শেন্গা জিন্না, কায়থোক-থমদোক্--রায়েন্ মায়কৈ থৈনবা হোৎনবদা মুৎনরে রানরে। মীয়ামগী শেনথং শেনথায় কয়া তোয়ল্লে মফৎতা খংনরুয়া য়াওরুবগী, থৌনা ফবা শারুবগী, হোইহুনা চৎলুবগী·····পান্দম্ য়ৎলুবা থৌজীনুবশিংগী লাংদা থুরুবা উত্তাবীগুম্—থপ্-থপ্ তিঙ্করুবা

লানগদবগুম্ । 'ফম্লাইবশিংদি মিংথৌগী খোঙলোয়নি' হায়জীনৃবীবা অসিনা কয়াদি মাম্না — মরিং —'মরাং ময়াম্দগী ইথোকপীরবা চম্লবা মীওইগুম্ চুকচবা ফাওবীক্লরি, ভিম্নবীত্রিং, নকশীম্লদরি, পোংকাওবা মথোয়না লৈগে হায়রবদি য়োস্ত্রি, খোঙ-খোঙনাওশিংদা মমেক্ লানা লানা ইরি—''ফম্লাইবা বোইকোট' অনৌবা চংনম্লকপগী খোম্লাউনি, ঈহৌনি ।

অম্লম্না থংন থংনা থৃংথোক্লা থোক্লা লাকপনা—ফম্লাইবশিংগা মীয়ামগা চহি অমত্তা নত্তনা অনী হৌজীনখি ; হৱাওবা মপুং ফাখিদে, লাইবৃংদা মীয়াম তিনখিদরে । থংনবা শীনথিবা কাওবু—চায়বগী মভাংদু অহুম মহৈ—মথোয়নবু হায়রবদি অচুম্বা ভাক্তা ম্যালহল্লী লুচিংবনি হায়রিবা মথোয় অহুনা থংননবা শীনথিবগুম্লা চায়নবা শীনবদু অহুম মহৈ । মীথন্ মীরেপ্না মীচঙ য়াম্না খোম্লবগী কত্তা লৌশিংদা, মোইথেম কয়ানা থেমজিনবদু হেক্তা মহৈ ":রাজনীতি" হায়বগী অনৌবা য়াওন্ অমদা পুবগুম্ ঙমহৎপীরকই । রাথোক অমগী মথক্তা রাথোক অমা, তাইশিনবা য়াদবা—কায়রবা মিংশেন মচেৎকুম্ থুগাম্ববীরম্লগা- খোমজীম্লবা হোৎনরকই । পুংপঙ পঙথথরে ; মোইরাংগী মীয়াম, ফম্লাইবশিংসু অহুমঙায়······চুম্না পাৎ তাহুনা, শীংজন্দূনত্তা, শীংয়ান্দুনত্তা, হিয়ান্দুনত্তা, লৌকুমহুনত্তা মথৌওইহুনা —শিম্না চৎচরম্বা ·····ওইজ ওইথক তানজরম্বা···য়ান্দোইজরম্বা··· চাবা পুবা ঙম্নবা হোৎনজরম্বা ·········মীওই পূম্নমক·········অনৌবা রাজনীতিগী য়াওম্নী হায়হুনা মমীৎ পাঙহনবা শাহন্দুনা নমহুনা মমীৎ তাঙহনবীরয়ে, মথৌ কাউনরে—হোটেল্ থোক্লরক্লে, রারেম্ ভাঙ্নরক্লে, লৈপুং কম্লরক্লে,······চরা হেম্নবা য়াওনরক্লে মযুম মকৈ তুম্নরক্লে । হোইহুনা পুবগুম্ থুংলায় ওইনা—মীয়াম্সু, 'থুংলায় পায়ত্রবদা অকিবা পোক্কে' হায়বগুম্—রানোম্ রাচং হৈজরমদবা অপুম্বা কত্ত লৌশিংদা

হন্থবীরে। অসিরা চাওখৎলে হায়বগী থূদম্—'মীরমগী মীরানা মথৌ ওইনা ঙাঙনরক্লবা, মীনা মীবু লাৎনবগুম্ লাৎনরক্লবা!' 'হূইদি থৌজীল্লিবমখৈ খ্নাই, মীদি খক্ য়াদে।' খঙহৌদনা—মশা মশানা মশানা থাকচখিবা লাংদা হঞ্জিল হঞ্জিল থুবগদবা লৈরবা মীওইবনিনা ……থুনরক্লি, থাজবা য়াৎনরক্লি, নমথাক্ পুম্বা ময়েক শেংলক্লী। অমবু থাজবা ভম্নুরগা- কাইনথংদা থেংনরকপনা—থাজবা মাঙনরক্লবা; ……করম্বা অমবু অমুক্ থাজরুবা ঙম্নগদৌরিবা? মীথুদিংমক থাগৎপা হৈবগুম্না থাদবম্ভু অতুম্ মহৈনৈ; 'মীগী মথৈফংনবা হায়রুরবদি… …মীদো শাউই, লাইগী মথৈ ফংনা হায়রগতা পেনবী'—হায়বগুম্ খন্নবনা… থাদরকপগী লাংফম্ অমা লাক্লবদি—লৈখা ভানা অমুক হৌগৎপা ঙমদনবা শীধবম্ভু অতুম হৈনৈ। মশাগী কান্নবনা মাঙওইনরবা ভাইবংসিদা মশাগী খুদোং অমা ফংলবা, কান্নবগী কোম অমদা পুথক্নরবা—অমুক্ শৎকৎতূনা…… হান্নগী ঈশেং-শেংবা অচম্বা মরমচৎ অতুদা খক্ হঞ্জিন্নবা ঙম্নদবনা… …অতুম চৎনবীদা লুপখি। কাখৎপা ঙম্নে, অশেংবা অচম্বা খম্মোয়দা হল্লক্লে হায়হুনা উৎলরবদা, হায়জররবদা—মচীন্দা থীহুনা তোক্লবা ঙাক্লী। মশকফাওবা য়েংনীংদনা ইম্মোক্পীরগনি—তোঙাল্না তাজগ্রনি—হোংলুববা — চৎনবীহুদা হৈনহুনা ম ঙগ্রগনি! মোইরাং মচানা মোইরাংমচা ওইনীংলক্লরোই,-হৈনররোই—পুথ্রিগী ঈশিং, তুমাইগী চঞ্জীক, য়েল্লীগী শিংজু, হৈকক্তা চেং য়ানবা চাক, 'কোয়ফম চৎফম লৈতে স্তুংঙাইতে' হায়ররনি! লুপাগী মমায় অনীগুম্ লৈরবা-'অশেংবা' অমস্তুং 'থাজবা'—অয়ানবা ………ওইদবনা……মচেৎ মচেৎ থুগায়হুনা চৎনরোইদবা লুপাতা পায়হুনা অচাওরম্, তাময়ক্লিবা মরক অসিদা…চুম্না হিংজবা মীওইশিংবু ……ওৎপীহুনা তোখাই তাহনবীননবা……য়েক্লবা………থানত্রবা মীগুম্ খম্মোকপীহুনা……করিম্ভু মশীং চনবীত্রবা মীওইগুম্……ভাল্লক অসিদা করিম্ভু হৈজত্রবা শিংজত্রবা, কনাম্ভু লৈজত্রবা, কনাগী

মতোং কংব্রব, তোথাই তাবগুম্, থম্বীরবা—খনবীরবা—ঈবুংঙো মমা মচাগী করম্বা লীৎথৎলীংঙাই, মঙকথিনগৎলীংঙাই লম্বী অমা লৈরম্-থিগদবা ? অথাবা ফুমথা মথাংদা চঙলুরবা ঙাগুম্ .....লীৎথোককম্ খঙ্দা......অহাঙ্বা ঈশিংগী ঈমায় থিবদা......চঙগনি থুম্লিবা লূদদা চঙহৃনা কাদোক্লনতা চাগদবগী লাংকমদা—তাঙ্গাদা ঙাইহৃনা লৈবগুম্ লৈরবা ! থায়নগী চৎনবী থরমথৈদি হোংত্রি, কুম্মৈ য়েংবা হৈথমথৈদি কুম্মৈ য়েংবা হৈনরি। অকনবা খনগৎহৃনা মুক্না শায়হনবা, লমজেল্ য়াঙবা থন্দূনা লমজেন্ তায়হনবা, অথা-অতু,—অথোই—অপো খনবগী হৈনবীদা হুংঙাইনা য়েংনহৃনা শেম্ম্মোক্লবগী হৈনবী কাউনত্রিবা......মীনা মীগী কুম্মৈ য়েংলগা হুংঙাইবা......অহুমথৈদি কায়ত্রি, চৎনরি।

কুমশিংগী থাংজীং হরাওবগী মুক্না-লমজেন্মু অহুম্ পাঙথোক্লি, মীয়াম্ তিল্লী। কুম্মৈ অহুগী শরুক্ য়াবিবা মুক্না—শায়রোইশিং অহুগী মরক্তা—'চোপ্পা য়াদে, মুপামচাদি ঈনম্ লৈবাক তাহৈদে...... নহাদে...... অতোদে'...... য়াথম্তনা মকম্বী ফুদোক্লনা য়েন্দমরুহৃনা শায়রোই অমা ওইশিল্লুরবনা—ঈবুংঙো। 'মহু'না মঙোম্দা করি ওইজরিবা ?—তোংজরিবা ? ..'...শায়বা থোক্নীডৈ ঙাইহাক অহুদদি লুনা চায়া......থারগম্মু থজিক থাগৎপীরম্বতা..... তুরগনা হৈতবা —পাঙদবা — ময়য়াইতা তাহৌগদৌরিবা ! 'শিনকম্ নত্তে ! মুপামচা পাঙ্গন্ চাংয়েংনি!' মহুগীদমক্তম্মু মতমশিংগী মা অমম্মু পোক্লম্বরা মশীং চল্লিবা মীওইবা অমা ওইনা ঙাইহাক্ অমগী, নোংমসিমগী...... মীমাঙ্থোক্লবা !

ঙরাংদগী, অকংবা শূমাঙগী লৈকংলাদা—মুক্না য়েন্দয়বা য়াওক্লই ঈবুংঙোসে। অমা অমুক্ কোয়া শায়া—মানা থা, অমা থায়া অমা অমুক কোয়া, অনী থারগা—অনীগা, অহুম থাবগা—অহুম থাবগা

অমুম্না মথং—মথং কোয়রবনা—থারকপনা হাকুম তুখিবা খোইরম পানাগী জাত্রা অহুগকাও কোয়রুহনা—তকুথংনবীদা থারুরে,—ঈবুংঙো মান্না লৈতরে, পানা অহুনী। কুমশিংগী, ওসিগী শায়রদবা থাংজীং শুমাংগী মুক্লা—লমজেল্ ছুমীংকী মুক্লা জাত্রা, খোইরম পানাগী ঈবুংঙোনা ওইরে। ওসিগী মুক্লা জাত্রা ঈবুংঙোনা ওইরে হায়বা মমাদো ওয়াংগী অহিং হল্লকপদগী তমুহনা খওলবনা, অয়ুক্ ওত্তাদগী হৌগৎতুনা কোয়চেন্ — চেঞ্জহনা লাওজে, অরাং—অপা খিজে। মমাহুদদি চাউথ্রবা পঞ্জাউনি লুহোংবা অমদগী হেম্না চাউনা রাজনা চোপ্পা য়াদে ...... লৈত-লৈত লাওজরিবা; হোংনজরিবা! শায়বা য়েংবা লাক্লিবা কাওবুনদি করি অমত্তা খনবীত্রিবা!

য়ুমদাংহুনা লৈরবস্ত্র, মপাঙ্গল কনুবগী হৌনবা—করি খওদা, করি খনবীদা য়েল্লমবা য়াওশিল্লুবনা, জাত্রা ওইরুরবনা মমাহু কয়াদি রাজরে। মহুপুম্বা ঈবুংঙোদি করি অমত্তা খনবীদে, করি অমত্তা লাচুংলুদে—খোক্লা খোক্লবদা থেংনদি লৈরবা—পাঙ্গনবা অপওবনি। য়ুমদাংলিবা মযুম্না শাই-তানা মাঙ্গোন লাইখন য়াওদা—শঙ্গোয়রগুম্ ওইবনা—মমাওগী য়ুমজাও. নাতৈ ওইকবা মাম্মাগী মাঙ্গোন—খেঙ্গোংলাংদগী নীংথম শমুজী শেংতুনা — জাত্রা ওইনা জাত্রা খোঙশানগদৌরি! মচাগী পানা অহু মমানা অয়ুক্ চাকখাঙ্ শীজগদৌরী; লৈত—লৈত লাওজে চোপ্পা যাদে মত্তাগুম্; কয়াদি ভৌখিনা হোংনখবে'...... ইনাক্খুনবগী ইমুংদী চাকচা হৈজানবদি জোরো জোরো শরেংদা অলু থাকপনি, লৈত লৈত লায়রবগী মথেন্ লুকোয ভৌখিবনি—শুবনি' হায়নবহুমক ঈবুংঙোগী মমা লুপ্রাসিনা লাওজবা শীনজবসিদা হেক্ চুম্বগুম — চানীং-চানীং—ওমদা ওমদা তোকপা ওাক্লী।

চাকচা তোকপা মতুং; ভাইহাক, পোখানা ... মতম ওইরে লমজেন্ থাবগী হায়নরকপা মতম্; কম্লাইবশিংদগী রায়নরকপা-

রায়রুবশিং...নীংথম্ শমজী···মথং-মথং ফিশেংপা হৈবা কাওবুশিংনা শেংপীবা হৌরকই···পানা অহুগী শান্নরোই অমমম্ ··· তরেংমক্। ঈবুংঙোম্ম য়াওনা। ঈবুংঙোগী নীংথম্ শমজীহুদনি মরামদগী তোপ্নীবা ···অপান-কম্গী নীংথম্ শমজীনি···তোপ্না মচু তানা···তোপ্‌— তোপ্‌না...! লায়নৈ মুক্নারোইশিং, অতৈ শীন্নী—লাওনিবশিং— ফিজেৎনে শাবায়ে! রাংবনে-চাউবনে! খোইরম পানা জাত্রানি হায়বদা লেপ্নে, পক্রে।" ডাইহুনা লৈরন্নবা বেন্দ পার্টি মতম্ ওইরক্লবদা পরেং লেংলকই। বেন্দ পার্টিগী মতুংদা জাত্রা পুবা ··· ··· ··· য়েন্তো মতোন্দা হৈনৌ মনা, লাংথৈ., ডাইরেন মনা পুন্দুনা জুম-জুম ··· রাংনা থিংগৎতুনা তৌগী তোখোক্তা পায়হুনা লেপ্নী; জাত্রা পুরিবা মহাকম্ম মমাঙৈগী জাত্রা ওইরম্বনি মহৈ-মশিংম্মু হৈরবা, ঈবুংঙোবুম্মু ··· তাকপী-তম্বীবা, পোৎশেম-থম্মাইবা ঙাকথোকপকাওবা ওম্নবা···ওসিগী ঈবুংঙোগী জাত্রা পুগনি লেপ্নীবা। হেক্ মথংদা, ঈবুংঙো-জাত্রা ··· চীংলেম্না লেপ্নী,···মখ্নাংদা মুক্না কোম্নবা ফিজেৎ, ··· খুদৈনা মরৈ মরৈ তানা তারবা মুক্না জাত্রাগী ফিজেৎ শেৎতুনা কয়াদি চুঙ-ফিরাল চাথে। মথংদা পানা অহুগী মুক্নারোই পরেং। পরেং অহুগী মতুংদা লমজেনগী জাত্রা পুবা অমা অহুগী মথংদা হাক্নুম লমজেনগী জাত্রা ওইখিবা অহু, মাগী মথংদা লমজেন্ য়াওগদবমথৈ পরেং...লমজেন্‌লোয় মাপন্। মুক্নারোইম্মু, লমজেললোয়ম্মু উরৈরোম শঙবা খুদৈ মচা অমমম্ লেংবান্দা য়ান্নী··· খোইরম পানাগী শেল্লুংবনা অহানবা ওম্বা—থাজবা মনানী।

মাঙোলদা, ঈবুংঙোগী মমা···অঙোবা তুমচেৎ ইন্নফি···অঙোবা অমনা মকোক্ খুম্নহুনা···পুংঙো কনেক, উরৈরোম মচুগী ইশু্ তারবা অমা শেংলহুনা মচাগী মতো য়েংলমজি ··· ··· চৎলমদাই জাত্রা খোঙশাক্লমদাই মনুংথা পুংকম য়েংনরিঙৈ থন্নী ···।

"মপা নৈজরম্নবদি কয়া হয়াওজগবা !
মানা কোয়লাঙ লাঙজহুনা…কোয়শীন-শীনজগদবা ;
ঐহাকনু লুহুংগী শম্বাম্দোং চাউনা পুন্দুনা…
শমজীরৈখেৎহুনা
ময়েক নাহবী-মপান্ লোনবী শেৎহুনা
অপাবা নমথাং থুন্নক ইন্দুনা………
ঈচা ঈবুংঙো জাত্রাগী মতুংসে …..
নোক্না খেনা ইপানৈতবগুম ঈল্লমগদবনিকো !"

লুপ্রা ওইবগী পাঙ্গল্ খোকচবা ঙমজদবা ! মচানা—"ঈমা ! ঙসিদি নচা মায়পাকচরক্কেকো ?"…হৌগৎলমদাই য়াথং নিবগুম্ মচীন্না খোক্না হায়জহনা মখোঙ্ শোক্না থুরুমজরম্বা … মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লকুনা …… থঙহৌদ শাম্বনা হানখিহনা …… মচাগী কোকথকি নীংথম শমজীদা…………তোপ্ তোপ্ তাখিবা ! মখোল্ খোক্ন মচাবু "মায়পাকচরকউ' ……নংহৌত্রবা……হৌগৎপনা হানখিহনা পয়েং শানা লেপ্পদা য়াওপ্রবা……বেন্দগী খোংবা মখোন্না অরাব'-হুংঙাইতববু লাকশীনগুম্ … নীংশম্বা-খল্লম্বা-নীংঙমদবা পুম্নমক্ থক্লংদা ফুমজিন্দুনা নোক্না—নোক্না নোক্পা শানা মচাবু মায়পাক্লবা থাংজীং লাইবু— থাগোম্নমা থমজহনা য়েংজরিভে …মচা মুপা ঈবুংঙো জাত্রা শামু খোঙথাং থাংখরে….. য়েংনা য়েংনা … মশক্ উদা…থাপতোক্খরে, লাইশূমাঙ পাংখরে।

লাইশূমাঙ য়োরমদাই, ঈবুংঙোদো, ঈবেম্মখোয়গী নৈরক মপাদা কল্লপ-কল্লপ্ য়েংনীংলুই য়াখল্ ইচোই-চোই। বেন্দগী মখোল্ তাবদা চেম্বোক্লুনা য়েংনীংদবা য়াওদে—লম্বীগী পরিংদা চেংম্বোক্-চেম্বোক লেপ্লহনা য়েংনরম্বনা কয়ানি। লুহোংবা থিনবদগী হেন্না খোয়জঙনা য়েংনৈ ! ঈবেম্মনু অয়েংবা—অয়েংবীশিং মরক্তা—নৈরক্ মচীন্দা

য়াওরয়বনি। মহাকম্ ঈবুংঙোদো খোইরম্ পানাগী কুমশিংগী জাত্রানি হায়বা অয়ুক্তগী তারবনি। হেক তাবদগী ঈরু-মায়থজক্তুনা, কিশেং-শেত্তুনা শুমাঙ ময়ায়দা চরোংচুম্না শাৎলবা......ঈবুংঙোনা চেক্লাকাই উকোন্দগী পুরক্তুনা খুদোন্ ওইনা পীরম্বদগী মশুমাঙদা থাক্তুনা শেম্নজরকপা ... মতাং য়োরক্লমাগ্নে থম্না ...... অশাৎপমথৈ খন্দুনা থাংজীং লাইমাঙদা কৎলুরবনি। থাপ্না তাবা বেন্দগী মখোন্দা চেম্মোরক্তুনা লাপ্না-থাপ্না পরেং লাক্লিবত্থ মপা য়োরকপা ঙাইতুনা লেপ্লম্বনি। ঈবেম্মগী পুক্নিংদা খল্লী, 'ঈবুংঙোবু মুক্না থাহন্নীংলী!' ঈবুংঙোনা খোইরম পানা ওইরবম্, ঈবেম্মনা খুঙ্গা মায়কৈদা লৈরবম্...নক্করুবা; হুংশিরুবনা হেন্না মীচঙ-চঙনীংলি। লুহোংখোঙ্থাংদা থাংতুনা তপ্না লাক্লবম্ ... খঙহৌদে মপা য়োশিল্লকই ...... ঈবুংঙোনা ঈবেম্মগী মীৎকা মপাচানা তাঞ্জাচানা মীৎচাম্নরুই! ঈবুংঙো খঙহুং হুংঙাইবা কাওজে..... নীংদোন তিং-তিং চোংই—মঙ্দা থাংবা খোঙথাংগুম মমি- শাম্না-শাম্না মখোঙ্ থাংঙি; খঙ্দবমথৈ থাংলি।

লাইশুমাঙ য়োরবদা —খোইরম্ পানাগী মুক্লালোই লমজেললোই পরেং মরি মরি লাইগী লাইবুংদা পরেং শানা মমায় মথা ওম্না লেপ্লগা .....নোংপোক্ পাংনা চঙশীন্দুনা অশানবদা থাংজীং খুরুম্মী ... ...মথং মথং মায়কৈ অহুম্মক্তা ফম্নাইবা ফম্নাইবী-মীয়াম খুরুম্নকই। ময়াম্ মুরাম মুরাম ঙাওনরকই—

"অহনী-অদানী-ঈবুংঙোনী,
খোইরম্ পানাগীনি,
অনৌবা জাত্রানি—
হাক্লুম্ জাত্রা থাখিবা ঈবোনহাগা শাম্নগদবনি"

লাইহুংদগী মাইবা মাইবী খোক্লতুনা তাইরেন মচুম্ চাইরৈ, থাংজীং লাইদা কৎলম্বা-লাওলম্বা লৈ, লৈপরেংশিং পুখোক্লতুনা

পীরে ছুক্লে—মুক্লালোইশিংদা লমজেল্লোইশিংদা। ঈবুংঙো কয়াদি খোয়দাক্লে—লৈশক্-লৈচ্ খঙনা মঙোম্দা থুংলরিবা—ঈরেম্মা-খোয়দজা শাংলমগদবা লৈত্নমক্। কয়াদি নুংঙাইয়ে। থাংজীং লাইমাঙদম্ কংলম্লবা, অত্থগা মহাক্না অমুক থাংজীং লাইদগী খুদোল ওইনা অমুকদু হঞ্জীন্না কংলবা··· 'থাংজীং লাইনা মপাঙ্গল্ হাপ্পী-মবোই থঞ্জে, পেঙ্গে।'

হেক খোকখিবগা, খুঙ্গা পানাগী মুক্লালোই-লমজেললোই-পরেং থুংলৈ, খুরুমলমলগা লাইবুংদগী খোকখি। অহানবদা লমজেন্ খাবা চংনখ্রে, কম্নাইবশিংনা শগোল্ তোংদুনা লমজেল্লোইশিং প্পুদুনা ফুবালা তন্নখরে··· ...লমজেললোইশিংনা মখোঙ্না।

থাংজীং লাইবুং মীনা করক্-করক্ ঈল্লনা নিল্লকই! লাইশূমাঙগী মথাদা—কম্নাইবশিং পরেং অশাংবা ইনা কূপ্পা অনেম্বা শঙ্শাংদা অকোক্ মথং কম্নী, অরাংদনা—কম্নাইবী পরেং, নোংচুপ্তুনা মীয়াম; নোংপোক্তুনা মমায় নোংচুপ্ ওম্না লৈরিবা লাইশঙ্গী নাক-য়েং-ওয়দা মাইবা মাইবী পরেং। চঙফম খাক্লীবদি—অরাংগা নোংচুপকা পরেং অনীগী তাইনবম্নী। লাইশঙ ময়াগী য়েং-ওয়দা অহাঙবা খয়া— লৈবা অত্থদা লাইখুরুম্বা চঙফম-খোক্লকফম্ মচা অমমমুগা অত্থনা লোইরে। খুঙ্গা-খোইবমগী অঙাং মুপী, পাখং লৈশাবী, মৌনহা —অহল্ কম্নাইবা--কম্নাইবী হন্থ-হম্নাগুন। তিনখংনরকই ·· ··· মীনা ফিঙৌ-কৌবগুম্ মকোক্তুনা পূম্নোম্ নোম্নরক্ই। লমজেনগী থুংফম লৈশা মুংকম্ অত্থগী অকোয়বদা পূমকোয়-কোয়না—লাইবুং ময়োন্ খরতমক্ খাক্লগা—লাইশূমাঙ অত্থ পূমুখন্ থম্না কম্নরক্লে; অতোওবদা কখা কম্নাইবা কম্নাইবীশিং উনবা মমাঙদা কনা অমত্তা লেপ্পদে, চঙলক্ -চঙলক্তুনা কয়খিবনা অহাঙবা য়াওশীল্লক্তরে। অরাং-নোংচুপ্ কারকী চঙ্কম্ অত্থ থৌরানা খাদুনা লমজেন, লাকফম্ খোঙল্মু্ কাংলী।

ফম্নাইবা ফম্নাইবীশিংদা পোং লাল্লরি—লুকমায়-লুকমায় থন্না—ঘূবীঃ খান-নবা খূদৈ-ফৈজোম্, কা-হৈ-লৈ খঙনা চান্নবা মন্নিমত্তা ঙাক্লা—অচাউরম ভান্নবগী, থূংকন্ পাঙ্গনূবগী মশক্ 'তাক্লবগুম থাংজৌং লাইমাঙ্‌দা হৈন্নক্ লৈন্নক্ কংলবা, থেল্লবা লাঙ্‌লবা লেপত্রী। লাইশূমাঙগী অকোয়বদা—হৌরীবা কেলী পাম্বীশিং—অঙাং পাথংশিং মথং—মথং কাথংনখিহ্না অশাংবা উনামরক্তা অশাংপা অঙৌবা লৈগী চয়োংগুম্ পূময়োম্ য়োম্নথরে। লাইশঙগী মথাথংবা নাকল্দা হৌরীব—মশা উয়রবা তোমাল্ পাম্বী অহুমদি অহন্ — অঙাং খাক্লনা কাথংনখিহ্না য়াম্ববনে — অশংবা মনাবু অমত্তা উখিদরে মীভনা পূময়োম্ য়োমখিহ্না কোক্কী কোকঙাক্তা পুন্মূ মুখরে। হুমীৎ অসিমা নত্তনা মোইরাংদা অম্মুক য়াম্না মী তিনবা কূম্মৈ অমত্তা লৈতে। হুমীৎ অসিদা জগোয় ঈশৈ থৌরমন্নু পরেং লেংহ্না শরক হাঙদবথৈ গাম্মী। লমজেন্ থুংঙবা ঙাইরিঙৈ ঙাইহাক অহুদা নংহৌরোইদবমথৈ শীল্লী লাঙলিবশিংগীকাও কূম্মৈনি।

মূক্লালোই—লমজেনলোইশিং হেক্ খুরুম্ন-ম্নগা থোকখিবগা—লাইব্‌শিদা—মোইরাংগীজাতিনা য়ংলাউনা কাওগংলকপগী তাঞ্জাগা ওইবনা—লোইকুম লোইকাবা মতেক অমা-শগোল ফাওবা থৌজীন্দুনা লাইবুংদা উংলকই ; হেক লোইখিবগা …… থাঙগী জগোয়, তাগী খোশাবা, ‥ … থোকলীলাগী পুক্লিতিংবী, হুপীমচা হুপামচাগী খম্বা-খোইবী জগোয়, কবুই জগোয়, … … ফম্নাইবী ফম্নাইবশিংগী লৈমা নিংথৌ জগোয় …… মন্নি মন্নি লোইবা নাইরোইদবগুম্—কয়াদি হুংঙাইনরি …… "ঙসিসিনা ইহেন হেল্লী" হায়নৈ হুংতিগী লাকপা কাঙবুশিংনা। উথক্তা কারীবা কাঙবু-অঙাংশিং— থাংজৌং লাইবুংদগী লাইথুরেম্বী মপাদা লমজেন্ লাকপা উগদবনা মমীৎতু লাইথুরেম্বী মপাদদা থম্নৈ। ঙাইহাক লৈতে …… লাকই-লাক্কে খুঙদে—অমনা "লমজেন্ লাকএঃ" লাউবদা ময়াম্ রা-রা— "লমজেন লাকএ--লাকএ"

কোয়লাঙ - রেক্ কাখংবশিবদগীদি-লাঙলিবা; জগোয় শাবগী হোই লাইরবা—অয়েক-অশোন খিদে-কয়েয়না পঙলাউদা লাউনৈ-খোমচোপ, ঙাক্তা—লাইহরাওবনিনা কনা অমত্তা শাউনদে—ইরাঙ-ইপোমছুদা লোইনা তাউনৈ, ময়া কানহুনা তানৈ। কুম্ থুদিংগীদি—মুক্তা লমজেন্ ছুকীংশিং নোংতাগনুবনি, অহুম্ ঙাইহাক্কীদনি—'নোংখাবনা খামব্রে' হায়নৈ। কুমশিংসিদি নোংকাই অমত্তম্ পাইবা উদনা পূমশেং শেংনা হুংখা য়ক্ লাউনা শাক্নি—ওয়াংকাওবদি চুপদবা মমি থয়া তম্নবনি—"নোংখায়নবগী নোং খাম্বনা থৈখ্রে নোংপূম্বা" হায়নৈ। হুংশানা য়ক লাউনা শাহুনা হুমাং জি--জি শোনরবম্ অমত্তা য়ানদে,-লমজেন্ ঙাইনরি ; জগোয় য়েংনরি, মুক্তা শাম্নবা মতমদদি হুংশা নেম্নি—ঙাইনরি।

"লমজেন লাক্লে—লাকএঃ—লাকএ" কন্না লেপ্তুবমথৈ হন্দক্তি লাউনরকই—থাঙ্গেশেংনা অশেংবা ওইরবনিনা মকোক লীখং লীখং য়েংনরক—তোমাল্ মথক্কী অঙাংশিং--ঈন্নবদা নপ্পবা পায়রিবা থূৎপাক নাম্বোক্কহুনা তানরকপা--মখোঙ তেক্পন্ন য়াওনরকই— মহুমন্ন কুমৈনি —কুমৈগী মথক্তা কুমৈ অমা ... ... ঈবুংঙোন্ন অঙাং ওইরিঙৈদা তোমাল মথক্ অসি কুমৈ য়েংফম্নী, হোইলাংজেং লাউফম্নী। কুইহোদে -শগোল থোবা নীংথম্ শমজী শেংনা লমজেন থারকবা লৈকায়লাকপা অনীনা মাঙথানা লমজেন থুংলৈ, লমজেন জাত্রা লৈশা থেক্তুনা উপ্পা হীপথহুনা থাংজীং খুরুম্মী ....., মথং-মথং থুংলৈ মরী-মঙা—য়াম্বনবা য়াওনৈ; ঈশিং চাইহুনা লায়কলৈ। পুম্নীল নীল্লী—'হাকুম্ খোইথিবা হেমাম য়াইমনা কুমশিন্ন থোইরে ?·· লমজেন য়াঙবগী মশূনি' হায়নৈ। চঙ্শিন্ চঙ্শিন্ পৈশা থানবা য়াওই। ফম্মাইবা ফম্মাইবীদগী মনা মথং-মথং লোনহুনা — থরা চীকথরকপদা মুক্তারোই পানা অনীগী তুংখা মাঙথা মরি-মরি লাইশূমাঙ চঙশিন্নরকই—খেন্দ অমমমনা য়াঙ থার-থারহুনা।

থাংজীংগী মায়য়োক্লা নোংচুপ্ ওনবা লাইশূমাঙ অহুগী ময়ায়দা—অরাংথংবদনা—খোইরম, পানা—মমায় মখা ওয়া ঈবুংঙো জাত্রানা লাইমনাক্তা নোংপোক ইথংথংনা, খুন্দা পারানা মথারোমদা মমায় ওন্দুনা — ঈবোনহা জাত্রানা লাইমনাক্তা নোংপোক্থংনা কমহৌনা ঈবুংঙোগা মপাচাননা। জাত্রা অনাগী মকোক্তা জাত্রা পোপোম্ম মপাচাননা লেপ্লী। জাত্রাগা জাত্রাগা মায়য়োক্লবনা — মথংঙা—মথংগম্ম, লাঙজৈগা-লাঙজৈগম্ম, লাঙজৈ মথংগা-লাঙজৈ মথংঙা······ অম্মুম্মা মমৈগা মমৈগা লাম্বা-লাম্বা—চাউবা পীকপা থিনদনা—মুপ্পায়চা চাংয়েংনগনি মায়য়োক্লরি। মপা চাবা চাদবা থিনদে, য়েন্দম্মহুনা মকোক মথং পানা অমমম্গী থন্নহুনা চোংথোক্লম্ক্রবা ঙাক্লী। মোইরাং তুরেলনা খোইরম্-খূঙ্গা-নোংচুপ নোংপোক থায়বগুম্ থায়নবনা—লৈকাই-লৈকাই খুদিংগী নাকপাক্ — নাক্পাক্তী তিল্লিবা য়েংলিবা অঙাংদগী অহনফাওবা — মাগী মাগী পানাগী মুক্লারোইশিংনা হেন্না মশীং য়াম্না থাহন্নীংলী, জাত্রা থাবনা লাইনীং ওইন্নরি।

মুক্লা কোম্নহন্নবা শীল্লকই। অহানবদা, জাত্রা অনীগী পাঙন থেংনহনবগী মওংদা—থাংজীং খুরুমহল্লগা হৌগৎলল্লী············ফি পীনহুনা কোম্নহল্লি। মুক্লাগী-লী য়াওনদা:অমবু অমনা ঈনথোক ঈনশীন মুক্লহল্লি—লাইমাঙগী নোংপোকী মচীদগী— নোংচুপকী নাকল্ ফাওবা ঈম্না ঈম্না মুক্লা ফীভম্ তানা পাকৃথনা ··· লাম্বা চাবন্না য়েংঙু হায়না উৎপগুম্ লেংগা লেংগা তক্লে····· অমুক তনথায় থায়দোক্লহুনা হান্নগী ফম্ ফম ফমফমদা ফম্নহল্লি—মমীৎ মমীৎ শংত্রিক্ য়েংনহুনা জাত্রা অনী মীৎফম হোংনদবমথৈ মীৎচান্নে। মথংদা—মথংগা মথংগা কোম্নহল্লী······অশেংবা মুক্লা হৌরকই ·····থাগ্রে, তুনগ্রে·········লাঙজৈগা লাঙজৈগা অমুক কোম্নহল্লী। মথং মথং থানৈ, তুনৈ······মথৈ ফাওবা কোম্নখরে, থানখরে, তুনখরে·········য়েংকী মীংগোং

ওয়গী নীংগোং; লোংগ্রৌ, চেপচিং, ওক্লেবী অসিনচিংবা হৈন-হৈনবী লৌ শীজীন্নবা হানবা তান্নখি। অথাবনা অতুববু কোনথংনৈ, হুগংনৈ; পুন্না লাইমাঙদা চঙশীন্নহুনা লাইগী থৌগন্ মওংনি নীংজহুনা রারো পুক্লোনদা থুরুয়ে। ফন্নাইবা—ফন্নাইবীশিংগী মনাক্তা চঙহনা—অথাবা, অতুবা.........মশক্ থঙ্না থঙ্না মমাঙ্ মতুং পুহুনা মনা লৌমরুই।

জাত্রা অনীদা ওায়রে কোন্নগদবা। কোয়রিবা—কোয়না য়েংলিবা মীয়াম রা রা ইন্নরকই। য়েংনীংবা ওাক্লী। মম্নু মল্লি মল্লি মম্শীল্লকই। থাউমৈ পুথোক্লকই। কোয়রিবা পন্ অতু পীকশীল্লকই। হুপী অঙাংশিংদি থেঙজীল্লরবনিনা অয়াম্বনা হন্নথরে। জাত্রা অনীনা থাংজাং থুরুন্নরগা হেক হোৎনরকপদগী—পুমচীক চীক্লথরে—কনানা থাগদোরিবা—করম্বা লৌ শীজীন্নরক্তদোরিবা অতুত্তনি য়েংনরিবা। অতৈ কোন্নখিবা অতুগুন্না অতুম্ ফি ফজনা পীনরগা য়েংকা য়েংকা হান্না পীনবদগী ওয়গা ওয়গা পীনহুনা খুৎ কারন্-কারন্ হেক পীনবা লোইবগা থংপাক্ পাকথনখি থুকউ থোংথোঙশানা মুক্না শাবান্ চপ্ চাননা মুক্লরকই। শেংলিবা নীংথম্ শমজী অমত্তা লোথোক্লদে। শেংলিবা নীংথমগী মতোন্না মতুং মতুংগী খোঙ্ অনী কারক্তা মহুম্ তানা তারি। শম্জীগী মতোন্না কোক্থক্তা হাইরি, খাঙ্দা পুল্লিবা শম্জী পুল্লিবা থদাংচেৎ মতোন্না মনঙন্দা ওম্বরক্লি। কোনসং মপানৃগী শক্তম্ শকওং শাদা লৈশক মতৌ মান্না জাত্রা অনী কোন্নরি। জাত্রা শান্নবগী লৌ......অরেম্বা মশক নাইবা লৌঙাক্লী, মশা মশাগী পীথোক্পগুম্ হৈনরবা লৌ অতুত্তগী পোল্লোইগী য়েংহুনা শীজীন্নগদোরিবা.......... অনৌবা তম্মবা লৌ কয়া নীংশিংনবা শংবা তাঞা নত্তে......অরোইবী থাহুনা হৈজবী লৌদা থানগদোবা, হুনগদোরিবা, অমনা অমবু ঙাকথোক্লবা হোৎনরিবা — লেংতক্লহুনা

ঈন্নরিবা, লেংলোবা হানবা-ওঙ্বা তান্নরিবা। কোনবু-কোন্নরবদি অমনা থাবা অমনা তুবা হায়রম্নদি শোয়রক্রবনি; অদুবু কনানা থাগদবা ঙাইনরিবা। ঈবোনহা জাত্রা—মুক্না কুপ্পি, থুই; ওয়গী নীংগোংনি—মশাগী হৈনবী,—লংবু লংগ্রবদি শোয়বা লৈত্রবা—মথক্ থংলম্বা উহৌদনা থুবা, অদুগী মথক্তা হাকুমম্ থাগ্রিবা মীমাং থোক্লরবা-থোইনা নাচুংবা পোক্ত্রি। ঈবুংঙো কুমশিংগী শান্নবশিনা অহানবনি—ল্যাইশূমাংথোকপা হন্দকৌসিনা অহানবনি—মীমাঙ থোক্তবগী তুকক্-তুকাই কিতক্ চাজবগা— মুক্না পংকুপ্ নু কুপ্তে, হৈনবী লোদি লোংগ্রৌ;—য়েৎপু য়েৎগ্রবদি শামুকাওবা লৈগে ফুকে খঙরিবা—নোংথোংত্রিকাও থাদবী অমদি মশাগী পীথোক্লকপনি; য়েৎ ওয় অনীমক্ ইহৈ হৈনৈ; য়েৎনদি থরা পামজনা য়েৎকল্লী। জাত্রা অনীমক্ মশা-মশাগী লৌ খঙনবগুম্ কোন্নগদৌরিবা লাম্না অদুগী করি লৌনা হৈনৈ—হান্ননা অমনা অমবু খঙনরবনি। অমনা অমবু পাক্ চিংশিন্নবা ওয়দে—পিরাই কম্না মথুৎ অনী তিংনা-তিংনা ঙাক্লে, মুক্লে; থদাং-থদাংনা লেংদোক্না নৱে। মদুংশা হোল্পোক-হোঙ্কিল মখোল্ ফি-ফি হৌনা মুক্নরকই। অমনা অমগী অকায়বা খোঙকম্ ঙাইনরকই ... ... তুবা য়াদবগুম্ চেকশিন্নরি... ... তাঙ্গা চাবা—লংকম য়েৎকম ঙাইনরি .. ... হুমাং তানা মুক্নরি। অনীমক্ মুক্না থুনবা ঙাক্নী; কোন্নবগা—থানবনা হান্নবা ঙাক্তনি; অদুবু মান্নবা অনী থেংনরবদা-অপাইবী লৌঙাক্তা ওইবনা "মান্না হানখিত্রা—ঐনা কোলহৌত্রা? ঐনা হান্দবা য়াদে, মানা কোল-হৌসনু" নীংবা-নীংবা চপ্-চপ্ য়াম্নৈ, খনুবা মান্নৈ, খোঙথাং চেকশিন্নৈ, অকায়বা ঙাইনবা তোক্লদে; মুক্না নঙথনথরে;—শাংথনা ঈন্নরি! য়েংনা-য়েংনা-মীৎ কুপ্পদবগুম্ চেক মোক লাউদনা ময়াম্ য়েংনরি;... ... খঙহৌদে! ঈবোনহানা ওয়গী নীংগোং লংনবা ঈবুংঙোগী লেংদোন্ ওয়থংবম্ ... ... য়াওনা তুপ্ কৎলক্লগা থংচিং

চিংখংলী… ওয়থংবা মথুং অত্থু শং কোমখি…… …মথুং ওয়না ঈবুংঙোগী মাগ্মৈ লামছুনা ওয়ওয়ননা ঈবুংঙো লংগে থম্না … … তাঞ্জা চানা ঈবুংঙো মনুংখা থংখিং খিংছুনা খংপাক পাকথ, ওয়গী লেং থক্ লৌরগা—ঈবোনহাগী মখোঙ য়েত্তা ওয়গী লোংখ্রৌ—য়েংকদনগুম্ মাল্লম্মী……ঈবোনহাগী ওয়গী নীংখোং লংনবা মখোঙ য়েংনা থাংদোক্‌খিবা,… ওয়গী খোঙনা ঈবুংঙোগী করাং য়োরক্কা খিংজিন্নরক্পা … … … … ঈবুংঙোগী মখোঙ্ য়েংতো কয়া থুগ্রে ! থাংজিল্লক্লীবা ঈবোনহাগী ওয়গী মখোঙ্ অত্থু ঈবুংঙোগী মখোঙনা খং-খংত্তোকুনা—মাগীনা মহুং চলহো—ঈবোনহাগী করাঙ য়োগ্রে … … য়েংথংবা খোঙদোন্ খোঙ্চেপ্পা ঈবোনহাগী থুজেংদা য়েংগ্রে—ঈবুংঙোগী য়েংকী লোংখ্রৌ চঙগ্রে—ফুকদবদা ভায়গ্রে ! অপাইবী লৌনি, য়েংখি হায়বদা খঙহৌই, কদোমদগী মথুং শত্তুনা লৈখিবনো খঙহৌদে,… .. উহৌদে, … … থা য়াওনা ফুক্কংলকই-লৈখংলকই ! … … অত্থুবু, ঈবোনহা হৈতশিংদবদি নত্তে, খংনপ্ মশুনা থা লৈখংলকই … ঈবুংঙোগী য়েংথংবা লেংদোম্না মথবাক্তা য়মগদবা মাল্লম্মী .. অত্থুবু … লেংদোন অনী তাথমিন্নরক্পদা মায়না লৈমায় য়োনা তুথমিন্নরকই-কাঙবু অমনা ‘ঈবোনহানা থারে !” কাঙবু অমনা “ফৈহুনি ।” কাঙবু অমনা—“ঈবুংঙোগী লো থাদে, লোংখ্রৌ-য়েংপা ঈবুংঙোনা থাই !” ময়াম্ রা রা কায়নরকই ! শীল্লী লাঙলীবা রায়েন্—জাত্রাশিং নাক্পাক্ নাক্পাক্ নাইনা থম্নরকই, নৈনরকই, কাইনথংদা—লৌথাদবা ঈবুংঙোনা থারে লেপ্পরকই, থায়না চংনরকপগী অচুম্বম্বুনি। পুম্মম্ মমগ্রে —মী তাক্লরক্রে, অমম্বা অত্থুদা—অথাবা জাত্রা শক্লবা ঈবুংঙোনা মনা-মথুম্ … কম্নাইবশীং-কম্নাইবশিংগী পরেংদা চঙ-চঙহুনা মনা লৌরী, —পোৎয়োম্ চাউনা—হরাও-হরাও ময়াম্না কোয়শীন-রা-রা ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লী।

ময়ুমদা লৈহোৌবী মমা-ফম্বা চঙলা ... .. অমুক্ হোৌগং অমুক্ চং লৈরক থঙলা—মচাগী মুরাগী পাউ ঙাইজরম্মী। রা-রা কারনরকপা মীয়ামশিং হয়রকই। অমনা 'নচা তুরে' হায়রম্মী, অমনা 'কৈহুনী' হায়রম্মী, অমনা অমুক্—'নচানা শারে' হায়বনু হায়রম্মী — অশেংবা পাউ থঙ্‌ব্রিঙৈদা—পঙরাদা রাজৈ; — চেনখোক্লরুনা লৈরক মচান থোরকই। মচানা পোৎয়োম্ চাউনা মনা কংলক্, নোক্না-খেনা ময়াম্ রা—রা হল্লকপগী শক্তম্ উরবদা—কয়াদি নুংঙাইজরে। করিগুম্বা তুরে হায়বনা অশেংবা ওইরম্লবদি ··· ··· মচাত ইকায়হনা ময়ূমকাও হল্লরক্লরোইদা থল্লম্বনি; চাবা থকপকাও চঙলরোই রাজরম্লবনি। অরাবা পূম্বা পূমকাউ কাউথরে, নুংঙাইবনা মথুম মরাও হোৌখ্রে!

"ঐগী ঈচাসি পীক্লীবোইদা থল্লী —
অঙাংতা ওইরিবোই নীংলী —
মপাঙ্গল চাউখ্রিবোইতা রারুই—চিংনরুই।
ঙসিদি—মাগী লেঙ্গাগী ··· ··· পাখং
খাইদগী অকনবা নুপা অমা ওইরবা ··· ···
অকনবা পাখংসিগী মমানা ঐ ··· ···"

অম্বুম্না হরাওজবগা — নুংঙাইজবগা, অরাবা নীংঙমদবগা—চয়েং চয়েংননা থল্লম্বদগী, ... ··· মচাগী পাখং ফারকপগী তাঞ্জাসি লাক্লবদা – লুহোংখোঙদোংবগী রাথম্না অনোবা হাপ্লকপা মথেনগুম্ কারল ফূরক্লি।

'ঐখোয়নীগীনি হায়বা ঈয়ুম—ইংখোল্ অমত্তম্ লৈতে।
মরি মতানি হায়বসিং লোইনা কাউনখরে,
অমত্তনা হয়া য়েংবীদরে —
তৌশিন্নবা মোইখেয়া ঙাইহাক্লীদা।
ঈমা-ঈচাগী ঙম্‌দবা পাঙ্‌দবা তারবা
লোইনমক্ মশক্ লোৎপগুম্ কেকু লোংখিনি।

লাঙথোক্লবা শুংলঙ্ মন্তিক্লছনা
কোঙকা কোঙলুবন্মু হৈত্রবা
কোঙলুরগে হায়বকাও খল্লবা, খল্লূত্রবনি।
য়ৌজিকপু ঈমৌ থেম্মুনবগী ঈচাক্-ঈয়ন
অমন্তমু চেন্দ্রবা! খঙ্না খঙ্না কনাদা হায়জক্লনি?
কনানবু য়াবীরকনি? কনানবু থেম্লাও হায়রকনি?
ঈচাবু ময়া শুইনীংঙি, অপাম্বা লৈরম্‌গনি ভাইখিসিরা?
ঈচানা পাখং ফারগা শাফরকখিনি,
সুংঙাইরকখিনি খনখীবা অহুত্তা ঙায়রে।
অরাবগী মথক্তা অরাবা হাপ্লরে।
ঈচাদা তাইনকম্, অতৈদম্মু য়ারৌকম্
করি অমুক লৈরি? কনাদা তাইনক্লনি?
ঐগী মপোক্লা, ঈচাগী মরাইবক্লা—
অম্মুম্ থোকউ, অম্মুম থেংনৌ তম্লম্বননি ... ...
অসিবু করি য়ারৌকম্ লৈরি ... ...?"

ঈবুংঙোগী মমা খনবদি খল্লী। তাবদি কুইরবনি ... ঈবুংঙোনা ঈবেম্মবু পাম্মী, খয়া খরম্মু কোয়নৈ হায়বগ। ঈবেম্মগী মমা মপাদা চঙজক্লদনা লুহোং-খোঙদোংসি হায়ক্লগদবা অহুনা হেন্না লুরে। মশাগী কীতম্ মশানা খঙজবা মমানি। তাপ্ — হেক্ হায়রুগদবা, হৌদোক্লগদবা—হংগোইরকই। নোংমতা নত্তনা, অয়ুক কয়ারক্ 'চংলুরগেদা, হায়ক্লরগেদা, থেম্মুরগেদা ... ...' খল্লা মথোঙ্ থাংলুবা চুমীৎ কয়া য়াওক্লরবনি। য়োঙমদহুনা নত্রগা চঙ্‌ঙমদহুনা লমখাঙদগীদা কয়ারক্ হল্লক্লবনি। হায়ঙমদা — হায়ঙমদা হৌজীনখি। পাঙল্ খোকপা য়াদবা তানকম্ লাংফম্ হায়বহু মসিমক্লা ওইরে। মথম্ভা প্রোক-প্রোক চাকচহুনা ভৌজবতা ওায়রে।

ঈকায়-ঈকি পুন্নমক থাদোক্লুনা, নোংমা অয়ুক, ঈবেম্মখোয়গী কোম্মোঙদি লানশীল্লুরে। ঈবেম্মবু মচা ঈবুংঙোগী থেমৃগনি চঙলুরে। লাকথোক্লুনা লাকপা উবদা—ঈবেম্মা রাথন্ হুংঙাইরুবা অমা কাওই, মমা-মপা অনীমকৃশুনি। ঈবেম্মগী মমানা মাঙোলদগী তরাম—তরাম্—ঈবুংঙোগী মমাবু ইমুংদা কৌশিল্লী। অথঙ্বা থরা লৈবনা ঈবেম্মগী মপাদু—'লাক্লিবরা?' হায়নদা কৌরম্নগা হুপাৱা [illegible] খন্দুনা অতুম্ থোকখি। মমা অনীদা চীকৃথনহৌই। ঈবেম্মগী মমাবু ময়াম্না—মচা হুপী, ঈবেম্মনা খোইরী অহন্নীনা "ঈবেম্মা মমা" কৌনৈ। ঈবুংঙোগী মমাদা "ঈবুংঙো মমা" হায়না মিঙ্গৌনবা অতুগুম্ অমহা ওইনা। অতুবু থাবু-নাউবু থরা থেন্নবনা ঈবুংঙোগী মমাদা ঈবেম্মগী মমানা 'ঈচে'; হায়না মিঙ্গৌই অমনমু; "ঈবেম্মা মমা" হায়বদগী হেন্নদে।

"ঈচে করি থবক্তি?"

"ঈবেম্মমমা! অম্নুম' চৎখোরকপনি; কোয়রকপনি!"

"ইমুংদতুম ফমসি, চঙলকও!" অহানবা কৌশিনবদনি,

"ঈবেম্মা! তারবরা?

ননেগী হিদাক ঙান্থক অমা হাল্লম্মুদনা?

ঈচে হংগোইগদরা ······ হিদাকফুসিবু?"

"কবি হংগোইরুগদগেনে ঈনাওসিদি!" ।

"হিদাকফুহুসু মহি শিন্দোক্লম্মূ ··· ···

কাংখসিদা হিদাক্ চফু লৈবনি ··· ···

টিক্কিসু মথক্তা য়াওবনি ··· ···

অহুহুম হাম্না পুথোক্লম্মূ ··· ···

ঈমা টিকি থাবীরমগে ··· ···"

মথং-মথং মরি-মরি ঈবেম্মগী মমানা শমৃথরকই। ঈবেম্মা লোইনা কোয়থুং থুংঙি-ঙাইহাক্লুদা। তহা-তহা হিদাক্ হাম্নবা

টিকিবু লোথোকপনে, ফুয়াকি য়াখৈদা থাজৌয়বনে, হিদাকফু মহিবু শিন্দোক্লবনে, ঙাম্বকপু থিন্দোকপনে, মৈয়বু হাপ্লনে, হিদাক চফুদগী হিদাক অমুবা কোংতুনা ঙাম্বকা তাপীলগা হাপ্পনে, তংখায় হেম্না চাক্লবা টিকি অহুবু মথুংনা হাইবনে ··· মীংকুপ হৌদবোই, হিদাকফু মত্তোম্দা হাল্লবা হিদাক ঙাম্বক্ অহু হাপ্তুনা মমাগী মনাক্তা [illegible]কই; মমাদা পীগে হায়না—

"ঈমা সে······"

"ননেদা পীবা হৌনৈনে হাম্না ··· ···

অপঙ্ বীসিদি !"

মমাগী য়াহৈ তাবদা—ইকায়রপ্ মরু লুকথ—ঈবুংঙোগী মমাদা লানশিল্লমলগা মপান্ থোকখি। ঈবেম্মদো—মমাগা—ঈবুংঙো মমাগা করি য়া ঙাঙনগদৌরিবনো, হায়বহ্ তান্নীংহুনা, মনীং থোঙ্দগী লৈশীল্লক্তুনা চাক্থুম্ ময়াগী ফক্তোপ ময়াদা হুমিন্না নপ্তুনা-লৈশীন্দুনা তাররী। মমা অমমম্ ওইনররী অনী—করিগু কোইনদে। কৈথেল্গী অহোঙ-অতাঙ্গী য়ায়ীনা মহানবগী য়ায়ী মপুংনি। য়ায়ী য়াক্তোয় শূনা শাম্নরি। ঈবেম্মনা হিদাক-হাল্লিঙৈদা -মনাক্ নক্ল অমুত্তম মুম্না য়েংজল্লক্তিবা, উক্তয়ক্তিরগী হৌরবী— মমৌ ওইগনিশু থম্নগা লাকপনা মমীং কুপ্তুম্নথৈ য়েংজররা, য়ায়ী শাম্ন-শাম্ননা—ঈবুংঙোপী মমানা থল্লুরি—

"মানা তৌথোক্লকপশিং—হুপ্লকুতা হেক পক্লচৈনা ··· ···
পঙ্মোনম্-মোম্না উদে ··· ··· পঙ্হান্ন হারে ··· ···
মশক্না-মশক ইঙলিবা··· ··· মথোন্না [illegible] ··· ···
মমাদা মমামক্ হেক মাল্লীদা ··· ···
ঈমৌ ওইনরু কুংজররদি ··· ··· য়োইরে—য়োইরে ···
ঐ [illegible] পেল্লরি ··· চারে-কৈরে [illegible] !"

খনবন্না মপুক্রিংয়নি, ঙাওনল্লিবনা··· চৌনরাল পোক্লদনি। ঙাওনল্লি। খঙ্নরবা, ঙাওনরগনি, হৌদোক্লগনি নীংনরিবা ষাবী চাখনরকই।

"ঈবেম্মা মমা! সুম তৌব ··· ···
নচাদো খঙলীনি ··· রায়োবদি মাদে
মতাংসু চারম্মোয় ··· ···
ঐনা'সুম পামজহনা পঙ্পন্ পন্নবা হায়রম্লনি ··· ···"
"কুরি খুঙ্দনি—খঙজি ··· ···
'খোয়রগী সা়য়দদা হঙ্গৎ-হন্দা চুৎপনি ··· ···"
"ইহে! ইহে! অঙাওবত্তবু ··· ···"
"কুমসি জাত্রা ওইখিবত্তু নরনে ঈচে?
অহানবদা ঈচেনা পোকপনি হায়বুত্তুদা—
খাবু খাক্লরম্লদবনি ··· ··· অহুক চাট্রম্মনি—
কল্লম্মনি হায়বা ··· ···"
"চুমগী ক্লোপ্চাট্টনিদা—
পঙ্গ্রবনি, লৈতবনা লাইরিকনু তম্হৌদবন্নরা
খরগা সুনা তৌশিন্নুরে—অহুনা শোয়প্রবনি ··· ···"

রারী মথাদি-কনা-শাংনা চথনরবনি, অহুবু—হায়নীংলিবা রাকুম হৌদোক্লগে খন্না-খন্না ঈবুংঙোগী মমা হৌদোকপা ঙমদরি। মুপী রারীনি, তুপথোক্লগদবা—খঙ্না-খঙ্না কাউবগুম ন্যাকোইনরি। হিদাক্ক ঙাম্বক্ অহুম্ ওল্লবকাও মন্নাওইবা রাকম্ পন্নদরি। হায়নীংবত্তু দোং হেক হায়দোক্লরবসু ইকায়বানংঙুনা হনগদরা খন্দুনা—রাকমুত্তু ক্লাওথোকপা ঙমদরে। করক্কী রারীদা-অমুক নোক্লা, অমুক-চীকখনা, য়ারেম্ রারীনা মপুং ওইন্না শাম্নরগা হন্নকপদা তারে। 'নোংমা অমুক কোয়থোক্লকে' হায়বা নত্তনা—হৌদোক্লম্বা ঙমদা ঈবুংঙোগী মমা হন্নকপদা তারে। ঈবেম্মগী মমাদি—হায়রমত্রবসু লৈহিনা খঙ্লবনি; হায়রমদনা,—হৌদোক্লমদনা হনখিবা অহুনা

হেয়া অমরোমদা—হুংঙাইজে, পেজ্রে। মথন্নতা খলহৌই—

“হায়গে-লাক্লম্বহুদি হাযবা ঙমদা হনগ্রেদো ··· ··· ।
ওম্বোক্লা পাঙজগ্রবী হায়বহুনি ... ... !
মহাক্লা হৌদোকদবহু হৌদোক্লজ্রবদা—
ঐনা ঈচা হুপীসে মচাহুদা পীনীংঙি
কয়া হায়া হৌদোক্লুদৌরিবা ··· ··· ?”

ঈবেম্মপী মপা হন্নকপদা—রাকমহু তান্নজে; “নচাসে ঈবুংঙোদহুম্ থাজগ্রসি ? মমাহু রাকমহু হৌদোক্পা ঙমদনা হনগ্রেনে ।” হংজে; মপানা হায়দপী ঈবুংঙোবু মশক্ খঙ্লবন—হেয়হুম পাম্নমলবনি। থরায়না তাজনা—মচাগুম্ য়োক্লীংবা—‘শেম্বা থোকদবা অঙাং ওইনিসে’ খম্না ময়া হুপা ওইনীংলুবা কুইরবনি। মতাং রাংলিমাল্লে, মহুং মতম্ চাজি খন্দোক্লুবগী অহুক্ খঙ্শিন্নদবা শারম্বনি। অহুক্তৈ লৈপাম্বী পুরকইঙদগী থর-থরম্ব কোয়নমাল্লে হায়বম্ব খল্লবনি। অহুপীম্ব মথক্তা থেম্নবা হায়রবা, চৎনবী অমগা লৈবনা, হুপী-মপা ওইবগী হৌনবা খঙ্জীন্নদা—ঈবেম্মামমাগী য়াকা ঙাইক্লবনি।

খনবগা-থোক্পা, নীংবগা—থুংবা হায়বসি ইওই ওইগন্দে। মীনা নীংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা ··· ··· হেক্ হেক্ তাপল্লি। থাজদা মঙখিবা মঙ্কয়া অশেংবা তাইবংদা থোক্লরবদা—‘চুমগ্রেদা মঙ্দো !’ শোম্নবা ঙাক্লি। হুংঙাইবা মঙ্ কয়া মঙলুরবম্ব ওকৃথুং-থুংলদবগুম্ থাপ্তোক্প্রবা ‘মঙ্গী রানিদা’ খন্দোক্লুনা কাউথোক্লরিবা, থুংহন্নীংবদি পোক্লরিবা। অরাবা, অশিবা, হুংঙাইতবা কয়া তাইবংদা থেংনররবদা —‘মঙ্ ওইরমহুনা কায়গ্রবদি হুংঙাইনীদা’ নীংনবা মীওইবনা তোক্লদরি। অরাবা, হুংঙাইতবা অমতম্ব তাইবংদদি লায়রহুনা মঙ্দকাওবা মঙ্নিঙনদে, পান্নদে; হুংঙাইবা ঙাক্তা মঙ্দকাও মঙনিঙ্ঙি······তাইবংদম্ব মিহৌই······লাকদবা অপান্বতবু মিতাই।

ঐনী — ঐনীকাও ভস্বা — ভম্রবা, করি খোক্লকখিগনি খঙবা ভম্নক্রিবা তাইবংসিদা—মীগীদমক্তা অমুক থনবী, রাবী, হুংঙাইতবা পোকপী, রারকপীবা ভম্বী ; লাকদবা খোক্লকদবা—[illegible] মিপাইহনবী। লোইবা নাইদে, হৌজিক্তী অমদি লাক্কপগী রেংছুনা— —খোক্থ্রবা কয়াবু খিগৎপী, কোৎথৎপী , হেন্না খৌগৎপীবগী মহুত্তা —অমম্বা—মমজক্কনা লৈজরবা কয়াবু হেন্না অমম্বদা [illegible] হৌগৎপা অমুক্ ভমদনবা য়ৈথবী। মসি পুম্বা—অঙানবা [illegible] হায়না মহৌশাগী লৈরম্বনা মীওইবনা থাজনৈ। ঙাল্লিবা সুমীৎপু শূকনা মন্নকপা নোংগী মপৈনা অয়ুক্কগী সুমীৎ তাবা কাওবা থগ্রিন্দুনা উখিদবা য়াওখিবনা—হরাও—হরাও মায়থোং মকা লায়া ঙাইহাক্তং অপাম্বা অমগী রাখন্দা মীওই থরনা নোক্চববুসু—কল্লকপনা 'মহু খোক্লদোরে, মহুগুম্বা মরাইবক্লি' হায়জীনবা ছুনা চিংনহনবা পীবীছুনা রেৎপী। অমম্বা অহিংদসু—থাগী মঙালনা ককচেং চৎপা উনা ঙালহল্লবদা—হেক্ খঙ্‌লকপদগী শিবকাওবদা অমম্বদা হজিল— হজিল অমম্বগী কোম্‌দা কাখৎপা ভমদা তারনি খঙ্‌না খঙ্‌না হিংজরবা মীওইদসু—হুংঙাইরকখিনি থাজবা মচেৎ অমসু পীবীরুই, অহুগা মশা-মশানসু থঞ্জে। অমম্বগী, অঙানবগী, চন্নকম্ লৈছুনসু —অমম্ববুদি অঙানবনা ফন-লোনৈ অহুবু অমম্বতদা পামজনা মথৌ মশিন্ থিবা কাঙবুদদি অঙানববু পামদে। কালেন্দা শাই হায়বগীসু ইঙহন্নীংলিবা; নিংথমথাদা ইঙই হায়বগীসু শাহন্নীংলিবা .. অপেনুবা লৈতে। হিংলিবমথৈ, অমদা নক্কগা অমদা পাম্মী হায়ছুনা কংলবসু থক্ পেম্মোকপা হৈনদে, অনৌবা অমা হেক্তা থিনৈ। খোক্থ্রবা, খোক্লীবা থেংনরিবা কয়াগা চাংভয়ছুনা লাকদবগী মসি অমা শাগৎপা, অপাম্বা অমা শাগৎপা ভম্রবগুম্ পামদবা ফত্তবা খোক্লকপা য়াবগী হায়জীনবদা—হেন্না রাহল্লী মিপাইনহল্লি, থাজদা —থাজদা—থাজদবা থক্—ভয়দে।

ঈবুংঙো—ঈবেম্মা অনীগী হায়না শীংনবগী কোংনথরে। নোংমা-নোংমা শাদুনা কোংনা পীনবগী য়ারোইপোৎ পুনবগী মতম কন্নখিরকই মমাংবা মমাংবী; লৈকাইশিংগী অহংকহা থাজানা নিনকুং নিনকুং ওঙনরকই। 'কৈ মপা চাবে' হায়নবা কোনয়না, হন্নাওনবা কয়ানি। হরাওনবা-নুংঙাইনবা য়াওবগুম—কন্নকপা নোংমিবা কয়ানুংগী—থাবৈ—থান্ন শারবতু য়াওরে। অরুবা-অমুক জোং, অনদ অমুক তারগিন ; চুংশিনবীবা, খনবীবা শান্নক্কিকনি হায়গুনা কদ্দবা ভাকপীরিবনি-তন্নীরিবনি হায়গুনা রাকায় শূরবা কয়া অমত্ত য়াওরি।

হম্না-হম্না লায়রবা—কনা লৈজদবা ঈবুংঙো মমা মচাবু পুথোক্-পুথোক্—কয়েম্নবগুম্ পাউথোকপিরি। ঈবেম্মগী মমাদা কয়া অমা হায়জীনবীরম্মী, তমশিনবীরম্মী, মিপাইহল্লম্মী! ঈবেম্মগী মমাসু কুপ্পীনীনা তান্নবা থুদিং থাইজ্র ; হায়রম্বা তন্নম্বা কয়া ঙাইহাক্তি মনাদা হাপলম্দবনী ; অহুবু—মথম্নভা ভায়রদা—মমাকোংদা ঙংবগুম্ ··· হায়রম্বা—তন্নম্বা কয়ানা—হজিম—হজিন থল্লীবদি—

"ঈবেম্মগী মমা! লুখ্রা মরি চৎপনী!
ঈবুংঙো মপাদো কয়া নহা ওইনা শিখরে!
মমা অসি লুখ্রাবীনী—নৌনা চহি নৌনা!
ঈবুংঙোগী মমাপোকপীসু লুখ্রা ওইখিবত্রনী!
মবেনখো লৈমীন্নরম্বী অত্তুসু লুখ্রানী—
মপুবোঞ্চু পোকপগা মবেনখোত্রহেক্ লৈখিদবা!
লুখ্রা মরি চৎপনী! চৎপনী!
নচাহু খন্না খল্লগা থাজো—
নৌনা লুখ্রা ওইরগা নঙ্ কুঙাইজরোই!"

কয়াদি মতো মান্না চিংনহনবীরে। ঈবেম্মগী মমাদো থাজবা

পোলকই। মনি-মনি শত্রুথরকনিনবা — লুপ্তানবী মীয়োল অমা ... ... অনী ... ... অক্রম — চিংনদবা ওমলক্তে। মমাগা লৈমিমবনা — শিরবা ঈবুংঙো-মপান্সী মরীমক্তা, মীয়োন্ — খিরকদে। ঈবুংঙোগী মপাদো চুম্নগী অনাবা লাইচং অমদা শিন্নখস্ত্র য়াই, অক্তবু-হারজীনবদা পক্লনবা কয়ানা থাজনীংঙাই, থম্নীং-ঙাই ওইবা — রাক্সী-রাখোঙ. কয়ানা — ফোংবা হায়রক্লনা তম্লক্লনা তারবদা অম্ৰম — অম্ৰম — ক্লিপাইনরকই।

অরুবা রাকম্ অমগুম্ খন্নদবা য়ারকতে। ঈবেম্মগী মপা-মমা অনীমক্ খন্নরকই। পীনরনী হায়বা য়াথোকউরবা — 'হুপামচাগী লেপগ্রবা রাকমগুম্' — ঈবেম্মগী মপানা মচীম্না থোক্না মচা থাজনী য়াথোক্লুরবা — তরাই-তরাই করম্না চিংনরিবা রাকম্ অসিগীদমক্তা — 'কায়হনসিগে' অহ্ণগা 'ফোংনা থাজররোই' — হায়গদম্ব অরুবা ওইরকই। ইমুং অনী ফোংনা তাম্নদবা য়াবক্তে। ঈবুংঙো — থোয়বোম্গী তাম্নগদবদি মমা-মচা অমীনা লোইরে। রাকম্ অসি মচাহুপা ঈবুংঙোদা তাহন্গদবম্ব অরুবা ওইরকই। ঈবুংঙোদি তাঙ্গা অসিদা ফোংনা থেম্নবগী অমদি রারোইনগদবগী রাকম্বু তাশীল্লুববা কৌবনা — হুংঙাই রাখল্ কম্না শাগৎখী, ঈবেম্মথোয়গী মপাদা অহুক্ তোয়ন' চংকল্লম্বা অহু কাওবা চংকদবা ইকায়শিল্লকহুনা — লাপ্না কাওবা ঈবেম্মগী মশক্ য়েংজবা ওমুত্রবনি। হারুনরিবা রাকম্ অসিনা নিনফুং-নিনফুং ঙাঙনরকপনা — ঈবুংঙোম্ব তাদবা য়ারক্কা তারে। কম্নাদি থম্মোয়চাক্প্রে। মমানা নিংদোন্ পোম্ হুনা রাজবরগী হেম্না — মনমক্তা খনগৎলক্ই, চিংনরক্নি। 'মহাকপু শোরুদনা মহুং মতম্ চানা শিগদবা অমা ওইনা লোবীরে' — হায়বহুমক্ খঙলক্ই। মক্তোমক্তম্ — 'শোক্সদনা শিরুগত্রা-শিরগত্র!' চিংনহন্বা — কাওরক্ই। মথক্লাম থংহুং হুংঙাইশিল্লক্তে। চাকম-থক্কম —

খঙজীল্লক্কে। 'লুহোংবগা তোকলগা তোক্লেদনা'—হায়বকাও থনগৎলী। অরুবা লাংকম্ অমদা মতাক্ থুরে। মীওইনা পোক্লবদা শিনীংবা কনা অমত্তা য়াওদবনি, শিবগী মহুৎতা হেন্না পুক্সিনীংবতনি, চহী য়াম্না হিংনীংবতনী। 'নোংমদি শোয়দনা শিরনী—'হায়বা মীপুম্ খুদিংনা খঙনরবনু 'শিরনী—শিরনী খন্না—চা-নবা ঙাক্তনি, হুংঙাইনীংবা ঙাক্তনি, তুমনবা ঙাক্কনি।' ফাঁসি শগাই কারবা—মমীৎতা মায়থুম্কি থুম্ত্নুনা লেপলবা কাওবদা ··· লেপকম্, খজিক্—চাদবগী—'খজিক্তং তুংলোম্দা চঙশিল্লু' হায়বদা 'মাই! শিনী কি!' হায়বা ঙম্না কিনরবা অশিবনি। অহুনদি—কয়া লুরবা? কয়া হৈনী'ত্ররবা? হুংঙাইরবা মঙ্ অমা মঙলুবদগী—মঙকাওনরবদা কায়থিবগুম্—লুহোংবগী—শাগৎচরুবা ঈবুংঙোগী য়াখল্ পুম্বা কায়রবগুম্না—নক্শীল্লকলবা? থনুফম্ পল্লেপ্কম্ লৈশিল্লক্কে।

ঈবুংঙোনা শুরক্লিবা চহি মতাং, কুমশি অসি—মপানা শিথিবা চহি মতাং অহুনী। চহি কুল্হুমদোই মপুং ফাহুনা কুনমরি চঙ্লক্লমদাই অহুমক্নী। মমা-মপানা খরা নৌনা য়ুম্ পাল্লম্বনা মহাক্ অমা পোক্চরম্বনী। মচাগী চহি মতাং অসিমু মমানা খঙ্না, 'লাংফম্ অসিদা লানুথোকপ্রবদি'--হায়হুনা কনা অমত্তদা হায়দোক্তনা, লাই নীংজহুনা লাকপনি। হিংলিবা থুদিংমক্কী ওইনা—মতাং চাদে খঙলুরবনু ··· মমৌ অমা পাম্জবগী মিহৌরুবা অহুনা শুমহুৎখিংহুনা—মমৌ অমা ফংনবা হায়জ—চৎচরুবনি। য়ানরুরবা, অফবা হুমীৎ লেপতুনা রারোইপোৎ পুনগদবতা ঙায়রবা,—থোরক্লিবা লাংফম্ অমগী—চিংনবা অমদি চয়েৎনবা ··· য়ানদবা অমা ওইরকপগী মওং অমা লাকলবদা—হুঙাইফম্ লৈরক্কে। তুম্কম্-চাকম্ খঙজীল্লকতে। মচাগীতা খন্দুনা—কয়াম্-মিহৌ

উৱবা, মশু অমগা অমুক্ উৱবা—হিংনীবগী অমদি শিবা ওন্থীবগী লিংজেল্ অমদি শোয়দনা লাকপা য়াই—মম্নাওম্, মবেন্‌বোকুম্, অহুবু, মমীংতা মমৌ অমা উনবগী শক্তম্ অমদি শাগৎলুরে, লাঙজরুরে, মশক্ থঙজীল্লুরে অতুতা মঙায়রি; মহুম্—হোঙ্‌দবদা নম্না লৈরবা, মশূ অমা উথিনী হায়বত্থদগীদি থাপথ্রবা,—চেন্‌কম লৌতনা—শিমীংবা নংতনা অমমূক্ পাম্‌গদবা মাস্রে! শোযদনা শিবগন্না চিংনহল্লবদা,—মাগুম্না নুপ্রা অমা ওইবগী অন্নাবা থাঙ্‌গদবা, —নংগদবা লৈরবা ..... কনাগুম্বা অমদা মহাক্ মমৌ অমা ওইবীয়ু হায়গদবগী পাঙ্গল্ লৈশিল্লকত্রে। মহাক্নত্থম্ হেম্না পাম্‌জ্রে মচা অহু শিগদবা ওইরবদি "পৃম্নমক তোৱ্রগে"—হায়নিংঙ্লে।

অচৌবা মৱাল্ অহুগী য়েংহুনা মহাক্ শিবা ঙাইনীংলে। অহুগী মথক্তা—ঈবেম্মগী মমা মপানা—"য়াবিরকত্রে, চিংনরে" হায়গদৌবা ৱাকম্ অহুদা মহাকম্থু শাউনীংবগা মহুৎতা মখোঙ্‌না থোংনা চৎত্তরকহুনা—"অশেংবা লাংফম্ লৈরবদি হোঙলগুমশি" হায়না হায়দোকনীংলক্রি।

থেম্‌জিম্‌বা, চুংশীন্নবগী য়ানবা অমা, কাযনদনবা শীনবদি লেপ্নরি। দযা-লাংফম অহৈ-অহৈবা মাইবা-মাইবী-পাঞ্জি কয়াদা হুঠি পুম্না পুম্না পুহনা য়েংবা হৌরকই, ঈরাৎ পুজা কয়া পাঙথোক্‌লকই। অম্‌মা ঙাইযু য়াদ্রবা নোংনা নোংমা-নোংমা হৌজীল্লকখি, থা অমদগী অনী…অহুম—ইঙা-ইঙেলদগী থেম্নবকপনা —লৌম্নাক্ পম্বা হৌথি ঈবুংঙোগী ফংতবা লাংফম্ অমদি— শোয়দনা লৈরে হায়বগী চপ্-চাবা অমা লৈবগুম্ মিপাইনরে। অহুনা—মপানা শিখিবা চহিগী-কাইরেল থা অসিমগা য়েংহুনা— 'ৱাকচীং হেক্ পানথৎলকপদগী লংকৈ অমা চৎলু—লৈ' হায়বা ৱানুকম্ অহু লানুথোকখিনবা—ময়ুম্ থাদোক্তুনা থা অহুম্‌গী

লংকৈ চংনবা লেপনরে। অম্নুমা—মমা কান্নবগুম্ কান্নহনবা শকুনা—"লংকৈ চংপগী খোঙচৎ অসি অম্রাং থাম্নকৈদনা কৈ" হায়বা পাঞ্জিনা তাকপা মতুংইন্না লৈম্নরে। ইমুং-মচুং অনীমক্ য়ানরে। ঈবুংঙোগী মমাম্নু ময়াম্না হায়রবদি—"মচা ঈবুংঙোনবু শিরোই দষা-লাংকৈম কোকনী—হায়রবদি—য়ারবনু-য়ানা থাঙ্ হৌবা ভারেদনা—"হায়দুনা য়ারে। "ঈবুংঙোনা লমদা থা লোইহুনা শঙ্গিবু চঙলকপদা ময়ুম্দা হল্লকপা মতুং, নুহোং—খোঙদোংবগী মতম্ অমা নৌনা লৈম্নরসি" হায়বা য়াকম্না অরেপ্পা ওইহুনা ইমুং অনী য়ানরে।

"অসিনা করবনি, অসিনা অচুম্বনি" হায়দুনা মীনা মীগী ময়াইবক লেপ্নরি। মসিম্নু থাজবনি—মতম্ থরা হিংলম্বা মীওইবগী—মপোক্না—হায়নবনা পূম্নমক্পু অফবনী, ফনবনী—ময়াইবক্ লেপ্নরি। কম্বাদি থাজনত্রে, ঈবুংঙো লংকৈ চংপদা তারহুনা—অহল্-লমম্না হায়বদম্নু মহাক কয়া হীক্তোক্কন্দবনা হায়রবমথ য়ারে, য়াকচাং থাগৎ-লাক্কদবা থাসিবু ঙাইরি। ফংতে চংহেদে হায়বা ফাইরেনগী নোংমা পানবা ফাওবা মমাগী মনাক্তা লৈমিন্নরম্লগা নীনী পান্‌বগী অয়ুক্কা-মোইরাংদগী অরাং পাংহুনা লংকৈ চংকদৌরী; ঙাইরি। কনা অমত্তনা লম্জিংবীবা শেম্নবীবা য়াওদবা—লৈজবা থরত্তনা নোংমা-নীনীগী চেংজেল ওইনা পুহুনা—মথম্নতা শূরু-নোম্ল্রগা, থাবুম্ অহম চুপ্পা মথুংথেকনা থেকনা—নোংমা হৌখবা পাহুনা লংকৈদা লৈরুগদৌরি—

"হল্লকলগা ঈবেম্মবু লুহোংলগনি"হায়বগী থাজবা য়াখল পুহুনা

লুঙাইয়াখললুদৌরি ——

মখোম্ খাইরবা ষম্নাউগুম্ ........

লৈফম্ু—চাকম্ থঙবা

ককুঙাওনরুগদৌরী ॥

ভোজনা থারুক্না নকনী।

কোয়চং চত্নুনা—য়েংবা, থাবমথৌ য়েংলু-উত্নরবনি। মীকোনগী খঙ্লকপৌগী—কজবা অহোংবা কয়া, মশক্ নাইরা, শীংথানবা থাবা কয়া—চংলুহুনা, য়েংলুহুনা—খঙ্লবনি। অদোবা লম্বীগী লয়্থাম্ কয়াদা কুইনা লেপ্লুরবনি। খা-অরাং, নোংপোক্ নোংচুপ্ মায়কৈ, শুনা য়োংবা মকুম্ কৈরবনি। লম্বীগী পরিংদা কুনা দলান, হায়নুনা কৈরম্বা,—মমুরক্লবা, অদোবা শাগৎনরক্লিবনা—চেন্না কত্নুনা—হ্লাংনা, শাবা লোইনক্লিবা চেক্ নুং মরক্তা—কোল্হিঙ্ কারবা য়োৎকি য়োৎচৈশিংনা থিংগৎনরক্লিবা—য়েংনা-য়েংনা চৎপনা —লমহাঙ্ তারুরবনি। অশাংবা—লম্বী অমনুবগুম্, অরাংদসু—থীবাদসু এরোড্রোম্ লৈরিবা অহু য়োনা-য়োনা খোঙ্না চংলুরবনি। নোংচুপকী ইশিংগী কোম্ফু, নোংপোকী নোংমাইজিং চীংদোন্—য়োকুরবনি কাহ্নরবনি।

ইম্ফালকী, লাংকম্গী লাকপা মকম্সিদা থুংলরহুনা অমুক্ হন্না য়েংলিবনি—কোয়চং অমুক্ চত্নুনা—মঙানি তয়ানি, ফিরোন্ অনীগুনা য়াওরক্লবসু অশেংপা অহুতমক্ হন্না-হন্না শেত্নুনা কোয়রি। খঙ্নখিবা মমাম্বা অমা অনী কোবতদি কৌনৈ; অমনসু—"মখোয়দা লেক্‌ইসি" হায়দে, মানসু "লেকখিগে" হায়দে। অহানবা,—"ঐখোয়গী হোটেল" গী মা চৌরবা কমুংদা তুম্বনি; অমল্ অহুগা—য়াওরিবা শেনকম্ অহুগনা নী-নী গুবা কিশিন্নকুই; চানবগীতা থনুনা—অচিকপা কৈথেল্গী পোৎকম্ পরেংদা তুম্নবা—মী য়াকুখিবা গাইবগুম্ কোয়চং চৎপনি। মীনা উখিনি হায়বগী অহানবা অহিংদি—ইকায়হনা—তত্তা হৌহ্না কোয়চং চংলী, কোয়রেং য়েংলুই।

মপূ পান্দবা—লম্বী মপানগী ইশিংগী চৌটিশিং, য়াসিবমক্তে পী হাঙ্দে; মনাক্শিদা কেবা তায়রম্বি…ইশিং খোংকাপ-খোংকপা

লৈশাবীশিং। লেম্নবা মওংগুম্ পুল্লপ্-পুল্লপনি। চৌটি-ঈশিং নত্রবদি —থক্লীংদরবা, ঈরুজনিঙত্রবা, কিশূকিজামীংত্রবা, চাক্ ঈশিং খোংনীঙত্রবনা—অচৌবা পূখ্রিশিং ফুমথরে; খোপ্চিম্নীংবগী অপাম্বনা —তোথাই তোথাই য়েম্নথরে। ঈচেল্ নাইরক্ত্রুবা তুরেলগী ঈশিংনা —খোঙ্জূম্দগী হেম্না মোংথরে। মহাকুমনা মথৌ লৈতবগুম; কোয়চং চস্তুনা পঙঙাইদা ঙাইহুনা—লকনবদা চঙখোয়্না হৈরবা— ঈবুংঙোগুম্বগী লেঙ্গা পাথংশিং মাগীমাগী তাঙ্গা য়েংনহুনা—পামজন্নী অহুনা থোরকপদা—রাহৈ অমা অনীদং ঙাঙ্হৌনবা,—চিঠি শীহৌনবা চিঠি লৌহৌনবা শেম্ শানরিবা, মথৌ মান্না চিন্বা শারুরিবা, ঈবুংঙোনা মুম্নামুম্না য়েংই; থল্লী—

“মথোয়গুম্না অসিগুম্বা তাঙ্গা ফংলম্লবা,
হায়নীংবা কয়া হায়রম্বগী তাঙ্গা ফংলম্গনি।
হায়গদবা, হায়রম্গদবা-রাহৈ পরেংশিং,
খোইনা হেম্না মথং-মথং শাগৎলম্গনি।
মাগীস্থ খুমগদবা—হংগদবা-অনৌবা লৈরম্গনি,
রাগা রাগা রাকংনরবদা—চুংশিন্নরকনি থল্লবা কয়া।
‘ঐনা অসি হায়না হায়বা— …
মানা অহু হায়না খুম্বা’ … … …”

থম্না থম্না হল্লকই। অচৌবা কৈথেল্শিদা থেল্লম্বা—অরাঙ্গা মকম্ কয়াদগী থুংলরিবা—অহোঙ্ অচাঙবগী মনা-মশিং, ইনশাং —নাপী—লুক থম্না-থম্না, বোড়া থম্না-থম্না—কোক্থোং-কোক্থোং। অমম্বা তাহৌদনবগুম্—লেম্হৌদবগুম্! মাগী-মাগী হাকৃকল্লুক —কৌমায়—চাবীগুম্ হৈশিংলবী—লুকমায়ম্বী, পোংকম্ নাইনা কবী—পুমমক হৌ-হৌ; কোক্থোং শাজিডৈ তামহুনা—থারবফাঙ ঙাইহুনবা—য়োঙনা-য়োঙনা লৌবী; তাঙ্না-তাঙ্না য়োন্থোকই,

লেপ্পোং চাউনা-চাউনা কংলোকই। অপঙ্বা—হৈজদবা কাঙবুশিং লোনা কৈথেল্ তান্নকৃপীশিংদা—মসীৎনে-মনানে, ঙাঙবনে-শকৃপনে পুন্‌শুম্ শুমী।

"চুংতিপী উই, কুইয়ে উরকপা—
অয়ুক্তপী মুমীৎ তাবকাও মথন্তুনি,
হৈ-লা মত্তে, হৈ-লৈপী পাখী মচাশিংনি
চুপীসিনা শীৎকনি য়োল্লিবা,—লঙ্গী মপান্দতা।
চুংশাদা—নোংজুদা—কুচুম্ মাগীসে মুশিল্লে।
মাপীসিবু শীৎলম্‌গত্রা—মাগীসিবু লৈবীরম্‌গত্রা?
মাগীদমক্ থল্লুই; ঈমা মাল্লী চুংশিরুই।
পুরকপশিং লোইনা শীৎলগদা হনখি ... ...
ঐনা য়েংছনা চুংঙাইরিবসিনা করিপী?"

অসুয়া খন্দুনা লেপ্লীডঙ, "পোৎ লাকপ্রে! লাকপ্রে!"নাকল্ অমরোমদগীনা "সাইকল—থাংপ্রে!"কোয়লাউ লাউছনা ময়াম্ কোয়তান্ তাময়ছনা গুছুং-গুছুং কৈথেল্ কায়গদবগুম্ তান্নরকপা—অমদি তাময়বা কংদা ছুকান্ কায়ক্ কাওছনা চেন্‌থরে; অমনা ময়াম্না কাবীছনা—অমনা অমুক্ চঙ্—ফু; অমনা অমুক চঙ্—কাও—শুম্‌দি শানা শুষীবগুম্—নেৎপীবনে—তাবীবনে। খাম্বীবা অমত্তা য়াওদে, যণ্—হুয়ানবা কাবদা লাক্লবীবগুম্।

"চাউথ্রেদা শরেংসে!
কনানা লৈছনা চায়গবা?"

সুকমায়দা লেময়ছনা লৈয়ম্বা ঙাইহাক্তনি। লৈরোইদবা কাঙবুনা মমল্ হংলগতা চৎনখি। খুম্বা তম্বা ঙায়োনবীছু—হংলিবমথৈ খুম্বদা মমল্ অমত্তা মায়না হায়দে; পংহায়দা হায়জীল্লি। মমাংঙৈগী যণ্ হাক্তম্ অমগী মমল্‌বুদি হেল্লে, অহুবু—কুইহৌদে—তাহৌদে-

য়েংনা-য়েংবা—শীংখিবনা হানখরে। রিক্সা মখক্তা তোংহ্নুনা য়াচোই ঙাঙ্‌হুনা চংখি ... ... রিক্সা খোরীবা অহুবু মীওইনা কৌবীদে —কাউখোক্‌পী ... ... শাদোংগুম্।

অম্মুরা য়েংনা-য়েংনা নোংমহু হৌখি। নোংমনা—লেপ্‌কম্ অমদা—য়েংকম্ অমদা। থানখিবা মতম্ ঙাইরিবা পাখংশিং, সিনেমা হোল্ মমাঙদা—হুমাং তানা ঈপ্পহনা লৌক্লবা টিকেট পায়রহনা —ইপা পাখংচনা—"ঙসিগী সিনু খোয়রকলে?" খন্না লেপ্পরি। সিনেমাদি হৌখিদোরে, লাক্ত্রগদি টিকেট য়োহোক্‌পন্‌সু শীংলরোই, ঙাইবগী অরেম্বা তারনি, লৈতৈলৈত পুরুহনা কক্‌চবা টিকেটশুনি—মথরায় রাজে; তাঙা চপ্‌-চানা ছুটি লৈখোক্ত্রনা হাথু হাথু রিকসা তোংহনা মশক উহন্দা লাকপীহু—হেক কুমখবগা মাগী থানখিবা পাখংহু কোয়য়েং য়েংই—মপা চানা ঙাইরম্লিবা অমহুগা মমীৎ চানৈ, নোকফেৎ নোকফেৎ নোক্লে। ঙসাইমখৈ ঈশূক্ শূক্‌থনা ঙাইরম্নগী অরাবা—মুপা অহুমদি পুমকাউ কা উখরে—হরাও-হরাও চঙ্‌মীয়ধ্রে। হেয়া শুক্‌থনা মথরায় সুংঙাইতবমখৈ লেপ্‌হৌব'সু অচুম্ য়াওরি, —শাউনা টিকেটশিং অহু মচেৎ-মচেৎ তানা শেগায়-শেগায়রগা হয়খিবসু য়াওখরে—তিল্লম্বা মীয়ম্ তাক্‌খরে। য়েংলম্লিবা ঈবুংঙো খল্লী—

"য়েংনীংনা য়েংশিল্লুবনি,
চঙমীয়প্রগদা খঙ্‌হৌবনি;
মহাক্ অহু ঙাইরম্মী হায়বা।
ঙাইবা ঙম্‌দা—শাউনা খোরকখিবা-চংখিবহু
খস্মোয়দা ঈপুম্ চঙ্‌বগুম্-ঙ্গপ্‌থররোই;
ঐঙীদি ঙাইনবা অমকাওবসু য়াওদে, হায়নরমদে;
ইরাং রাংপা অমগুম্ ঐনা হন্নকুলিবসিনা করিগী?
ঙাইবা ঙম্‌দা—শাউনা হনুখিবা অতগীদমক্—খনবীরুবনরা?"

মো অমা, চেঙ্গী লীখায়রক্ অমা মকোক্ থোংহনা,—মনমনমা পোরীবা মচা অহনা নাউহোংদা মঙক শোইহনা মকোক্ লেক্থনা—লুমবা খোঙথাং খুদিংদা হাইরিবা — মহ্ উরগা থঙনীং নীংশীংহনা থল্লী—

"ঈমানা অমুম্না কয়ারক পুরমগনি ঐবু,
কৌণ্ড লল্লোন্‌ঙৈদা, চেঙদাই চৎঙৈদা;
অঙাং অসিনা হমাং-জি জি শোৗবগুম্
ঐসু শোৗরমগনি, ঙক ভেকদ' লেক্থরমগনি—
অহ্কাওবা তুল্লমগনি ঈমাগী মনঙন্দুদা ………"

থম্না-থন্না য়েংবা ঙমদা মমায় লৈথোক্ই। মফি-ময়োন্ নাম্না—অয়েকনাইবী কনেক্ মথক্তা সারিগুম্না শেৎপোই-ইনবোই সনা মচু মাম্নবা অপাবা ফি—মভেক্না—ময়াংশক্তাভারবী, কয়াদি কেনা নিংথমগী হুংশাকাওবা মমায়হুদা য়ৈহন্নীংদা — কারগী খোঙকাওবা মশানা হাংদোক্নীংদা — ড্রাইভর অহুনা হাংদোক্নুনা হেক্ কুমথরকপদা—ইল্লক্লিবা ফি মচু অহুগা মাম্নবা ছাটিন্ মচা অহ্ থন্দোক্নুনা—মথন্নজা লেপ্‌চবকাওবা রাজবগুম্—হাঙলবা মথুৎ য়েং অহনা মচা অহ্কাওবা মথুৎনা শন্নীংদবহ্ উই।

"মচা অসিনা মমা অসিবু —
হয়েং চাউরগা হুংশিররগত্রা?
মল্লা মপান্ নোক্না চারীনি
মচা মপান কপ্না চাররনিসে … … …"

অম্মুম্না য়েংবগা—থন্‌বগা, থন্‌বগা-য়েংবগা, উবগা-য়েংনীংদবগা হুংশিবমা হুংঙাইতবগা, পুক্নীং হুংশিবগা-পামজদবগা, অপাম্বগা—অরাবগা—চয়েৎ-চয়েৎননা য়েংলক্পনি, থল্লক্পনি, কনা অমত্তগা ভাঙনা-শক্নদা।

কনা-অমগী ময়ুমদা চঙ্‌লুহুনা তাংজনিঙ্‌ঙবা রাখয়া মথয়ভগী ভইজবা, তাইবজবা, মহুতনা পেজবা, য়ায় হায়বগীসু মথয়তা থাঙ্‌জবা, হুণ্ডাইরক্‌খিনি হায়বগী থাজবা মাঙত্রিবা; মীনিন্‌—মীয়াওথোয়া নেম্‌থয়বা—অচৌকপনা অহিংদা তোংখিহুনা—অতুং অথম্‌ লৈতনা ঙংলিবা ইঙ্গিন্‌শিংগী মথোয়া অয়াঙ্‌ববু শিল্‌হৌয়বা—হৌনা-হৌনা মনাকোংদা য়ৈররবা, হাঙ্‌লবা কৈথেল, লাইরেম্বীগী মশাইগোন্দা, পাক্লবা তম্পাক্‌ুম্‌ অময়দা,—থুংলবা মথংগী অহিংদগী লেক্লকপনি। অঙনবা অযুক্‌ থুদিং, তৎনা থানদনা য়েংনীংলবা—লোয়নহুনতা লৈনীংলবা—অশংবা লমহাঙ্‌, লৌবুক্‌ চীংগোন্‌, উমং—লোইনমক্‌ থাগোয়হুনতা থয়ীংলবা কয়া—কৈথেল্‌ য়াংবা লান্দুনা—নোংমনা নোংপোক্তা, নোংমনা নোংচুপ্তা, খা-অরাং কোয়চং চত্তুনা য়েংলি। নৌনা লৌ-নীয়বগী তোক্‌থোক্লহুনা—অশংবা য়াওত্রবা অচৌবা ফুরা দোলানুভনা মহুৎ শিনগ্রগদবগুম্‌—শাগৎনরক্লিবা কাঙ্‌বু-কাঙ্‌বু ফুনা চৈনা থুৎথোক্লহুনা—শিত্তুনদা তোক্‌লবা—লৌ-উরবা য়াবা কৈদোম্‌ কয়া উয়গা—পান্মুক্লই। অহুনু চাওখৎলক্লিবা সহরনা মমল্‌ তাঙ্‌লবসু তাঙ্‌না—উমশিল্লক্লিবা খায়াংতগী পাথোক্তুনা নাম্নোকপা য়াররোইত্রবদা—পামমুক্লবগী মহুত্তা হেমহুম্‌ পাম্‌থৎলকপা কাওরক্‌ই। হেয়া পাক্‌থোকহয়ীংলক্‌ই। চীংমায়-থুদিং থু'না লৌ নীয়রক্‌নবা লাংকম অমা-হেয়া থুজিন্নবক্‌নবা মীয়ায়া মীকোক্‌ থীঙমদবমথৈ শন্‌খিনবা। হেয়া চাওখৎপা অমা মহাক্‌ য়াওত্রবা মতুং কাওবদসু—লাইয়েবাকৃতগী য়েংথনীংগদবা, অমুক্‌ হয়া মপোক্‌ অমা লৌহুনা পোকনীংগদবা মমালৈবাকুম্‌।

থা অহুমগীদমক্‌ লংকৈ থোয়কপনি, থা অমা থয়দং মহেল্‌লক্লি—ঈবুংঙো! লৈকম্‌ চাকম্‌ থঙ্‌জিল্লক্কে, ময়ুম্‌দা হয়শিয়া হায়বসু শাগী। হয়ুরগা কন্নি কভবা থোক্লগদবা হায়বহুসু চিংনৈ, মমানা অমুক্‌

শাউরকনবা মতৌম্ থল্লী। অহুনা,—হন্দবদা অমুক্ লেপ্পী। ফনেক্ ফিরোল্ য়োনবী, ফিয়োন্‌কম্‌কম্বী—কৈথেল্‌গী মৌশিংগী পোৎ, নম্বো থাবো—থাংদোক্‌-থাংজিন্ তৌবনা অহান্‌বা মথৌ ওইরক্লি।

কৈথেল্ ফিয়োন্‌কম্‌কম্বী অয়াম্বা মমাগী লেংগা ঙাক্তনি। হুমীৎ চুম্লগী হুপী মশেল্ ঙাক্তা তিন্নবনা — রারেম্ শূবনা — ফিয়োন্‌কম্‌কম্বীশিংগী মথৌনি। ময়ূম্ ময়ূম্‌দনা মওং অমা, কৈথেল্ হেক কায়কপদা মতৌ অমা, চিক্‌-লেম্‌জবগী মতৌ পূম্বা মাঙখিবগী— রারেম্ ঙাওহুনা নোক্লবা, চোইতি চোইথংকী করেম্নবনা মথৌগুম্— হৈনবী ওইরকই, ঈহিদ হিগংনৈ। মীরা ঙাঙ্‌নবদা মথদাং চোক্তবমথৈ —শাম্নদবা রারী য়াওদে। পোংশীৎ থয়া লংপদা অনী-অনী, অহুম্ —অহুম, পূন্‌শীন্ পুন্‌শীন্ রা রা নোক্নৈ। অনী হেক্ পুন্‌শীন্‌থিহুনা হাইজল্লুবা য়াজবা; লৈকাই অমমম্‌দগীম্ মশক্ নাইনা—নাইনা ফাওরবী, ফিয়োন্‌কম্ কম্বী-হুপীশিংগী ময়ক্‌-ঈবুংঙো পোৎ থাংদোক্ থাংজিন্ তৌগনি চঙলুহুনা তিন্নরুরিবা— ঈবুংঙোগুম্‌, অমদি ইলায়— -লায়না শুম্বিবা অরায়বনি। থয়া ঙাঙ্‌শীন্ থয়া ফরেম্না, মমীৎ থয়া কাক্‌চীন্—মতৌ থয়া উৎ, অমুক্ লক্ক, অমুক্ চৈবী, অমুক্ থেম্, অমুক্ নোক্‌শীন্‌বী, অমুক্‌সু নৌথশিন্না—ঈবুংঙো খাঙ্‌বা ঙম্বা হৌনদে; মখোয়গী চক্রিদ। হেলোয় তরেংকা—মখোয় অমমম্‌গা পায়বদা মখোয় অমমম্না লাক্‌চরগদবা—অহুম্, কোক্‌থোং অমা-পুল্লবা;— ঙাঙ্‌সীন্‌বিবদদা ঈবুংঙো মকোক্ ঙাওদবা হৌনদে। অমনা ঙসি হেন্না শীংথ্রে মিহৌনৈ, মাগী মাগীতা হেন্না—পোংশীৎ হেনহন্নীংই!

কৈথেল্‌বু তাথ্রবা যন কাওবা ময়ূম্ হন্‌গনি থন্‌দবগুম্—কৈথেল্ বন্ ওন্দূনা মীরক্ নারক্…লাক্‌-লাক্লুনা চাবদা-লমজাওদা কাওখাবা বনগুম্ নোয়রবা—ফুইহায়বগীচৈনা থঙ্‌জবা, লাউই হায়বগী মনানা তাজবা, হৌজিক্তা—চৈরম্ নাইনা ফুখিবহু – হৌদোংগুম্বা ওন্নাংনি

থম্নোক্লবা ;—ঈবুংঙো—নোংমা নোংমগী মওং হোংলক্ই ; কৈথেল্ মন ওনগদবগুম্না নক্শিল্লকই ; মমানা য়ারমগদবা, চাবা থক্পা চঙলমলয়োইদবা "করি চারম্গবা! করি থক্লম্গবা ?" নীংশিংলক্তে। নোংমা নোংমা লাল্লগা-কৈথেল্ কল্লীবী ফিয়োন্বীশিং—মমাদা মমাগুম্ —লোইনা অম্হাদা অমহাগুম্ থন্দূনা—য়াথল্ থজিক্—থজিক্ হোংলকই।

অমুক্ চাক্চাজোক্পা মতুং মথং······মথং······কানরকই—ফিয়োনবীশিং! পোৎ থাংদোক্ থাংজিনগী ঙাইরিবা—ঈবুংঙোবু··· কৌনরকই, পুন্নমক্সা। চ্কান্ অমদগী অমদা···কোয়চেন্ চেন্দূনা—পোৎকমফম্বী কৌরক্লিবীশিংগী মতুং কোয়ইন্ ইন্দূনা—পোৎ থাংদোকলুই—মপা থঙ্না-থঙ্না থারম্মী। ইত্তং-তত্তনা অমনা হংবা য়াহংনি,—অমনম্ হেক্তা হায়রম্বা করেম্নবিরম্বা, হুংশিহনা হায়বীরম্বা, শোন্বিরম্বা, য়াঙাঙ্ ঙাক্তনি········ঈবুংঙোগী নাকোংদা হুংত্তিগী তাশীল্লক্লিবা—

"ঈবুংঙো! ও ঈবুংঙো! তায়বরা ? ঐগী পোৎ থাংলরো······ ··"

অমুক্ লাউনা-লাউনা কৌরক্তুনা হায়ক্রম্ "ঈবুংঙো" কৌবতদা পোৎ থাংলরো হায়বা অহূম্ থঙ্নরবনি। অমনম্ "ঈবুংঙো" অমনম্ "ঈবুংঙো"···মমাগীদি—অশেংবা মচা ঈবুংঙোনি, ময়াম্নদি—মিঙ্গোগী থঙ্নবা মমিংতনি; মথোয়নদি চুম্নত্তা করিম্ থন্দনা কৌজবা, অঙাওবা পোৎ থাংদোক্—থাংজিন্ মীনাই অমগুম্········লোইনা লৌবীবা। অহান্বা নোংমা করম্মী—নী নী শুরকপদদি য়াম্না শাউনিঙথিবা, তাঙম্ হৈঙঅথিদবা য়াঙাঙ্ ঙাক্তনি। "করিবু ত্তোই হায়বনো? ঙাঙ্নীংবা ঙাঙজসহূনা লক্লজরিবনি"—থম্নোক্পা ঙম্রকই ; থুমদবা হৈরকই ; তাদবা ঙম্রকই। অন্নমা হুংত্তিগীনি—

"ঈবুংঙো নঙ্ হুপী থিরবরা ?"

"থিত্রি!"

"থিজিরোদনা ?"—থুমনে ;
"কনা কনা লৈরি ?"
"ঈদা লৈরি !"
"নঙ্বু নমাদা পৈশা থাবরা"? খরা থনবীবা অমনা !
"নঙ্বু সুপী থিবা থঙ্‌লগা ঐ লৈরগেদনা ! 'খরা শাওশিন্না রারেম্ ঙাঙবী অমনা।
''ঐবু লোবা ঙমগদরা ?" অহুগুম্বা অমনম্ !
"ঈচা সুপী ফজপ্রবী অমা লৈ নঙোন্দা পীবীনিদা !" খর অহন্ ঙইবী অমনা হায়জীনবিবা।
"নঙ্বু কৈথেল্‌সিদা 'সুম লেকপরা ?
ঐখোয়গীদমক্ লৈজরাউদনা !" সুংশিবীবা অরা-অনা খঙ্বী অমনা।
"চাক্তী কনায়দা চায় ? হোটেলদা চাবরা ?
চামম্ কোরুচো থকশি !" পাথোন্ শীগনবী, খরা অচোই অপা পেৎ—পে চাবী, মপুক্ ফবী পীজ-পীথক্কনবী অমনা।
শাউনি—শাউরোই থনগন্দবী, চোঙলম্ চাদবী অমনা লরুরিবনি হায়মনা—
"অঙাওবী তোম্বীসে লোরোদনা !
মপাবু ফনা চানৈ, ঐখোয় খেম্বীগে !"
হায়বত্তা নত্তনা ফাক্ কাকনু শিথ-শিথ নোকচৈ, মশাগীদি ইরেং রেংত্রদনা—অমুক্তম্ নত্তনা মরী মঙারক য়ুম্নাক হোংলুরবনি হায়বদি কাউথোক্লমনা। থাজেশেংবা মসিমক্ থঙ্‌লম্নবদি—ঈবুংঙো ওনশীন্দুনা থীনমম্ হায়রম্লগদবনি অমবু' হায়জসম্ অমনা পংকদরা থম্নোক্পগী য়ানি।
"ঈবুংঙো ! নাপঙ্বা ! অঙাওবা !
লাকওনে পোৎ থাংলরো, ঙত্তা কুমপ্রগে………

ঙল্লা কৃমীংঙি হায়হুনা কৌবা তাব্রগা হেক্তুন্দ্ৰ চৈবী। পৈশা পী হায়হুনা, নেব্রীবনি খন্দুনা, মীওইবনিনা মীংবা থুংব্রবদি হেক্তা শাউই।

কৈথেল্ থোক্কনি হায়হুনদি ময়ুমদগী থোরক্লবা, মপোৎ হন্দোক্লম্হুনা খবক্ অমদি চৎনীংবা—থেঙলক্কদবস্ব মানবা, ঙল্লা হল্লক্কদবস্ব মানবা, মপোৎতি থাংদোক্ল্রবা, কন্নবী হায়বস্ব থোক্হন্নীংবা, মপোৎপুদি পান্মুজবা, চেকশীন্না শিন্নু শিন্ননীংলম্বা অমনা—

"ঈবুংঙো! ঐপীসে!—
হল্লক্ক্রবদি খরা থাংজিনবীরম্মুকো?
ময়ম্ মোক্পনিদ্দা ঈপ্যাদি!
পৈশাদি হয়েং পুন্না পীগেকো!
কাউহুকো!"

হুমিদাংরাইরম্ য়েৌরক্ই। মাপী-মাপীতা হান্না থাংজিন্হন্নীংবা ঙাক্নী। অমনস্ব "ঈবুংঙো" অমনস্ব "ঈবুংঙো" কোয়কৌ কৌনরক্ই। ঈবুংঙো—ঙাইহাক্তদা কোয়থুং-থুংনা অমগীস্ব অমগীস্ব নংনবা থুংবা ঙম্বা হৌনদে। মানা অমগী পোৎ থিন্ব্রিঙৈদা—ঙাইবা ঙমগন্দবী অমনা শাউজিল্লক্ই।

"অঙাওবা! কদায়দা মাঙঙ্রে?
পোৎ থাংজিনবা মতম্ য়োরে খঙ্দ্রা?
ননাদো তাব্রা! ... ...
অমুক ওইনব্রেনে ... ... অঙাওবসিদি!
থাংহন্ম থাংলরোনে—সে!
থোজংপীরগেনে সে ... ... !"

পৈশা পীনীংদবী অমনা—মীৎশী মীত্তে অমহানি—হুংঙিপী—

"ঙসিদি পোৎশীত্তে ঈবুংঙো! হয়েং পুন্না লোয়রো"

অহুস্ব অহুম্ হোয়-মাই হায়দা নৈহোই। কুইনা ঙিময়ন্নবগী

হৌনবী—হুৎশিন্দুনা, অমনা ঈবুংঙোদা হায়বীরম্মী—

"ঈবুংঙো হয়েংদি চাক-চাননি—অনকপদনি … …
… … লাকউকো !"

চৎকলবা ঈবুংঙোনা চত্রবদা মথং হুমীৎকি কৈথেল্ তিনথৎনরকপদা

"কৈদৌরে ঙরাং লাক্‌ল্‌বদি ? অহুক কম্না
লাকবা য়াদে হায়রম্বা নত্রা ! চাক্ চানকম্
কাওবা ভাল্লম্লেদনা !"
অসিমক্ থুমদে।
"নঙ্‌গী বেড়িদো থকম্ থকত্রে !
ফিরোমছুদা ভাহুনা-চাক্তুনা লনুশিংনরনি !
অতৈ মতম্‌দা থকৃপা য়াদরা !"

থরা লীকৃচবী অমনা হেন্না মপোৎ লীকশিঞ্জহুনা পাখৎচবমখৈ। অহু হায়। [illegible] ঈবুংঙো নাচুংবীদে।

অমুমা নোংমা নোংমগী থোক্ক-থোক্কবা হৈনবগুম্ কোইনদবা হেক্লিমক্রিবা অহুক্কি মতিক্—ঈবুংঙোবু হুপানি হায়বকাওবা কাউগেক্লৃকীবগুম হজোইনদবা মমান্নবীশিংদা ঙাঙ্‌নবা রাহৈগুম্ ঙাঙ্‌বীবা হৌরকৃই; শাউহুনা হুপা থোক্না থৎনবা লাউহৎপা ঙম্‌হৌদবনা মহাকৃপু ময়াম্ চঙহুনা অঙাওবা শেম্বগুম্—ইভৎ-তত্তনা লক্লশিল্লকৃপা,—অতোপ্পা হিংনবগী লম্বেল অমা থিহুনা হুপী কাঙ্‌বু অসিদগী থাপ্‌তোকৃথরসিন্না হায়বহু—হুমিদাং ভুম্মমদাইদদা মথল্লী। হেক নোংঙানবদদি, মখোঙ্ থাংহুনা চৎপা হেক্কা ঙম্‌দে। হামু-হামু হুংভিগুম্ অহুম্ পোৎ থাংজি, থম্‌জিন্নুই মতম্ লেল্লী। মীরা ঙাঙনবদা হালেঙত্রবী কাঙ্‌বু অসিগী মরক্‌মীরা তারী মীচৈ অথী-অথীবা থাঙলি; "অমুমদা পুনবোরে হুপীশিংগী কাঙ্‌বুশিংসে !' হায়বন্ন থল্লী। থাঙ্‌না-থাঙ্‌না নোংমা হায়বহু অহুম্ মচৎথি।

হয়েং য়ৌরগদি ঙাশিংসে শিয়নি, অশিবশিংসে পুম্নি। অহুনা ঙাঁয়োনবী অনী অহুম্, শীংগ্রবদি পৈশা মাঙলোই, ফনা কুইনদি ঙাইরম্বনি অহুবু-থেঙজীনখিবনা হানজিল্লকুনা কুম্নথরে। ফেলীকথোঙ ফম্বী—চনা য়োনবী ফাওবা—সেঙ্গাও চোম্না-শেম্দোংই। পাপ্লাহুনা নোংচুপ্ পাংথরে। সিনেমা হোল্ মখাওঙশিদা—সিনেমা লোইবা ফাওবদদি ফম্খিগে হায়রহুনা কা-চুরুট-বেড়ী য়োক্লম্বী ফাওবা—সিনেমা লোইগ্রহুনা মী তাক্শীল্লকলবদা—মপোং লোইশিন্নহুনা কুম্নথরে। থেঙ্জিল্লক্রবনি, নোংয়াই চবুক লোল্লকদৌরে। অমনা ঙাঙ্ট অমনা তাদবমখৈ শঙ্গং-শঙ্গং ঙাঙ্নরম্বা মরোন্ ফাইনরম্বা কাঙ্বু-কাঙ্বু রারী নঙ্থনরকই—লোইবা নাইরোইদবগুম্—অরা রারী, লৈত-লায়রা তাথনরকই। য়ুগী অরোইবী ঙাওবগী লোথনরক্রবা -থূংফানি হায়রহুনম্নু থেঙ্জীনগ্রবনিনা তানথোক্লরকপগুম্ থোক্লরক্ই, থোঙ্ লোলহোই, হাইনা-হাইনা চংনগদবা থা অরাংদা চংনথরে। অঙাওবা ফানবা থাগীশেংপা, লৌচে পায়বা, অমুক্তা পুথোক্কুনা কাপ্পী হায়ব তাদবা নোংমৈ য়ানব—অযূক্-ঙুংথিল-সুমিদাংরাইরম্ মীয়াম মরক্তা পোঙ্না পোঙ্না চংপা—হঙ্গং হম্দা, অহিং হুবান-চীম্বী ঙাক্নদবা কাঙবুম্নু অমত্তা মশক্ উথিদরে। মীয়াম তিল্লিবমখৈ মশক্ উরম্বনি কা ঙাংশং-ঙাঙনা শায়হুনা—চুরুট কৈনা-কৈনা চিংহুমা। মথৌ কাউবগুম্, তুমীন্ তুমীন্—হাই-হাইহুনা চংনখিবা কায়নখিবা অহুগুম্ মথোয়মনু—ফাগ্রবা ঈশৈনিনা ঙংলুরমাল্লে—হম্নথরে; পূমচীক-চীকথরে। রাসথু চাউনা চাউনা পামরবা—লোনবফাওবদা মপূশিংনা চিংহুনা-চিংহুনা হম্না লোক্রীবরা হায়রহুনা য়েংলম্লগা চংনগ্রবা ফম্না অহুবু শেম্নরিবা অহিং তুমদবা শানা মীনাকৃপদা মশক্ উংনবা থোয়কপা—থংনা চৈনবদদি মশক্ উনবা কৈথেল্ চৌকিদারফাওবা হঙ্গং-হম্না চংখিরে; মী অমত্তা মশক্ উথিদরে।

অসিগুম্বা মতম্ অসিদা ঙাইহুনা — কদোমদগী পুন্দুনা খোঙ্ বু ওইরকপা কাঙ্ বু অমদি পুন্না লাকখিন্নরি— অমম্বসিদা,-অত্তম্বা অমা য়াওবনবা—মনিন নাইদবমথে—মরি মরি—শোং-শোং লাক্কুনা— মচীন মেল্লুরমাল্লে, অনম্-অহা কংদচাকচাগী শিল্লোন্ শিনজিন্দা;— অঙাওবীমু খাঙবা ওমত্রবদি লাউই, চৈনা কংলবদি কণী— মখোন্ খোক্সা অচীকপবু থুগায়হুনা নল্লীবা কিবুম্না খজিক কোম্খীবদা— "ঈমা !"

তাঙমদবা খাঙ্ ওমদবা খোজেলনী, মীকপ্ মীয়াউখোলনি!

অতাবা কাঙ্ বু খুদিং—মতেং পাংনীংবগী নিংদোন্ চোংদবা হৌনদবনি, অহুবু অখেঙ্ বা অহিং ওইবনা—তনা-তানা তাশিন্নদবা শাহুনা খুদোং থীগদবদগী লাপখোক্লবতনি—মরম্নাই মরম্নাইগী তা খন্নবা অকোয়বদা তুম্‌শিন্না তারীবশিং ।

অখেঙ্ বা অহিংদমু ওইবা, তারীবা মখোন্ অহুগনা হুপীগী মখো —লাউরিবা অহুমক্সা "ঈমা" হায়বা খোজেল্— ঈবুংঙো হে অহানবা তাবদগী পম্বদে, লোংনা ফুক্ হৌগৎলগা—মশা চাবা, তুম্ মনাক্তদা শাগোম্ননা লোয়নরিবা লীচৈ নোপ্-নোপ্ লাউবা অহু মখ য়েংনা তাপ্ পায়খৎলী। লীচৈ অহু চাইরেন মাইহুনা পায় অহুদগীদি মপোপ্ খজিক্ হুম্ববা, শাংবদি মাগীহুনা হেনবা — খোংজা থুগ্নাকপদা শীংজহুনা--চেক্লাকাই উকোন্ চৎঙৈদগী লোয়নরক্লবা, মহ শাগোম্ননা য়াওপ্রবদি কৈকাওবনা লাকচবা ওয়োই—মথন্নতা খঙবা লীচৈহু পায়হুনা — লাউখিবা তাখীবা মপা অদোম্দা হোৎচিল্ল তায়োন্‌কম্ মনাক্তী চক্ত য়োন্‌কম্ অদোমনি ; সরক্তী মৈতাজনা য়ে কংদ ওক্তক্ মত্না-অমমগী কাচিন্ অদোম্‌দনি। সরক্ লাহোক্তুনা মথক্ কুম্নবা পোৎকম্ পরেং—চেংদাইকম্ অমু য়োন্‌কম্—য়ে -চনম্ য়োন্‌কম্—ইনসাংনাগী য়োন্‌কম্—মথং-মথং লোহু-নো

কাঙ্গাউ-কাঙ্গাউ চেন্‌শীন্দুনা ভাখীবা মখোল্‌ অমু ভম্না হোংচৌল্লী। কমলম্বা অহুম্‌, শাহুম্‌ কংবদা ফুক্‌-ফুক্‌ হোৌগৎনরক্‌ই হায়্না, মশা মশাগী অয়াওবা খুৎলায় শৎতোক্লকুনা ভাক্‌খোক্লবা 'শেম্‌ শানরক্‌ই। কিবুন্‌ নম্নম্লীবা অমুগা ... ... ... অমমুম্ব—ফুক্‌-ফুক্‌ হোৌগৎনরক্‌ই। হোৎচম্লীক্‌লীবা ঈবুংঙো পোৎকম্‌ পরেং অনীগী অহাঙবা মরক্‌ অমুদা—মাগী লীচৈ অমু মতোন্দা মথুৎ অনীনা পুম্লপ্‌ পায়মুনা মকোক্‌ মথক্তা হুরু-হুরু লৈরক্‌ই—হোৎচৌল্লী হেম্না নক্লা—লীচৈ মখোক্‌ অমুনা অনেম্বা জীংঘগী ছাইদোন্দা থেংবদা—দোং দাং—মখোল্‌ হোৌনা অচীক্‌পা অমুদা পুমনিল্‌ নিল্লি। অরোইবা থোৌনা পুখোক্লবগী লিংজেল্‌ কাওরকপগুম্‌—মথৌ অমগুম্‌ শিবা কিরক্তে। থেংনগদৌরিবা মায়য়োক্লগদৌরিবা নহারোল্‌ মঙা গুরে খঙলবমু-ভরবমু—লাম্লুদবগী নাচুংদবা রাখম্না মনাঙ্‌ হেম্না হেম্না নক্‌শীল্লী; লাউই। হল্লরোইদবা শাহুম্‌ অমুদা মরাল লৈরবা মঙা অমু—মরাম্না মপোৎ কামুনা মরিংজেন্‌ মচেৎ অমা কাওবা লৈনরক্তে, মিপাইনরক্কই, মখোয় মঙামক্‌ অমমম্‌ অমনা অমদগী লাপথোক্লীংলকুই, অঙাংগী মতৌনি; মশা মশাদবু পাম্মুজরকৃপা রাখম্না মাংজিন্‌ থানখিমুনা মহৈ-মহৈ থাপতোক্লখি—মফাং-মফাং কায়ননা চেম্লখি—মশক্‌ উখিদরে।

ঈবুংঙো মথম্নতা ভাম্নহৌরবা অমুদা—ভাইহাক লেপ্তুনা "ঈমা" হায়না লাউখিবী অমুগী মতৌ অমম্বা অমুদা মমায় লৈশীন্দূনা রেংশিল্লুই। অমম্বা ওইবনা—মমি-শামিগুম্‌—মশম্‌ মনা ঈফা-ফা ঈশন্‌-শম্না মখোঙমবম খঙ্‌দা মনাক নক্লা চাইথোক্লা তারিবা মকি মরোল্‌, কিবুন্‌ তানয়ম্বা কিমুনা মুশুক্‌ মুনা—অচাইবা মশম্‌ মনাক্তা;—চয়ম কংলবী—মখোন্‌ থোক্লা রাঙাঙবকাওবা ঙমগদবা মাম্রবী—মহুংশা থবেৎ-থবেৎ হোন্দোরকৃপা খুদিংদা—নাহেরকপগী মখোন্দংদি তায়। "কনানো? কদায়দগীনো?" হায়বা হংনীংলম্বমি,

অহুবু নাহেবগী মখোল্না খজিক খজিক্ চীক্থখিহুনা অচীকপা অহিংহুদা মখোন্ খোল্লা পাউখুম্লকদবা মান্নবা—মান্ন-মান্ন—শাংনা শাংনা হোন্দোরক্পা মন্নুংশাদা অমুক্ নাহেবগী মখোন্দগী—নাখোক্খিবগী মখোন্না মহুৎ শিল্লকই, নীংঙাইদনা ভুমথখিবগুম্ ভুমখোক্খরে। মন্তৌ মওং অহুদা মনাক্ নকশীন্দুনা হন্নদবা হন্দোইরকই। খল্লী—

"কীভম্ অসিদা অম্বম্ থল্লম্বা তারবা—
করম্বা কত্তবা খুদোংথীবা অমদা অমুক্ হঞ্জিল্লকখিদরা ?……
অহুবু করমদি তৌনি, মনাক্তা কম্ভুনা—
মমীৎ শিংলক্ত্রিকাওবা ঙাইবা তারবসু—
মহাক্লা মুপীনি, ঐহাক্লা মুপানি,
অথেঙ্বা মীচিক্ মীরাওখোল তাত্রবা অহিংমুনি—
ঙাল্লকদবা নোংম্ব—নকশিল্লক্লবনি, নোংঙাল্লক্লগনি।
মমীৎ শিংলকপা থোক্লো—
চৈনাগী তেংথা রাঙাঙনা, মশক্ খঙ্দা ঐঙোন্দা
ওনশীল্লক্লবা—
তাইনবিরক্লবা;
নৎত্তে, য়াওদে চেনকম্ নৈত্রবা—
লাল্লল্লিবা মঙা অহুগী মহুৎ শিন্না—
ঐহাক্লা চৈরাক কংবা থোক্লবা;
মত্তেং পীহুনা কনবীবা শক্লুরবা—
মতাং চাদবনা থাক্লম্বা লাংদা থুবা তারবা;"

অম্বুম্না থন্না-থন্না, খজিক্-খজিক্ তুংলোমদা থাংলম্বা খোঙ্থাংনা থাগোরকই, মশাগী তুক্কম্ য়োশিল্লকই। তুম্বা য়াদা হীপ্থ—হীপথনা—অমোনবা য়াওত্রবা বোড়াগী পারবা পোৎকম্গী শাং

মথক্তা—ইওলবসু ইওনা নোংঙাল্লমদাইগী মীকপ অমথক্তংগীনি য়াত্তাখ্রি। তুপ্পা য়াদে—। অমুক্‌সু খল্লুই—অমরোমদা মযুমগী—

"ঐগী ঈমাসু হুগীনি,
মথমতা য়ুম অহুদা—ঐ য়াওত্রবা মতুং অসিদা—
থা অমদি হেজিল্লক্লে, থা অনী ফাত্রে ঈমাগা
উল্লগদবা অমুক্।
হৌজিক থোক্‌ত্রিবা অত্থবু মঙ্‌লা—হায়া ... ... !
ঈমাদো—হুংতিগী ঐহাক্ য়াওত্রিখে খক্ চাদবনি,
থেঙ্‌লবসু থেঙ্‌না হুংতিগী তুমদা-ঙাইহনত্তা লৈরম্বনি,
ঐহাক য়াওত্রবা মতুং অসিদা করি থোক্লমগবা?
চায়ম্-থক্লম্ খঙ্‌দা—অনা লাইচুরমগদরা?"

খল্লীডে। মীরেন্—শঙগী মনম্না...মখা পাংনা শীংলকপা নোংঙাল্লমদাই হুংশীংনা লিরি হুম্লকপদা, ঙসিদি—তুপ্পা য়াদনা য়াত্তাক্লবনা মনম্ ফাওরে। কৈথেল্‌গী অকোয়বদা, মনাক নকপা লম্বীদা ঙমচিং শীংপগী মখোল্ তারকই। তুম্বগুম্ পুমচীক্ চীক্লুবা—নিংথম্ কালেন খায়ত্রবা হয়িংশিং অমোং অকায়াশংদা ত্তোংবা হৌনরকই। নোংঙাল্লমদাইগী শরীক মখোল্ তারকই—নোংপোক্লোমদগী। লৈগী শেম্পাক্ য়েন্দায়চা লৈত্তনা পীক-পীক থম্না ফাইরেন্ থাগী অচাইবা লৈশিং হগুনা—হোবে—হোবে নোংপোক পাংখরি। ঙসিদা অহানবা ওইনা উরুই—মপুক্ কংবা মশা নোয়বা শিনিঙ্‌দবা হায়বহনা তুম্নীং-তুম্নীং য়াহৌ ঙল্লক্লবা হকচাং শাজেন্ মওংগুম্ মপুক্লা-হেক ঙম্বমখৈ, চোংবনে—কনবনে—হুংশিং চারীবনি হায়হনা—মরকশিদা; লায়না পক্লবা শক্লদা উনতমক্ কুপ্লবা ময়াং কংলবা—কংলবী কয়াসু নোয়রক্‌খিনি—হকচাং ফরক্‌খিনি মত্তাগুম্—হজং হন্দা চংনবা হৌনরকলি। ময়াং

কংবনা নোয়নিঙ্ বা, মশা নোয়বনা কংনিঙ্ বা—শিংরিবথৈগী অপাম্বা শিহৌবা মাঙনথ্রিবা ঙাক্তা। মীগী মতেং নত্রবদি হিংবা য়ারবা—লৈত্তনা শীঙ্গিন্নগনি হায়বঙাক্তা—অকোয়বশিদা পুন্নীবা কাঙবুগী—থঙ্গা-চানবা, শূন—চাম্নবা, পৈশাদা কংলবদি হায়ত্নুনা হিংনবতা—নোংঙানবদগী হুমীৎ তাবকাওবা ঈশিংতা হোনগদোরিবা কাঙবু—মশা-মশাগী খেলাগাড়ি ইস্কোক্লরকপা গোদোং—গোদোং মখোল তারকই। অমোৎ-অকায়, নবথী—হঙ্গোই শেংবা কাঙ্ বু মথূৎ ওয়দা থীনম্না থৈনবদা তিন্-শিংনরবা টিন্ পায়নত্নুনা থীগোমশঙ অমদগী অমদা-মীয়াম্ হৌগৎত্রিঙৈ, হুমীৎ মশক্ উদ্রিঙৈ —নংহৌরোইদবগুম্ কোয়চেন্ চেন্দুনা শেংলী। করিগুম্বা নংহৌদ্রগা মখোয়সে মীরা অমুক তাগদোরিবা, নোংমগী শূজমন্ কক্দোরিবা —চন্না হেন্নগদোরিবা থল্লী,—

"পুন্নমক্তগী ঐনা মতোম্লে থল্লম্বনি,
ঐনত্নুম্ থরা শাফরমাম্লে—
হিংনবগী লালকমদা অচোপ্
অরেম্ লৈতবোরে।
অহানবা হুমীত্তদি ঐতনা মকেরবোই
শেং—চারক্পনি—
ঐঙোন্দগী নাম্না অয়ুক্ হুংথিল্ পানা
শেং চানবঙাক্তা—
মখোয়দগীস্থ হেন্না কেবা—নানবা
লৈরমগনি অত্নুম;
ঐনা কেবা নান্বা তান্বগুম্ মখোয়স্থ
শোয়দনা তনগনি—
ঐগুম্নবা মহাক্ অত্নুনা, মঙোন্দগী
হেন্না ইনাক্ থুনবা উরগা।"

নোং পূমঙাল ঙাল্লক্লবদা, লাপ্না য়েংই—ঙরাং হুমিদাং থোকৃথিবা খৌদোক অত্তগী মকম্ অদোমৃদা অমম্বদা, হুমিদাং অহূদা হীপ্‌হোবা ফীভম অত্ত শুকায় কায়দনা উরি। হূপী অহু অহুম হীগ্গা উরি, মকি-মরোনশিংদো—লোইশিন্ খোমজীন্ শেম্ শারমজি। অন্দুম্ তুল্লি। হঙ্গং হন্দা চংনরিবা অচং—অওকশিং মপা অহূদা, মায়কৈ অদোমদা হেক্ হেক্ লৈশীন্ লৈশীন্ য়েংলম্মী, হুং—হুং মমায় লৈথোকৃখি। অনী চংমীম্নথিবা—হাইকেং তপ্না—তপ্না, রারী শাহুনা—অখঙ্‌বা তাক্লহুনা কনানো হায়বহু—ঈবুংঙোম্মু তারবনা খঙ লে। অঙাওবী, নহাল্‌মথৈদি মহাক্না অপাম্ননা খঙহৌত্রবম্মু ঙরাংদগী খঙ্‌লবা। মথম্নতা য়েংলুরগা অমুক্ হঞ্জিল্লক্‌পদা খল্লী—

"অঙাওবী অসিদবু অহুক্ তমথীনা—  
ঙাওদবদম্মু অহুগুম্বা চংহৈদবা লীচং,  
কনানম্মু থওইনা খনবীত্রবী  
ঙাওরে হায়বম্মু মথোয়ম্মু খঙ্‌না-খঙ্‌না—  
করম্বা মিহৌবগী থম্মোয় চেন্দূনা—  
কল্লকউরিবা মিতাক্লরিবা ?  
হৌনহূনফাও থম্নত্তনা—  
ওংপীবগী থৌনা লৈনরবা—  
মতম্‌সিদা, মফমসিদা পোক্লবকো ?  
হেন্না তমথীনা ওংপীরম্লবনা—  
ঙাওজবসিগী মথক্তা হেন্না ঙাওবা শেম্বীরবা !  
অকিবগী মিপাইজবা—মহাকম্মু খঙ্‌লনি,  
লাকদবা অমম্বগী হুমিদাংবু লাক্‌হম্নীংলমলরোই;  
অনৌবা লায়না লাইওং অমম্মু হাপ্পীগদৌরবা।  
অমম্ অঙানদি—

লাকনু হারবা য়ায়োই লাকনি—
খিংবনু ওয়ত্রি ওয়রয়োই ;
লিনী হায়বগী চাবা—
লিরগে হায়নুনা চাদবা,
লাম্মী হায়নুনা চাবা—
চানতাই ফংলক্ত্রগা নিবা
অসিতনি অহোংবা,-অপাম্ অপাম্বদা, অঙম্বদা।
য়াম্না লুনা তৌবিরকই থনথী অহানবদা
ওইরম্বনা মরো অমা, খুদোং অমা লৌনবা।
খেমজিন্নবতা ওইরম্বা—
মতেং পীরুই হায়বগী শৃগ্নগী থাগৎলম্বা—
তৌবীমল উৎপা নত্তনা—
মমল পীরমদাইদদি—পাম্মূবা !
'খরগা তাওদা, খরমু য়ার'দি তাখো'
তাবীরুরগম্নু—মানা ওইজরে থল্লা
অঙম্বা শক্লুহনা চৎনখিবা ভাক্তা ;
ঐনা মাঙহৌরিবা অহুগীদি মচেৎ অমত্তা
খনবীরমদবা !"

অম্নুম্না লোইবা নাইদবা মফাং-মফাংগী চয়েৎনবা রাখল্লা খেঙজীনখিবা খঙহৌজিন্তৈ—ঙস্তা অঙনুবগী খুৎলামথা অমথক্তদি কৌব্রা য়েংগে চাকঙন্-চাহুনা কারকপী, ঈবুংঙোগীদি পোৎ থাংদোক থাংজিনগী খুৎফা অমনা ঈবুংঙোবু কৌরকই। ঈবুংঙোগী চোইজ্রং-পাজ্রংগী রাখল্ কায়হনবীররে-অম্নুম্না

"ও ঈবুংঙো ! ঈবুংঙো
'শৃক নক্না কৌবসিম্নু তাদেনে অঙাওবসিদি—

নমা পঙ্‌লবরা ?—নঙ্‌সে শোয়ত্রবনি ঙাওবা—
পোত্তুম থাংলুরসি—হৌগৎলকলোনে—সে !, সে !···
ঙোম্বী অঙাওবীদো ঙরাং অহিং···········
হীগোক্‌ থোক্লে- হায়··· ·······
নঙ্‌বু 'সিদা তুম্বদাইনে—ভাত্রা ?······
নঙন্থু য়াওরুরবরা হায়বা ?"

হৌগত্তুনা পোং থাংলুরে। কবি অমত্তা থুম্লমদে, তায়্রমদে। হল্লক্লগন্থু অমুক্‌ কয়্রি—মচুবা মেৎতুনা মথুৎ অনীমক্লা; কায়দবা য়াথন্‌ কয়া মথং—মথং শাগৎলী। তুম্বগীদমক্তা থায়্রিবা বোড়াশিং অহুকাওবা কোন্‌শীন্‌গদবা কাউথোকউরে। ঈবুংঙো—অহুমা তুমিন্‌-তুমিন মথম্মতা য়াথত্তদা উংজবনা-অমনা কোরক্তি্‌বমথৈ মফমত্থদা ঙাইজবগী হৈনবী লৈরক্লে, মহাক ঙাইবা হায়বত্থ হৈনয়ক্লে; ফমৃত্থনতা লৈবা হায়বত্থমন্থ হৈনয়ক্লে। চাবগী-চাদবগী মহাক্‌ থোইনা নাচুংঙক্তুরে। লায়্গদা চাবা, লামত্রিবমথৈ চাদবা—থক্তবা—অহুনা চাবগী মতম্‌ কায়শীল্লক্‌ই; থা অমগী মমাঙদা ফরম্বা মশাহুগা চাংদয়বদা—কীভম্‌ শোক্লে; মতোম্মতন্থ খঙ্‌জৈ। মথম্মতগী থুদাং চাং ওন্দুনা মহাক্‌ কংশিল্লে—ময়ুম্‌দা হল্লগা মরাইনা নোয়্জনি—অহুভনি, চৎনীং-চৎনীং ঙাইরিবা—লমদাগী থাসি; শজিবুদগী ময়ুম চঙ্‌বা য়ারগদবা।

"ঈমা লৈহৌবা মফম্‌দো ঐগী য়ুম্নী,
ঐনা চৎপা ঙম্লিবা মফমত্থমথৈ ঐগী ঈয়ম্নী,
চৎপা ঙম্‌দবা মফমত্থমথৈ মীয়ম্নী,
চঙলুবদা থিংলীবা মথৈদো য়েক্লবনি—
মখোয়না লৈরিবা মফম্‌ত্থনা মীরৈবাক্নী;
ঐনা চৎপদা থিংজিবমথৈদো ঈরৈবাক্নী ॥
ঈরৈবাক অসিদা অমনা-অমবু মতেং পাংনীংত্রবা—

অসোনববু অকনূবনা তুহংশীবা ঙম্নবা—
ঙাইহাক্কী হিংবসিদসু
মমথাক্কা অচাওবম ভাম্নকম্—
মীনুংশিংগী মচেৎ অমত্তা য়াওব্রবা—
কৈথেল্ অসিমকুসু ঐগী ঈরমগী মাল্লক্ত্রে !
মীগী মীরম্মী থন্দূনা ঐগুম্বা অমনদি—
হন্দোক্লীংলবা; মিহৌবা মোয়নদি থাদোক্লীংলোই !
করিনো ঐনা থল্লুরিবসিবু ?
ঙম্নাংগীহুদি পীকৃথ্রবা থোদোক্ মচা অমত্তনী,
মমা মপা লৈজত্রবী অঙাওবী অমদা থোক্পনি,
মাশীদমক্ রাকং অমত্তা লাক্তে!
রাকং লাক্ত্রবদি থিজিনূবা য়াদে—
মতম্ মাঙ্ঙি কাম্ন-বম্ কংদে;
চুম্নগী থোকপগী থোক্পা থোকচবনি—
অসিনা ঐনা ঐগী ঈবম্মী হাযরুবিবা ?
নত্তে-নত্তে'সিদি ! মীবমদগী পৃবা—পূরুবা—
লৈবাক ঙাক্লোম্নী, সেল্ চঙ্না তম্নুবা
সেল্ কংলোইদবা মফমদি—চৎনদবনি, চঙদবনি
অসিনা হাম্না চুমথিনি, নত্রা ?
অচুবনা কোম্না লাক্থিনি
ঈমা ! ঐবু লাক্থিনি ঙাইরমগদবী ঈমা !
ঙরাংগী অহিংহুদা ঐসে ময়াম্ চঙহনা হাংলম্লবা-
অহু কাওবদা কনা অমত্তা থিগংলোই
ঈমা ! নঙোন্দফাও পাউ থাবীদবনা অহুম্ ॥
ঐ মকম্সিদা লাক্লমদবনা কবনি ··· ··· —

অহুবু-মায়কৈ অসোম্‌দনা কৈ হায়না, পাজিনা অবুপনি……
নোংমা-মীনীশীদি কয়াদি হুংজাইরম্‌ব্রে,
হয়ী-ঙবা য়াদবা মকম্‌ ওইরম্ব্রে—
মরাপ্‌—মপাঙ—লৈকায়—পোক্‌মীরবা—পোকহনরদবা
অমত্তা মশক্‌ থজনরমদরে অমগা-অমগা,
থংনবা য়ুম্মোয়বা "শিবজা-য়াবদা"—হরাওনরম্ব্রে;
মরমাই—মরমাইদা—লৈকায়গীকাও কাউরে;
অহুনদি—লমদম্‌সিগী, মরমশিংগী, মকৈবাকীদি কদায়?
হোংলক্‌খিগনি হায়রদবসু থাপগ্রে—থাপগ্রে!——
থরানমিচাক্‌ অমগী মঙাল্‌ ঐথোয়না উবদা চঙবা—
চহি কয়ানো চঙ্‌ঙী হায়নবদো মসিদগী—
অহুদগী হেম্না থাপ্পী।… …
মথুন্দগী থোক্‌প্রবা লিল্‌
পাক্‌ হঙ্গিনক্‌খিরোই,
লিল পুবনা ফাঞ্জবদি শূক্‌হন হল্লরোই।
হরাদো—লৈরাংদো—
হরাম্নু থোখিদরে—গৌবো লৈত্রবদা—
লৈরাংসু কংব্রে—অসেম্বা মউদা——।"

অম্মুরা লোইবা নাইদনা শমথ-শমথ, পোং থাংনা—থাংনা—হোজিল—হোজিলনা মমশীরকখি অহিং, ভাম্বোরক্‌খি—নোং।

হেক হৌগৎপদা, মহাক্না তুম্নীবা শঙশাং পরেং অহুমক্তদা—থাগুরা—তোম্বী অঙাওবীগু মকোক্‌ মক ঊকা কানা—উপি—শিনা তুমহনা লৈরম্মু উই। মহাক্না কন্নবীশি হায়রক্লী মনম খঙ্‌হনা মনাক্‌নক্না তুম্মলিবকো হায়না থম্মি।

"তোম্বী নহ্‌ অসিদা কয়ানি মুরে লেপ্লকাইবা?" মুপীশিংনা হংবদা

"হুইয়ে'! নোইমু লেক্তরাউদনা!
অমবদা অঙান অঙানবা থাউমৈশিং—
লৈনা-লৈনা ঙাল্লি—মথম্মতা মুৎচখি,
লাউনা—লাউনা, লাউবা কাঙবু য়ারী লীরৈ ... ..."

ঈবুংঙোগুম্না কয়া খুমগন্দবা নত্তে—তোম্বী। মহাক্না খোকপা অমা হেক্তা খুমজিল্লী, ঙাঙ্‌শীল্লী। মীরোন্ তানা ঙাঙ্‌নরম্বদগী হংদা-হংজিল্লুরগা মানা খোকপা অমহেক্তা হায়জীনবা অতুগী রানি।

"ঐখোয়দি য়ুম লৈজরিয়ে ঈবেম্মা!
ঈচা-ঈমু থাদোকুনা 'সিদা লেকপা য়াবরা?
ঙাইখো তোম্বী!... ...নহাক অমগীদো ... ...
ময়াম্ চঙহনা ... ... সিবী ... ..."
তোম্বী ঈশি-শীনা নোকথোকথরে, ইকায়রুবদি হায়রুহু—
করি অমকাওবা নাচুংবীদমখৈ—
"য়ুম পাল্লুরিবা!... ... ...দ্রৌপদি শারুবা!
লিলা কুম্লুবা ... ... ঐমু লিলা য়াওরকএঃ
ঈশৈ শকউরা ... ... করি শকউগে?"
"শকউনে-শকউনে ...... নঙ্‌না হেক্ শরুীংবা অমা
পোৎ য়োল্লগা-য়োল্. শীল্লগা—শীৎতা
নঙ্‌গী ঈশৈ তাথোক্তুঙাই ... ...।"
মথং-মথং অমমম্ চঙশীল্লক-মঙা-ভরা পূল্লরে। ময়াম্না কোয়শীন্—তোম্বী অঙাওবীদা লরুহনা নোক্লরিবা—ঈবুংঙো থাগুক উই, মখরায় হুংঙাইতে।
"তোম্বী নঙ্ ঈবুংঙোদা লুহোংলসিদনা?
ঐখোয় থেম্বিগে!"ময়াম্না করি খুম্মকদবা খন্না
মথং-মথং হংজিল্লক্‌পদা—তোম্বীনা খুমদোরকই—
"য়ারোইদবোই নীংবরা?" অমুক মানহুম্ হংজিল্লী।

"অমসিদি ঙাওশু ঙাওজি নঙ্গুঙ্গা.
য়াবীরক্ত্রবদি?" অমনা তোম্বীদা অমুক্ ওনশীন্।
তোম্বীনা—"থৌরি হেক্তা য়াম্নী!... ...
মাদি কৈকো! মরমশু ওকই।
ঐখোয় পাজিনমু য়ানিকো?"
"নঙ্বু নপা লৈরিবরনে?
কনা অমত্তা লৈত্রে হায়বত্থদি ... ... ?"অমনা হংজিল্লী।
মপা পল্লুবা অত্থদা তোম্বী শাউগৎলকই।
"কনানা লৈরি হায়রিবা!"

তোম্বী অঙাওবী কপথোক্খরে। রা-রা নোক্লম্বদগী ময়াম্ কায়নরে; তোম্বী কপ্পা-কপ্পা কোইনা-কোইনা অমুক চৎখরে। তুম্মমদাইদদি ঈবুংঙোগী মনাক্তা হেক্তা চঙ্লকুনা তুম্লে।

রা-রা নোক্লা শিথ-শিথ নোকুনা শারম্বা তোম্বী অঙাওবী—তেংথা-তেংথা—মপা পন্দুনা কপ্লকপা—অত্থগা পোৎলক্ অত্থদগী থোক্খিবা ঈবুংঙোনত্থম্ থোইনা মথরায় হুংঙাইতে। লৈত-লৈত মথেন্ অমত্তা চাজরবমু—কুইনা মমানা থোংবা য়ুমগী ইনশাং চাবা কংলক্রবা—চাংদমত্থনা য়েংলুই—মহাক্না কৈথেল্ অসিদা চারীবা চাক্-ইনশাংগা! পঙখন্দা খঙ্জীল্লুই—উশিনবীক্লুই মপূক্

কত্তবা অমগা য়াওনা।

ঙরাংগী চজিন্না ঙসিগী চাক্লেন্ ওইহন্নবতা—শেম-শারবা—মহাও য়াওশীল্লক্তরে হোংলিথৈ। অহোঙ্বা থিবদমু চঙদবা হোটেল য়াওশীল্লক্তরে। ওকথীগী মনম্না মমীৎ-তাঙবকাওবা মপা খঙ্লবা মনাকুদঙাকনি চাকী-ইন্সাংগী মশিং য়াম্লবা হোটেলশিং অয়ূক ঙত্তাদগী-অরংবা থিলাসকী কেদেক্-কেদেক্—চাম্বদা শত্থুনা কয়ারক্ হম্না-হম্না চাম্লবা-মরেক্ কায়রবা. হজিন-হজিন চোত্তুনদা

লৈরবা য়াইঙং মচুনা চুপ্লিল্লবা মোংশিনখিবনা থাগংলবা মেজ মথকশিং নরুকাওবা হুন্দোক্লীংত্রবা চাক—ইন্নাং পুথোক্—পুশিন অন্তাংশিং-মোংপনা মথে থাংলবা লৈরকপদগী অমুক্কাওবা শূবা শংত্রবা লীংলিবা, থোদাক্লিবমথৈ মথোঙ্ থাংনীংদবা ঙাক্না—মীংনাররবা। লৈরকপদা ঙায়রিবা—ভিঙ্বা নংদা, মথুন্ কক্লকাওবা চামজ্রবা লাইথয়োই—নীংথাবী লৌবুক্ থয়োই—থোংবতনা ত্তপ্লবা—লোইথিবনা হানখিবদা। ইন্নাং—হাপ্লক্লীবা ভেঙ্গোংশিং—এলুমীনিয়মগী অঙৌবদা--থাউরেক্ কোক্লা-চামজ্রবা মচু ওল্লবা ঙাক্ত—পূথমন্থ অহুমঙাই মচুম্ কোক্ত্রবা—খুজাম্দগী হেন্না মোংলবা ঈশিংগী মরীকশিং পক্লবা কোংনবনি হায়হুনা পুথোরক্লিবা অহোঙবা চামচ্ খোয়ত্রিং—খোয়জ্রাং—মহু পায়হুনা চাক কোংনীংত্রবা। লৈথোরকউ—হায়দা হায়রুরগা—তনাঙ—তনাঙবা খুদৈচোংপদা। অন্তাঙবা মচু য়াওদবা গেরেম্ গেরেম্ কাবা—মোরোক, অশাবা য়াওত্রবা—মরু হাল্লবা—কোক্ফাই কারুরবা—থন্দোক্-থাক্ কয়া—তাউবু-তাউরবদি লোইরে—লেম্না হাপ্পবু—মরাইনা চাজনিতা।

"তীলছৌ মরুম্থু—অঙৌবদা লেক কাহল্লবা—
চাকখোং উংন্‌া—শোইরিবা থাঙ্না—পায়রিবা মথুংনা।
অতাউবা কলেজাশিং—মশিঙ্গা লৌথোকপা কাউরবা
চামথোক্তবমথৈ—শেংদবা থোইদিংথাউ য়ানবা অচাপ্পাউদা
ঙৌবগা—তাউবগা লোইখিবগা।
মমিংনা ওইনবা—অপীকপা য়েন্ থন্দূনা লৈরকপা
শেম্বগা—তাউবগা—লোইবগা—মথীক্—মকৈ;
য়েন্-হৈনদে—হান্নলীংহুনা ঙা কোক্লনা
মরুমশেংনা থোক্ত্রবা—মশাইঙ্গপ্ মশোং কক্ত্রবা
শেংনা চামজ্রবা—মুম্না ঙৌরবা—অহিংকল্লবা ঙৈকাগী"

অচৌ-পিশক্ চাং-তমছনা মমল্ লেম্লবা।
হোটেল হৌবা চুমীত্তা পান্নুখিবা খোঙ্-খোঙ্-নাও পাম্বাশিং
লৈশীনবতা নত্তনা শূগনি কাউরবা—
শিম্নবগীতা ঙাইনবগুম গুকশিন্ শিষ্ক্রিবা।"

ময়াম অসি উনা-উনা মহাক্ চানীং চানীংদা—চাবদি চঙলী-লাম্বনা—চঙলুরবনিনা মহাক্ থকপা হায়বছুমা লৈনকুম্ববন্সু অচং অওং খোক্লীবা কয়া অছুমদি য়েংবকাওবদি ওপ্পী। উর্বি।

"চঙ্ নরমদাইদদি—মী উথিগত্রা থম্না ইকায়—
চঙ্ গ্রগা—শিকি অমগী—"ও"অমুকন্সু—অমুকন্সু।
অহানবগীদি ভুমীন্ ভুমীন্,—শমথনরকপনা—
রা—রা নিম্নরকই—কাঙ্‌বু-কাঙ্‌বু রারী হৌনা-হৌনা—
অমনা ঙাঙই অমনা তাদা-অনী-অনী চীকবদৌনা।
রাকায় য়াওনরক্—থুংখোক্লরকই-চায়বা ঙাক্তা,
লাকমিম্নবা ঙাক্তা—অমনা অমবু অমুক্ খায়ে।
লমজাওনি হায়বা কাউবমথৈ থংনরকই-লাঙনরকই,
অকুম্-অকা থিংবগুম্-মিপাইনহল্লি।
লম্বী নোম্বগুম্ খোঙথাংবা হৈত্রিবগুম্ কপৈ-কপৈ—
হৈনা থাংবা তম্বীবগুম-অমনা অমবু—
কয়াদি গুংশিনবা মানশ্রে কোম্ন-কোম্নছনা—।
শেলতিংনা চাখৈ-চান্নরগা, থকুথৈ থকুউরগা
অমুকন্সু ওথোরকই—লম্বীনি লমজাওনি খন্দথৈ।
অওবগী মনম্‌গা, ওকবীগী মমম্‌গা পুনখি—
অপুম্বগী মনম্ হৈনদা—মচীন্ লোইনা খুয়ে মপাছদা—।
ময়ূম ময়ূমদা খীনখীনবা পুখিথি অচৌবা গাড়িদা—
হোইস্তুনা—লাখস্তুনা—উচানগী খীম হাপ্নগুম্।

লাউরম্বা লাঙ্‌লম্বশিংদো অমত্তা লাঙথিজ্রে গাড্ডিমথক্তুদদি—
ঐনা শকখিবা ঈশৈগুম্‌ মখোয় শকপা ঙম্‌দে—
"হৈরাদো—পৈরাংদো"।"

খম্নুবা ইনশাংগী মহাও, ওখিবগী নমথীবা মনম—কয়া অহুনা নীংশিংহল্লকখি····· খোইনা হেন্না মমানা খোংখিবা অচম্বা মাইরেনুগী মথেন্‌ অমা—

"নপ্‌-নপ্‌ লাউবা মাইরেন্‌,
ঈমানা ঐঙোন্দা খায়রম্মু হায়দুনা খায়খিবা—
শোইজিনুগা মুন্না ফুৎমীন্নরগা—
খজিং অকংবা মপোপ্‌ চাউত্তকপশিং খল্লগা-হাপ্লগা—
চাইরেন্না শাবা ঈরান্দা—
ঈমানা শুম্বন্দা শুম্বা অশেংবা হঙ্গামথাউ
থাউনম্‌ কোক্‌না ঙোরগা মরোইনা থাউ ওল্লগা—
জো-লাউনা—অফুৎপা মাইরেন্‌ অহু শুজীনুবা।
চাউওৎ-ওৎলগা-ঙাইহাক্‌ খজিক্‌ ইঙহল্লগা—
তেঙ্গোৎ অচৌবহুদা হাপ্লগা—
ময়াংভোন্‌ মনা খয়া মথক্তুদা চাইরগা—
ফোং-ফোং শারি-শারি······ফুত্রুৎ-ফুত্রুৎ
হাউপ্রবনিদা!
অহুবু পুন্নমক্‌ থনবত্তা ঙায়রে!
নীংশিংলগা তিন্‌ চুংনবত্তা!"

ফিরোনবীশিংগী মনাক্তদা লৈশিন্দুনা লৈবনা ভোম্বী মবুক্‌ থঙ্গে, লাম্বা হেক্তা কাওরকই। লাম্বা হেক্‌ ফাওরকপদা কোয়চৎচৎলী, লৈকাই অমদগী অমদা—চাবা থরদা ওইরবম্মু কংনবা—নিরবম্মু নিহুনা পীজ-পীথক্‌ ফনা খঙ্‌নহনম্মু পাম্মুবনা মত্তম্‌সিদদি, লোইনা

কাঙ্‌থোক্‌থরে—মৈতৈন্থ। অরেম্বা চজিক্—হন্দোকদবা—চারেম্ হন্দোক্লমদায় থোয়কপদা-অঙাওবীসে থেংনক্লবা থোক্লবা—কৌশিনবী……লুথাক্-কোম য়ৌজ্রিডৈ, পীজ পীথক্ হৈবী শক্লবা। চাক্‌লেম্না মবুক্ থল্লবম্ম—হৈনগ্রবদি অনাবম্ম পাক্‌চঙ্‌বীদে। লৈবাক্তা থাহ্নুনা হুন্নবম্ম অকু কাবীদে। চাক্‌পু পীজক্লবদি, তোম্বীম্ম কম্নিগী চাক্লো "—উৎসোবলো!" হায়বহুমদি হেক্তা হংই। ঙাওদবী অমগুম্ থোঙ্গুন্ তাবা শানা—অমাং অশেং মানা হেন্না থঙ্‌বীবগুম্—"মৈতৈনবূ-ঙাহ্ন-য়েন্ লোইবা হৌনবম্না? উৎসোব হুমীত্তবু মাংলে! মাংলে!" তাইনশিল্লম্মী। থঙ্‌নদবা ইমুং ওইরবম্ম—থম্নবু লুনা চাম্না লাউবী খোংবীদবা মমাগুম্বগী লেঙ্গাগুম্বা থেংনরবদি- 'চেংহিহুম্ লুজথোকখিগে—কুইরে চেংহি লুজদবা কোক্‌শি মোৎপনা হাক্‌কজরে" হায়জবা ঙম্মী—শম্ মচাতানা—মতোম্মতা কেরিবনি হায়হুনা—মঙক্‌পু নোম্বনে ঈশৈবূ ঙংবনে—ঙাইহাক হুংঙাইথোক্‌পা ঙমজে। 'লেক্‌খে' হায়বা অহুমদি শুকয়া য়াদে। "ময়ূম্‌দা হনগদবনি থেঙ্‌গ্রে চৈরম্মনি।" হায় —ঙাওই হায়বা থাজদে। ঙস্তা হুমিদাংরাইরম-হুমীৎ তাজ্রিডৈ হল্লক্লুনা ঈবুংঙোগী মমাঙদা কোয়চৎ চত্তুনা লেম্নজরে—মমীৎনে মনানে। মতৌ অহুম্ভরগা কৈথেল্ ফিয়োন্‌ফম্‌ফম্বীশিং পেজৈ। মমাঙডৈ মখোয়-মখোয়না লৈশারক্‌ডৈগীদো……নীংশিংনহুনা—থংনা থংনবদা—মাগী মাগী হুংশি-হুংওন্‌গী রায়ী লীনৈ। তোম্বীবু কৌশিন্‌বীহুনা—"অম্মম্না হায়রু ঈবুংঙোদা, অম্মম্না কৌরু ঈবুংঙোদা—অম্মম্না কেন্ট—অম্মম্না থেংলু শমজীরৈসে।" অমনা অমুক্, অমনা অমুক্ তাক্‌পী, তোম্বীবুলক্লে। মথে'য়-মশেল্ শোম্নৈ—

"মায়বদি হুংশিনবা! মাম্নদবদি রাহৌ থৌদোক—
কাউঙমলোইদবনা—মতেক—মতেকী নীংশিং-মমি—
অমুক্ লাক্লয়োইকো—পাম্মূইদা—শিগদবা!"

অঙাঙবী ওইরবনু ইকাইবা হায়রবুনী মচেং অমনা—তোম্বী থি শেংলী—থাগী থোঙচং অহুম্ ময়াকই। মহুদনা হেন্না চেকশীনৈ কাঙবা মতম্‌নু য়াওখিদবা নত্তে! কনেক্ অনীদং ভায়জবহু অমুক্ শু অমুক্ কংহনু তোয়না-তোয়না পঙহোদ্দা হোংই—হুংখিল্ চুম্না—ফিহুং ফাওনা উখিদনবা হোৎনজৈ। মতৌ অহু উৱগনু,খঙদহনা কাউবদা থেংনরগনু—হুপী মশেন্নীনা—কৈথেলকম্বীশিং, মৌশিং—লৈশাবীশিং—থেংনরুবা লৈকাই কয়াগী—থোইনা হেন্না নুনা খনবী শেন্নবী। ফিমন্ কনেক্ পুথোক্তুনা পীবীরক্ই। তোম্বী অঙাওবীগী পোৎয়োম্ চাঙরকই, তুম্না-হীপ্পবগী হেন্না ময়াঙ্ কায়রক্ই। মহাক্নু পোঙ্জবা উৎলৈ ঈবুংঙোদতা—মাগী মকিমরোল হেন্না ঈবুংঙোদগী য়ায়া লৈরে—তুম্মমদায় খুদিং কি কনেক্ অমমম্ রাংনা রাংনা থাঙ্গৎ, কম্দুনা, থাহনা, কৈজুপ্ লোন্দুনা।

হুংভিগী মথয়তা ছুয়বা চঙ্লবনি হায়না অহাঙ্বা শঙ্শাং অহুনা বোড়া মথক্না থাহনা হীপথরবা মতম্‌তদা ... ... ঈবুংঙো থোইবা হেন্না রাথল্ খনুজীলুহ। হোক্রবা থোক্রবা কয়াগা—লাকদবা থোক্লকদবা কয়াগা ...... মহাক্কী রাথম্‌ংদা য়েংখায়নরকই। থোকপ্রববু ... ... লাকমবনা নকথায়হন্দুনা—অনৌবা কমজিং অমনা পুখিহনা থোঙ্ থাংজিনগদবা লম্বী অমত্তা—মক্লেক্—শেংনা উবা কংজিন্নক্তে। নীংবা থুংলক্কবঙাক্তনা ওয়্শিন্দুনা মথং-মথং হুংঙাইবা মচেং অমত্তা য়াওখিত্রবদা—শাকন্ কক্লে—থোনা লৈরে খন্দুনা থোক্লবা অমা থেংনক্লরগনি থোরক্লবা—মরাইবক্ জেপ্নীংঙাই ওইবা য়াবা ফগৎকদবা মচেং অমত্তা উশিল্লক্লবা—অয়ুম্-অয়ুম্ চয়েংনহনা তোক্লগদবা খুৎহিং অমদা কাখৎপা ওমদনা পুথরবা—হুয়ান্-চীঙ্গীগী হৈনবী অমা খিহনা চাংয়েংবগী মঙম্ শানবা য়াত্রা হায়না থংচোং-চোংশিনগদবা কোম্ অহনা হেন্না পাক্‌খিবগুম্

অমখক্তংগী রাখল্, মানমু পামজনা খজরুরবী ঈবেমগী ……… অপায়বদা চয়েংনবা, থেয়রুবগী—মতুংগী রাথোক—তত্তনদি কাউবা ওবদনা খল্লীবা—রাখল্ কয়া শাগৎলিবা ;—কায়চনত্তা শিমমু তোক্লীবা। মহাক্নে পাখং কারবনি হায়বদি মখমতমু খঙ্‌জৈ ; মীগী মতৌ, হুংশিনবগী মওং-মতৌ—থুংনখিবা কয়া-কয়া অহুগী মতৌ—খঙ না। মাগীমু—"অতোপ্পা থুৎথুংনা অমা তম্নমখিনী" হায়বগী থাজবা মাঙ্‌দরি—"রাখল্‌গী ময়োন্ অমদি চোংলক্লবনি" —হায়বা অহুমমু মতাং খঙ্‌লবনি। "ময়োন্ অহুদগী মনা পাল্লত্‌না লৈশাং তম্লকুনা, মহৈ পাল্লকুনা … … নীংলুবা অমগী মচেৎ অমত্তদি কংলকনিদা!"—খঙবা লৈরি, থাজবা মাঙ্‌দরি। ঈচম্-চম্না হুংশিজরুবনি—নমথাক্ অমত্তা য়াওদবা থম্মোয়না— হায়নীংবা—ঙাঙ্‌নীংবা কয়া শাগৎচরুবনি—লম্মখাওদা মাঙখিবা পরেংত্তা ওইহুনা—রাথমুংদা কংহুনত্তা কেম্‌শীল্লকপনি। লীগদবা রাগী কয়া,—হায়নিঙ্‌বা হংনীংবা রাহং কয়া—নক্করিঙৈ …… … মনাকনকপা ওমজখিদবা অহুনা—লাপথোক্করক্লবা মতম্ অসিদদি নক্লীঙৈগী পাওজখিদবা মতৌ অহুবু মখমতা রারোজরি। কনাদা তাইনকম্ লৈরি মতমসিদা?—অহাঙ্‌বা পোৎকম্ পরেংগী চেক্লী মখোঙশিংদা নত্তনা,—মখক্তা হৈরিবা সাংকী মথকশিংদদা নত্তনা মখোল্ থোক্লা ঙাওনীংলুবা রাহৈ কয়ানি—রাহৈশিং অহুনা মখোল্ থোক্লরবা—কনানা তাগদোরি? তাগদোরিবদি অঙাওবী তোম্বীতনি। মনাক্-নক্লা ঈশি শিনা তুম্লীবী অহুতনা। তোম্বীবু অঙাওবীনি হায়বমু খঙ্‌ই। অহুবু, 'তোম্বীগীমু অঙাওবগী রাখল মরক্‌শিংদা —ঙাওদবগী মচেৎ-মচেৎ খরমু লৈরম্‌গনি' হায়বা খরদি মহাক্লা অমুক খন্‌বীবা শাহুনা—খনবীক্লরি। "তোম্বীসিবু—মমা-মপা হুংশিবা পোক্লম্‌গদ্রা?" মখমতনা খনবীহুনা মখমতা হংজক্লরি;

অহুগা—অমুক্ লৈনবী—"তোম্বীনা নহাল মশা শন্নুবা কপ্‌খিবা অহুনদি যাম্বীন্ মমা—মপা হুংশিবা অহুদি—তাওরবনু মাঙদরি।" "তোম্বীগা হুংশিনবা হুপাক্‌াক লৈরমগত্রা।" হায়রবহুন্ থনবীরি। "অহুগুম্বা লৈরমগদবা হুপা-পাখং অহুনা তোম্বীগীদমক্ থজিক্তংদদি থনবীরম্‌গদরা ?——করিগুম্বা থনবীরম্‌দবা তায়বা—শোয়দনা মহাক্ তোম্বীদা অয়ানুবা থরদি লৈরবনি। মহুমকী মরাম্না—মহাক নোংমদি অয়াবা ফংদবা য়ায়োই—।" অমুয়া থম্না-থম্না তুম্বা য়াদবমথৈ—লম্বীদা থাম্লিবা মৈঙাল্ অদোম্‌দা—মমীৎ অনীমক পাঙহুনা য়েংলী—।

নোংয়াই চবুক্ লোনূপ্রবা মতম্গী, অঙাওবী তোম্বী—মমঙ্‌দা কয়ি হুংঙাইবা য়াওরবনো …… কাক—কাক্ নোক্লক্‌খি; মখোল্ হৌনা। অমুক্‌মু ইকান্ কায়দনা,………'উ-উ'কপ্পক্‌খি নমহৎপগুম্। 'শোয়দনা তোম্বীসে নমহৎলম্বা তারে—মতৌ অসিনদি… …'থম্নী কীভম্ অতদা ঈবুংঙো তুমথবা য়াত্রে। শূপ্রয়ীবা কৈজুপ, অহু থোক্ কাওথোক্লুনা—ফুক্ হৌগৎলগা তোম্বীগী মনাক্‌লোমদা চঙশীল্লি। তোম্বী নমহৎতুনা মঙ্‌লাক্ল'দোনা শিরমগদবগুম্ লেঙবা ঙম্‌দা……"ঈক্-ঈক্" লাউহুনা লৈরম্বা থেংনরে। অহান্‌বদ ঈবুংঙোনা—"তোম্বী! তোম্বী!" হায়না মঙা—তরায়ক্ কৌই। অহুকাওবা তোম্বী মমীৎশিংনা থুয়ক্তে, হুংশা থীরক্‌ই। মশা পায়হুনা নোয়্রগা হৌদোক্লুবদা শিরদরা থন্দুনাকোনা-কোনা তোম্বীগী মশা—পায়হুনা হৌদোকই। থঙ্‌হৌদে! তোম্বী ফুক্ হৌগৎহুনা—ঈবুংঙোদা থক্ ক্যোন্‌শিল্লক্‌ই।

"হৈমা! ময়াই-য়াওদোবা!
ঐঙোন্দতা থাজিনবীরক্পা………
থুবাল্লম্ শেৎ-শেৎ!

অমনা চৈহ্না—"হৌগৎনু-পোৎকম্ কয়গে, চৎখোয়নে !" হায়হ্না তানবকাওবা তাশীয়দবে। অঙাওবদা অঙাওবীদা মাম্বয়োক্না ঙাঙ্নবা ওটৈ অয়াম্বনা। হীপ্চরসু হায়হ্না নোংমহুগী চয়নবা নৈশীয়হ্না কয়ে। নোংমহ্না লানথ্রগন্তু—মথংগী হুমীৎ অহুমসু অহুম্ হীমী। মনাক নক্পশিং নাহেবা মখোল তানরে।

"তোমী অঙাওবী নারে ! করম্মো করকখিত্রা ? শিরনি !" হায়নবতনি। চায়না মনাকনক্না চঙ্শীয়হ্না হংনীংদে। অহোঙবা হিদাক্ অমকাওবা নৈহ্না পীজনীংদে। পীথক্লীংদে। "কয়িকায়গদৌরিবা ! শিনীংলগা শিজখিসনু"—ঙাক্তনি থল্লীবা। মতৌ য়েংহ্না ঙাইহাক্ নোক্লঙাই ওইরম্মী—হায়বগী অহুক্ হুংশিবীবগী মচেৎ অমতং থাইক্লবতনি। হেক্ নারে তাবদা, উরবদা হুংশিবগী মচেৎশিংসু—লোইনা মাঙনখি, কায়নখি।

"শিজখিবনবু করনিদা"

"কয়ি কায়নবা পোক্লক্লিবা ?"

"লমশি শিয়নবা লাক্লিবনি ! ঙাওশীয়রিবনি !"

অসুম্না শোনুখিবগা ময়মাই-ময়মাই; মীশক্ শকওং খেয়বগা—খঙ্গোয়কপা, ঙাঙ্খোয়কপা মাগী-মাগী অনীং—অনীংবনি। ঙাঙ্নরিবা, চৈবিম্রিবা ময়াম্ অহুগী—অচুম্ অয়ান্ নৈনরিবদি—ঈবুংঙোতনি। হুংথিল্ অনীগুনা হোগৎলক্ল্বা, অমাং-অশোয়গী—মখোঙ্-খঙ্ত্রবা, চাগনি-থক্কনি কাউবগুম্ কাউরবা—অহুক্ লাঙ্জরম্বা-মতৌ পূমহোং হোংথ্রবদা—মথম্মতা চাক্লবদা—ঈবুংঙো য়াথল্ থনবীবা হৈবগুম্—মীহুংশি পোক্লক্ই।

"অনাবনা ঙমখিহ্না—হোগৎপা ঙমত্রবসু—
চাদবা হায়বহ্না থংশোনু শোহ্নখিহ্না—
হোগৎপা ঙমদা, মতেং পাংবীনবা য়াওদা—.

চাদবা হায়রবহুনা অহুম্ শিবন্নু তারবা !

কীভম্ অশিবা ঐহাক্ ওইরম্মবন্নু অহুম……..”

হুমিদাং অহুমন্নু তোম্বী করি অমত্তা চাদ-থক্ত হোৎগ্রে, ছয়ীসুবগী অয়ুক্তন্নু হোৎগংলক্তি। করি অমত্তা চাবা থকপা উদে, কনা অমত্তনন্নু মনাক্ চঙ্হুনা য়েংবিদে; হংবিদে। হুমিদাং অহুদদি, ঈবুংঙোনা হোটেলদা চাকচাবা চৎপদা—নাহোরিবী তোম্বীগীনি হায়রহুনা চাক্‌য়োম্ অমদি পুরক্লি। চাও হায়না পীরুবদা—“চাও য়াগদৌরিবরা ?” হায়নন্ন চিংনৈ, অচবু চারবন্নু—চাত্রবন্নু মনাক্তদদি থম্বিরম্নগে খল্লুনা—

“তোম্বী ! তোম্বী ! • ……
চাক্-চাদবা কয়ানি শুরে ?
চাক্‌য়োম্ অমা—’সিদা-সে !
চাবা য়াবরা য়েংউ !”

চাক্‌য়োম অহু তোম্বীগী মনাক্তা থম্লগা, কৌরুবদা—মখোল পীক্না নাহে-নাহেনা তোম্বীনা থুম্রক্পহুদা তারমাল্লে, মরাইনা চানীংলবদি চাজরনি খল্লুবনি। হক্‌চিল্লবা তোম্বীগী অনাবা অহুনা ময়াদকাও ঈশিং থাদবদা য়োৎপা ঙম্‌গদবা মাল্লেবা মতৌ অহুদা—হোগত্তুনা চাক্ চাবা ঙম্‌গদবদি লায়রি ! অনাবগী লায়কম্নবদা পীক্লিঙৈদগী—মবেন্‌থোগী শোল্লবা শিরমদায়দা কম্মাঙদা লায়কম্নবা হৈ হায়হুনা—মনাক্ নক্লা ফম্‌হুনা লায়কম্নবা ঙমফম্ থোক্কে ? মাগীন্নু অতৈগুম্না চুমগী হুংশিবা মচেৎ অমথক্তনি থাইক্লরিবা। অহুনা হল্লক্‌লে মশাগী তুন্দম্‌দা।

নোংঙাল্লবা অহুদন্নু, চাক্‌য়োম্ অহু শুক্‌কায়-কায়দনা তোম্বীগী মনাক্ অহুদা থম্লম্বা মফম্ অহুমক্তদা লৈবা উই। তোম্বী ওসিদি মখোঙ্-মথুং অমত্তা লেঙ্‌থিদরে। কনা-অমত্তনা

—মনাক্তা চঙ্‌বীদবগী চঙ্‌বীদবা, ঙনিঙ্ঙনি। হরিক্কনা কহাক্কী মরাণ্‌থুম, কোরশাই শাইহ্নুনা মকৈং-মখা ওয়া তোকনি। লেঙ্‌বা লৈজবা তোক্নবী মখোক-মখুৎনা অমত্তদু পোপ্‌ শাহনা হাংতরি, আনবরি। মাঙা হুংঙাইঙ্গ্রিকনি ঈবুংঙোনা থম্বা তাক্‌য়োম্‌ অহনা তোর্বানবা হন্নিংশিং অদুনি। খোংয়াংবী—হয়েংখোংয়াবীশিংনা ওয়শিন্নকনবনা,—মীয়াম্‌ অমসুঙ্‌ অনী—ঙা-ঙা নিরুকই—

"শোয়দনা তোম্বী শিরম্মনি!"

"তোম্বী শিরে!"

"অঙাওবী শিরে!"

অদুবু, কনানা মশা শোক্নুনা 'শিরবরা—হিংলিবরা য়েংবীগনি? শিরম্নগনা কনানা মকমৃত্থদগী থাংদোক্‌খিগনি? করম্বা মরি মতা লাক্নুনা মাবু পোৎলোইবীগদৌরিবা? মহাক্কী শিকম্‌ অত্থদা চঙ্‌হ্নুনা করম্বা সুপীনা পোৎকম্‌ কম্বা ওয়গদৌরিবা?' অম্মুম্না হায়দোক্নদা —মথন্‌ মথম্নতা হংজবা রাহং ঙাক্তনি। অদুবু,—সুমিদাং মম্নি—মম্নিরক্‌পদা—থাগী শেৎপা কাঙ্‌বু অমা মরি-মরি চঙ্‌লক্নুনা—লৈচে মকক্নুনা থীন্দুনা য়েংলম্নগা—তুক্‌চবা খঙ্‌ব্রবা, —অকিবা খঙ্‌ব্রবা—মত্থনা মখৌ ওইবগুম্‌ নেক্রু্রবা সুপা অনী কৌক্নরমাম্লে, খিক্নরমাম্লে;—থাংদোক্‌খরে। হীগোক্‌মচু হরাদা হাপকত্তুনা অরাং শাংনা থোখরে। মকম্‌ মরাঙ খঙ্‌দা—শিরবা অমগুম্‌, তোম্বী মীরেনুশঙদা শোয়দনা—শিরিবগী মরম্‌ খঙ্‌নবা পুথিগদবা মতৌ মাশে। মরমদি মাগীনি হায়না কনা অমত্তনা থিগৎকদবা লৈত্ত্রবনা, ময়ুম মকৈ খঙ্‌দা কোয়চৎ—চত্তুনা হিংজরম্বী অঙাওবী অমা ওইরম্মননী। হয়াগাড়ি অহু য়েংনা য়েংনা.........ঈবুংঙোনা থম্নী—

"মীনা ক্রিক্‌—ক্রিক্‌ ঈনৃশীম্না ভিম্নবা মকম্‌লিদা—
কনা অমত্তনা কাগীনি হায়বা অমত্তা লৈত্রবা;

মনাক্ নক্না অমত্তনন্নু চঙনীংঙরবী ;
পুক্নিবা মাপী থন্নায় ম্নাওঙবা হকচাং অসে—
খাংগৎলিবা পুক্নিবা মখোয়ন্নু—
লুংশিবা মচেৎ অমত্তা কাওবীরম্লোই ।
শোয়রনা হুন্দোকপীরম্লগনি—
পোংলোইবীগনি হায়বগী মীতুংশি চেন্দনা—
লম্শি-শিবা কাঙবুগী হুন্দোককম্ চীংগোন্দুনা ।
অশিবা ভাবু শেম্লহনা চাবগুম্—
মচেৎ-মচেৎ শেন্তুনা হয়েংদগী চাগনি
থা তরুক্কী লম্বেল্ উই হায়বা
মনমত্তাদুনা পাইরক্পা লংজাশিংনা ।
লেম্হোবা মচেৎ-মচেৎশিংহু
মকোন্—মকোন্দা পুশিন্থগনি
ককচেং কোক্চাউবশিং অহুনা ।
ঐন্নু অন্নুম্না.........অন্নুম্—লংজানা শেন্তুনা
ককচেংনা পুহনা ঐগী হকচাংসে—
চাখীনিকো--তুমখীনিকো— ত্তিনখীনিকো লৈমায়দা !
লংথোকদোয়িবা মকম্ অহুনা হান্না খঙলবা !
শোয়দনবা কোম্ অমত্তুংদি ত্তোনিঙলী, থাদবীনবা,
লৈয়োন মঙা তন্নাদদি খোংচীনবীরম্লবা,
অহুকাওবা খোংচীননীংদা,
শোয়দনা তুপত্রেক্ ভাত্তেক্ হুম্বীরম্গনি..........."

থন্না-থন্না য়েংলিঙৈ, য়েংনা-য়েংনা থাপত্তোক্খি । হক্তিল্লক্পদদি, মথমত্তা লুংত্তিগী তুম্ফম্ অহুদদি লাইরহনা শঙ্শাং-পরেং অহুকাওবগী মনাক্ নক্না চঙ্গদবা হজোইরকই । থাপ্না থাপ্না তুম্মীন্নবন্নু—মতম্

থরো নঙ্গরবা—লৈমিজরবনা—মীদি লাক্কনবা হৌদোঃ কাওনা শিবদা হুংঙাইতবা পোক্নবগুম থাঙ্বা ঙমদবা পেন্দবা কল্লনা চঙ্নীংদবা কাওরক্ই। ভোম্বীনা অঙাওবী অমত্তা শিক্কনু, নরোরা চাওদনা ওইরবনু......'অশিবা' হায়বা অহুমদি পোক্কনা থেক্নদনবা লৈরবা ; অহুগা, মহাক্ ঙাওত্রবনু শিবা পোক্কনবা......,কনা লৈতবা মকমীনা চপ্ মাম্নবা মওংদা থোকদোক্লিবনি খঙ্দবা-হুন্নীংবা কাওদরে।

থাশিগী অমম্বা অহিংমু অহিংনি। হয়েংদগীদি লমদা থা হৌরক্লগনি। ময়ুম্দা হনগদবা শূগ্নগী থা অমত্তা ঙায়রে। মথুং থেক্নুনা হুমীৎ পারক্পনি। হুংভিগী। কয়ানি শুপ্রবনো হায়বা থঙ্লবা— থুংথেক্তা হুমীৎ অসিমা হাপচিল্লবদি—ঙসি থাশিগী অহিংনী অহুম্ থঙ্লী। ঙসি শিথিবা অশিবনা—হিংথিনী মতম্ থরদি থল্হল্লীবা; মহাক্নু অশিবা হায়বা অহুদগী মতম্ থরগীদমক্ নাম্বোকপা য়াগদরা হায়না থা অহুম্গীদমক্......মতম্দা হৌগ্রগা লোইরে—হুমীৎ পাবদদা য়ারবা ; হেন্না মতম্ হৌগ্রগা থেংনগদৌরিবা কিরবা অশিবগা নক্নরগনী থম্নদি হৌহন্নীংফম্ থোক্তবা মতম্, থুনা হৌহন্নীংলী, ঙাইঙমক্রি ; নোংমা—নোংমা হায়না থা অমগী মতম্—য়ানা য়ানা লেনুখি—থা অনী। মঙোল্দা থা অহুমগী মতম্ অসে কয়া শাংগ্রবোই নীংলী ; অম্নুম্না হৌগ্রবনি—মহাক্কী চহিশিং নোংমা-নোংমা ; অহুগা য়ুম্ পানবগী লুহোং-থোঙদোংবগী মতম্ য়ৌশিল্লক্লীবনি হায়বহুমদি থঙ্হৌদে। থঙ্দা-থঙ্দা ঙাইবা লৈতনা ঙরাংতা হৌখীবগুম্ নীংলি। থা অমসি হৌগ্রগা—মাগী লুহোংনবগীদমক্তা লেল্লীবা মতম্ হৌগ্রগা, শোয়দনা শিগদবা অমা ওইরবনু ঈবেম্মবু লুহোংহনা মতম্ থরক্নি মচা-মশু পোক্নুনা-পানমিন্নথিনি শাগৎলী। হুংভিগী শাগৎজুরিবা ঈমানু—য়ানবা থোক্খিবগী-চাঙ্নখিবগী থোদোক্-য়াথোক্নুঙাক্তা,— অদুক্ষোরবা য়াওত্রবা ; ঙসিনা মঙং অমা হোংনা মনাক্-নক্তা অচাওবী

থারবচ্ অদি ওইরেক্লো থোক্লবা লৈমিয়রকপী জাকানা লেপ্লমুনা শাঙ্‌ঙলবা অহূনা—শিকম্-নাকম্ থঙ্‌ননা শিল্লিরবী মওং……অমাদি মপাৱায় হুৎওাইজনা থমোয় চাক্থে ;শক্কয়োই থম্না—থম্না কাউবা অনসনঙ্গম্ লেক্তা থকীনুই।

হুইনা 'গৌ-গৌ' খোংলতুনা তাম্নরকপা অমবদা মপা মকুমা লৈমহূনা চেন্থোবা অমহুদা, হুয়ানবা, য়েক্নবা, চুরুপী মচম্ থানজহূনা কপানৌ উননবা লুমজক্লবা থঙ্‌দবা অহুদা…হুই ও করি—ও মরাম্ চৈছুপ্ রাছুপ্ পায়বা মরী—মঙানা—'হাংকে ফাগে' তাম্নরকপা, থঙহোদে ! হুইয়াম্ অহূনা ঈবুংঙোবু থংথরে অমম্বা লপী অহুমা ; মহাক থঙ্‌লেপ্ লেপ্পী—ঈঙক্-ঙক্না চঙঙক্লনা মঙ্-হাওম্। মপা অহু কদায় য়োনা মহাক্ চংলয়বনো হায়বফাও থঙদরে। লেক্কম্ কৈথেল্ অহূদা চঙ্‌বা তন্‌বদগী রাখল থম্না-থম্না মথোঙ্ থঙদা থাংলম্বা খোঙনা চুমত্রিং অওনবা মায়কৈদা ইরোই বঙ্গোক্লগুম্—হূংশিংকি মায়ওন ওন্দূনা চংপগুম্ চংলম্বনী কাউক্লয়ে। মমীং থঙ্গশিং শিংবগুম্ চপ্লু লেপ্তুনা মথুত্তা থাজ্রিবা লীচৈ—অহুম্ কম্না পায়শীল্লী। মমায়দা অঙানবা টোর্চ লাইট অমনা ঙাম্না মমীং থকপমথৈ অমম্বহুদা থংকোপ্ কাপশীল্লকই - পূমঙাও ঙাওহুনা মমীং থংউই উইশিল্লি। "হুয়ানবনি হাংলো ! হাংলো" মশক থঙ্‌দনা তাম্নরকপশিং থেংনবা অউবা অমদা হেক্তা তাইনবিবগুম্ করিম্নু থঙজ্রবা ঈবুংঙোদা তাইনবীয়ে। নত্তে হায়বা নংহোদে; চৈছুপ্ অমনা ঈবুংঙোদা হাইথম্নকুই—শাহুম্ অহুদা মপা চানা লীচৈ অহূনা অহানবগী অমদি থংতোক্থরে—তুংদগী অমম্বহুদা মথং-মথং লংশিল্লকপগী নূংহুম্ অমদি লুখম্‌দা—"পোপ? লাউনা - ঙাইহাক্তং মকোক্ উক্ল-উক্লদৈ—"নত্তে ! ঐ নত্তে !" অকিং-অকাই ওইনা কম্না লাউরম্মী, শোয়দনা শিয়েদনা, থর্দুনা চেক্লগে হায়বা অমা থমুহূনা—মকোক শোক্লবম্ শোক্লা—তুংলোমদা শং লৈথোক্লুনা

মায়কৈ থঙবা চেন্নকই—মশাগী লমজেল্ য়াঙবা—মপাঙলল্কবা অহুনা কোয়শীল্লক্লীবা ময়ামহুনগী নাম্বোরকই ; লাপ্পা তাম্না কংদবমখৈ। তামগ্রক্লিবশিং অহুনা খজিক্ তামহৌরবদা—মথুং ওয়না অনাবা মকমহুদা নানবদা—খজিক্তং তত্তুনা ঈ থোকপগুম্ মথুত্তা চোংলক্ই। করি অমত্তা ময়াল্ পৈত্তবদা থোক্‌প্রিবা থৌদোক্—লাকচখিবা মওং মহাক খাওবা ওমশিল্লক্কে, অমুক্তম্ মঙোন্দা 'অহুমা লাকচবা পীথিত্রি' খনবগী হুংঙাইত্তবনে, মকোক্‌কি চৈনাহুনে······তোম্বী শিখিবা অহুগী হুংঙাইরুদবা, চঙনীংদবা অমা ফাওখিবা অহুদগী—হেনগৎলক্কুনা কাউথোক্‌খিবগুম্—মহাক্কী হায়গী তুম্ফম্ অহুদা তুমিম্না চঙ্‌লক্তুনা তুম্বা মাদ হুংনাংনরি—নোংঙানবা ঙাইরি, "ফুনফম্ মকমহুদা চত্তুনা কোয়খি খিহুনা কোয়লাউ লাউদূনা খৎনবা হোরুশিন্না—ফুনরুশিন্না ······" কম্না খনগৎলক্লী।

অমুক্ অঙনবদগী মপা অহুদা চত্তুনা কোয়লাউ লাউরুই—

"ঙরাংগী ময়ামহু থোরকউ, নরিংজেন্ লৈরবদি অঙানবসিদা ফুনসি !

ঐনা করি লানখরে ! এনা করি কায়খরে !

অমম্বদা অকনবা শক্লগা—

চুম্না চৎচবদা ফুবা ওম্বা—কাঙবুসা থোরকউ !"

মহাক্কীদি-'শিরবম্ন শিরেদনা' লৈরক্ লৈরক্তা চঙহুনা লাউরুরবনি, —অঙাংতা থোরক্ই, অহন্ অমত্তা মায়য়োক্লনা থোরক্কে। অঙাওবা মতৌ-মাল্লবা মোৎলবা ফীভম্ অহুদা—মশা-মউনা ফরিবা, পায়রিবা লৌচে অহুগনে—ঙরাং য়াওরুবা কাঙবু কাওবা উনা-উনা থোরক্করে, মথোয়না "লায়না ফুবীরুরে অঙাওবসিদা !" হায়হুনা মায়নীংদা লৈশিনখ্রে। অখঙ্‌বা কাঙবুনা—

"অঙাওবা কৈথেন্দা লৈবহুনি,
পোং থাংবহুনি,
তোম্বী অঙাওবীগী মরাহুনী"

হায়রীংবতা হায়নহৌই, অমত্তা খোয়রুম্না খাব কাওবা খাবীরমে। পেম্রবা লাউখৈ লাউরম্লগা—তৌনত্তাই খঙ্‌দা হল্লকই। কোম্লীরবা অঙাংশিংনহুম্ মঙোন্দা—"অঙাওবা! অঙাওবা!" হায়রহুনা রা-রা লক্লশিন্নকই, নমহুনা অঙাওবা লেম্বীবগুম্না, অঙাংশিং অহুগা মান্নরা খংনবদি য়াদখন্না মথন্নায় চান্না হল্লকই।

মকোক্তা খজিক্ লোকপা অহুনা, কৈথেল্ তিনখংলকপা মতম্‌দদি মহাক্ তুমিন্না কমহুনা লৈরে। শাওবা কল্লি, অমনা পোৎ থাংগরাউ কৌরক্লবমু, 'মকোক্তা লোক্লে ওসিদি থাংবা ওম্নরোই' হায়রকাওবা থুমদনা তাশীন্নদহুনা লৈথোক্লে। মতৌ অহুদা-মাগী থুংকা ওইরম্বীশিং অহুনা থীনা থীনা চৈবীরম্মী।

"অঙাওবসিদি!"

"করি-খোকচৈ হায়হুনা! মীনা হংবমু থুমদেনে

হোত্নগী তোকচৌ!"

"নহু তোম্বীদো শিবদা ঙাওরবয়া!

মহুং ইনথরো অঙাওবীহুগী"

নোংমহুমথকী ওমদবা অহুনা মহাকী পোৎ থাংদোক থাংজিনগী থুংকাশিং মথংগী হুমীত্তদি অমত্তনা কৌ-ঙাঙ্‌বীরক্করে। মখোয়গীদি রাত্তে; কনাগুম্বা ঈবুংঙোগুম্বা অমা হেক্তা মরৈ, মরাকই। মহাকমু মাগুম্বা অমদগী মহুৎ শিন্না পোৎ থাংলক্‌পনি। মহাক্ লৈরবন্ন-লৈত্রবমু পোংকম্‌ফম্বীশিংদি অহুম্ কমখিনি, মাগুম্বা কয়া-কয়া হোংপ্রবনি—হোংলক্‌খিনি—কৈথেল্ কম্নরিমথৈ। নোংমহুদা নত্তনা নোংমা-নোংমগী মহাক মখুৎ হামলে, পৈশা খেত্তরে—"ঈবুংঙো পোৎ থাংলরো" কৌরকখিনি খন্না খন্না মাবু লুনা তৌবী-খনবীবাফাওনা কৌবীরক্করে; মখমত্তা রায়োজবা নত্তনা মহাক্ অমুক্ ময়ামশিংহুদা হায়জহুনা "পোৎ থাংখিগে" হায়রকাও ওমদরে। খবক্ কংদবা অমগুম্, অঙাওবা অমগুম্

পাখিদরে ; খা অহম্ কাজীনখরে—
ময়ুং হন্‌গদবা মতম্ হেন্‌খরে—কাউথোক্‌খরে,
মমা লৈহৌরি হায়বা নীংশিংলক্‌রে,
কোয়না—কোয়চং—চংখরে,
লাউনা-লাউনা ঊৈশে শক্‌খরে,
লীচৈ পায়খিদরে, লুহোংগনি কাউখরে,
চেক্লাকাই নীংশিংদরে,
মোইরাং কদায়দনো খঙখিদরে,
অহুক করম্বা মশা মরাং কংশিনখরে,
মীনা লক্কে, ইকায়বা কাওদরে ;
লোইরে—॥



## ইবোহো-খৈরাংদো

"অকুংগী য়েক্লম" হায়বা
লাইরিক অহানবা খুদোলু অথুবা
—অইবা মনি মাইরেম্বম্গী
অনীশুবা খুদোলনি।

## মনি মাইরেম্বম্

ইবুংঙো অমা পোক্লকই—
খনবা হোৎনৈ শিং-নাম্বোকখি,
নুংডাইগে ভাল্লুই—মফংদে ;
অপাম্নুংশি খঙ্লকই।
রাগনি খন্দা রারকই,
মিহোৎবা কাওরকই,
য়েক্লবা লাকই॥
করি থোক্লকদগে মাঙ্জোননা খঙদবনা—
হায়জিন্বিবাপুম্বা থাজহল্লী, চীংনহল্লী।
নুংশিরবা মচাবু—ফননবনি খাদোকপা ওইম্নে,
মমাগী খুদোম্বীদা পায়ত্তুনা হৈনাদগী হিংলক্লবা,
মতম্ খরদা মমাদগী লাপ্থোকলুবদা—
মথুম্ হল্লকনি কাওবগুম্ ..
মথোংখঙ্দা কোমচৎ চৎলকই।
ভাওনি থাজদা ভাওরকই।
শক্লনি থাজদবা ঈশৈ শক্লকই।
কাওনি থাজদবা কাওরকই।
নুংশিবগী শকম্ করা মহোৎশাদা ত্রিনখি।
লোইনমক কাওথোকখি, শিনি খঙ্দা অহুম্ শিখি।
ইবুংঙো অমা মাঙ্খি॥